# মণিপুর
# অমসুং অতৈ ব্রারেং খরা

এদিটর

শরতচান্দ থিয়াম



সাথৌলুপ পব্লিকেসন্স




**MANIPUR AMASUNG ATEI WARENG KHARA**
Manipur and other essays

Edited by **Saratchand Thiyam**

Published by **Sahitya Thoupang Lup**
(Sathoulup), Manipur

First edition 2008

M.

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ২০০৮ |
| ফংফম থোকপা | ঃ | সাহিত্য থৌপাং লুপ, মণিপুর |
| মখুম | ঃ | অমরজিৎ ভোংব্রম |
| মমল | ঃ | লুপা ২০০/- |
| নম্বা | ঃ | পদ্মা প্রিন্টর্স, পাওনা বাজার, ইম্ফাল |

# ৱাহৈদোক

কোলাজ অমনি মণিপুর অমসুং অতৈ ৱারেং থরা। মণিপুরগী মরমদা বিন্দু অমত্তংবু যাওবল্লবদি পঙথমদা থমখিবনি মথং-মনাও নাইদনা কোলাজ অমগুম। অহানবা চাংয়েং ওইনা লৌখৎচবনি হীরম অমদা হেক্তা মণিপুরগবু মরী লৈনরম্বদি মণিপুরগীবু ওইরল্লবদি। অঙকপনি মণিপুর। হীরম খুদিংমক্তা শোক্লম্মী। হীরম খুদিংমক্তা য়াওরম্মী। লাইরিক হৈতে মীরক তিল্লমদে শিন্থোং খঙলমদে হায়বিবদি যাই খঙদবশিংনা। খঙলগদি ঙক্কনি। ওলিম্পিক্কী ৱাখল্লোনসু লৈরম্মী। মণিপুব ওলিম্পিক গেমসসু পাঙথোক্লম্মী। অফবা শান্নরোয়সু মশীং থীংঙমদনা লৈরম্মী। মণিপুবগী স্পোর্তসকী ইতিহাস অমত্তংসু হৌজিক্কী মীরোলনা পুথোকপিববদি খল্লকই। চাংযেং ওইনা লাইরিকসিদা শান্নবোয় খরগী মরমদা পুথোকচবনি। হেক য়াবিবমখৈদি লান্দনবা হোৎনজখি। রেকোর্দ তৌবগী হৈনবী লৈগনদবা মৈতৈশিংদা অচুম্বা নুমিৎ থা চহী থিবদা অৱাবা অমদি ওইখি। অহানবনি। চাংযেংনি। অরানবা য়াওবমলবসু অচুম্বদু তাকপিবক্লবদি নুংঙাইজগনি। মযাম পূন্না অচুম্বা ইতিহাস অমদি ইমিন্নবা চঙঙি। পোকপগী কুঠি ফাওবা লৈখিদ্রবা মতুংদা মাঙহনখিবা মবী লৈনবা চে-চাং দাইরী শিজিন্নবম্বা পোৎ-চৈ পূম্নমমক হুন্দোকখিবা অসিমকসু ৱাবীগী লীখুন থিবকপদা অৱাবা অমা ওইরিবনি। মশক নাইখিবা অমনা শীজিন্নবম্বা পোৎলম কযা ম্যুজিযম্নচিংবদা থমগে হাযবা তাবক্লবদি করি লৈহৌগদৌবি? মপান লমদদি মমল ৱানা লৌদুনা থম্লবি তুংগী মীবোলদা হৌথ্রবগী ইতিহাসপু নীংশিংবগী চেনা হাংদোকহন্নবা।

হীবম খুদিংমক্তা শোক্লল্লিবা মণিপুরগা মরী লৈনবশিংগী খোমজিনবা লাইরিক অমগী মঙ মঙদুনা লাকখি সাথৌলৃপ্না। মপূং ফাবা হায়বদুদি য়াম্না থাপ্না লৈবি। অহৌবা ওইনা মণিপুরগা মবী লৈনবা লাইরিক অমা পুথোক্লবা হোৎনবসিদা হীরম খুদিংমক্কী মশক নাইরবা অইবশিংনা মখোয় মখোয়গী ৱারেংশিংবু ফোঙবা যাহনবিবগীদমক থাগৎপা ফোঙদোকচরি। ৱারেংশিং অসিবু ফোঙখিবা চেফোঙশিংগী মবী লৈনবশিং, পাউ-চেগী মীওইশিং পূম্নমক্কী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। হেন্না মপূং ফানবা হাযদুনা ৱারেংশিং অসিগী মরী লৈনবা মতাং কযাদা হকথেঙননা উনদুনা মখোয় মখোযনা খঙহৌ উহৌবশিংদু থম্মোয শেংনা ফোঙদোকপিরকখিবা মীওইশিংবুসু নোল্লুকপা উৎচরি। আশাদি তৌরিবা মণিপুরগী মরমদা মণিপুবগী ৱারীদা মণিপুরগী থৌদোক্তা যূম্ফম ওইবা লাইরিক কয়া পুথোকচগে হায়না। লম্বী অমদি পীবিরল্লে লাইওইথ্রবা ইপা-ইপুশিংনা। চৎপদি ঙল্লগনি লম্বী অমদি লৈরবনিনা। চৎনবগী লম্বী অমা পীবিবল্লিবা ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংগীদমক ঐখোয়না চাউথোকচৈ।

*শরতচান্দ থিয়াম*

## মণিপুর অমসুং অতৈ ৱারেং খরা

## খুদোল্লিবশিং

**মহারাজকুমারী বিনোদিনী দেবী** - অইবীনি। কমলকুমারী নেসনেল এৱার্দ ফংস্রে। লৈকোলগী প্রসিদেন্ট ওইবি। **ডা. রাজেন তোইজাম্বা** - অইবনি, ক্রিতিক্রি। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিতিদা মণিপুরী তম্বীবি। **নাউরোইবম ইন্দ্রমনি** - মণিপুরগী অরিবা লাইরিক কয়া থিজিনবা মীশক্রি। রিফোর্ম জরনেলগী এদিটর ইন চিফ ওইবি। **দিএল কবুই** - কবুই জাতিগী মরমদা থীজিল্লিবা মীশক অমনি। কবুইগী মরমদা ৱারেং কয়া পুথোকস্রে। **অঙোম সরিতা দেবী** অইবীনি। মণিপুরগী মরমদা কুপ্না থিজিল্লিবীনি। **থাইদেম প্রমোদিনী**- অইবীনি। সাহিত্যগী মচল খুদিংমক্তা খুৎ থাবীনি। মমল যাম্লবা লাইরিক কয়া থম্বীবমলগা হৌজিক্তি অইবংপাল থাদোকস্রে। **শরতচান্দ থিয়াম** - অইবনি। নোর্থ ইষ্ট জোন কলচরেল সেন্টরগী মেম্বরনি। **এ কে শেরাম, ওইনাম রমেন্দ্র, টি বি হামোম, খোইরোম ইন্দ্রজিৎ, অব্দুল মজিদ চৌধুরী** - বাংলাদেশতা লৈবা মণিপুরীশিংনি। লোন, সাহিত্য, শেনমিৎলোন্নচিংবগী ফিভম ফগৎহন্নবা হোৎনরিবা মীওইশিংনি। **এন দি হোদাম্বা**- বরাক তম্পাক্কী অইবনি। লৈন ৱারেং কয়া পুথোকস্রে। **এল বীরমঙ্গল সিংহ** - ত্রিপুরাগী মণিপুরী অইবনি। কামিনি কুমার এৱার্দ ফংস্রে। **রোবিন এস. ঙাঙোম**- কবিনি, ক্রিতিক্রি। শৈরেং কয়া ইন্টরনেসনেল মেগাজিন অমসুং এন্থোলোজিদা ফংস্রে। **বীমাবতী থিয়াম ওংবী** - অইবীনি। লৈকোলগী সেক্রেটরী ওইবি। **এস এম শৈখ**- অইবনি। ইস্লামিক কলচরেল এন্দ রিসার্চ এসোসিয়েসন মণিপুরগী সেক্রেটরিনি। **সনসম বীরেন্দ্র**- মণিপুরদা ইন্দাস্ত্রিবু চাওখৎহন্নবা হোৎনরিবা মীশক্রি। মণিপুর সরকারগী কমর্স এন্দ ইন্দাস্ত্রিজ দিপার্টমেন্টতা ফঙ্কসনেল মেনেজর ওইবি। **ইবোসনা য়ামবেম** - অইবনি, ক্রিতিক্রি। য়ুনাইতেদ কলেজ চান্দেলদা মণিপুরীগী হেদ ওইবি। **খুলেম চন্দ্রসেখর** - পণ্ডিতনি, মণিপুরগী অরিবা সাহিত্য কলা অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা ইবা লাইরিক ২০ গী মথক্তা ফোঙস্রে। **ডা. ৱাইখোম রোমেস** মণিপুরগী অরিবা লাইরিক, নাৎ, চৎনলোনচৎ অমসুং হৌখিবা পুৱারীগী মরমদা কুপ্না থিজিল্লিবা মীশক্রি। **ডা. ঐচ. বিনোদকুমার** - অইবনি। লিঙ্গুইসতিক্তা মরি লৈননা চে কয়া পুথোকস্রে। **ডা. এম. প্রিয়োবর্ত্ত**- অইবনি, ক্রিতিক্রি। দি. এম. কলেজ ওফ আর্টসতা ইংলিসকী ওজা ওইরি। **তায়েঙ্গম বিজয়কুমার** - অইবনি, ত্রান্সলেটরনি। কথা এৱার্দ ফংস্রে। পেংগুইন প্রাইজসু ফংস্রে।

# শিলোং রাজা জয়সিংহ

*মহারাজকুমারী বিনোদিনী দেবী*

*শিলোং রাজা জয়সিংহ হায়বা ঐগী Personal Essay অসি রাবী অকবদগী ১৯৬৭ কী জুলাই ২৬ তা ইখবনি। মইবা অমগী ইচিনগা ঐনা ঐগী পামজবা রাখলগী শকক খবসু ঐনা হাপচিনজখি। হায়জনীংবা অমনা ক্লাইবগী তুংদা ঐনা শিলোংদা কলেজ ওস্প তৌবকপদা ঐনা অখি— খুদাইখুত্তে Junior McCulloch সনাজাওবা শিলোংদা থাসি নুপী লৌদুনা মফম অমদা যম্না রানা তিংলি। ঐনা পাউ থাজখি— ঐ অমুক্তা খুকমজগে, শক খঙজগে হায়না। অদুবু ওমা পাউ লাক্‌খি "ঐহাক ঐগী শাগে-নাতে উনবরোই ঐবু কাউথোক্কো" নুমিৎ অদুদা ঐনা নীংঙমখিদে ঐনা কপ্পুখি। তুসিসু ঈকুপ অসিদা কবিতসা নীংশিংলকপা মীকুপ্তা ঐ নীংঙমদ্রি, কপ্পীংলি।*

*— অইবী*

নোংমা, ফিবাংজী ফিদা খন খন যাম্নদুনা, তাইবোং হাপ্পা শামু লাবা অমা হাপ্পা বাংলা তম্না চঙখি। শামুনা নেম-নোম ১২পদা মথক্তা তোংলিবী অদুগী হকচাং কয়াংতা ইপোম তৌবকখি। মীংযেং লৃকক্রে, থম্বাল লৈবীক মানবা শাইনোম্না মায়থোঙ তঙ্খায় অমা কৃপ্লি। বেশম ফৃবিংতগী লীংথোবকপা খৃজী শিবা অঙৌবা পান্সোম অনীনা শামু তাইবোংতা কন্না যাম্লি। তুংদা শন্নীংনপ্লিগী মৌ অদুনা চোইনা তাবা শপ্লাংবু তত্তনা শেমজীনবিরি।

মীনা ফিডৌ ফৌনা যেংনৈ। বন্দি ঙাঙনদে। ফীবম অসিবু পাক থাজবা ঙমদবগুম, নুংশা পীক্লা হোন্দুনা তৃমিন-তৃমিন যেংনবা ঙাক্লেনি। পুক্নীং ফাবা ঙমদবা কনা গুম্বনা চিবোন-চিবোন ঙাঙনবকপদা মনাক্তা লৈবিবা অহলশিংনা খৃদোম্বীনা মচীন্দা থমদুনা তৃমিন লৈয়ু রাবক্লরকই।

কবদ্না মজাইবেম্মনো শকতেনবী অসিবু! কবিগী হাপ্পা বাংলা তম্না চঙখ্রিবা? কনানোসিবু?

মণিপুর সনা লৈবাক্তা থাঙ্গৈশেংনা বৃতিশ শাসনদি তৌদ্রি— মরী লৈনবদি হৌবক্লে। চন্দ্রকীর্তি রাখল লৈবা নিংথৌনি— সনা পুক্নীংদা রাখল তৌই— য়াদি যাবরোইসে নোংমা মণিপুর চংখিবা শোয়দ্রে। পুক্নীংদা নুংনাংঙি অদুবু নুপাথোক্লা মাযোক যাবা তাবনি— তহা তহাবা যাদে তফিং তফিংবা যাদে অসুম্না খনখি নিংথৌনা।

থৌবাল নিঙোল থোপীবু মচা নিঙোল শকুনা এজেন্ত McCulloch সাহেবতা থাজখি হায়নৈ। নিংথৌগী মচানুপী অমনা পুবা পোংলোই শমপোং লোইনা পীবিখিবনিসু হায। অসিগী অচুম-অবানদি চগাচাবা খঙদে। মতম অদুদা থৌবালদা পোকপী থোকপম নিঙোল থোপীনা মবৃক্তা কবি খন্দুনা য়াখিবা অদুসু খঙদে। মতম অদো মণিপুর সনা লৈবাক্তা ধর্মগী অকনবা প্রভাব লৈবা মতমনি। অসিগুম্না মতমদা মৈতে চনু অমনা ফিবিঙ্গিগী তালোয় ওইযু হায়বা করম্না যাখিবনো খনবদা লুনা থোকই— অদুবু নিংথৌ সনা য়াথংগী মমল লৈবা মতমনি।

লেপ্মী, ডাইদুনা লৈরিবা ভাস্থক মতা মথং মথং চিংখি। করিগুম্বদা নুংশিনা ঈশৈ শকই অদুগা খঙহৌদনা হীক হীক কপথোকই। কনাগীদমক করিগীদমক! ম্রখ্যানা নুংঙাইতবগী মরম মহাক্লো ওইরমগদরা খঙ্গদুনা ইবেতোম্না ইকায়খে। মেম লৌদুনা জাং তাবা অসিবু ম্রখ্যানা য়াম্না লায়না মপুক্রীংদা লৌবা ঙমখিদবরা হায়না চিংনবা পোক্রকই। মতম অদুদা জাং তাম্রবা মীবু শিম্ভবনি হায়না লৌনবা মতমনি। করিগুম্বদা ম্রখ্যানা ৱারী শাবদা হায়খি হায়– "ঐনা গঙ্গা থক্লিবা অসি অম্রাবা কাউনবনি।" করি অম্রাবনো মদুদি হায়দেক্লেমদে। কাউথোকপিয়ক্লবা মরৈবাকপু থোইনা হেন্না নুংশি হুম্ববদি খঙবা ঙম্মী।

মতম অদুদা ম্রখ্যা উনবা মৈতে মচা কয়া শিলোংদা চংলম্মী। তত্তনা দেব-কর্ম প্রদ্ধানচিংবদা মতেঙ পীরকই। বৃন্দাবন চংকে খোঙশাম্লক্লবা মৈতে মচানা কবিগুম্না ম্রখ্যা উনবা শিলোংদা চংলুরবদি শোয়দনা লুপা ৫০ কংখি হায়নসু হায়নে। ম্রখ্যাগী করি ধর্মনো খঙদে অদুবু মিনুংশিনা মাগী অথোয়বা ধর্মনি হায়বা অসিগীদি প্রমাণ য়াম্না লৈ। মহারাজ চূড়াচান্দনা বোজ কোতেজ হায়বা বাংলা অসি ম্রখ্যাদগী লৈবনি। মসি অপর শিলোংদনি অদুগা ম্রখ্যাসু অনকপদা পীক্লবা কোতেজ অমদা অদুম মবৈ। মচাইবুংঙো অমত্তা মপোকই মচাগী মমিংসু সনাজাওবা কৌই অদুগা মৈতৈনদি ম্রখ্যা McCulloch হায়না কৌই। পেম্মা য়েলহৌ কবী ভুংগী পোলোই য়েংনসি হায়বদুনি। সনাজাওবা মপা-মচাগী পুন্সি মবোইশিন কজদে। অদুবু থম্মোয়দদি নবসিংহ শাগৈ নিংথৌমচানি হায়বা কাউখিদে। মতাঙ অসিদা ৱাৰী অমা নীংশিংলকই। ম্রখ্যা সনাজাওবা (Junior) অসি মতম অমদা পুলিস দিপার্তমেন্তা থবক মচা অমা তৌরম্মী হায়। আম্না (য়োকচবী) তরুক্ল নাউয়োক্লপা ম্রখ্যা McCulloch কা নোংমা উনগনি হায়বা অসি কনানসু থাজদবনি। ম্রখ্যা McCulloch য়েংবদদি থাজেশেংবা সাহেবনি। মৈতৈগী মমি করিগুম্না মকম অমত্তদা তাদে। করিগুম্না ম্রখ্যাদা মৈতৈগী শকক য়াওরম্লবদি মাগী থম্মোয় অদুতনি। করিগুম্না মতম অমদা মহারাজ চূড়াচান্দগী থৌগল চংপা মনাই ৱনা শিলোংগী লম্বীদা কোয়বা থোরকই। মেম লৈশাবী ময়াম চংপা হেক উক্লরে। মৈতৈ ওইবগী অচম্বা সভাব মতুং ইন্না ফাগি পুবা কনাগুম্না অমনা খঙহৌদনা চোলোম তৌদুনা লংনবকই–

*"দৃকোকপী পান্দেবী*
*নঙংলাংগী ৱাকনা*
*থম্ৰৌ পাবুং লম্বোইরে।"*

পুলিসনা চুমখ্রিং পুশিল্লি পুলিস স্তেসনদা ম্রখ্যা McCulloch কী মনাক্তা পুশিল্লি, ম্রখ্যানা হংখি "কৈদৌরে?" ম্রখ্যা উবদা ইকায়বনা শিখরে অদুবু তঙাইফদনা ৱারী লী। ম্রখ্যানা শাউনা হায়রকই– "লৱায়মচা। মখোয়না মৈতৈ ঐখোয়বু ফাবা য়াববা?" থাদোকপিবক্লে অদুম।

নুমিৎ তারমদাইনি শিলোং রাজা অহল মতম ওইশিল্লক্লে। খা-রাই খঙদনা ঙাওরবগী চোকথবা মতমনি। পুন্সিদা খরচ তৌমনখিবনা ভুংশিন-খাতাদা করিগুম্না অমত্তা লেমহৌদরে। চোকথরবা মতৈ-মনাওনা পীক্লবা কোতেজ অমদা মতম ঙাইরকই। পুন্সিদা ৱাকংপা হৈত্রবী ইংরেজ চনু ইবেতোম্না অচৌবা দম্মাজনা নীংখায়রকপা অদু ভূমিম্না য়েংখি। শাংলবা নুংশা মপী অমা হোম্লি অদুবু কনাবুসু ৱায়ৌখিদে– পুন্সিদি মসিনি খনবা মাল্লে। অদুবু হিংবা তাবনি

কদায়দা চেম্লুনি? মপুরোইবনা গঙ্গাগী নিশানা কাচিন অমদা উইরি, মানা ফজরবা লংলবা অপীকপা হীদাকফৃ অমগা লেশ হাল্লা রুমাল পায়বা মথৃংনা পায়দুনা হীদাকফৃ চিংলি। মকোক্তা য়েংলিবা অমুবা রুমাল অদুনা য়েমগী কুচুবু অমুক হেন্না ঙৌহল্লি। মপাঙ্গোংদা মায়থোঙদা অৱাবা উংতে।

মহারাজ চূড়াচান্দ ম্রথ্যাগা মরীদা মপা-মচা থোকপনি। ম্রথ্যানা মাগী নুপীদা ইমাশী কৌহল্লীংবা উদুনা নিংথেমসু ইমাশী কৌই য়েমদা। মদু তারগা ম্রথ্যাগী মীৎলু অনী পিনা ইরং লংহনখি। মহারাজনা শিলোংদা লৈবা মতমদা তত্তনা ম্রথ্যানা মচাইবুংঙো উনবা লাকই। লৃ-হেনবা ম্রথ্যানা মপান থোবকপদা লায়রা চৈথেঙ ফংলে হায়বা খঙহন্দে। পুক্লিদ মায়থীরে হায়বা অসি মীনা খঙখিবা ইকায়জে। অয়াম্বা মতমদা ফৈজোম থোল্লী, কবিগুরুদা সুইত থোনবসু য়াওই।

নোংমগী ৱারীনি। ম্রথ্যানা মচাইবুংঙো নিংথেম উনবা লাকখি। নুমিৎ অদু ফৈজোম থোল্লী, অমুবা কুর্তা অমা চোঙ্গপ্রা লীংজি। মহারাজনা মভোল ইবুংঙো উবদা নংহৌররোই মতাগুম চেনশীন্দুনা খুকমখি। মভোল ইবুংঙোসু হাল্লা খুকমহৌগে মতাগুম চেনশীন্দুনা নিংথেম শিশকপু খুকমজে। অনীমক চপ মান্ননা লৈমায়দা নোঙ্গে। উহৌবা মীনা থৌদোক অসিগী ফজবা কৃষ্ণেবু হৌজিক ফাওবা নীংশিংদুনা ৱাবী শাই।

ম্রথ্যানা নিংথেমদা তাকপী– "ইচানা মণিপুর সনা লৈবাক্তা পানবনা নরসিংহ শাগৈবু থাজংলে। ইপাথোয় লোইনা লাইবক ফরবনি। অদুগা ঐদি য়াইদগী ওক্তবা, ফত্তবা নথোয় মযামগী মরক্তা তিনবা য়াদবা হায়বদু ওইবে। নঙদি নিংথৌনি, ইপানা করিগুম্বা অমত্তং নঙোন্দা শিন্নবমগে। নঙনদি গুমগনি অতৈনদি গুম্ররোই। ইপানা হয়েং শিবা মতমদা ঐগী হকচাং অসি মৈ থাবীয়ু অদুগা ঐগী লাইবক্কী শরু মচেৎ অমা শ্রীধাম বৃন্দাবন য়ৌহনবিয়ু।" অনীমক কপখি। শিলোং বাজা জয়সিংহ শিলোংদা লৈখিদে। মানা শিবা মতমদা মহারাজসু শিলোংদা লৈ। হকচাং উবক্লবা মতমদা কৌশিনববা হায়না থাজনৈ। ম্রথ্যাগী হকচাংসু মাগী হিজোল মনুংদা সংস্কার তৌখি। পামজবদ্ধ মতুং ইন্না ম্রথ্যাগী অস্তি পুদুনা মহারাজনা রাধাকুণ্ডদা সেবা ফংখি।

লমহেনবা মৈরা অমা চাউনা লংনা গুাপ্রপ্রগা শিলোংগী অচীকপা চীংলৈবাক্তা খংমৃং মৃংখি। তাজোয ফাওবা তাহৌদে।

# কলচরগী ব্রাহম্লোক

*ডা. রাজেন তোইজাম্বা*

কলচব হায়বসি ওসিগী মতম অসিদা মশাগী মফম, ব্রাহম্লোক লৈজববা থোইদোক্লা সমাজ অমবু জাতি অমবু মশকতাকপদা পাক্লা চাউনা কোনশিল্লবা হীরম অমনি। লমসিদা ওসিফাওবদা তোঙান-তোঙানবা মীওইবগী য়েলহৌ খুন্নাইবু নৈনবিবা (Ethnographers) শোলাব কয়ানা মাগী মাগী মোত পীনদুনা ব্রাহম্লোক কয়া পুথোক্লবক্লি। শোলারশিং অদুনা মখোয় মখোযগী শাংলবা এক্সপরিয়েন্স কয়াগী মতুংদা মসিগী দিফিনিসন অমদি ইন্টরপ্রিটেসন কয়া পীনরক্লি। মক ওইনা লম অসিদা মনুং চংশিল্লা থিজিনবগী থবক তৌবক্লিবসি থোইদোক হেন্দোক্লবা এন্থ্রোপোলোজিগী শোলাবশিংননি হায়বা য়াই।

'কলচর' হায়বা ব্রাহ্ম অসিমক্তি অমদি মসিগী দিফিনিসনদি ইহান হানবা ওইনা ব্রিটিস এন্থ্রোপোলোজিষ্ট Edward Bernett Tylor (1832-1917 ) না মাগী মমিং লৈরবা খ্বাইনা বঙনরবা লাইরিক Primitive Culture হায়বসিদা ১৮৭১ দা পুথোরকপনি। Tylor না ব্বারম অসিবু য়াম্লা লূনা (Complex) সমাজ অমগী মনুংদা সমাজ অদুবু লীংলিবা মীওইবগী মচংশিংদা য়াওজবা, মীওইবা অমনদি সমাজ অদুদা হিংবদা তৌবা ওস্না থবক থৌবর্মশিং অদুনি হায়না লৌই। খুদম ওইনা লৌশিং তানশিনবা (knowledge), সমাজ অদুনা থাজনবিবা (traditional belief) , কলাগী ওইবা মশকশিং (Art), সমাজ অদুগী শাজং (moral), নিতি-নিয়মশিং (Law), চংনবীগী মশক (Custom), অমদি মীওইবনা মী অমা ওইনা সমাজদা হিংবদা তানশিনবা য়াবা, তৌবা ওস্না পুম্নমকপু কেনশিন্দুনা মশক তাক্লবা অমসুং ব্রাহম্লোক পীনবা হোংনৈ। মবম অদুনা কলচর হায়বসিদি তমগদবনি, মী অমনা পোক্লকপদা, মপা মপুগী ঈদা খুদুং ইন্দুনা লোয়নরক্লবা মশকশিং অদু নত্তে হায়না হায়। খুদম ওইনা অঙাং অমনা জাতি কাংলূপ অমা পোক্লকই, মথংদা জাতি অদুগী চংনবীনা মহাকপু য়োক্লকই; চংনবীশিং অদুবু মথম্বা অঙাং অদুনা তম্লকই। মসিবু E.B. Tylor না Culture is learned behaviour in contrast to genetically endowed behaviour হায়না হায়। মরম অদুনা মী অমনা মানা হিংলিবা সমাজ অদুগী তানশিনগদৌবিবা তমগদৌরিবা পুম্নমক অদুদি Tylor গী মোত মতুং ইন্না knowledge, belief, art, moral, law, custom অমদি অতৈ মী অমনা সমাজ অদুগী মনুংদা হিংবদা থেংনবা তৌবা ওস্বশিং অদুনি।

মথক্কী Tylor গী ক্লাসিকেল ওইরবা ইন্টরপ্রিটেসন হায়বদি ব্রাহম্লোক অসিনা লমসিদা পৃথিবী মীওইবগী য়েলহৌঙৈ খুন্নাইবু বৈজ্ঞানিক ওইনা নৈনরিবা শোলারশিংদা (Ethnographers) অহোঙবা অনৌবা খোঙথাং অমা পীবা হৌরকই। Tylor না থাজরিবা

মীওইবগী কলচর হায়বাসে শেলকে ম ওম্মশ ...সগী সিভিলাইজেসন অসি ফাওবা শমথরক্কিবা, লোয়নরক্কিবা মীওইবগী মতৌ অসিনি হায়বসিদা খোলার অয়াম্বনা য়ানীংবগী বাফম কোংদোক্লখি। মসিগী মতুংদা Malinowski (1884-1942), AR. Radcliffe Brown (1881-1955), A.L. Kroeber (1876-1960), Ruth Bendict (1934-) David Bidney (1953- ) নচিংবা এন্থ্রোপোলোজিস্টগী খোলারশিংনা মাগী মাগী দিফিনিসন অমদি ইন্টপ্রিটেসন পীনদুনা কলচরবু মশক তাক্লি। Malinowski না কলেপ অসিবু য়াম্না সাইন্টিফিক ওইনা নৈনদুনা মশক তাক্লবা হোংনৈ। মহাক্না হায়, "Culture as an instrumental reality, and apparatus for the satisfaction of the biological and derived need " বাফম অসিনা কলচর হায়বসি মীওইবনা তাইবঙ্গী জীব অমা ওইনা চংলিবা মরমচংশিং অদুবুনি হায়না লৌবা তাই। মরম অদুনা জীব নৈনরোলগী মীংথেংদগী কলচর হায়বসি মশক তাক্কদবনি হায়বসি Malinowski গী মোতনি। অদুবু Malinowski গী biological interpretation অসি অতোপ্পা মতমদুগী ব্রিটিস এন্থ্রোপোলোজিষ্ট A.R. Radcliffe Brown নদি য়ানীংখিদে। Radcliffe Brown না চুম্নতা য়ানীংদবতা নত্তনা 'কলচর' হায়বা বাহৈসি ফাওবা Social Institution শিংদা শীজিন্নানীংদবগী বাফম মাগী 'Social structure ' নৈনবদা পল্লি। মসিগী তুংদা কলচরগী বাখল্লোনসি মতমদুগী এন্থ্রোপোলিজিষ্ট অয়াম্বনা মখা তানা নৈনরকখি। মখোয়গী মরক্তা A.L. Kroeber (1876-1960), Ruth Bendict, David Bidney গী বাফম নৈনবা য়াই। অদুবু অয়াম্বদি Tylor গী ১৮৭১ দা পুথোকখিবা that complex whole which includes knowledge, belief, art, law, morals customs and all other capabilities and habits acquired by man as a member of society. " হায়বসিদগী খোইনা হেন্না মরীক চুম্লসি থেক্রক্তবগুম থবা য়াংনা লৌনরি। অদুবু মহাক্কী মতুংদা থোবকখিবা খোলারশিংগী মবক্তা কলচরগী মশক অসিবু তাক্লবা হোংনবদা এঙ্কল কয়াদগী থেংদুনা কম্পোনেন্ট কয়াবু মশক তাক্নুনা লেভেল কয়াদা খায়দোক্লনা নৈনরকখিবদি A.L. Kroeber নি অদুগা Malinowski অমদি David Bidney গী বাফমসু নৈনবা য়াবা অমনি। মরম অদুনা Tylor গী তুংদা কনসেপ্ত অসিবু নৈনবিবা খোলার থরসি থেংসি।

A.L. Kroeber নদি কলচর হায়রগা সমাজ অমগী চাউখংপগী মঙাল ফংলবা অমদি ফংথ্রিবা কাংলুপ অনিমক্তা চংনরিবা মখোয়গী লীচং-শাজং পুম্নমকপু কোনশিল্লগা customary term ওইনা লীজিন্নরি। মসিগা লোয়ননা Kroeber না অসিগুম্না বাহল্লোক অসিগা নকশিন্নানা কলেপ অসিবু অহানবদা থাক অহুমদা মশক তাক্লি। থাক অহুম অদুদি ঃ

১। বেসিক কলচর, ২। সোসিএল কলচর, ৩। ভেল্যু কলচর -অসিনি।

মসি ওইদুনসু Kroeber না খায়দোকলিবা অহানবগী লেভেল অহুম অসিতনা কোনশিন্দুনা কলচরবু মশক তাকপা অমদি বাহল্লোক পীবনা মপুং ফারোই হায়না লৌই। অহানবগী থাক অহুম অসিদি বাখল্লোন অসিবু হোংদোক -হোংজিন তৌথিদনবা পুথোকপনি মবম অদুনা মহাক্না মখা তারকপা ওইনা অতৈ মচাক থরগা হাপচিন্দুনা মখা তাবা লেবেল

অহুম অমগা অমুক খায়দোক্লগা মশক তাক্লবা হোংনরি। লেভেলশিং অদুদি :

৪। লেঙ্গুএজ ৫। মোরেলিটি এন্দ লো ৬। ফেসন- অসিনি।

মথক্কী খায়দোক্লিবা লেভেলশিং অমদি লোয়নরিবা কোম্পোনেন্টশিং অসিবু তেন্না নৈনদুনা অসুম্না মশক তাকপা য়াইঃ

১। **বেসিক কলচর :** মীওইবা জাতি কাংলুপ অমগী শক্তম তাকপা গুম্না, চাকচা-য়ূধক, য়ুমশা-কৈশা, পোংলম থৌরমশিংবু উরগা জাতি অদুবু অদুগুম্না জাতিনি হায়না আইদেন্টিফাইদ তৌবা, খগুহনবা গুম্না অদুবু বেসিক কলচরনি। খুদম ওইনা মৈতৈগী য়ুমশা-কৈশা মওং অসি হেক উবদা মসি মৈতৈগী য়ুমনি হায়বা খঙবা ঙমগনি। মৈতৈগী কনেক মপান নাইবা অসি কনাগুম্না মুসলিম নুপী নংত্রগা জাতি তোঙানবগী নুপী অমনা শেংলবসু লায়না জাতি অসিগীনি হায়না মশক খঙবা ঙমগনি। অসিগুম্না জাতি অতৈগীসু মাগী মাগী কাংলুপকী মশক তাকপা গুম্না পোংলম চৈরমশিংবু Physical culture or Material culture or Basic culture হায়না Kroeber না মশক তাকই।

২। **সোসিএল কলচর :** জাতি কাংলুপ অমা লিংবদা মীশিং অদুগী মবম্নাইগী রাকম নত্তবা পুম্ন-পুম্না থবক শুমিন্নফম, মীয়ামগী ওইবা মকম, জ্ঞান লৌশিং লৌফম, রা তানফম, থৌদোক রাখোক্কী ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থৌরমশিং পাঙথোকনকমুচিংবদা চংনবিবা অপূনবগী ওইবা মচৎ অদুবু Kroeber না সোসিএল কলচব হায়না মশক তাকই। মসি চংনবী কসতম্না পুনশিন্দুনা অপূনবগী মশক অমা শাগৎপদা লৌনরিবা, য়ানরিবা, শাক্তংশিং অদুবুনি। খুদম ওইনা মৈতৈশিংনা শোরাং, লুহোং-খোংদোংবা মতমদা মযাম্না য়ানববা চংনবী অমনা পুম্নি। তৌনবা তৌনদবা হায়বা অমা খায়দোক্লি। অসুম্না ক্লাসতা ওজা চংলকপা মতমদা ছাত্রশিংনা হৌগংলি। ওজা চংলকপদা হৌগংতুনা বেতার উৎপা হায়বসি ঐখোয়গী চংনবীনি। অতৈ জাতি অমদদি তৌরমদবসু য়াই। অসুম্না অপূনবগী মশক অমা চংনদুনা লৈবিবা অসিবু সোসিএল কলচব হায়না লৌবা য়াই।

৩। **ভেল্যু কলচর নত্রগা কাইন কলচরঃ** মীওইবা সমাজ অমা লিংবদা সমাজ অদুগী চুপলি অদু লাইনিং-লাইশোন, ধর্ম্ম-কর্ম্মগী রাখল্লোম্না ওই। মসিগী পল অদু লৈতবা মকমদা লৈবাক খুম্নাই অমনা চাউখৎপা ঙমদে। অচেৎপা লাইনিং-লাইশোনগী চংনবীনা লৈবাক খুম্নাই অদুগী য়াংলেন শরু ওইরিবনি। মসিনা কোমথরকপা মতমদা খুম্নাই অদু চুপলি য়াওদ্রবা শগোলগুম্না তৌনিং তৌনীংবতা তৌবা নিয়ম কাংলোন লৈতবা ওইনা থোকই। অদুগুম্না সমাজ অমা লিংবদা চুপলি ওইরিবা লাইনিং-লাইশোন ধর্ম্মগী চংনবী, নিয়মশিং অদুবু, ভেল্যু কলচর নংত্রগা কাইন কলচর হায়না লেভেল অমা থম্মী। খুদম ওইনা হিন্দু সমাজনা চংনরিবা থৌরম, লাইনিং-লাইশোন অসিনা ভারতকী হিন্দু ধর্ম্ম চংপা জাতি অসিগী মীরৌল কয়াবু চহী লীশিং কয়াদা লীশাং শিংনা ঙাক-শেন্দুনা য়োক্লকলি। অদুগুম্না ধর্ম্মগী পল অদুনা লৈরমদ্রবদি লৈবাক অসিগী জাতি অসিগী মশকসু পৃথিবীগী লৈমায়দা ঙসি লৈরমদবা য়াই। অসিগুম্না মী কাংলুপ খুদিংগী মাগী মাগী লাইনিং-লাইশোন ধর্ম্মনা কাংলুপ অদুবু জাতি অদুবু ঙাক শেম্নি। অসিগুম্না লেভেল অসিবু Kroeber না ভেল্যু কলচর নংত্রগা কাইন কলচর

হায়না থম্মী।

৪। লোলঃ লোলগী মতেংনা মীওইবনা অরুবা বাখল কয়াবু ফোঙদোক্লদুনা মহে-মশিং তম্মে, বুদ্ধি লৌশিং তানশিন্নে। মীওইবগী অপাম্বা পামদবা পুম্নমক লোলনা ফোঙদোকই। লোল হায়বসি মী অমগী মপা-মপুগী ঈদা য়াওরকপা নত্তে। মসিদি তমলগা হৈগদবনি। চপ মান্নবা জাতি অমগী মনুংদা খুন্নং অমদি সহরগী লোল অনীগী মরক্তা খরা থেন্নবা লৈ। খুন্নংগী লোলদি অমুক নুম্নিদাং ঙাংনবদা শেমদোক্তবা চাওখৎতবা খরা য়াওই। মদু সহর মৌরক্লবদি মীশিং অদুগী চাওখৎপগী থাক্লা পুরক্লুনা মথন্ত চাওখৎপা বেভার য়াওবা ওইরকই। হায়রিবসি চপ মান্নবা লোল অমদনি। অমবোমদা অমুক লোলদি তমলগা হৈগদবনি ঈদা য়াওরকপা নত্তে হায়বসিগী খুদমদি - ভারত্তা পোকপা ভারত মচা অঙাং অমবু হেক পোকপগা চাইনাদা থমলুরবদি মহাক্লা চাউবকপা মতমদা চাইনাগী লোল মশানা ঙাংদুনা চাউরক্লনি। অঙাং অদু ভারত মচানি হায়দুনসু মহাক্লা ভারতকী লোলগী কলচরবু শক খঙলরোই। চাইনিজ লোনগী কলচরদা শোয়দনা চাউবক্লনি মবম অদুনা লোলগা কলচরগা নক্লবা মরী অমা লৈনৈ। লোল য়াওদনা কলচর তৌবগী মপুং ফাদবা খরা শোয়দনা লৈ। মবম অদুনা "human culture are based on language" হায়না হায়নরিবনি।

৫। মোরেলিটি এন্দ লো ঃ লৈবাক অমা খুন্নাই অমা হিংবদা অমগা অমগগী মরক্তা হেন্দোক-হেনজিন লৈবা য়াই। অদুগুম্বা মীওইবগী মীচৎ অদুনা মকা ফোঙলকপা মতমদা ফাজিন পুনশিনবা নিয়ম খবদি মীওইবা মশানা শেমজদুনা থম্বা তাই। নিয়মশিং অদুগী লৈইনা ঙাক্লুনা মীওইবগী মঙাও থিববা পৃক্লীংবু ফাথবা য়াই। মসিনা সমাজ অমা লিংবদা মী অমনা তৌবা য়াবা য়াদবা হায়বদু মথন্তা শেমজবকই। মীওইবা অপুনবগী ওইনা লৈরিবা অদুগুম্বা নিয়ম অদুবু কিবদগী মশাগী লমচৎ শাজৎ শেমজনবা খুদোংচাবা অদুবু লৌই। মসিনা সমাজ অমবু চাওখৎনবা হোংনবকপদা মথন্তা মতেং পাংজবক্লুনা কলচব তৌবা মী অমা হায়বদু ওইবকই। লৈবাক অমা খুন্নাই অমা লিংবদা লৈবাক অদুগী মীশিংগী মোরেলিটি অদুনা বাংলিবমখৈ জাতি অদুসু সোয়দনা বাংখৎকম থোকই। মবম অদুনা নিতি -নিয়ম ঙাক্লা চৎপা মোরেল বাংবা মীবু ঐখোয়না চাওখৎপা মীনি লৌনৈ অদুগুম্বা মী অদুনা কৈদৌঙেদা মশাগী হায়বা বাখলত্তা খন্দুনা মীয়ামগী জাতিগী মাঙনবা তৌদে। মহাক মশাবু মীওইবা জাতিগীনি সমাজগীনি হায়না খনবা ঙমমী। অদুনা অদুগুম্বা মী অদুবু "A cultured man is the integrated man. He is not divided within himself and against himself" হায়না মশক তাকই। মীংয়েং অসিদগী অপুনবগী নিয়ম চৎনবীগী ঙমখৈ হায়বা অমা থমদুনা মীওইবনা মীওইবগী লমচৎ শেমজবগী থাক অসিবু Kroeber না মোরেলিটি এন্দ লো হায়না থম্মী।

৬। ফেসন ঃ ফেসন হায়বসিসু ফাইন কলচরগী মচেৎ অমনি হায়না লৌবা য়াই। মসিদা অপুনবগী মশক তাকপা জাতিদুগী কাংলুপ্তুগী মশক খঙহনবা য়াবা ফিজেৎ-চাকচানচিংবগী মওং য়াওরি। মীনা মবন্নাইগীতা ওইনা ফেসন তৌরবসু জাতিদুগী মশক্তি শোয়দনা লোয়নগনি। জাতিদুগী চৎনবীগী বাংমদা মী অমনা ফেসন তৌবা ঙমদে। মীয়াম্না য়ানরিবা চৎনবী অদুগী

মনুংদা মীওইবনা মশাক্তগী য়েংদুনা শেম শানবা ভাক্তনি । খুদম ওইনা মৈতৈ নুপী অমনা মরম্মাই ওইনা কেরবসু মৈতৈগী মশক্তি হোংবা লৈরোই। ইংলিস নুপী অমনা মাগী চংনবীদা য়াম্না শেম শারবসু ইন্দিয়ান ওইনা উবা খক ওস্লোই। মরম অদুনা কেসন হায়বসিসু কাংলুপ নংত্রগা জাতিগী মশক তাকপা খওহনবা ওস্লগী মতৌ অমা লোয়নরিবা কলচরগী শরুক অমনি। মরম অদুনা কেসন বু Kroeber না বাখল্লোন অসিবু মশক তাক্লবা হোংনবদা লৈবা লেবেল অমনি হায়না লৌই।

মথংদা মথক্তা পনখিবা Malinowski গী বাকম অদু অমুক মখা তানা য়েংবা য়াই। Malinowski না অহানবদা Biological interpretation অমা পীব্রবসু ১৯৩১ দদি মহাক্কী অহোঙবা বাখল খরা লাকপওম কলচরবু অসুম্না মশক অক্লি, "culture comprises inherited artifects, goods, technical process, ideas, habits and values." অদুগা মহাক্না মখা তানা social organisation হায়বদি মীয়ামগী পুনফম অমদি মদুগা চংনবীসু কোনশিল্লি। অসুম্না Malinowski সু মমৈথংদদি Tylor গী দিফিনিসনদগী খজ্জিত্তং থৈদোক্লবসু কনা নকসিন্না চংসিল্লকখি। বাখল্লোন অসিবু মশক তাক্লবা হোংনবদা মহাকসু থাক অহুমদা থমদুনা য়েংবা হৌরকই।

১। অহানবদা চাউখংত্রিবা কাংলুপ মচা ওইরিবা মীওইশিংনা হেক্ক তৌরিবা হিংলিবা মওং পুম্নমকপু নৈনরগা কলচরবু মশক তাক্লবা হোংনবনি।

২। অনীশুবদা মীওইবনা শীজিন্নরিবা পোংলমশিং, থবক-থৌরমশিং, চংনবীশিং, মীয়ামগী ওইবা থাজনবী পুম্নমকপু কোনশিন্দুনা নৈনগদবনি হায়না পল্লি।

৩। অহুমশুবদা মহাক্না মাগী মতমগী অতৈ Sociologist অমদি Psychologist শিংনা য়ানরবা মীওইবা সমাজগী হৌরকক্তৈ পারী-পুরীগী মসক নৈনবনা কলচরবু মশক তাকপা য়াগনি হায়বশোমদা নক্না চংশিন্দুনা ফোঙদোকই। মহাক্কী বাকম অসি অখন্নবা কাংলুপ অমত্তংবু নৈনরগা কলচরবু মশক তাকনবা চংশিল্লকপা খোঙথাংনি হায়না লৌবা য়াই। অদুবু মাগী বাখলদদি মসিনা whole culture বু মশক তাকপদা মতেং ওইগনি হায়রবসিনি।

মথংদা U.S.A. গী Indian University দা থবক তৌরিবা ইরমসিগী মমিং লৈরবা থিওরিটিসিয়ান David Bidney নদি 'কলচর' নৈনবগী মতংদা অচুম্না বারোল মরিখক পুখোক্তুনা থম্মী। অচুম্না বারোলনি হায়না পুখোক্লিবা কেন্ত মরি অদুদি :

১। খুৎশেমগী ওইবা পোংথোক (Artifacts)

২। সমাজগী চংনরিবা নিতি-নিয়মশিংগী অচুম্বা মশক (Socio-facts)

৩। মীওইবনা শু- লোমদুনা হিংলিবসিগী মতৌ (Agro-facts)

৪। মীওইবগী পুক্নীংনা থাজনদুনা পাংথোক্লিবা চংনবীশিং (Menti-facts)

অদুবু মসিগী মতাংদা মসিনা মসি ওইগদবনি হায়না চপ চাবী ওমথৈ অমমম থন্নগা কলচরবু মশক তাক্তনি হায়বসিদি য়ানীংদবগী বাকম ফোঙদোকই। অদুবু মহাক্না হায়, "culture is an attribute of human behaviour and is, therefore, to be studied as an integral part of human behaviour, not as if it were a dynamic

entity capable of acting and developing apart from the organism which express themselves through it."

মথক্কী কলচরগী বাহন্থোক অমদি দিফিনিসন কয়াসিদগী লম অসিগী স্কোলারশিংনা মখোয়-মখোয়গী অপান্না বাহৈ কয়া শেম্লদুনা অর্থ কয়া হয়রে হায়বসি খঙলে। মখোয়-মখোয়না পুখোক্লরিবা বাকমশিং অদুবু অচুম্বনি হায়নবা হোৎনরি। অদুম ওইনমক ঙসিগী মীবোলশিংনা স্কোলারশিংগী বাকম পূম্নমক য়ানীংনা লৌবসু য়াই লৌদবসু য়াই। অদুবু মরু ওইবা চৎনবা য়াবা বাকম, বাখল্লোন, কন্দেপ খরদি ঐখোয়না লমসিদা মখা তানা থিজিনবদা খুদোংচানবা মশক খঙদোকপা য়াই।

# ঈতিন পেনতিন্নবা

*নাউরোইবম ইন্দ্রমণি*

পৃথিবীগী চাওখৎলবা মীওই কাঙলূপ কূরুপশিংগী মাগী মাগী থাক য়াংলবা মচৎ-মনাৎ লৈনবগুম মৈতৈ হায়বা মীওই অসিগীসু মশাগী য়েলহৌতৈদগী থাক য়াংলবা মচৎ-মনাৎ লৈজরকপা কাঙলূপনি। মৈতৈগী থাক য়াংলবা মচৎ-মনাৎশিংগী মনুংদা খুনাই অসিগী মীওইশিংগী মরক্তা নুপা-নুপী লৌন-লৈনবা, ভূখি মৌথিনবা, চারৌ-মৌরৌনবগী চৎন-লোনচৎ অসিসু থোইদোক-হেন্দোক্লা মরু ওইবা অমনি। অসিগুম্বা চৎনবী অসিগী হায়বদি মৈতৈ খুনাইদা নুপা-নুপী লৌন-লৈনবা য়াবা য়াদবগী অকক্নবা নীতি-নিয়ম, চৎন-পথাপ কয়া লৈরকই লোয়ননা ঙসি ফাওবা খুনাইসিগী মীরোলনা ঙাক্লবি। অসিগুম্বা লৈবাক্কী খুনাইগী চৎনবী অমা ওইনা লৈরবা নিয়মশিং অসিবু থওইদবা, নীতি-নিয়ম কায়বা য়াওরকপদা লৈবাক খুনাই অমদি লৈঙাক মপুশিংনা অকনবা, অহৃকপা য়ায়েল চৈবাক পীদুনা লৌন-লৈনবা য়াদবা কয়ানা লৌন-লৈনবা খিংনবা হোৎনদুনা লাকই। ঙসিগী মৈতৈ খুনাইসিদা নুপা-নুপী লৌন-লৈনবদা য়াম্না চেকশীন্না ঙাক্লেরিবা অথীংবশিংদি মপূংদা য়েক তিন্নবা, সাইরুক তিন্নবা, পেন তিন্নবা, লৈনুং পেন তিন্নবা, মুংনবা, ঈ ওম্নবনচিংবা পনবা য়াই। কবিগুম্বা কনাগুম্বনা অথীংবশিং অসিবু থওইদনা চৎনবী য়াংয়া লাক্লবা, লৌন-লৈনবা য়াদ্দবশিংনা লৌন-লৈনববদি লোই থাবা, হাও চোংপন্দা থাবা, য়াইথীবী ওইহনবনচিংবগী চৈরাক পী। শাগেগী পিবানা অসিগুম্বা খুনাইগী চৎনরোলসি ঙাক্নবা হায়বদি য়েক তিন্নবা লৌবা, মুংনবী নুপী লৌবা, ভূমন লুপ্তানচিংবা লৌববদি শাগেগী মীওইশিংনা মহাকপু পিবা ওইহন্দে। নাউদা পিবা অমদা শাগেগী পিবা ওইহল্লি।

অসিগুম্বা য়েক তিন্নবা, পেন তিন্নবা, পী তিন্নবা নুপী লৌন-লৈনবদা অথীংবা থম্বা অসি মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবনা পানবা মতমদগী (খৃ. ৩৩-১৫৪) হৌরক্লে হায়না অখঙ-অহৈশিংনা লৌনৈ। খৃ. ৪২৮ দগী ৫১৮ ফাওবা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মৈদিংঙু নাউফংবনা পীবম্বা য়াথংদা তিন-তিন্নবা, পী তিন্নবা, য়েক তিন্নবা চনু নিঙোলদি লৌনহৈদে হায়না অরিবা থৃৎই লাইরিকশিংদা ইরম্বা য়ারোলদগী খুনাই অসিগী য়াম্না ঙন্নিংঙৈ মতমদগী হৌনা নুপা-নুপী লৌন-লৈনবগী অকক্নবা য়ায়েল কাঙলোন লৈরম্মী হায়বসি খঙবা ঙম্মী।

অসুম্না ঙন্নিংঙৈ মতমদগী হৌনা নুপা-নুপী লৌন-লৈনবগী অকক্নবা নীতি-নিয়ম অমগী মখাদা লৌনবা য়াবা য়াদবগী চৎনরোল মতুং ইন্না চৎথরকপনা য়াম্না থেঙথরক্লবা মতম মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা (খৃ.১৮৫০-১৮৮৬) সলাই তরেৎমক্তা পিবাশিংবু শ্রীগোবিন্দগী মান্দপতা কৌখৎতুনা বামোন সভা, চৈরাপ, গারোৎ, অঙম-অথৌ পূন্নমক তিন্নবদা খুনাই অসিগী

মীওইশিংনা চাথি-মৌথিনবা, চনু নিঙোল লৌনকবা, লৌনকদবা, ঈতিন পেনতিন্নবা, সলাই গোত্র নাময়ুংনবা পূন্নমক লৌনফয়োই হায়না নিংথৌ মশামক্তা য়াথং লাউথোকখিবগী য়ারোল চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি।

অসিগুম্বা কয়া অসিদগী লমদমসিগী মৈতৈ খুনাইদা মচা নিঙোল থাজ-য়োঙবা, নুপা-নুপী লৌন-লৈনবা, তৃথি-মৌথিনবদা লৌনবা য়াবা য়াদবা য়াম্না চেকশীন্না য়েংনরম্মী হায়বসি খঙবা ওম্মী। মখাদা নুপা-নুপী লৌন-লৈনবদা অথীংবা থম্লিবা খুনাইসিগী চৎন-লোনচৎশিং খুদম ওইনা য়েক তিন্নবা, শাইরুক তিন্নবা, যুংনবা, ঈ ওম্বনচিংবা করিনো হায়বা শন্নগ্না নৈনদুনা উৎলি।

১। য়েক তিন্নবা ঃ

য়েক হায়বসি য়েকপা হায়বদগী য়েক হায়বনি। মসিগী অথদি মচু হায়বনি। য়েকী য়াফম লাকপদা য়েক সলাইগী য়াফম নৈনদবা য়ারক্তে। মৈতৈ খুনাইদা য়েক্তি তরেৎনি অদুগা সলাইনা মাপলনি। য়েক তরেৎ হায়বদি— ১। নিংথৌজা, ২। অঙোম, ৩। খাবা ঙানবা, ৪। চেংলৈ (শরাং লৈশাংথেম), ৫। লুবাং, ৬। খুমন, ৭। মোইরাং হায়রিবা তরেৎ অসিনি। য়েকতরেৎ অসিগী মাগী মাগী মচু তোপ্পা তোপ্পা লৈ। মদুদি- ১। নিংথৌজাগী মচু অঙাঙবা, ২। অঙোমগী মচু অঙৌবা, ৩। লুবাংগী মচু হীগোক, ৪। খাবা-ঙানবগী মচু শংনা লাংবা, ৫। চেংলৈগী (শরাং লৈশাংথেম) মচু শংনা য়াউবা, ৬। খুমনগী মচু অমুবা অমসুং ৭। মোইরাংগী মচু নাপুনা লাংবা হায়রিবা মচু তরেৎ অসিনি। য়েক তরেৎ অসিনা সলাই মাপল ওইরকপা মতমদা খাবা ঙানবা য়েক্না খাবা অমসুং ঙানবা হায়দুনা অনী থোক্লগা চেংলৈ য়েকীসু শরাং লৈশাংথেম অমসুং হাওবোক কোম্বৌ হায়দুনা অনী থোক্লগা পূন্না মাপল শুবনি। খাবা ঙানবা অমসুং শরাং লৈশাংথেম হাওবোক কোম্বৌ অসিনা অমমমতা ওইনা পূনশিন্নগুগা পূন্না য়েক তরেৎ ওইবনি। অসুন্না শমজীন্না য়েক- সলাই তরেৎ হায়নসু অদুম শীজিন্নে।

হায়রিবা য়েকল্লূপ অমমমগী মনুংদা লৈবিবা য়েক য়েক্না চাদা-নাউদাশিংবু য়েক তিন্নবা কৌই। য়েক তিন্নবা হায়বসি অমরোমদাপু তিন্নবা নৎত্রগা ঈ তিন্নবা হায়নসু য়াহল্লোক পীবা য়াই। মরমদি য়েক অমমম হায়বসি য়েক অমগী পুকোক অমদগী মীয়োল মথং-মথং চৎথরক্তুনা মখোয়গী চাদা-নাউদানা ঙসিগী খুনাই অসিদা য়েকল্লূপ অমমমগী তোঙান-তোঙানবা য়ুম্নাক শাগেশিং লৈনরির্বান। মরম অসিনা য়েক থোক্লবা, য়েক তিন্নবা হায়বসি পু নৎত্রগা পুকোক অমতদগী চৎথরকপা, শাগেশিং, য়ুম্নাকশিং অমসুং ফুরুপশিং অসি পু তিন্নবা নৎত্রগা য়াইগী মকোক ওইবা মপু অদু তিন্নবা মরম্না য়েকল্লূপ অমগী মনুংদা লৈবা মীওইশিং ঈ তিন্নে। মসিনা মবম ওইদুনা পু তিন্নবা, ঈ তিন্নবা শাগে ফুরুপ মশেলবু য়েক তিন্নবা কৌরে। য়েক তিন্নবা ফুরুপ শাগে পূন্নমক অমগা অমগা চারৌ-মৌরৌনবা, তৃথি-মৌথিনবা য়াদে। লৈবাক্তী ওইবা চৎনরোল অর্মদি নিংথৌগী ওইবা য়াথংনা অথীংবা পী। অথীংবা অসি থওইদনা, চৎনবী অসি থুগাইদুনা কনাগুম্বা নুপা-নুপী লৌন-লৈনবা থোক্লবদি লৈবাক নিংথৌনা মখোয়বু ঈহ্লোকই, লোই থায়, হাওচোংপল ওইহল্লি। শাগেগী পিবানা য়েক নুপী লৌরবদি শাগেগী পিবা ওইহন্দে। নাউদা পিবাদা শাগেগী পিবা ওইহল্লি।

অসুম্না অকনবা য়ায়েল-চৈরাক্তা লোয়ননা য়েক মশেল লৌনবা খিংলিবা অসিগী মরমদি মৈতৈশিংনা য়েক তিন্নবা নংত্রগা পু তিন্নবা নংত্রগা ঈ তিন্নবা নুপা-নুপী লৌন-লৈনরবদি মখোয়না পোক্লকপা মচাশিংদু পুন্সিদে, হকচাং শণ্ডথবনচিংবা লায়না লৈগল্লি নংত্রগা মীওই লাল্লূপ চাদবা, নাম্মা শোইবনচিংবা ওইগল্লি হায়বগী অচেংপা থাজনবী লৈনে অমসুং মসিনা মবম ওইদুনা কিনা লৌনে।

২। শাইরুক তিন্নবা ঃ

শাইরুক হায়বদি শাগেরুপ, সাখাইরুপ নংত্রগা শাইরুপ তিন্নববু শাইরুক তিন্নবা কৌই। শাইরুক তিন্নবা হায়বসি শাইরুক অচৌবা অমদি শাইরুক মচা হায়দুনা মখল অনী শুই। শাইরুক অচৌবা হায়বা অসিনা নুপা নংত্রগা মপাগী ঈ মরীনি। মসিবু মৈতৈগী অরিবা লোন্দাদা মচেত্ত পাচম্না, কায়রে ময়েল্লু হায়না শীজিন্নে। শাইরুক অচৌবা হায়বসি কনাগুম্বা নুপা অমনা তোঙান-তোঙানবা খেন্ন খেন্নবা ঘূমনাক শাগেগী চনু নিঙোল ওইবা নুপীশিংবু লৌদুনা নংত্রগা পান্নদুনা পোক্লকপা মচাশিংনা তোঙান-তোঙানবা যূম্লাক শাগে নংত্রগা য়েক সলাইশিংদা চঙনখিদুনা নংত্রগা তিনখিদুনা য়েক সলাই তোপ্পল্লবা মপা অমতদগী শমথরকপা, চংথবকপা চাদা-নাউদাশিং অদুবু শাইরুক অচৌবা তিন্নবা কৌই।

শাইরুক মচা তিন্নবা হায়বসিনা কনাগুম্বী নুপী অমনা তোঙান-তোঙানবা যূম্লাক শাগেগী নংত্রগা য়েক সলাইগী নুপাশিংদা তোপ্পা তোপ্পা ময়ূম পান্দুনা নংত্রগা পান্নদুনা পোকপা মচাশিং অদু শাইরুক মচা তিন্নবা কৌই। মসিগী খুদম পীবা তারবদি কনাগুম্বী নুপী অমনা হান্নগী নুপা অমদা মচা পোক্লবা মতুং হান্নগী নুপা অদু খাইনখিবা নংত্রগা শিখিবদগী অতোপ্পা নুপা অমদা অমুক যূম পান্নগা পোক্লকপা মচাশিংগা হান্নগী নুপাগী মচাশিংগা মমাগী ঈ মরী তিন্নবা মরম্না তোঙান-তোঙানবা যূম্লাক শাগেগী মচাশিং ওইজববসু মখোয়শিংদু শাইরুক মচা তিন্নবা কৌই। হায়বিবসিদসু নত্তনা মমাগা পোকমিন্নবা মচীন-মনাওশিংনা পোকপা মচাশিংসু শাইরুক মচা তিন্নবা কৌই।

অসিগুম্বা শাইরুক তিন্নবা মশেল লৌন-লৈনবসি লৈবাক্তী চংনরোলনা অমদি নিংথৌগী য়াথংনা অথীংবা থম্মী মরমদি শাইরুক মশেল লৌন-লৈনবা হায়বসি তৌহৈদবা নামুংবা থবক্নি। কনাগুম্বা শাইরুক তিন্নবা মশেল লৌন-লৈনরবদি মচং নাইদবনি হায়দুনা হাওচোংপন্দা থাদুনা ময়ামগা তিন্নহন্দে অদুগা মমাগা পোকমিন্নবা মন্দোন মচে মচন্নচিংবগা করিগুম্বা লৌন-লৈনরবদি য়াইথীবীদা তিলহল্লি।

মৈতৈ খুনাইদা থায়নঙৈ ঙাল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা চংনরকপা লৌন-লৈনবা য়াদবা শাইরুক মবি লৈ। হায়রিবা শাইরুক মরি অদুদি—

১। নোংদা লাইরেল পাখঙবনা খাবগা কন্থাল মূন্নঙৈ মোইরাংগী লোয়রেন সনাপুংদা খুনগুমঙৈ মোইরাংদা হাথরম্বা মুংয়াং চাউবগী ঈ মুংয়াংজম অমসুং মনাও তাংক্রুম লুম্মিবগী ঈ লোইরেঙম হায়বা যূম্লাক অনীসিগা নিংথৌজা সলাইগী যূম্লাক পূম্নমক্তা লৌনহৈদে; শাইরুক তিন্নে। তাংক্রুম লুম্মিবগী ঈ লোইরেঙম অসি মোইরাং অরিবা য়াং সলাইদা চঙল্লে। কাংহজমসু নিংথৌজা অখিবনি হায়দুনা নিংথৌজা সলাইগা লৌন-লৈনবা তৌনদে ঙাক্লে।

২। অঙোম সলাইগা মোইরাং অনৌবা কৌবা অঙাঙঙাগী ঈগা নিঙোল লাইতোনগা শাইরুক তিম্রে লৌনহেদে।

৩। শরাং লৈশাংথেমগা, খাবা ঙানবগা, হাওরোক কোম্বৌগা, মোইরাং অরিবগা শাইরুক তিম্রে, লৌনহেদে, নামুংঙি।

৪। অঙোম সলাইগী অচোং যুমলেন্নম, হিদাম, লংমাইথেম তেন্নোংবন্দংবম হায়রিবা যুম্নাক অহুম অসিগা খাবা সলাইগা শাইরুক তিম্রে লৌনহেদে। যুম্নাক অহুমসি খাবা মনাও হুনবগী ঈনি অঙোম সলাইদা চঙখিবনি।

মথক্তা পীরিবা শাইরুক মরি অসি মৈতৈগী থায়নঙৈদগী লৌন-লৈনবা য়াদে হায়না ঙাকুনা লাকপা শাইরুক মরি হায়বদি অসিনি।

৩। পেন তিন্নবা ঃ

পেন তিন্নবা হায়বসিগী ব্রাহম্বোক্তি পেন হায়বদি মবেন তিন্নবা হায়বনি। পেন তিন্নবা হায়বসি কনাগুম্বা নুপী অমনা তোঙান-তোঙানবা নুপাশিংদা ময়ূম পান্নগা পোক্লকপা তোঙান-তোঙানবা যুম্নাক শাগেগী মচাশিং অমদি মখোয়দগী চংথরকপা চাদা-নাউদা ওইবশিং অদু মখোয়বু পোকপিরক্লিবা মপা মপাশিং অদুগী মমা হায়বদি চাদা-নাউদারক্লবশিং অদুগীনা মবেন অদু তিন্নবা, অমস্তা ওইবা মরম্না পেন তিন্নবা হায়বদি মবেন তিন্নবা কৌই। পেন তিন্নবা হায়বসি মপা মরীগী মবেন তিন্নবতা নত্তনা মমা মরীগী মবেন তিন্নবসু পেন তিন্নবা কৌই। মবেন অমনা পোক্লকপা মচানুপী মচানুপাশিংনা পোক্লকপা মচাশিং মশূশিং অদুগী মবেন তিম্রে। মরম অসিনা চংথরক্লিবা চাদা-নাউদা ওইবা মশূ নংত্রগা শূথাঙশিং অদু মবেন তিন্নবা হায়বদি পেন তিন্নবা কৌরে। পেন তিন্নবা মশেল লৌন-লৈনবদা খুনাইনা অমদি লৈঙাক মশূগী চৈয়াক্লা অথীংবা থম্মী, লৌনবা য়াদে।

৪। লৈনুং পেন তিন্নবা ঃ

লৈনুং পেন তিন্নবা হায়বসিসু পেন তিন্নবগা মান্নে। অদুবু লৈনুং পেন তিন্নবা হায়বসিনা থায়না মমাঙৈগী মতমদা পেন নংত্রগা মবেন নংত্রগা মবোক তিন্নবনি। মমাঙৈ য়াম্না ঙল্লিঙৈদা মবেন নংত্রগা মবেক্নৌ অমখক্তগী শমথরকপা, খাইথরকপা চাদা-নাউদাবকপা মশূ শূথাঙশিংগী মরক্তা অমগা অমগা লৈনুং পেন তিম্রে। মসিগী খুদমদি ঙানবা যুমলেনগী পুকোক ঙানবা খমচিংকোন হাইহৈবগী মচানুপী লৈনুং ঙাংসাবীনা উরেনহনবদা ময়ূম পান্নগা মচানুপা অহল ঙাংহম্বোক পোকই। ঙাংহম্বোক্লা মোইরাং অনৌবা ওইখি। লৈনুং ঙাংসাবীনা ঙোই অনৌবা হিং হিংদা অমুক ময়ূম পান্নগা মচা নুপা ঙাংনিংসিং পোকখি। ঙাংনিংসিংনা মোইরাং সলাই অরিবা ওইখি। মোইরাং সলাইদা মোইরাং অরিবা অমদি মোইরাং অনৌবা হায়দুনা লৈবিবা অনীসি মখোয়গী মবেক্নৌ তিন্নবা মরম্না লৈনুং পেন তিন্নবা কৌই। মরম অসিনা মোইবাং অবিবগা মোইরাং অনৌবগা অনীসিগী নুপা-নুপীশিং লৌন-লৈনবা য়াদে, অথীংবা থম্মী।

৫। যুংনবা ঃ

যুংনবা হায়বসিগী ব্রাহম্বোক্তি তৌবা হৌনদবা নংত্রগা তৌহৈদবা হায়বনি। নুপা-নুপী

লৌন-লৈনবগী মরীদা মুংনবা মশেল লৌন-লৈনরগা ফত্তবা কয়া হায়বদি মশা শিবা, মচা শিবা নংত্রগা ফত্তবা মচা পোক্লকপা য়াবা লৈবনা মরম ওইদুনা মুংনবা নুপা-নুপী মশেল লৌন-লৈনবদা অথীংবা থম্মী। মুংনবা হায়বসি ঈ মুংনবা, মিংগৌ মুংনবা, চীঙ্গাক মুংনবনচিংবা মখল খরা খায়দোকই অদুবু নুপা-নুপী লৌন-লৈনবদা য়াম্না চেকশীন্না ঙাক্লরিবসিদি ঈ মুংনবা হায়বসিনি।

ঈ মুংনবা হায়বদি ঈ য়েক্লবা নংত্রগা ঈ মৌনবা হায়বনি। মমা-মপা অমত্তনা পোকপা মচা নিঙোলশিংনা য়েক-সলাই তিন্নদবা, য়ুম্লাক শাগৈ তোঙান-তোঙানবা নুপাশিংদা ময়ূম পান্নরগা মখোয়না পোক্লকপা মচাশিং অমদি মচাশিং অদুদগী চংথরকপা, শমথরকপা চাদা-নাউদাশিংদু মখোয় মশাগী য়েক-সলাই, য়ুম্লাক-শাগৈ তোঙান-তোঙান্নরবসু মখোয়না অহানবা চাদা-নাউদারকপদগী অহানবা মীয়োল থাবগা হায়বদি মমা-মমা মচীন-মনাওদগী থীরগা মতুং তারকপা মীয়োল মঙা ফাওবগী মনুংদা লৈবা মরী-মতা থোক্লবা নুপা-নুপীশিং অদু লৌন-লৈনবা য়াদে, ঈ মুংনবা কৌই। অদুবু মীয়োল মঙা হেনত্রবদি লৌন-লৈনবা য়ারে হায়বদি ঈ মুংনবদু কোক্লে।

মথক্কী বৃদম অসিগী মথক্তা মমা-মপা তিন্নবা নুপা মচীন-মনাওশিংনা অতোপ-অতোপ্পা য়ুম্লাক-শাগৈগী য়েক-সলাই তিন্নদবা নুপীশিং লৌন-লৈনবগা পোক্লকপা মচা নিঙোলশিংনা তোঙান-তোঙানবা য়ুম্লাক-শাগৈ, য়েক-সলাই তিন্নদবা নুপাশিংদা ময়ূম পান্নবগা পোক্লকপা চাদা-নাউদাশিংসু ঈ মুংনবা কৌই। অসিগুম্বা মরী-মতা ওইবা নুপা-নুপীশিংসু লৌন-লৈনবদা অথীংবা থম্মী, লৌনবা য়াদে। অদুবু অসিগুম্বা মখলগী ঈ মুংনবা অসিদি অহানবা মীয়োল হায়বদি মমা-মমাশিং অদুগী মীয়োল থারগা মখা চংথবকপা মীয়োল অহুম ফাওবদি লৌন-লৈনবা য়াদে। মীয়োল অহুম অসি হেনত্রবদি লৌন-লৈনবা য়াবে হায়বদি ঈ মুংনবা কোক্লে।

মিংগৌ মুংনবা হায়বা অসিনা নুপানা মহাকপু পোক্লিবা মমাগী মমিংগা মান্নবা নুপী লৌবা অমদি নুপীনা মহাকপু পোক্লিবা মপাগী মমিংগা মান্নবা নুপাদা ময়ূম পান্নদে। মসিবু মিংগৌ মুংনবা কৌই। মিংগৌ মুংনবা মশেল লৌন-লৈনবগা থোইনা ফত্তবা পোক্লক্লীংঙাই ওইদ্রবসু নুপা-নুপী লৌন-লৈনবদা মসিসু য়াম্না চেকশীন্না ঙাক্লে। কনাগুম্বশিংনা য়েক-সলাই তিন্নদ্রবসু মচা নিঙোলশিংবু য়ুম্লাক মান্নবদা থাজদবা অদুগা মচানুপানা য়ুম্লাক মান্নবা নিঙোল লৌদবগী চংনবী অমসু লৈরি। মসিবুনা য়ুম্লাক মুংনবা কৌই।

৬। ঈ ওম্নবা ঃ

ঈ ওম্নবা হায়বসিগী ব্রাহম্মোক্তি ঈ ওমদুনা থম্না, ঈ য়োক্লুনা থম্না হায়বনি। ঈ ওম্নবা মশেল লৌন-লৈনবদসু অথীংবা থম্মী। অময়োমদা ঈ ওম্নবা হায়বসি শাইরুক মচাগী মখা চংথবকপা ঈ মরীনি। হায়বদি শাইরুক মচা তিন্নবা হায়বদি মমা মবীগী চাদা-নাউদা, মশূ শৃথাঙশিংনা মখোয় মশেল লৌন-লৈনবা য়াবগী মীয়োল লাম্লোক্লুনা লৌন-লৈনবা য়ারবা ফাওবদা মখোয় মখোয়গী মবক্তা লৈনবা শাইরুক মরী অদু হায়বদি মরী-মতা ওইবগী ফীবম অদু নীংশিংনদুনা অমদি মরী-মতা ওইবগী ব্রাখল অদু য়োক্লুনা থম্নগা ঈ ওম্নবা হায়দুনা লৌন-লৈনবদা ঙাক্লদুনা অথীংবা থম্মী।

অসুম্না মৈতৈ খুনাইদা পূম্না খুন্দা-লৈতামিন্নরিবা য়েক তরেৎ সলাই মাপলগী মশীং য়াম্লবা য়ুম্নাক শাগেগী মীওই খুরুপ কাঙলুপশিংনা অসিগুম্বা নুপা-নুপী লৌন-লৈনবা, চনু নিঙোলশিং থাজ-য়োঙবনচিংবদা ঙসি ঙসিফাওবা য়াম্না চেক্শীন্না লৌনবা য়াবা য়াদবা অসি ঙাক্নুনা থম্মরি। অসিগুম্বা চংনবী অসি য়ুম্বানমিন্নরিবা নুপা-নুপীশিং অমদি মখোয়না পোক্লকপা মচা মশুশিংদা ফত্তবা কয়া থোকই হায়না থাজবা কয়া লৈনরবসু অমরোমদা অসিগুম্বা য়ায় অকনবা, অহকপা চংনবীশিং অসিবু চেকশীন্না ঙাক্লবা হায়বসি লিরবা খুনাই অসিগী ফজরবা নাৎকী চংনবীগী মশক শক্তম অমা মাঙখিদনবা ঙাক-শেন্দুনা থম্বনি হায়নসু লৌবা য়াই। মরমদি মসিনা খুনাই অসিগী খুনাইয়োলদা য়াম্না থাক ৱাংবা খুনাই অমগী মশক উৎপা ঙম্মী।

# মণিপুরগী অপূনবা শক্তম শাগৎলকখিবগী মওং

*নাওরোইবম ইন্দ্রমনি*

মহৌশাগী লম্মীং-তুম্মিংকী মীবম্না মণিপুরগী অপূনবা লমখৈগী শরুক অসি চীং অমসুং তম হায়না শরুক অনীথোক্না থায়দোকই। চীং অমসুং তম অনীগী পাক-চাউবা অসি চাংদম্নদুনা য়েংবা তারবদি মণিপুরগী অপূনবা লমখৈগী শরুক তবা থোকপগী শরুক মাপলনা চীংগী লম ওইরগা লেমহৌরিবা শরুক অমনা তম্পাক্কী শরুকনি। চীং-তম অনীগী পাক-চাউবা অসি য়েংলুরবদি মণিপুব অসি চীংনৈবাক অমনি। মণিপুব ইতিহাসকী য়াম্না শুম্লিংঙৈ মতমদগী হৌনা মণিপুরগী তম্পাক লমগী অকোয়বদা লৈবিবা পাক-চাউববা চীংগী লমদা চীংমী কাঙলূপ কয়াগী অপীক-অপীকপা চীংগী খুল কয়া খুম্ননকপা নংত্রগা নিংথৌ অমমমগী মখাদা মনীং তম্না লৈনরম্মী। চীংগী লমগুম তম্পাক লমদসু তম্পাক লমগী অয়াম্বা শরুক কাচিন-কোয়া শীন-থুংনা মনীং তম্বা কাঙলূপ মচা কয়ানা পাক-শন্না খুন্দা-লৈতানরম্মী।

চীংগী লমদা তাংখুল, কবুই, মাও, মরাম, থোংজাই, অনাল, মরিং, চিরু, চোথে, কোইরেং, পুরুম, তরাও, কোইরাও, কোম, মোয়োন, মোন্সাং, লাম্গাং, মহৌনচিংবা চীংমী কাঙলূপ কয়ানা খুন্দানম্মী। তমদনা বাংঙম, নোংবান, নুংবান, অদোন নোংয়াই, কেগে ঙাংঙোই, থাবা, ঙানবা, থাঙজা কম্বোং, হাওবোক কোম্খৌ, সেলোই লংমাই, হৈবেম খুঙ্গান, নোংবান ফাম্তেক, লোকখা হাওখা, উবোক উসাই, হুইতৌ, লানবী সনসেন, কম্বোং লোকখু, লোকখু লোকহল, থোপসেল ঙাসেল, লেরা খোংনাংনচিংবা কাঙলূপ কয়ানা খুন্দানম্মী।

মণিপুর ইতিহাসকী ইহান হানবা নিংথৌ মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা পানবা মতম খৃ. ৩৩ দগী মখা তারকপা নিংথৌ মরোল কয়াগী হাক্তক, শাংলবা মতম চাউবাক্না চহী ১৮৫০ রোম চঙনা চীং অমসুং তমদা খুন্দারম্বা কাঙলূপ কয়াবু মথং-মথং লোই চনশিন্দুনা অপূনবা মণিপুরগী শক্তম অমা শাগৎলকখিবগী ইতিহাসকী ইচেল অমা লেপ্তুনা চেষ্টরকখি। চীং-তম অনী পূনশিন্দুনা মণিপুরগী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎলকপা মতম অসি তম্পাক লমগী অপূনবা শক্তম শাগৎপা অমসুং চীংগী লমশিংবু অমুক পূনশিল্লকখিবগী তাক্কক হায়না অনী-থোক্না থায়দোক্কুনা নৈনবা য়াই।

**তম্পাক লমদা অপূনবা শক্তম শাগৎপা :**

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা মণিপুরগী তম্পাক লমদা মনীং তম্না পান্নম্বা মরু ওইবা অচৌবা কাঙলূপশিংদি অঙোম/নোংবান, নুংবান/লুবাং, থাঙজা কম্বোং, অদোন নোংয়াই/খুমন, কেগে মোইরাং, নোংবান ফাম্তেক, হৈবেম খুঙ্গান, লোকখা হাওখা, খাবনচিংবা পনবা য়াই। হায়রিবা কাঙলূপশিং অসিনা মথং-মথং

মনীং তম্না মাঙখিদুনা অপুনবা মৈতৈ লৈঙাক্লোনগী মনুং চনখিদুনা তম্পাক লমগী অপুনবা শক্তম অমা লেপ্লকখিবগী চাউরাকপা শক্তম অমা নৈনবা তারবদি মখাগী অসুম্না নৈনবা য়াই।

*খাবগী মনীং তম্না মাঙখিবা* – খাবা কাঙলুপ অসি মতম অমা য়াম্না খুৎকন-পাঙ্গনবা কাঙলুপ অমা ওইরম্মী। কাঙলুপ অসি হান্না তাক্লখাগী অকোয়বা লমদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরম্লদগী মৈদিংগু নোংদা লাইরেল পাখঙবনা কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবা মতমদা নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মথক্তা খাবনা লান হৌদুনা খাবগী মখুৎতা নোংদানা মায়থীবদগী মোইরাংদা চেন্দুনা খাঙখি। নোংদা লাইরেন পাখঙবনা মোইরাংদা চেনস্লবদা খাবনা কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। নোংদানা মতম খরা মোইরাংদা চেন্দুনা লৈকরবা তুংদা মোইরাংগী মতেঙগা লোয়ননা কংলৈদা লান কারক্নুনা খাবগা লান শোক্লখি। লান অদুদা মোইরাংগী চাউবা মেলৈবা সাংতোন সানৌবগী তেম্না নুংজেং মপান্দা খাবগী নিংথৌ য়াই নুংজেংববু থাদুনা হাৎখি। খাবা কাঙলুপনা মখোয়গী লুচিংবা য়াই নুংজেংবনা শিরবদা মায়কৈ কয়াদা চাইথোক্নুনা চেন্নখি। খাবা মচেং অমনা নোংচুপলম চেনখিদুনা তাংখুল মচিবা ওইখি। খাবা মচেং অমনা অঙোম পুরৈরোম্বদা চঙজদুনা কনবিখি। খাবা মচেং অমনা নোংপোকলম চেনখিদুনা কবুই নুংনাং ওইনা চীংমী ওইখি। খাবা মচেং অমনা অৱাংলম চেনখিদুনা কৌক্র লাইখাদা খাবা উনলেন ওইখি। খাবা মচেং অমনা মখাবমদা চেনখিদুনা মহৌ লোনতাই ওইনা চীংদা কাদুনা চীংমী ওইখি। খাবা নোংঙানবদি পাখঙবগী মফমদা চঙজদুনা কনবিখি। খাবা নোংঙানবগী চাদা-নাউদানা খাবগী নোংজেংবম অমসুং খুবাইজম হায়বা য়ুম্নাক ওইদুনা সলাই অমা ওইনা লেপ্লা শুমদবদগী হান্নদগী নক্লবা মবা লৈনরকপা ঙানবা কাঙলুপ্তা পুনশিন্দুনা খাবা ঙানবা হায়না খঙনখি।

*লোকখা হাওখা* – লোকখা হাওখা হায়বা কাঙলুপসি মখারম শুগু ময়াদা খুন্দারম্না কাঙলুপনি। হায়রিবা কাঙলুপ অসি য়োইমোংবা তাওথিংমাংনা তুবেল তেংবা হাক্তক্তা লোই চন্দুনা কাঙলুপ অসিগী মনীং-মখা তম্না মাঙখি।

*থাঙঙা কহোং* – কাঙলুপ অসি তম্পাক লমদা খুন্দারকপা অবিবা কাঙলুপশিংগী মনুংদা অমনি। হায়রিবা কাঙলুপ অসি মোংশাঙ্গগী অকোয়বা লম য়াইশেল তুবেল মপান্দা মনীং তম্না খুন্দাদুনা পাল্লম্না কাঙলুপনি। মৈদিংগু নাওথিংখোংনা পানবা মতমদা কাঙলুপ অসি মায়থীবা পীদুনা মনীং মখা তম্না মাঙখি।

*অঙোম/নোংবান* – কাঙলুপ অসি মতম অমা য়াম্না খুৎকন-পাঙ্গনবা অমা ওইরম্মী। মৈদিংগু নোংদা লাইরেল পাখঙবনা কংলাদা নিংথৌ ওইনবা হোৎনবদা য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং লৌখিবা কাঙলুপনি। হান্নদগী মৈতৈ নিংথৌগা অফবা, অনকপা মরী লৈনবতা নত্তনা হৌরক-শাংলকফম তিন্নবা কাঙলুপনি। অদুবু মৈদিংগু সমৈরাংগী মতমদা অঙোম নিংথৌ কাকপা থরাম্বাববু মৈদিংগু সমৈরাংনা মায়থীবা পীদুনা অঙোম্বু লোই চনশিনখিবদগী কাঙলুপ অসিগী মনীং তম্না মাঙখিদুনা মৈতৈ লৈঙাক্লোন্দা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লাকখি।

*নুংবান/লুৱাং* -- কাঙলুপ অসি অচৌবা কাঙলুপ অমনি। লাঙ্গোলচীং, লোইজিং অমসুং কৌক্র চীংনা কোয়শিনবা মফমদা মনীং তম্না খুন্দারম্না কাঙলুপনি। হোৎনেম লুৱাং নিংথৌ পুক্সিবা হায়দুনা লাইনিংলোন, পুক্সিরোল, লৈঙাক্লোন খঙবদা মমিং চৎখিবতা নত্তনা পুক্সি

শাংনা হিংখিবগীদমক্তসু মমিং চংপা কাঙলূপ অসিগী নিংথৌনি। লুবাং নিংথৌ পুক্সিবসি মৈদিংগু নাওখিংখোংগী গুরু ওইরম্মা, মৈদিংগু নাওখিংখোংনা নিংথৌ ওইগ্রিঙৈদা শিখিবা মীশক্তি। মহাক্না শিত্রবা তুংদা মতীক চাবা নিংথৌ লৈতবদগী মৈতৈ লৈঙাক্লোনগী মনুংদা তপ্না তপ্না চঙশিনখিদুনা মৈদিংগু চেংলৈ ইপান লাম্বাবগী মতমদদি কাঙলূপ অসিগী মনীং মথা তম্না পুম্নাঙ মাঙখি।

*নোংবান কাক্তেক* –কাঙলূপ অসি খুয়োই হাওরা লল্লাংদোংদা মনীং তম্না পাল্লম্বা কাঙলূপনি। কাঙলূপ অসিগী খ্বাইদগী মপাঙ্গল কনখিবা, মমিং চংখিবা নিংথৌদি ফাক্তেক সোক্রাইবনি। নিংথৌ অসিনা খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোক্সাইববু কৌরগা হাংনবা হোংনরূবগী মলোম্না খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোক্সাইবনা কাক্তেক সোক্রাইবগী মথক্তা লান্দাদুনা কাক্তেক তাকখি।

*হৈরেম খুঙ্গান* – কাঙলূপ অসি লুবাং মচেংনি। ককচীংগী কেরেচীংদা কোনুং ওইদুনা মসিগী অকোয়বদা মনীং মথা তম্না, মপাঙ্গল য়াম্না কয়া পাল্লম্না কাঙলূপনি। মৈদিংগু থবাম্বাবগী হাক্তক্তা খুমন্না হৈরেম খুঙ্গান্দা লান্দামিন্নসি হায়না লান নেক্রবদগী মৈদিংগু থবাম্বাবনা হৈবেম খুঙ্গান্দা লান্দাদুনা মায়থীবা পীখি। হাক্তক অসিদগী কাঙলূপ অসিগী মনীং তম্না মাঙখি।

*খুমন্না মনীং তম্না মাঙখিবা* – কাঙলূপ অসি হান্না থৌবালদা কোনুং ওইদুনা পাল্লম্বদগী খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেংবগী হাক্তক্তা খুমন লৈকোয়পুং হৌজিক ময়াং ইম্ফাল হায়না খঙনরিবা মফম অসিদা কোনুং ওইদুনা য়াম্না খুংকন-পাজন্না পাল্লম্না কাঙলূপনি। কাঙলূপ অসিগী নিংথৌ লময়াই কাইহিনবগী হাক্তক্তা অঙম-অথৌ পুন্নমক লিংজেল মান্নরক্তনা, খুমন লৈবাক শীকশিন্নকপা, অত্না-অনা য়ান্নকপনা মরম ওইদুনা নিংথৌ ওইনীংলক্তবদগী খুমনদ নিংথৌ ওইবা ঙন্নরোই হায়দুনা কংলৈ লমদা কারক্তুনা লৈখি। লৈবাক নিংথৌ লৈত্রবদা লৈঙাকশিনবা লৈতবদগী মৈদিংগু কোংয়াম্বনা খুমন লমবু তঙাইফদনা মৌশিন্দবা য়াদবদগী মৈতৈগী লৈঙাক্লোনগী মনুং চনশিন্দুনা খুমনগী মনীং তম্না মাঙখি।

*মোইরাংগী মনীং তম্না মাঙখিবা* – তম্পাক লমগী অপূনবা শক্তম শাগংলকপদা অতৈ অতোম্না কাঙলূপ কয়া হান্না মৈতৈ লৈঙাক্লোন্দা চঙশিনত্রবসু মোইরাংদি ফনা থেঙলবা মতম ১৫ শুবা চহীচা ফাওবা মনীং তম্না লৈরম্মী। মোইরাং অসি মতম অমদা য়াম্না মপাঙ্গল কনবা, চীংগী লম কয়া লোই চন্দুনা নিংথৌ মরোল কয়া চংথদুনা পাল্লম্মী। মৈদিংগু নিংথৌখোম্বগী মপা ইবুংঙো মৈদিংগু পুন্সিববু মোইরাংনা হাংখিবগী মলোম্না মৈদিংগু নিংথৌখোম্বনা তঙাইফদনা মপাগী লমন শিংদবা য়াদবগী খীবম অমা লাকখি। অদুবু মতম অদুদা মোইরাংসু মপাঙ্গল য়াম্না কনবা মরম্না তরাই তরাইনা হেক্তো লমন খুম্বা ঙম্বগী খুদোংচাবা লৈতবনা তুমু নিংথৌগী মতেঙ লৌরগা তুমুগা মৈতৈগা মীচঙ ওইদুনা মোইবাং নিংথৌ সনাহোংবগী মথক্তা লান্দাদুনা মোইরাংবু মায়থিবা পীখি। থৌদোক অদুদা মোইরাংনা মায়থিবা ফংলবদা মোইরাং নিংথৌ সনাহোংবা ময়াং লৈবাক্তা চেনখি। মতাঙ অসিদগী চহী কয়া মনীং তম্না লৈবাক অমা ওইনা লাকখিবা মোইরাং মতম পুম্বগী ওইনা মনীং তম্না মাঙখিবনা মৈতৈগী লৈঙাক্লোন মনুং চনশিনখি। মোইরাংনা মনীং তম্না মাঙদুনা মৈতৈ লৈঙাক্লোনগী মনুং চনশিনখিবগা লোয়ননা তম্পাক

লমগী শরুক পুন্নদা মৈতৈ স্তেত ফোর্মেসন মপূং ফাখি।

তম্পাক লমগী স্তেত ফোর্মেসন মপূং ফাখিবা তাক্কক অসি মণিপুর ইতিহাসতা য়াম্না মরু ওইবা শীংথানীংঙাই ওইবা তাক্কক অমনি। মসিনা লৈঙাক্লোনদা, ফুনাইরোল্দা, লেম্নীংলোন্দা অনৌবা অহোংবা, অওনবা অমা পুরকপদা নত্তনা তম্পাক লমগী কাঙলূপ মশেলগী মরক্তা চারৌ-মৌরৌনদুনা যূম্লে-কৈরে, কিজেং-চাকচা অমদি ঙাক্তন-শক্লরিবা লোন, হৌন-লোনচংনচিংবদা মান্নবা শক্তম অমা পুরকখি। তম্পাক লমগী স্তেত ফোর্মেসন মপূং ফাবা খৃ. ১৪৩২ গী মতম অসি মণিপুর ইতিহাসতা কয়া য়াম্না মরু ওইবা তাক্কক্লো হায়বদা হায়রিবা তাক্কক অসি অঙনবা মতমগী ইতিহাসকা মরায় ওইবা মতমগী ইতিহাসকা মতম অনী অসিগী তাইনফম লংদাই ওইনা লৌবদা য়াম্না মতাঙ চারবা চপ চাবা মতমনি। অমরোমদা মৈতৈগী মপান্নল মখৌনানা হান্না তম্পাক লমগী মনুংদা নৈশিন্দুনা কাঙলূপ মশেলগী মরক্তা মূক্লবা, অঙম তান্নবা, অমনা অমবু মান্নথীবা পীদুনা মপান্নল শাগংনবা হোংনদুনা লৈরম্বদগী তম্পাক লমদা স্তেত ফোর্মেসন লোইবদগীদি মৈতৈগী মপান্নল য়াম্না হেন্না চাউখংলকপা অমদি কনখংলকপদগী মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী মচাইবুংঙো মৈদিংঙু ক্যাম্বগী হাক্তক্তদি মৈতৈগী মপান্নল মখৌনা, তৌবা ঙম্না উংতুনা মণিপুবগী বাংমা লাম্ফোক্তুনা পোং নিংথৌ খিখোম্বগা লোয়ননা কিয়াং খম্পাস্তা লান্দামিন্নখিবা লোয়ননা কিয়াং খম্পাং মায়থীবা পীদুনা কবো তম্পাক্কী শরুক খরা মৈতৈ লৈবাক্কী মনুং চনশিনবা হৌরকখিবনি। মহাক্কী মখা তারকপা নিংথৌ মরোল কয়াগী হাক্তক্তদি নোংপোক লমদা অঙকপা কংনা মপান্নল ফোঙদোক্তুনা অবাগী লম কয়া লোই চনখিবগী রেকোর্দ লৈরিবসিনি।

চীংগী লমদা স্তেত ফোর্মেসন চংথবা ঃ

হান্না তম্পাক লমদা স্তেত ফোর্মেসন তৌখিবা অসি তশেংনা অতম্ননা তৌগে হায়না তৌখিবদি নত্তে। মতমনা ফীবম্না অমদি তাঙ্গানা পুবকখিবনি হায়বসি শেংলবা বাফম্ম। অদুবু চীংগী লমদা স্তেত ফোর্মেসন চংথখিবদি থওইনা অতম্ননা তৌনীংনা তৌখিবা স্তেত ফোর্মেসননি। হান্না তম্পাক লমদা স্তেত ফোর্মেসন চংথবিঙৈ মতমদা চীংগী লমদসু স্তেত ফোর্মেসন চংথবদি খরা খরা হৌরে হায়না লৌবা য়াই। মরমদি খৃ. ৩৩ দগী নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবদগী হৌরগা খৃ. ১৪৩১ দা নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী মতম ফাওবদা চীংগী লম খরা লৌশীন্দুনা চীং তমগী অপূনবা শক্তম শাগংপা হৌত্রবনি। মরম অসিনা চীংগী লমদা স্তেত ফোর্মেসন তৌবা অসিসু তম্পাক লমগী স্তেত ফোর্মেসন চংথরিঙৈগী মতম অমসুং মসিগী মতুং হায়না তাক্কক অনীথোক্না অমুক খায়দোক্তুনা নৈনবা য়াই।

তম্পাক্কী স্তেত ফোর্মেসন মনুংদা চংথরম্বা চীংগী স্তেত ফোর্মেসন ঃ

তম্পাক লমদা স্তেত ফোর্মেসন তৌবিঙৈ মনুংদা চীংগী লমশিংদা লান্দাদুনা চীংগী লমশিং মৈতৈ লৈঙাক্লোন মনুং চনশিনখিবসি মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মতমদগীদি চংথবা ঙমখিদে। খরা থেঙথরক্লবা মতম মৈদিংঙু লোইয়ুম্বনা পানবা মতমদগীদা চংথবা হৌরকখিবগী শীথুল ফংঙি। মৈদিংঙু লোইয়ুম্বগী মতমদগী মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা ফাওবগী মতম খৃ. ১০৭৪ দগী ১৪৬৭ ফাওবদা চীংগী লম লৌশীন্দুনা মৈতৈ লৈঙাক্লোনগী মনুং চনশিনখিবা থৌদোক

খরা নৈনদুনা য়েংবা য়াই। খৃ. ১০৭৪ দগী ১১২২ ফাওবা নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বগী হাক্তক্তা নোংকৌথুন অমসুং হাওকু লোই চল্লম্মী। খৃ. ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু থবাম্বাবগী হাক্তক্তা লনহাং খুল, তাংখুল লৈহৌপোক, মরোং খুল, চীংশোং খুল, আয়োং হাওখুন মায়থীবা পীরম্মী। খৃ. ১২৪৭ তগী ১২৬৩ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু পুরাম্বাবগী হাক্তক্তা কোইরেং খুল লোই চল্লম্মী। খৃ. ১২৩১ দগী ১২৪২ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু চিংথাং লাম্বাবগী হাক্তক্তা অৱাংলোমদা লৈবা কৌবা লৈখামপোক, কৌবা কৌতাইনচিংবা লোই চল্লম্মী। খৃ. ১২৬৩ দগী ১২৭৮ ফাওবা নিংথৌ ওইখিবা খুনমোম্বগী হাক্তক্তা মরাম খুল মনাক্তা লৈবা চীংশোং খুল, থাঙ্গাল খুল মায়থীবা পীরম্মী। খৃ. ১২৭৮ দগী ১৩০২ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু মোইবাম্বনা মাকি হাওবু মায়থীবা পীরম্মী। অৱাং লমদা লৈবা মৈচেপতা লান্দাদুনা হাওখুল অসিবু মায়থীবা পীখি। খৃ. ১৩০২ দগী ১৩২৪ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু থংবি লাম্বাবগী হাক্তক্তা নোংপোক লমদা লৈবা মরিং খনতোময়া, অৱাংলমদা লৈবা সেক্তুচীং মায়থীবা পীখি। খৃ. ১৩২৪ দগী ১৩৩৫ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা নোংচুপলমগী কোংয়াংফাইদা লান্দাদুনা মায়থীবা পীখি। খৃ. ১৩৩৫ দগী ১৩৫৫ ফাওবা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মৈদিংঙু তেলহৈবনা কৌব্রুদা লৈবা তৈয়াংদা লান্দাদুনা তৈয়াং মায়থীবা পীখি।

খৃ. ১৩৫৯ দগী ১৩৯৪ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু তবুংবনা য়াংফম চাকজিকপোক্তা লৈবা লোইবী হাওশিংবু মায়থীবা পীরম্মী। খৃ. ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবা পান্নম্বা মৈদিংঙু পুন্সিবনা তাংখুল মোম্বৌ মায়থীবা পীখি। অৱাংদা কোইরেংগা লান শোক্রুবদা কোইরেং খুল মায়থীবা পীরম্মী। নোংপোক লমগী মবিং কাংজোউদা লান্দাদুনা মায়থীবা পীখি।

মথক্তা পীরিবা চীংগী লমশিং আসনা তম্পাক লমদা স্তেত ফোর্মেসন চংথাবিঙে মনুংদা মায়থীবা পীদুনা লোই চনশিল্লম্বা চীংগী খুনশিংনি। তাক্তক অসিগী মতুং তাবকপা তম্পাক লমগী স্তেত ফোর্মেসন লোইদুনা চীংগী লমশিং মথং-মথং লৌশীন্দুনা মণিপুরগী চীং তম পুনশিন্নবা লৌখৎলকপা মথা তাবকপা লৈঙাক থৌরাঙশিংদি খৃ. ১৪৬৭ তগী ১৫০৮ ফাওবা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা কাম্বগী হাক্তক্তা অৱাংদা লৈবা মখান খুল, নোংচুপ্তা লৈবা তাংখুল লৈহৌপোক, তাংখুল মচিপুস্ত, অৱাংদা লৈবা চীংশোং খুনবুসু মায়থীবা পীখি। খৃ. ১৫১২ দগী ১৫২৩ ফাওবা নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু লমক্যাম্বা (লমগাইঙম্বা) হাক্তক্তা চাখা লমদু মায়থীবা পীখি। খৃ. ১৫৪৫ দগী ১৫৬২ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু চলাম্বনা খাবোমদা লৈবা খাবম চীরু অমসুং অনান খুল মায়থীবা পীরম্মী। খৃ. ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওবা নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা অৱাংলমগী মরাম, থাঙ্গাল, লনহাং, মখায়াচিংবা হাওখুনশিং মায়থীবা পীরম্মী। মখারমদা লৈবা হাওখুন তোনসেন, তোনবুং খুল, তুয়াই, কবুই সামাখুন, লনহাং হইতোক, লনহাং য়াংলৈ, তোনবী, লমফেন, লনহাং ফাময়াচিংবা মায়থীবা পীরম্মী। নিংথৌ অসিনা নোংপোকলমদা লৈবা ময়োনখুন, চকপা পুংপুন, চকপা চিরাং, চকপা খায়োইনাচিংবা খুনশিংবু মায়থীবা পীরম্মী।

খৃ. ১৫৯৭ তগী ১৬৫২ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু খাগেম্বগী হাক্তক্তা মরাম, থাঙ্গাল,

মরিং তাংকম, নারুম, তোনপুং, লৈয়োন, নুংখান, তাংখুন লৈহৌপোক, মরিং খুনবিরোক, মরিং হাওতৌ, মরিং মচি, নোংকৌ,ময়োন, তাংখুল মচিন্নমগী চাখা ইতোক খুঞ্জাওনচিংবা খুনশিং মায়থীবা পীরম্মী। অমাংলমগী হাওখুল হামকৌ অমসুং মপাউ খুনবুসু মায়থীবা পীরম্মী। খৃ. ১৬৫২ দগী ১৬৬৬ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী মতমদা কারৌ, খুংলাং, মরোং, ভুরেং, মাইবম, খুংলাই, তোনশেন, অতাংখুন্নচিংবা মায়থীবা পীরম্মী। অমাংলোমদা থিংবা খুন, মমাংখাং মায়থীবা পীখি। মখা মায়কৈদা লৈবা মহৌ, লাংতে, তোনশেন, সাবোন অমদি নোংপোক্তা লৈবা হাওখুনশিং চাখা ইতোক, লেংলেন, লেংখুনচিংবা হাওখুনশিংসু মায়থীবা পীখি।

খৃ. ১৬৬৬ তগী ১৬৯৭ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মতমদা মখা মায়কৈদা লৈবা অপোং নুংকোন, লনচাং, তোনশেন, শাংবমনচিংবা হাওখুনশিং মায়থীবা পীরম্মী। অমাং লমদা থিংবা খুনসু মায়থীবা পীখি। খৃ. ১৬৯৭ তগী ১৮০৯ ফাওবা নিংথৌ ওইখিবা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা তাপাং খুল মায়থীবা পীবম্মী। মখা লমদা লৈবা নুংতেকচীং, খুচুং, ভুসুকনচিংবা হাওখুনশিং মায়থীবা পীখি। খৃ. ১৭০৯ দগী ১৭৪৮ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু পামহৈবনা ওকলু, নুংখুল, মশেন, তোকপা খুল, কারোং নোংঙাপোক, মহৌ, হোংতুং, মফেং লমলান, নাম্বা, তবাওনচিংবা খুনশিংদা লান্দাবম্মী। তোংমোন অমমোনগী লমদা খুঙং ৫৮ খু লান্দাদুনা চাইখাইরম্মী। অনান খুন্দসু লান্দারম্মী। হান্না মায়থীবা পীত্রবা চীংগী হাওখুনশিংবু লান্নপ কাহন্নম্মী। চাখা ইতোক্তা লান্দাদুনা তাংখুল চীংশাংগী হাওখুন পূন্নমক্না লোইহাপোং কংতুনা চঙ্কখি। মবিংগী খুন খুনপি, লমলোং, করোংথেল, মচিনচিংবদা লান্দাদুনা খুনশিং চাইখাইবম্মী। শাইবেমখুন, নুংসাই হাওখুন, উরুপখুন পুগাই। নুংসাই, নানকৌ, ওকখুল লোম্বকাপাই কবুই, মেতু, কবুই থিংলোং, কবুই লাফোক, চবোইনচিংবা খুনশিংদা লান্দাদুনা খুল চাইখাইবম্মী।

খৃ. ১৭৫৩ দগী ৫৯ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু মরাম্বনা (গৌবশ্যাম) সোকপাওদা লান্দাদুনা সোকপাও মায়থীবা পীবম্মী। খৃ. ১৭৬৩ দগী ৯৮ ফাওবা পানখিবা চীংথংখোম্বা মহারাজনা সাচুং, ওকখুল, হন্দুং মায়থীবা পীরম্মী। খোংজাই হাইমাং, ?ংশোন পাবান চাপুং হাওশিংনা লেই হাবে। খৃ. ১৭৯৮ দগী ১৮০০ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রগী মতমদা তাংখুল হন্দুং, ইথম মোম্বৌ হাওখুনশিংনা লোই হাবে। খৃ. ১৮০৩ দগী ১৮১৩ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু চৌবজিংকী মতমদা তৌশাং, নুংনাং, খুনচারোং খুনৌ, উকোকলেন, তমলোক, কম্বিবোন, মল্লোংতাই, খোংসা খুন্নচিংবা হাওখুনশিংনা লোই হারে। খৃ. ১৮২৫ দগী ৩৪ ফাওবা নিংথৌ ওইবম্বা মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহনা ঙাকাচেং, ওকখুল থোনলাং খুনশিংদা লান্দাবম্মী। লামফৌ, চোইথাব, হাইচুম, লমলাং খুনশিংনা লোই হারে। খৌপুম হাও, সোংতন, ফাতাং খুনশিং মায়থীবা পীখি। হান্না লোই চনবা ঙম্নমদবা অমাং হাও পূন্নমকপু লোই চন্দুনা লোই হাইন্দুনা লোইপোং পুবকই। থাকি হাও তুইথং, লময়াং, য়াংপি, শিংলৌ, তোংকা, মেতে, মনোংনচিংবা হাওখুন কুনলোম থুগাইরম্মী। হাওখুন অয়াম্বনা সোইহাপোং য়াম্না কংলক্রম্মী। কচাই হাও খুঙং ৩, খোইবা, খোংতে, তলোইমে, তোলোই,

সরো, গুাংচুনচিংবা খুনশিং থুগাইরম্মী।

অরোংমৈ, খোইম্নু খুন, মানেংমৈ, য়াং, পাবুলাংমৈ, বামৈ, মাও খুলেন, কাশামৈ, দনলিদিং হায়রিবা খুনশিং অসিনা নিংথৌদা লোই হায়রে। পুংতোংমৈ, ইবেমৈ, পকক্রমৈ, দেবোমৈ, ইসেমৈ, কাইশুংমৈ, কচুংমৈ, ময়াং মরামৈনচিংবা খুনশিংসু থুগাই লোয়ননা শন ২০০না লোই হায়রে। ওইনাম, খিংবা খুলেন, খিংবা খুনৌ হায়রিবা খুনশিং অসিনা লোই হাখি। ইপুমৈ, য়েলেমমৈ, ইকেমৈ, ইখিমৈ, বোইনোং, ইরামৈ অদুগা থাই তুরেলগী নোংচুপতা কাশোমচি, শনমৈ, মথেকমৈ, কাতুমৈ, তোনকমমৈ, কাতেপুং, কারুমৈ, শিঙামৈ, য়াখোংমৈ, তরানমৈনচিংবা খুনশিং থুগাই। নিংথৌনা মখান্দা লৈরিঙৈ মাও, পুংতোংমৈ খুনৌ, পুংতোংমৈ, ইশিমৈ, ইচেনমৈ, তুকিকিমৈ, উপুংখোকমৈ হায়রিবা খুনশিং অসিনা শন ৪০০ না লোই হায়রে। খিপুমৈ (কোহিমা) থুগাই, উপি তোনমৈনা শন ১০০ লোই হায়রে। খিপুমৈনা খুল চঙজরগে হায়দুনা শন ১০০ লোই হায়রে। ঙামৈ খুনৌ, ঙামৈ খুলেন, ঙা খুনৌ খুলেন খুন ৪ না শন ৪০০, শামু ময়া ১, খোইদিং পোন ১০০ লোই হায়রে। খিপুমৈদা (কোহিমা) নিংথৌগী খোঙ্গুল য়েকপা নুং হোঙবা নুমিৎতা মেরামেচমৈ, তোনলোইচামৈ, শিংতেমৈ খুনৌ, শিংতেমৈ খুলেন, উতু রাশামৈ, বাহামৈ, খিশামৈ খুনশিংসিনা শন ৬০০ লোই হায়রে।

চন্দ্রকীর্তিন' অঙাং ওইনা নিংথৌ ওইরিঙৈ নরসিংনা সেনাপতি ওইদুনা সেকপাউ থুগাই। সেনাপতিনা সেকপাউদা লৈরিঙৈদা শেনপুং, চোংশীমাং, তারোন, খাদি হাওখুন মরিনচিংবা খাকি হাও পুন্নমক লোই চল্লম্মী। খৃ. ১৮৪৪ দগী ৫০ ফাওবা মৈদিংঙু নরসিংনা নিংথৌ ওইরিঙৈ অরাং হাও লাইশম, তেরা, চারাই, শোমতন, কাতাং খুম্বুক, তোইনেম, কচাই ওকখুল, হুইনিং, হুন্দুং, চোইথর, হৈচুম, নুংশোং, খুনকোই, শম্বুক, কসোম, খমলাং, নমপুই, শোকপাও, চাপাং, হৈখি, লাইখি, কাশোং শাকোকলাং, খামশিং, মৈরিং, তুসোম, চোমশি, হংকৌ, গুাক্রম, নুংমন, নুঙৌ, ফৈজোম, তোনঙৌ, শৌকাপুং হায়রিবা খুনশিং অসিবু লান্নুপ কাহল্লে। চোংথান্বা শেলুংবনা অরাংলম খোইরুলোই থৌবা চংলুবদা গুারুফেক্কমৈ খুল থুগাইরম্মী লোয়ননা খিপুমৈ, রৈখোমৈ, তেহমৈ, পিজমতুমমৈ, কিকোমৈ, গমৈ, চাখামৈ, লিশমৈ, গাশিরমৈ, তেরচেমৈ, চেরমৈ, মেরেমৈ, মেরেংমৈ, নেরেমৈ, পশামৈ, তেসামৈ, গুারুফেংমৈনচিংবা খুনশিং লোই চল্লমদুনা লোইহাপোৎ য়াম্না কৎলৈ।

খৃ. ১৮৫০ দগী ৮৬ ফাওবা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তিনা পানবা মতমদা তেনলোই, হাওখিং, কাওহৈ, কনজা, মরেং, খুম্রাংনচিংবা লোই চন্দুনা লোইহাপোৎ য়াম্না হারকই। খাকি হাও শেরম, লোংয়া, কবোক, চাইরেন, শেন্দিং খুল ৫ না শন্দং ৫, শেনবুং ৬ পুরক্লুনা নিংথৌদা কৎলৈ। খমতোং, কাংপোং, নমপেৎসা, লোংজাও, কুহাং, লমপুই, হাইখি মোংবা খুনৌ খুলেন, কোংগান, কপনেং, লংগুং, লংজি, চাহোং, তানহোং খুল ১৪ না লোই হায়রে। নিংথৌনা চিবুদা লৈরিঙৈ লুশৈ নিংথৌ পোইবোইনা লোই হায়রে। চিবুদা নিংথৌগী খোঙ্গুল য়েকপা নুং খিল্লল্লগা লোই চল্লবা হাওখুলশিংদি বারুশেন, লেংখম, পোইবোই মমাখুন, মোনবুম, লায়াখুন, হেনহিংখুন, লালাখুন, হাওবি সানখুন, তাপ্রৌখুন, খিংজা তুমখুন, হোংঙুখুন, লমসাউখুন, পুমহাং, লান্দংলুক খুন ১৪ অসি লোই চল্লম্মি। য়াম্না লোই চল্লমদবা

তুইথং, মোনলোং, পনজু খুনগা, পুরুনখুন, খোংচংখুন, হায়অংলমপু খুন হাওখুন ৬ অসি শেন্দুনা খাজনা খীহল্লি।

**চীংমী তম্মী পূনশিন্নবা হোংনবাঃ**

হায়রিবা নিংথৌশিং অসিগী হাক্তকশিংদা তম্পাক লম অমদি অকোয়বদা লৈরিবা চীংশাংশিংদা খুন্দারল্লা চীংমী হাওখুনশিং মথং-মথং লোই চনশিন্দুনা হৌজিক লৈরিবা মণিপুরগী চীং-তমগী অপূনবা লমখৈ অসি চাউরাক্লা চহী ১৮৫০ রোম চন্তনা শেমগংলকখিবনি। অসুম্না মণিপুরগী স্তেত ফোর্মেসন মপুং ফানা চংখদুনা অপূনবা শক্তম অমা লেপ্লবা তুংদা চীং অমসুং তমদা খুন্দারিবা চীংমী-তম্মীশিংগী নকপীন্নবা, অপূনবা শক্তম অমা শাগৎনবা হোংনবদা অতৈ পায়খৎপা য়াবা থৌরম কয়াসু মৈতৈ নিংথৌনা পায়খৎলম্মী। চীংমী-তম্মী অনীগী মরক্তা নুংশি-চান্নবা হিংমিন্নবা পায়খৎলল্লা থবকশিংগী মনুংদা খরদং পনবা য়াবশিংদি— গরিবনিবাজ মহারাজনা তাংখুল অমদি অরাং হাও পুম্নমক্তা মৈতৈগী অক্তম-অথৌ পুম্নমক্তা মরূপ শান্নহল্লম্মী। চীংথংখোম্না মহারাজগী হাক্তক্তা কবুই হাওবু কাওজৈ শান্নহল্লি, লুহপ্পা হাওগা মখারমগী হাওগা হিয়াঙ তান্নহল্লি। লুহপ্পা হাও ৩০৪ বু পুরুমপন্দা খুল লিংহন্দুনা খুন্দাহল্লি। খারম হাও ৩৫ বু বাইকোক্তা খুন্দাহল্লি। মৈদিংঙু চৌরজিংকী হাক্তক্তা লুহপ্পা হাওবু পুরক্তুনা চিরিং কোঞ্জিন্দা খুন্দাহল্লি। মৈদিংঙু নবসিংহগী হাক্তক্তা খাকি হাও খুত্তিংকাই ১০০ বু চিরাংদা খুন্দাহল্লি। অসুম্না চীংমীশিংবু তম্পাক লমদা পুবক্লগা খুন্দাহন্দুনা চীংমী-তম্মী অনীগী মরক্তা নক্লবা মরী শাগৎনবা হোংনখি।

চীংমী-তম্মী নুংশিনবা, নক্লবা মরী শাগৎনবা হোংনবদা চহী খুদিংগী মেরা থাদা 'মেরা হাওচোংবা' হায়দুনা চীংগী হাওশিংবু নীংথিজনা পীজ-পীথক্তুনা মাগী মাগী মনাংকী ফিজেৎ লৈতেং শেং-চাদুনা জগোয় শাহনবা, মখল-মখলগী কৃম্মৈ তৌহনবা লোয়ননা কাঙলূপ তিন্নদবা চীংমী কয়াবু শকথঙ-মায়খঙনহন্দুনা কাঙলূপ অমগা অমগা মকপ-মপাঙ ওইবগী নুংশিনবা মরী থম্লবা মৈতৈ নিংথৌশিংনা হোংনরকখি। চীংমীশিংনসু মাগী মাগী মখুন্দা থোকপা পোংথোক কয়া, মমল য়াম্বা অঙম্বা খুদোলপোং কয়া পুবক্তুনা নিংথৌদা কংলবা লোয়ননা নিংথৌনসু শা অমদি য়ু মবাঙ কায়না পীজ-পীথক্তুনা পেলহল্লগা অঙম্বা খুদোলপোং পীদুনা মখুল-মখুন্দা হললহন্দুনা নুংশি-চান্নবা হিংমিন্নবা হোংনরম্মী। অসিদসু নত্তনা চীংমী কয়াবু অচৌবা ফম কয়া পায়হন্দুনা মৈতৈ লৈঙাক-শাসন্দা য়াওহনখি। মসিনা অপূনবা মণিপুর অমা শাগৎনবা হোংনবদা অচৌবা মতেঙ অমা ওইবম্মী। মসিগীসু মথক্তা হাওমচা লোয়শঙ লিংখৎতুনা নিংথৌগা চীংমীশিংগগী মরক্তা পাউ ফাওননবগী থৌরাঙ পায়খৎলম্মী। লোয়শঙ অসিগী মকোক ওইনা 'লাকপা' হায়বা ফম অমা হাপ্তুনা থবক পুহল্লম্মী। লাল্লুপ কাবা চীংমীশিংনা লোয়শঙ অসিদা কাবম্মী। মেরা থাদা পাঙথোকপা 'মেরা হাওচোংবা' কৃম্মৈ লোয়শঙ অসিনা পীন লাওবগী থবক তৌরম্মী। কৃম্মৈসি হান্না হাওচোংবা হায়না পাঙথোক্তুনা লাক্লবসু মতম খবা লেপলুরগা নৌনা অমুক পাঙথোকপা হৌরকপদা হৌচোংবা হায়না পাঙথোক্লরে। হাওমচা লোয়শঙ অসি মৈদিংঙু ইরেংবগী মতমদা (খৃ. ৯৮৪-১০৭৪) ইহান হান্না লিংখৎখি। মতুংদা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা (খৃ. ১৬৯৭-১৭০৯) পানবা মতমদা অমুক

হন্না নীংথিনা চাওখৎনবা হোৎনখি।

**ব্রায়োইশিন ঃ**

মতম অমা মণিপুরগী অঙনবা মতমদা অপীক-অপীকপা তোঙান-তোঙানবা চীংমী-তম্মী কাঙলূপ কয়ানা চোইনা চোইনা মনীং তম্না পান্নরম্বদগী কংলৈ নিংথৌনা তোখাই তোখাই লৈনরম্বা কাঙলূপ কয়াবু শাংলবা মতম চাউরাক্না চহী ১৮৫০ রোম চঙনা কাঙলূপ মথং-মথং অমগী মথংদা অমা মৈতৈ লৈঙাক মনুং চনশিন্দুনা অপূনবা মণিপুর অমগী শক্তম শাগৎতুনা অপূনবা লৈঙাক্রোন অমগী মখাদা চীং-তম অনী পূনশিন্দুনা লৈঙাক-শাসন তৌরম্বনা ঙসি শীক্রবসু শীক্না মণিপুর হায়দুনা মশাগী অকক্লবা লমখৈ অমা নাইনা লমদম অসিগী মীয়ামগী চপচাবা শক্তম অমা থম্বা ঙম্না হিংলক্লিবা অসিনি। অসিগুম্বা চহী কয়া চঙনা শাগৎলকখিবা মণিপুরগী লমখৈ অমসুং মণিপুরগী অপূনবা শক্তম্ব শীংনদুনা মণিপুর মচেৎ তানা থুগাইনবা হোৎনরকপা হায়বসি লমদম অসিগী মীয়ামদা চাউনা শীংনবা, থম্মোয় কায়নবগী মশক্নি। শীক্লবা মণিপুরগী অপূনবা শক্তম কায়দনবা হোৎনবা হায়বসি ঙসিগী অমদি তুংগী হৌরক্কদৌরিবা মীয়োলশিংগী চাউরবা থৌদাং লৈ লোয়ননা লৈঙাক্রোন অমগী মখাদা পূন্না হিংমিন্নরক্লবা চীংমী-তম্মী অনীনা পূন্না নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নদুনা অপূনবা শক্তম অমা কন্নবা হোৎনবা হায়বসিনা তুংগী য়াইফবা ওইগনি।

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**

*১। চকপা খুন্দ খুহোক ২। খাম্বা থোইবী ৩। তুজংলোন ৪। নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা ৫। পাখঙবা লাইহুই ৬। চৈথারোল কুম্বাবা ৭। খুমন কংলৈরোল ৮। থবাল্লম্বা তিবান, ৯। নিংথৌরোল লম্বুবা ১০। মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা ১১। মিরাত*

# কবুই জাতিগী খুন্দারোল

*দি এল কবুই*

কবুই জাতিবু মশক খঙগে হায়ববদি কবুই জাতিগী মৈহৌরোলদগী চৎনরকপা কবুইগী খুন্দারোল অসি নৈনরগা খরমখৈদি খঙবা ঙমগনি। কবুই জাতিগী মৈহৌরোলদগী চৎনরকপা খুন্দাবগী থৌরম অসি হৌজিক্কী মতমদদি তৌনদ্রে। মবম অদুনা কবুই জাতিগী খুন্দারোল অসি হৌজিক্কী মীয়োলনা কাউনরক্রে।

কবুই জাতিগী খুন্দারোল হায়বসি কবুই জাতিনা খুল অনৌবা খুন্দাবা মতমদা পাঙথোকপা কবুই জাতিগী চৎনবী ধর্মগী ওইবা থৌরম অমবু খঙনগনি। অদুবু হায়রিবা খুন্দারোল অসি খুল অমা নৌনা খুন্দাদ্রবসু খুল অমদি লৈবাক অদু মল্লবা মতমদা খুল অমদি লৈবাক অদু অমুক নৌহনগে হায়রবদি খুল অনৌবা খুন্দাবগুম্না খুন্দারোলগী থৌরম অদু চপ চানা পাঙথোক্কনি। অসুম্না পাঙথোক্লবদি খুল অদু নৌবে হায়না লৌগনি।

**খুল মল্লে হায়বসি করম্না খঙগনি**

কবিগুম্না খুল অমা নৎত্রগা লৈবাক অমা মল্লে হায়বসি কবম্না খঙগদগে হায়বা ৱাফম অসি য়াম্না লায়বা নত্তে। খুল নৎত্রগা লৈবাক অদু ঐখোয়না মল্লে হায়বা খঙগদবসি খুল নৎত্রগা লৈবাক অদুদা মনুং-মতম চাদনা মীশি-মীনা য়াম্না তোয়ববা, খুল নৎত্রগা লৈবাক অদুদা চাথোক-ঙাথোক কা হেন্না ৱাৎলক্লবা খুল নৎত্রগা লৈবাক অদুদা পূকচেল খোয়জেল ভিন্নবক্লবা, অৱা-অনা য়াম্না নংলবা, লৈবাক্কী ৱায়েল-বিচারনচিংবা মথোঙ-মবম খঙলক্লবা, লাই-তীনগী মরমদা অকায়বা কয়া থোক্লবা, ধর্মনা য়াম্না হেন্না লৈখা তারক্লবা খুল নৎত্রগা লৈবাক অদু হার-কার লাউববা, হীবম খুদিংদা খুল নৎত্রগা লৈবাক অদু শান্তি লৈরক্লবা অদুগুম্না মতম অদুদা খুল অমদি লৈবাক অদু মল্লে হায়না লৌগনি। অদুগুম্না মতম অদুদা অকবা নুমিৎ থাবুম য়েংলগা কবুই জাতিনা খুন্দারোলগী থৌরম অসি পাঙথোক্লে। খুন্দারোল অসি খুল অনৌবা তাবগী থৌরম অদুগা চপ মান্নরা খুল নৎত্রগা লৈবাক অদুদা পাঙথোক্কনি। অসুম্না পাঙথোক্লবদি খুল নৎত্রগা লৈবাক অদু নৌরে, খুঞ্জাও-লৈচাওদুনা, চাহোঙ-ঙাহোঙদুনা লৈবাক শান্তি ওইনা লৈবাক মবা তপ্না পাল্লে হায়না কবুই জাতিনা য়াম্না চেৎনা থাজনৈ।

অসিগুম্না খুন্দারোল অসি কবুই জাতিগী য়াম্না মরু ওইবা থৌরম অমনি, মসি মরীক চুম্না পাঙথোক্লবদি লাই পূম্নমক্কী নিংথৌ লাইনিংথৌ মশামক য়াওই হায়না য়াম্না চেৎনা থাজনৈ। মদুগী প্রমাণ, খুদম, থবক-থৌরম কয়ানা চপ চানা তাকই। মরম অদুনা থৌরম অসিদা পূজাগী পোৎলম শুনা পূজা তৌবা, লাইশোন-তীনশোন, ঈশৈ-নোংমাই কয়া অসি য়াম্না চেকশীন্না

শোয়দনবা হোংনৈ। অসুম্না নিয়ম চুম্না মপূং ফানা পাঙথোক্লবদি মদুগী কান্নবা অফবা ফল, অফবা মহৈ অদু চপ চানা ফংঙি অমসুং মদুগী সাক্ষীনা পী। মদু লাই পূম্নমক্কী নিংথৌ লাইনিংথৌমক্তা পীবনি হায়না থাজনৈ। কবুই জাতিগী খুন্দারোল অসি মৈতৈগী উমংলাই হরাওবদা তৌরিবা থৌরম অসিগা হাইকেং মান্নবা খরসু য়াওই।

**খুন্দারোলগী লাইরোল মতেক খরা**

লাইরোল অসি কবুই লোন্দগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপনা চপ চাবা অর্থগা চানবা পীবা ওমদে। অদুবু চাউরাকপা মতেক খরা মখাদা পীজরি।

*মহানোং খুন্দা নৈতাসে হায়খিয়ে,*

*খুন্দা নৈতাসে হায়র'দি*

*লাইজ ঈশিং চেনগ্রিওবী নৈরবরা?*

*লাইজ ঈসিং চেনগ্রিওবী নৈয়ে*

*হে! দোই'দি হেঃ খুন্দা নৈতাসি॥*

*মহানোং খুন্দা নৈতাসে হায়খিয়ে,*

*খুন্দা নৈতাসে হায়র'দি*

*মুরুম মুরুম শোনবা (মাইবা) নৈরবরা?*

*মুরুম মুরুম শোনবা নৈয়ে।*

*হেঃ দোইদি খুন্দা নৈতাসি॥*

... অসিনচিংবা।

অসুম্না খুন্দুম ফানবা নৌ য়ানবা মথং-মথং নৌ লোকপা অসিনচিংবা মখল-মখা কম্যাগী লাইরোল শক-শোন্দুনা অহীং চুম্না তুমদনা নোং ঙানবা ঙাইদুনা নৈগনি। নোং ঙান্নগা লাই পূম্নমক্কী নিংথৌ লাইনিংথৌ অমদি লাইশিংদা পূজা তৌদুনা থৌনিজবগা খুন্দারোলগী থৌরম লোইশিনগনি। হায়রিবা লাইনিংথৌ অমদি লাইয়াম পূম্নমক্তা কংপঃ ইনশাংদি নহাশিংনা চাবা য়াদে। অহল ওইরবা হনুবা হনুবীগী থাক্তা কাববা মীওইভনা চাগনি। মরম অদুনা নহাশিংগীদি তোঙান্না থোংনৈ। অদুম্নদি ওইরগা নাবা অঙাংশিংগীদমক্তদি অথীংবসি থমদে। অঙাংশিংগীদমক্তদি লাইনিংথৌ (ঈশ্বরগী) প্রসাদী অসি ফংননবা কৌরগা পরেং শানা ফমহন্দুনা সেবা ফজনা তৌদুনা প্রসাদী অসি ফংহল্লি।

# ফয়েংগী পুরারী অমদি ফয়েংগী ওইবা চৎনবীশিং

*অঙোম সরিতা দেবী*

ফয়েং হায়না খোল্লমলিবসি অহল লমনশিংনা হায়বীরম্লগী মতুং ইন্না কৌওইবী লাইরেম্বীনা ফাযরম্মী, ফাযে হায়বগী ফয়েং হায়না কৌখিবনি হায়। হৌজিক ফাওবদা ফয়েং খুঙ্গাওদা চাবা থকপা ব্রাংপা হায়বদুদি লৈত্রি।

যাম্না শুপ্নীঙ্ভে মীশিং যামদ্রীঙ্ভেদা ফয়েং খুনজাও অসি শা-কৈ যাম্না কল্লম্মী। ইংখোল চাউনা চাউনা যুম লন্না লন্না তানরম্মী। যুমগী মওং খুৎশাদি ইগী যুম লায়খন তারগা ফক্লাংগী মপাল্লোম থংবা শরুক্লা যাক্লেন্না কৈরোই খারগা মনুংলোম থংবা শরুক্লা লৈবাক্লা ব্রাই তৈরগা মখা অয়াম্বা ওল্লগা শানরম্মী। যুমগী মপাল্লোম থংবা ফক্লাং যাক্লেন্না কৈবোই খারীবগী মরমদি কৈগী খুজিন্না খোংপা শুমদনবনী হায়। মতমদুগী শা-কৈ যাম্না কল্লীঙ্ভেগী ফয়েংদা থোকখিবা বারী অমসু লৈ।

মচানুপা ওইবনা মৌবু খিরবদি মমা অমদি মচনবু মীরাইবীবা থৌওইবীরমদবা হায়বসি লৈরকই। কৈনা ফক্লাং হোগাল্লরগা মচননুপীসি পুখিবা মতমদা মমানা মবুং হৌদোক্লগা কৈ তাম্নুনবা মচনগী খোজুন লীরুনবা হৌদোকপদা মচানুপানা খুন্নুকই হায়- ও, ইমা। ঐদী নমৌ নাযে কৈ তাম্নুবা শুল্লয়োই হায়না। অদুদগী মমানা শাওনা থম্মোয় শোক্লা শাপ তৌখি হায়-নাদনা নায় হায়বা ওইরবদি নঙগী নুপীদু মপুক্তি চুন্না অশোনবা অনাবদা ওইয়ু হায়না। অদুদগী হৌজিক ফাওবদা মসিগী চাকোক, চারোল শুরোলসি মসিগী শাপ কোকত্রি হায়।

ফয়েং খুন চাওজরবসু যুম্নাক্তি অঙোম, নিংথৌজম অনিসি থরুনী অদুগা শাগেদি মবী থোক্লা খায়দোকই। অঙোম শাগেদা অনি থোকই-নাওতম হায়বা অমগা লুলাকবম হায়বা অমগনি। নিংথৌজমদসু শাগে অনি থোকই খুল্লাকবম হায়বা অমগা অচানবম হায়বা অমগানি। অঙোমদা লুলাকবম শাগেদগীদি নাওতম শাগেনা চাওবা অমদি মীশিং যাম্বা হেল্লী। নিংথৌজমগীসু অচানবম শাগেদগীদি খুল্লাকবম শাগেনা চাউবা অমসুং মীশিং যাম্বা হেল্লী। শাগে খেন্নবগী মতুং ইন্না অপোকপা খুকস্নচিংবদসু খেননৈ, মাগী মাগী তোংঙাল তোংঙাল্লী।

চায়ৌ মৌরৌনবগী মতাংদদি অঙোম নিংথৌজম লৌনবা নত্তনা যেক মশেল হায়বদি অঙোম মশেল নিংথৌজম মশেল লৌনবা য়াবমদে।

যুম কৈ পানবগী মতাংদসু হান্নদি অহল লমন্না হায়না শীংনরগা নিনরগা লৌনরম্মী।

লাই-তীনগী মতাংদদি ফয়েংগী যুম খুদিং ইমা লৈমরেনবু ইশাইকু ওইনা লাইরিংথৌ সনামহীবু খুতম যারগা লাংনৈ।

ফয়েং খুনজাওগা শাগোল্লরিবা লাইশিংদি পাজনবা, বুদ্ধিবা, কৌওইবী, লোইচীংনী।

অদুগা উমং লাইদি কৌব্রুনী, কৌব্রুনা কোল্লী। চহি খুদিংগী মখা লাইবুং অতাং লাইবুং থায়দোক্লুনা অফবা নুমিৎ থা য়েংলগা ফাইরেন থাদা নুমিৎ তরামাথোইনী নংত্রগা তরাহুমদোইনি চুপ্রা ইবুধৌ কৌব্রু হবাওবগী থৌরম পাঙথোকই। লাই হয়াওবিশ্তে মনুংদা ফয়েং খুল্লক্তা মীশি মীনা থোকপদা, লুহোং খোংদোংবা দেব কর্ম্ম থোকপদা পুং খাল, থোন বেন যৈবা খোংবা য়াবমদে, লুহোং খোংদোং ফিবোই সোরাং তৌনদে।

ফয়েং খুনগী ওইনা খুরুম্বা অরুবা লাইদি - কুবাক লমতায়ব অমদি বুক্কিবা খুরুম্বনি।

কুবাক লমতায়বা ইশাগী হুম্রী পানবদা লমতায়বুংদা হুই অমুবা অমা শারেন কংলগা পাঙথোকই। লাইখুরুম্লীশ্তে মনুংদা মীতোপ অমদি ইখুন ইশা গী-মী চঙবা থোকপা য়াদে।

বুক্কিবা খুরুম্বনা হিয়াঙ্গে থাগী - অহানবা থাংজ নুমিত্তা বুক্কিব খুতমদা পাংথোকই। বুক্কিবা খুরুম্লীশ্তে মনুংদা লৌ শিং লোকপা লোইত্রি ফাওবা ফয়েং খুল্লক্তা পুং পেনা বাশি খোংবা লুহোং খোংদোংবা, ফিরোই সোরাং, হরাও কুম্মৈনচিংবা পাঙথোকপা য়াদে।

**অঙনবা মতমদগী চৎনরক্লবা ফয়েংগী ওইবা**

**অঙাং উন্নবদা পাংথোকপা চৎনবীশিং ঃ**

ঙল্লীশ্তে মতমগী ফয়েংগী ওইবা চৎনবীদা অঙাং অমা হেক পোকপগা মাইবীনা পোক্লীবা অঙাংদুগী খোইরীদু রাক্কী উতোং অমগী মথক্তা থমলগা রাকথৌ, রাক মচেং অমনা কক্লগা লং অহিংবনা খোইবিদু চেংনা পুনশিল্লী। পোক্লিবা অঙাংদুনা নুপা ওইবগদি লংচা মঙানা পুল্লী। নুপী ওইরগনা লংচা তরুক্লা পুল্লি। অদুগা নাওফমদু নুপা ওইরগনা লৈহৌবাগী লা মঙানা য়োল্লগা পায়া মঙানা পুল্লগা খোইজু লৈখম য়াওরগা ইমুংগী মমাঙথোঙগী য়েং থংবা থোঙচীন মপাদা লৈবাক তৌরগা ফুম্মী। নুপীগীনা নাওফমদু লৈহৌরাগী লা তরুক্লা য়োল্লগা পায়া তরুক্লা পুল্লগা খোইজু লৈখমগা লোয়নরনা ইমুংগী ওয় থংবা থোঙচীনপান্দা ফুম্মী।

ঙল্লীশ্তে মতমদগী ফয়েংগী ওইবা চৎনবীদা অঙাং উল্লগদৌরিবী অদুগী মৈনীংকুমফম তোঙাল্লা থল্লে। অঙাং উনরমদাইদা মৈনীংকুমগদৌরিবী অদুগী খুয়াদা ইকজনবা কোম তৌরগা ময়াইদা খারা থাদুনা থমগনি।

অদুগা অঙাং পোক্লবা মতুংদা মৈনীং কুমলিবী অদুনা যুম শেংত্রী ফাওবা কোমদুদা ইরুজগনি। যুম শেংত্রী ফাওবা মপালদা থোক্লগা ইরুজল্লিবগী মরমদি মৈনীংকুমলিবী অদুনা ইরু মাইথজখিবগী ঈশিং নুংশিং অদু অতোপ্পনা শোক্লু নেৎলুরগা মাঙগনি হায়বগীনি।

**ইপান থাবা যুম শেংবাঃ নুপানা মঙানিদা, নুপীনা তরুক্লীদা যুম শেঙ্ডী ইপান থাই।** যুম শেংগদবা নোংমা রাৎলিশ্তেগী নুমিদাংদা চাপোক্লীবী নুপীদুগী লুখুমদা চেংবুম হৈবা হায়দনা লারাক লাশেং অমদা চেং হৈরগা চেংদুগী মথক্তা য়েন মরুম অমা থল্লগা লাশেং অমদনা নুপা ওইরগনা মপাগী ফৈজোম ফুরিং থল্লগা নুপী ওইরগনা মমাগী ফনেক ফি থল্লগা অতিয়া গুরু শিদবদা পুশি নিনৈ অদুগা নোংঙানবগী অযুক্তা যুম শেংই চাপোক্লিবী অদুনা ইরু মাইথজবা লোইরগা তৌরিবা কোমদু ফুমজিনগনি। অদুগা মাইবীনা চরু থারগা মৈনীংকুমলিবীগী চক রাইরু চাক থোংবগী উৎ রাই পুল্লমক খোমদোক শেংদোক্লগা থোজাল রাংমদা হুনদোক্লুরগা ইরু মাইথজনি। ইমুংগী মীওইশিংনা মৈনীংকুমলিবী অদুগী তুমফম অদু রাইরম তৈথোকলগা

অনৌবা ফম থাবিরগা, মাঙ্গোলগী খোঙজীন মপান্দা কৌ লৈতং অচোনবা অমা খিনগনি। মদুমু কৌতাং খিনবা হায়না খঙনৈ। কৌতাংদুগী মথক্তা পায়না লেংবা ঙাখা অকংবা পয়েং অমা থন্নগা মদুগী মথক্তা অমুক লী মচেং মকোল অমা থমগনি। অদুগা লৈতংদুগী নাক য়েং অনিমক্তু পম্বানা মনা পানগনি। লী মকোন অমদি ঙাখা পরেংনা কোয়শিল্লীবা কৌতাংদুগী মথক্তা মৈতৈ থুমপাক অনি লাইগী দক্ষিনা পৈশা তরা অনি হাপকনি। অদুগা ইমুংগী খোঙজীনপানদা চাপোক্লিবী অদুনা অঙাংদু পন্নগা কৌতাং খিল্লীবা অদুগা মায়য়োক্লনা ইমুংদা ফন্নগা মাইবীনা তাইয়েন হাইগনি। ইমুং মাঙ্গোল থুংনা চংলগা তাইবেন হায়দেক্লগা মমা মচাদু খোঙজীনপান কানথোকহন্নগা দান্নী মপালদা লেপহন্নগা মাইবীনা নুমিং থাদা পুন্সি নুংশা নিরগা খুরুমহন্নী। অদুগা অঙাং অদু মাইবীনা ইরুজবীরগা পুক্লুং শম ককপা হায়দুনা মাইবীনা অঙাং অদুগী শম ককপীগনি। না মাপাগী ওয় য়েংবী শম, লুমাঙ অমদি লুখমগী শম খয় খয় কক্লগা শমদু লা অমদা হাপ্লগা মমাগী য়োন মখাদা থম্মী। অদুগা মুম শেংবদু লোইরগা মাইবীদুগী দক্ষিনা তৌরগা কৌতাং খিনবগী কৌদুসু মাইবীদা পীগনি। মাইবীনা মমুমদা হনবদা চাপোক্লীবী অদুগী ইমুংগী মী অহুম নংত্রগা অমনা কৌ লৈতংদু পুরগা কৌতাং খিনবা চংনৈ।

ফয়েংগী চংনবীদা চাপোকপী অমনা থা অহুম শুদ্রিফাওবা মৈনীং কুম্মী। থা অহুম শুদ্রিফাওবা ফমুং কানদে। চাকসু মথক্তা তোংঙান থোংলগা চাহন্নী। থা অহুম হেক শুকপা চক্লু উয়ান ফেংদোক্লনী উচান খাবৈদু মৈ থাদোক্লনী ময়ামগা পুন্না চাক পুন্নকান্দা ফমুংদা তুম্রে।

**চাউহন্নী মতাংদা ঃ** অঙাংনা হেক পোকপগা থা মঙা শুবদা চাউম্মী। ঙামু অতেকপা থোংলগা অঙাং অদুগী মফি মরোল অহনবা থোনবীরগা নুপা ওইরগনা কৈজোম কোকয়েং, নুপী ওইরগনা ভুংগা ফনেক শেংপিরগা মমানা চাক চখোম মরী ঈশিং য়াউম মবী মপানা চাক চখোম অহুম ঈশিং য়াউম অহুম ইন্নগা চাউম্মী।

নাহুং নারেং তম্বগী মতমদদি অঙাং অমনা হেক পোকপগা চহি অহুম শুবদা নাহুং নারেং তম্মী। নাহুং নারেং তম্বগী মওংদি— শজিবুদগী কালেম্বা ফাওবগী মনুংদা পোকপা অঙাং অদুনা নুপা ওইরবদি মহাক্লা না মকোক চিংলগা লমদা থা ফাওবদা পোকপা অঙাং য়াওরগা কুম অমগুদা পুন্না পোকমীন্নবা অঙাংশিংদু মথং মনাও নাইনা, না মকোক ওইরিবা অঙাং অদুগী য়ুমদা হিয়াঙ্গৈগী হুম্রী পানবদা লৈবাক মাইবা, খুন্নাকপা লুলাকপা ফম্নাইবনচিংবা য়াওরগা নাহুং নারেং তম্বগী থৌরম পাংথোকই।

**ফয়েংগী মী শিবদা পাঙথোকপশিং ঃ**

ফয়েংগী চংনবীদা মী অমা হেক শিবগা শিরীবা মী অদু নাবগা ফমশেম্নরগা শিবা ওইরবদি ফমশেম্নরিবা মাইবদুনা বৈদ্যা ওইগনি। শিগদৌরবা মী অদুগী শিরমদাইদা মাইবাদুনা মাগী লম্বী চঙফম হনফম, শাগৈ পারী পুরী শিং শিংনা তাক্লনি। অদুগা অশিবা অদু খাঙেনফমদা শোশঙ শাস্ত্রিবা ফাওবা মাইবদুনা খোইদৌদা মখুং নম্নগা থমগনি হায়বদি খুং থাখিরোই। শোশঙ হেক শাবা লোইবগা অশিবা অদু ঙাপোং অঙৌবা অমনা মী মরীনা ফিজী মরীদু পায়রগা থাকল খন্নগা পুখোক্লনি। ইমুংদগী অশিবদু পুথোরকপদা য়েনখাদা লাংথোং মচা অমা তৌরগা ঈশিং থম্না থন্নগা লং অহিংবা তিংলগা, নুপী ওইরগনা লংচা তরুক নুপা ওইরগনা লংচা মঙা তিংলগা

ঈরান শেন লুপা অম্না থাদরগা অশিবদু লালহল্লগা শোলশঙদা লাশাং অমগী মথক্তা লক্নু মত্তুপ অমদা মোন খাঙহল্লগা থৈহাক থমগনি। (য়েনখাদা লাংখোং তৌরগা লং তিংলগা অশিবদু লালহল্লীবগী মরমদি য়েনখাবু পতান লৈবাক ওইনা লৌনে, লংদুনা থোং ওইরগা বৈদ্যারনী তুরেল লালবগী মওংনী) অদুগা অশিবদু লক্নু তোংগা অকংবা মৈ থারগা মদুগী উংনা খরী চুল্লগা ঈশিং অশাবা লুল্লগা চৌক্রি অমদা ফমহল্লগা মী মরিনা থাখল খল্লগা ইরুজবীগনি। ইরুজরিবা চৌক্রিন্দুগী মথাদু কোম তৌরগা খারা থারগা অশিবগী মখোঙ অনিদু নেংহল্লগা ইরুজবী। ইরুজবদু লোইরগা মফি মরোল হোংবীগনি। নুপা ওইরগনা ফৈজোম পুময়াং কোকয়েং য়েংশিগনি, নুপী ওইরগনা ফনেক মপান নাইবী শেংলগা ইনফি অঙৌবা ইনবিরগা খাঙজেং শেংশিগনি। অদুগা মশম মনা হাংশিরগা চন্দন থিনবী। (শিরিবদু লৈশাবী ওইরগদি শাই ককপি, মশম পুনশিন্দে, থাদোকই)। অশিবদু ইরুমাইথজবা, মফি মরোল হোংবা পুমলোই লোইরগা থাখল খল্লগা অমুক শোলশঙদা পুশিল্লী অদুগা ফক্রোং মথক্তা মায়থ মরোল অহুম থারগা ফৈজুপ মরোল অহুম শুপহল্লগা শপ্রেমনানা মোন ভুরগা খাঙহল্লগা তুমহল্লী। অদুগা শোশঙগী অকোয়বদু ঙাপোং অঙৌবা মরীনা শঙ কোয়বা হায়দুনা কোয়শিল্লগা, কাথল অঙৌবা খল্লগা থমগনি। অদুগা অশিবদুগী মমীং অনিদু লংপার অঙৌবগী মচেংঅনি নম্লগা পৈশা তরা অনি হাপকনি, মচীনবানদসু য়াউমশেন হায়দুনা পৈশা তরা থমগনি। অদুগা অশিবগী খাতাং নাম্বুবদা লং অহিংবনা লংশুম তারগা খাতাংজেং লাক্রে। নুপী ওইরগনা লংচা তরুক্কা নুপা ওইবগনা লংচা মঙানা তারগা লাকই। অদুগা ঙাপোংনা শঙ কোয়রিবা শোশঙদুগী খাংমদা শিরিবা মী অদুগী কোকতোন্দা খাই তৈরগা মৈকোয় চকুদু ঈশিং থল্লা হাপ্লগা থাওমৈ থান্দুনা থমগনি। অশিবা অদুগী কোল-লীক পুখম তেঙ্গোং খুজাইনচিংবসু থমগনি। অদুগা অশিবা অদুনা পুগদবা পোং চৈশিং শমজেং মিংশেল, কোকতে থাও, চন্দন চন্দনচৈ উরীক লুকুন, ফদি শাবোন চৈশুনচিংবসু থমগনি। অশিবদু পুথোকপদা পায়গদবা খুসু খুংলাইশিং থাঙ, তা, তেন, চোংনচিংবসু লুখুমদুদা থমগনি। লোয়ননা থোঙাকলোন ঈশৈসু শক্রে।

অদুগা চাক এনশাং থোংলগা অশিবদু চাক ইনবিগনি। চাক ইনবগী মওংদি : চাক অথোংবা অদু য়াক্লোক অমদা লাতোন অহুম থারগা হাপকনি। অদুগা ঙাখা অকংবা অথোংবগা, য়েনমরুম অকুংপদু মশুং মশুং খায়রগা শীং তিলহৌ হিংনা শোয়রগা লাদুগী মচি অমদা হাপকনি। লফোই চু কবোক হৈ-রা কানচিংবসু পীক্রা পীক্লা মচেং মচেং খায়রগা মচীদা হাপলগা লাতোন অহুম্না কুপকনি। লাতোনদুগী মথক্তা অমুক ফি অঙৌবনা কুপ্লগা অশিবদুগী মনাক্তা পুশিল্লগা মমৌ নংত্রগা মচানিঙোম্না চাক অদু ইনগনি। চখোম অমদা পুম্না শীং তিলহৌ ঙা চাক য়েনমরুম হাপ্লগা অশিবদুদা ইমা নংত্রগা খাবা চাক ইন্নককে চাক চারসি হায়রগা অহন্নক অহন্নক চখোম তরাহুমদোই ইনগনি। অদু লোইরগা ঈশিং থক্রসি হায়রগা ঈশিং অমুক ইল্লগা কবোক হৈ-রা অদু মথং মথং ইল্লগা, খুত্তা ঈশিং হৈরগা মচিন মপাদা চীন তেংলসি হায়রগা চীন তেংহল্লগা ক্না ইল্লগা চাক ইনবদু লোইরে। চাক ইনবা লোইরগা নিঙোল মরানা খুরুম্লগা শোশঙ মমাঙদা খৌ অহন্নক চোংগনি অদুগা অশিবদুগী হাম্না পুখম তেঙ্গোং খুজাইনচিংবদু নিঙোল মরানা ফংগনি।

খৌ চোংবদা খুং নামনা চোং পায়গনি, নামনা তা পায়রগা খুদে অঙৌবা অমনা চারৈ তারগা কোকয়েং য়েংকনি অদুগা ঙাপোং অঙৌবা অমা খৌওন তৌরগা ঙাপোং অঙৌবা অমনা চাবে তারগা খাঙজেং লক্লগা চোংঙী। করিগুম্বা নিঙোল মবানা খৌ চোংবা হৈত্রগদি অতোপ্পা অহৈবা মী নেকনৈ। খৌ চোংবদু লোইরবা মতুংদা পুং হৌবা হায়দুনা পুং য়ৈরগা অশিবদু ফকলোংনা য়োমশিল্লগা পায়ানা পুনশিল্লী। পুল্লিবা পায়াদু নুপী ওইরগনা তরুক পুল্লী লুখুমদা অনি, খোইদৌদা অনি, খুয়াদা অনি অদুগা নুপা ওইরগনা লুখুমদা অনি, খোইদৌদা অমা খুয়াদা অনি পুল্লী । অদুগা অশিবদুগী খোইদৌ মপাদা খোইদৌ হায়না খঙনবা খানা ইংলগা শেম্বা মতোন ভুম্বা শৌ নুপী ওইরগনা তরুক নুপা ওইরগনা মঙা ফক্লোং অদুগী মথক্তা কোয়না খুংলগা লং অহিংবনা, নুপীগীনা লংজা তরুক নুপাগীনা লংজা মঙানা শৌ অদু পুল্লা য়েংশিলগনি। অদুগা অশিবদু থাবল খল্লগা শোশঙদগী পুথোক্লগা কায় শারগা থমলিবা কুদুগী মনুংদা হাপকনি। (অশিবদুনা শোশঙদগী হেক পুথোকখিবগা শোশঙদু কুক্তোক্লগা থোঙ্গাল খাংমদা মৈ থাদোকই। অশিবদুনা শেংলম ইল্লম্বা ফি য়োল, ইরুজবদা শেংপা অচোংপা ফিশিংদু কু মনুংদুদা হাপ্লগা কু অদু খাচেংনা কোল্লগা পোলাং শারগা নুপাগীনা পোলাংদু খাচেং মঙানা মখুং ওইরগা খাচেং মঙানা মকেন ওইগনি। নুপীগীনা খাচেং তকক্লা মখুং ওইরগা খাচেং তকক্লা মকেন্দ ওইরগা শাবা পোলাং অদুনা কু অদুগী মথক্তা খুল্লগা, পোলাংদুগী মথক্তনা লৈকমফিনা কুপকনি। অদুগা পুং য়ৈরগা খাশি খোংলগা অশিবদু পুথোকনি। অশিবা পুথোকপদা তেন পায়বা নুপা অমনা অশিবদুগী মমাঙ থানা চংলগা শিরিবদুগী মমিং পল্লগা মহাক্লা লাকপা লম্বীদা হুই হৌদোং খাহী য়োন্, শা-কৈ হীংচবী য়াইতম্বী, লাই-তীন পুম্নমক চংখোকউ হায়রগা তেন তল্লগা লাওগনি। অদুগী হেক মতুংদা হৌনা শীংনা মৈ চল্লগা পুবা মৈরা পায়বা নুপা অমা চংকনি। অদুগী মতুংদা চোং-তা পায়বা নুপা অমদুগী মতুংদা থাঙ লেংখোং তৌরগা পুবা নুপা অমা চংলগা পুং পেনা খাশি খোংবা ইল্লগা য়াংকোক পুবী চংকনি, শোশঙদা অশিবদা ইনখিবা চাক্কু মংদা হৈদোক্লনবা পুবা শিংলুপকী নুপী অদুগী মতুংদা য়েনপাক পুবী (শিরিবদুনা মপুরোইবা ওইরবদি মাগী নুপীনা য়েনপাক পুগনি। মমা ওইরগনা মচানুপী নংত্রগা মমৌনা পুনৈ।) অদুগী মতুংদা লেংখোঙ তৌবগা মৈকোয় চক্কু পুরিবা মচাদুনা অশিবগা হেক থংননা চংকনি। অশিবদু মং য়ৌনা পুরগা চংপদা লম্বীদা তুরেল, লাংখোংনচিংবা লাল্লগদি লং অহিংবা, নুপা ওইরগনা লংচা মঙা নুপী ওইরগনা লংচা তরুক তিংলগা লাল্লী। মং য়ৌরগা খা মরি য়ুংলগা চন্দুবা খল্লীবা অদুগী মখাদা খা মরী খুংলগা শীংশেল্লীবা অদুগী মথক্তা কুদু থাঙ্গংলগা মৈরা পুরিবা অহলদুনা মৈ চুগনি। অদুগা মৈকোয় চক্কু পুরিবা অদুনা মাঙ থারগা শীং শেম্বগী য়ুংলিবা চুক মরি অদুদা ভুং লোমদগী ঈশিং খজিক খজিক হৈথরগা, মাগী মতুং ইল্লগা ইমুংগী মচা মশু পুম্নমক মৈ কোয়বা অদুদা য়াওগনি। চুক মরি অদুদা শোক্লগা লাইবক কংলগা অহল্লক মৈ কোয়গনি।

মৈ কোয়বা লোইরগা শিরিবা মী অদুদা খুরুমজগনি, মপা মমা ওইরগদি ইংখোম্নুংদা থাবা উহৈ খাহৈ হৈপাল লৈপাল পুম্নমক নচা নশুশিংগী থম্বীরম্মু, পুখিখিনু, পুজি নুংশাংবা নাদ -য়েক্তবা পীনবীরম্মু নিজরগা মংকারক্লে। মংকারকপদা শমনা পুনশিনবা য়াদে, পুল্লবশিং

থাদোকনৈ। অদুগা মংকারকপশিং অদু মখোয়না শেংলি ইন্নীবা কি য়োলশিং অদু শুদোক চামথোক্লগা ইরু মাইথজনরগা থোইজু লৈখাম্না মৈ ওক্লগা মুম চগুনৈ।

পোংলোয়বা য়াওরিবা মীওইশিংবু মকশা হায়রগা খগুনৈ। পোংলোইরিবদু রেংশিন্নবা শিরীবা অদুগী ইমুং মনুং নংত্রগা মরীমতা থোকপা নুপা অমা "মিংয়েং" হায়বা অমা থয়্রে। পোংলোয়্নবা অদু পুমলোয় লোয়রবা মতুংদা লু খুন্নবা পাও পীরক্কনি। নংত্রগা মশা তুমলে খগুনবা পুং য়ৈরক্কনি। পুংদি অনিরক য়ৈ হকচাং থায়বদা অমুক অদুগা মশা তুম্না পুমলোই লোইরগা য়ৈরকপদা লু খুনবা চগুগনি।

লু খুন্নবা লুক্ল হায়রগা খগুনবা লৈবাক্কী চক্ল অদু চনাং যেংতবা লং অস্তৌবনা চক্লগী অকোয়বদু লোম্লগা মশম পান্নগা মমায় কাংলগা তুপনি। (অগুাংগীদি লুক্ল তুদে।) লুক্লদু নুপীগী ওইরগনা কনেক মপাজনাইবী শেংপীগনি ইনকি অস্তৌবা ইনবীগনি। নুপা ওইরগনা কৈজোম শেংপীরগা লংগুরা অস্তৌবা ইনবীগনি। অদুগা চক্লদুগা চপ চানবা কেগাম অমনা উপশিল্লগা মথুম খুমগনি। অদুগা লং অস্তৌবনা তুবা মশম অদু থোমগংলগা কেগাম মথক্লদা, লরায়দুদা শন্নুন পুনগনি। লুক্লদদি নুপীগী ওইববসু নুপাগী ওইরবস চপ মান্নলা লরায়দা শন্নুন পুল্লী। কোকয়েং অস্তৌবনা ফিচী অনি থোকহল্লগা কেগাম মথক্তা চপ মান্নলা যেংলী। অদুগা থুম্মোক মচা অমগী মনুংদা কৈজা কোল্লগা কমহল্লগা, গুপোং অস্তৌবা অমনা থুম্মোকতুগা পুন্না যোল্লগা নঙ্কদা পোগনি। লুক্ল পোরিবদু শিবীবদুগী মখৌ নংত্রগা ইমুং মনুংগী মীওয় চাথম নাওখল্লবা নুপীনা পোগনি।

মং য়ৌরগা মকশা চগুলিবা মীওরশিংদুনা য়ৈ মুংলগা, পোংলোইকমদু শিংপা শেংবা পুমলোই লোইরল্লগা লা অমদা শরু থল্লগা লা অমদা মৈতাল অশিবা লৌথংলগা থল্লমগনি। অদুগা পোরিবা লুক্ল হান্না থুম্মোকতু লা অমগী মথক্তা থল্লগা শীংলুপকী চাথম নাওখপ্পী নুপী অমনা মখোঙ শাংনা তিংথোক্লনা কল্লগা লুক্লদু মতমবাক্তা পম্নগনি। অদুগা কোকয়েং অমদি শন্নুন অদু থেক্লগা কেগামদু হাংদোক্লগা থুম্মোক মনুংদা থমগনি। অদুগা লাদা হাপ্পীবা শরুগা মৈতালগা অদু শীংলুপকী চাথম নাওখপ্পী অহন্না শরু অমগা মৈতাল অমগা শরুদুগী মথক্তা মৈতান্না পোহল্লগা লং অহিংবনা পুল্লগা শরু অমমমগা মৈতাল অমমমগা মগুা পুনগনি। অদুগা মগুাদু অমুক পুন্না লং অহিংবনা অমুক পুনশিল্লগা থুংশা মগুা শারগা লুক্ল অদুগী মনুংদা হাপচিনগনি। অদুগুম্না অমুক শরু অমমমগা মৈতাল অমমমগা অমুক লং অহিংবনা মগুা পুল্লগা, মগুা অদু অমুক পুন্না পুনশিল্লগা থুংশা মগুা অমুক শারগা লুক্ল মনুং অদুদা হাপচিনগনি। অদুগা মান্নলা অমুক শরু অমমমগা মৈতাল অমমমগা, মগুা, মগুা পুল্লগা মগুা, মগুাদু অমুক লং অহিংবনা পুন্না পুনিশল্লগা থোক্শা তন্না শারগা লুক্লদুগী মনুংদা হাপচিনগনি। অদুগা লেমহৌরিবা শরুগা মৈতালগা অদু লুক্লদুগী মথক্তা পোনতেন অস্তৌবা অমা থারগা পুন্না তোংনরগা পুনশিল্লগা লুক্ল মনুংদুদা হাপ্পগা কেগামদুনা মথুম খুমগনি অদুগা কেগামগা লুক্লগা তাইনবা অকোয়বদু হোদনবা চুহি তৈরেগা লংপায় অস্তৌবনা কোয়না নপকনি। অদুগা লংনা তুরগা মশম পাঙ্গীবা মশমশিং অদু থোমগংলগা কেগামদুগী মথক্তা লরায় শন্নুন পুল্লগা, মমায় কাংলিবা মমায়গী শরুক্লদা থুংতোন অমমুক্কী লম হাংহল্লগা লুক্ল অদুদগী কেগাম মথুমদু য়ৌনা যুংনা

য়ুংনা লংপার অস্তৌবা অনি অমুক নপকনি। অদুগা লুকুদু কোকয়েৎ ফিচী অনি থোকহল্লগা য়েংলগা, না মপাদা কোকয়েৎতুগী মথক্তা লৈ নাচোম অনি থেংলগা ঙাপোং অস্তৌবনা নেম্না থাখল খল্লগা কৈজা কোল্লগা ফমহল্লগা লুকুদু চাক ইনবিগনি। শোলঙদা অশিবদা চাক ইনবদুগী মওং কায়দনা অমুক লুকুদুদা চাক এনশাং থোংলগা পুরক্লীবদু ইনবীগনি। অদুগা চাক ইনবা লোইবগা লু খুনবা লাকপদা নঙ্গন্দা লুকু পোরকপা মী অদুনা অমুক লুকুদু ঙাপোং অস্তৌবনা নাওহোং শারগা, নাওহোংদুগী ফিচী অনিদুনা নঙ্গন্দা কিশি কিরগা লুকুদু পুক্তা নাওপুবগী মওংদা পোগনি। অদুগা লুকুদুগী মথক্তা ফনেক মপাল নাইবীনা য়েংলোমদা শেংচিনগনি। অদুগা অশিবনা মংদা পোংলোয়নবা পুরকপগী অদুগুম্না, পোংলোয়কম অদুদগী, লুকু কুমকম তাম্না চংপদসু তেন পায়বা নুপা অদুনা মাঙ থারগা শা-কৈ লাইতীন পুম্নমক লৈরমগনু চংথোকউ হায়না লাওরগা তেন তম্লগা চংকনি। অদুগী মথংদা থাঙ পায়বা চংলগা, পুং রৈবা নুপা অমা চংকনি অদুগা য়েনপাক পুবীদুগী মথংদা লুকু পুবীদুপা লোয়ননা লু খুনবা লাকপা মীওয়শিংদুগা পুং রৈরগা লুকুমকম তাম্না চংকনি। অদুগা লুকু কুমকম য়ৌরগা, মং থিবা হায়দনা য়েরুম অমনা তুংলোমদগী হল্লগা থিগনি। অদুগা য়েরুমদুনা কায়বা মকম অদুদা মং তৌগনি। লুফু ফুম্বদা খরুং অনি চঙই। খরুং অমনা মচানলোম থংবা মপুক্কী তংখায়দু লৌগনি, অমনা মনিং থংবা শরুক্কী তংখায় লৌগনি। অদুনা মচানলোম থংবা শরুক্কী, তংখায়দুনা তৌরীবা মংদুগী মনুংদা লোংথোকলগা থমগনি। অদুগা পুক্তা পোরিবা লুকু অদু লৌথোক্লগা লুকুদুগী মথক্তা য়েংলোমদা শেংলিবা ফনেক্কু থোক্লগা খোইদৌগী খারোমদা সিংথবগা লৌথোক্কনী অদুগা লুকুসু পোবীবা নঙ্গনলোমগী নাওহোংগী কিশিদু থোক্লগা খোইদৌগী খারোমদা তপ্না তপ্না সিংথবগা লৌথোক্লগা নুপা অহম্না লুকুদু ওক্লগা, তৌরীবা মংদুগী মনুংদা লোংথোক্লগা থাবিবা মচানলোম থংবা খরুং তংখায়দুগী মনুংদা চপ চানা থমগনি।

অদুগা মনিংলোম থংবা খরুং তংখায়দুনা উপশিল্লগা খুমলগা লৈবাক খোংচিল্লগা ফুমলগা য়েনপাক্না লৈবাক মথক্কুদা কুপ্নমগনি। অদুগা য়েনপাক্কু নুংশিংনা হুমদোকবিদনবা উচুক য়ুংলগা থপ্নমগনি। লুকুনা খরুং অনিগী মনুংদ হাপ্নগা ফুম্নীবগী মবমদি, অহল লমনশিংনা মথং মপোকপু থাজবগী মীওইবনা গর্ভনুংদা মীতমদুনা লৈবগী, মীতম্নক্কুবা পোকলক্কুবনি। অদুগা লুকু মথক্তা য়েনপাক কুপ্নীবদুনা অশিবদুনা নোংচাং চুবকপা মতমদা চোংতনবনী।

ফয়েংগী অশ্নেম, নিংথৌজম য়ুম্নাক অনি অসিগী শাগে মরি থোক্না খায়দোক্লীবা শাগেশিং অসিগী পোংলোয়কম অমধি লুকু কুমকম তোংঙাল তোংঙাম্নী পুনশিম্নদে। অদুগা ফয়েংগী মমাঙতে মতমদগী হৌনা ই মতুম ফাওবা পোংলোয়বগী চংনবীসি লৈরকই। অঙাং শিনা পোকপা লাইয়ে চংপা, মীওয় মীতম চাদনা, থা শুদনা শিবা পোক্লবদি ইমুং নংত্রগা শাগেগী নুপা অহম্না তুরেল বাংমদা পোংলোইগনি। করিগুম্বা লোম্না থুপ্না কুমজিন্দুনা মাংহনত্রবদি ইমুং শাগেদা তেকশিন হনজিনগম্নী য়েংশিন নৈশিন্দুনা য়ৈখাম্ব থিনগায়বা পী হায়বসি থাজনরকই।

অদুগা অমনা লমদা শিবা, শা লান্দা মীনা হাংলগা শিবা, উদৈ তারগা শিবা, ঈশিংদা তারগা শিবা, মওঙাক্লরগা শিবা, থৌরী য়াল্লগা, হু চারগা শিবশিং অসি লমসি চীংঙী হাম্নদি

মংলেন্দা পোংলোয়-হন্দে। তোংঙায়া লমহাংদা তুরেল মপালদা পোংলোয়হল্লন্দী।

যুম শেংবা ঃ কয়েংগী মী অমনা শিবগী যুম শেংবা অসি নুপীনা তরুক্লীদা নুপানা মঙানিদা যুম শেঙ্গী। যুম শেঙ্গী কাওবা ঐখোয়না চারি থক্লীবা অয়ুক নুমিদাংগী চাক এনশাংশিং অদু খাঙেনকমদা অশিবদুগীসু থাগনি। অদুগা যুম শেংবগীদি নোংঙাল্রীঙেদা অশিবদুগী চানবা চাক ঈশিং খোংলগা খাঙেনকমদা অশিবা মশা পুখোকত্রিঙেদা ইনবা চাকইন্দুগা চপ মায়না ইনগনি। চাক ইন্নীঙেদা পুং হৌবা হায়না অশিবা পুখোক্রমদাইদা য়েবা পুংয়েদুগা চপ মায়না য়েগনি। অদুগা অশিমন থাবা হায়দুনা অমুক খোজালদা চাক থাগনি। অদুগা যুম শেংবগী তাইরেন হাইগনি। অঙোম শিরগনা নিংথৌজম্মা, নিংথৌজম শিরগনা অঙোম্মা তাইরেন হাইনে। অদুগা নোংঙাল্লকপা অয়ুকুদা শুমাংলা তাবা হায়দুনা অহল অহমগা লোয়না অশিবদুবু পোংলোইবীখিবা মকশাশিংদু চাক পীজগনি। অদুগা নুমিৎ থা য়েংলগা মাগী ফিরোই(কর্ম) পাংখোকই। করিগুম্বা ফিরোই য়ৌত্রিঙেদা শাগেদুগী মী শিরক্লগদি, চাক ঈশিং খোংলগা মংদা চাক থাবা চংকনি। শাগেদুগী শিরিবা মীদুগী লুকু কুমত্রিঙেদা হায়া শিরিবা মী অদুগী লুকু কুমকমদা ইমুং মনুংগী মীওয় নুপী নুপা য়াওনা মী অহম নংত্রগা মঙা চংলগা চাক থাগনি।

মংদা চাক থারিবগী মরমদি চাক ঈশিং অদু চারগা হনখিনবনি, হায়া মানা মং শঙলম্বদু অতোয়া, শাগে অদুগী শিরীবা মী অদুনা অমুক মাগী মহৎ শিল্লগা মং শঙহৌগদৌরিবনি, শাগেদুগী অতোয়া অনৌবা মী অমা শিত্রিফাওবা হায়া শিবিবা মী অদুনা মং শকই হায়বগী থাজনবীশিং লৈবদগীনি।

**কয়েংগী মী শিবদা লাইরেন লাইজাও শাবা ঃ**

লাইরেন লাইজাও শাবা হায়বসি মী শিবা খুদিংমক্তা শাবা য়াদে। শিরবা মী অদুনা কয়েং খুনগী খ্বাইদগী অহল ওইবা নংত্রগা মশক নাইবা মী হায়বদি খুনগী খুল্লাকপা লুলাকপা কম্নাইবগুম্বা ওইরম্বা মীনা হিংলিঙে মতমদা মচা মশুসিংদা ঐ শিবদা লাইরেন লাইজাও শাবিরকউ হায়রম্লগদি মানা পামজরম্বগী মতুং ইন্না শিবদা লাইরেন লাইজাও শানে অদু নত্তনদি পাক পাক শানদে।

*লাইরেন লাইজাও শাবগী মওং ঃ* কুগী মথক্তা ময়ুং নাইবগা লায়খল তারগা শাবা যুম মথক্কী ওয় য়েং নাকল অনিমক লাইরেন লাইজাও হায়বা লীন অনি য়েক্কনী। অদুগা কু অদুগী মপাল অকোয়বদনা লৈবেন লৈজাও হায়বা লৈ অসি য়েক্লগা কু অদুগী মনুংদা ফক্লোংনা য়োম্নীবা অশিবা অদু ফি অঙৌবনা কুপ্লগা কাখল অঙৌবনা খনগনি। লাইরেন লাইজাও শারবদি কু অদুগী মখুম খানা পোলাং শারগা খুম্নরোই।

লাইরেন লাইজাও শাবগী নুংগী ওইবা মরমদি অশিবদুনা লৈরেন লৈজাওশিংগী মরক্তা লৈগী শৈজ্যাদা হীপ্লগা, লাইরেন লাইজাও হায়বা লীন অসিনা শঙখলহনবনি।

# চেক মচুগী খোঙমোজা

*থাইদেম প্রমোদিনী*

তম্ফাসনা গার্ল স্কুল হৌরকপদা লৈরম্বা মফমদি থাঙ্জাল মেঙ্গুরগী মন্দির অমনবা লৈরিবা অদুগী মনাক্তনি ইনিংথৌ চূড়াচান্দ মহারাজনা লিংখৎপিরম্বনি। মহাক্কী মজাইবেম্মা অহল অদুগী মিংথাং লৌদুনা তম্ফাসনা গার্ল হায়স্কুল হায়দুনা থোনখিবা মমিংনি। স্কুল অদুদা লাইরিক তমদুনা ঐহাক মেট্রিক পাস তৌরকখি।

মতম অদুদা স্কুল তম্লিবা ছাত্র-ছাত্রী পুম্নমক অদু হৌজিক্কী অঙাংশিংনা লাইরিক খাউ নপ্পো পোদুনা, য়াম্দুনা চৎনরিবা অসুম্না চৎনরমদে। চাননবা তিফিন্নচিংবসু পুনরমদে। ঐখোয়গী লাইরিকশিং অদু কমাল অমনা চেৎনা কিপি কিপিল্লগা নৎত্রগনা রুমাল লৈজদবা কাওবুনা ফিজেৎ অমনা কয়া পুন্নগা পুনরম্মী অদুগা লাইবিক তম্বা কানরকই।

স্কুলদনা ঐহাক অসি করম তৌবগে হায়বদা ঐনা তম্লিবা ক্লাস অদুদা ঐনা খ্বাইদগী ইপীক পীকই। পীকপতা নত্তনা চহীদসু ইনৌ নৌই। পীকপা অমদি নৌবগী খুদোংচাবদু লৌদুনা ইমাম্নবীশিং অদুনা ঐবু পাখোল হেক হেক পীবি। পাখোল পীবদু ঐসু অদুম ময়াই ময়ামগী পাখোল চৎলি।

স্কুল হাফ থাবা মতমদা স্কুল লম্পাক্তা গ্রুপ গ্রুপ নাইনদুনা কোয়না কোয়না ফম্নদুনা নুংশা য়াইনরি। ঐখোয়গী মতম অদুদা ছাত্রীশিংনা কেবিয়রদা অচাপোৎ হাপ্তুনা পুনরমদবনা অদুগীসু মথক্তা নুপীমচাশিংদি হৈ-বা, শিংজুগুম্বসিনা হেন্না পাম্বা মরম্মা অসিগুম্বা অসি লৈদুনা চায়। যোনবনা চৌকিদারগী নুপী ইন্দোল্লা যোল্লি। ইন্দোল অদুনা নোংমগী শিংজু য়াংকোক অনী অনী শোই। শিংজু য়াংকোক অনী অদু মীৎনা কৃষ্ণদা লোইনা শীংখি লোইনা লৈনখি লোইখিবা খওহৌদে।

ঐহাক অসি ইমাম্নবীশিং অদুনা পাখোল পীবদা শিংজু হোনবী শিংজু পুবী ওইহনখি। ফম্লিবা গ্রুপ খুদিংনা হায়রকপা মতুং ইন্না শিংজু লৌরুই অদুগা পী। মখোয়না চাবমখেদা ঐসু অদুম ময়াওবে। ঐসু থবায় পানবা জীবনিনা চানীংবদি ফাওদবা নত্তে অদুবু ইমানা লায়রবী ওইরম্বনা মচাগী চানীংবা অদু কোক্লনবা লৈদুনা চানবা পৈশা পীবা ওল্লমদে। মরম অদুনা ঐ শিংজু হোনবা তাবনি চাবা ফংননবা।

অদুগা অমনা কর্বিগুম্বা মতমদা ইমাম্নবীশিংনা পায়খানা য়াম্না চঙনীংলে অদুনা নও ঊশিং বালতিন অমত্তা শোকপিবম্মু হায়দুনা ঐবু মখোয়গী পায়খানাগী ঊশিংফাও শোকহল্লি। ঐসু মখোয়না হায়রিমখে য়াই। ইমাম্নবী অদুনা পায়খানাদগী থোরক্লগা পৈশা ১ ঐঙোন্দা পী করিনো অমা লৈদুনা চাও হায়না। ঐনা যুমদা হল্লক্লগা ইমাদা পৈশাদু পী। ইমানা কদায়দগী পৈশাদু

ফংলকপনো হংলকপদা ঐনা ইমাদা রারম পুন্নমক অদু অমত্তা চীংথদনা তস্মী। তারগা ইমাদো তৃমিন্না লৈ।

হাফ তাইমগী নুংঙাইরবা কুস্মে অমসু লৈরি। ঐগী ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নবী মাইবম ইবেমহল কৌবী অমা য়াওরম্মী। মহাক শগোলবন্দ যোইরাংময়ুম লৈরক্তগীনি। ময়ুম-মকৈদি নীংথি-নুংঙাইনা লৈবা নত্তে। অদুগা মাবু পোকপা মপানা মখোয়গী মচা মরি অদুবুদি অফ-অফবা মচি ওইবা চীঞ্জাক পীজদুনা নীংথিনা য়োকই। মখোয় লোইনা মশা ফৈ, তীক তীক লাউই। অদুগা ইবেমহলসু তম্ফাসনা স্কুলদা খাইদগী হেন্না মশা ফবনি হায়নৈ। মহাক্তি শিংজুগুম্বা অচাপোংতি কয়া চাগন্দে। চারবসু নোংমা-কাদোক্তনি। মাদি চু য়াম্না চাগম্লি। খুৎচাদি মতামনি। চু অমা অনী লৈরগা চাদে। পাওল নুপীনা কোংব রোমদগী লাকুনা কোকথোঙ কোকথোঙ পুদুনা রাংশৈ লম্বীদা হেক হেক চংলি খাইরম্বন্দ কৈথেলদা য়োল্লুনবা। মতম অদুদদি পোং-চৈ মরাঙ কায়বনিনা হোঙঙি। চু কোকথোঙ অমদা নয়াতমক পীরম্মী। চু কোকথোঙ অদুমা লৈরগা মমান্নবী ময়ামদু কৌশিল্লগা চামিম্মে। নোংমদি হাফ মনুংদা চু চাবদু লোইহৌদ্রে। অরেম্বমখেদু লংশেকস্ত্রসি হায়নরক্নে। অদুগা চু চাকমদু স্কুল কম্পাউন্দ খাজীল্লিবা তিংখং-তারাগী শম্বল মনাক নক্না চাবনি। মরমদি স্কুল কম্পাউন্দ মনুংদা চারবদি চুগুম্না ইচায় চাইদুনা মোংলগনি হায়না হেদ মাস্তরনা য়াদে। শম্বল ময়া নক্না চাববদি মপান্দা থোক লংথোকপদা খুদোং চায় অদুননি।

চাবা লোইহৌদবা অবেম্বদু ঐনা য়ুমদা পুজম্ত্রগে য়ুমদা চাজরুগে হায়বদা মখোয়না য়াবে। ইমাল্লবীশিংনা য়ারবদুদা ঐনা চুশাং অহুম অদু লেংবান্দা থোংলগা য়ুম যৌনবা পুবক্লে। ঐবু হেক উবদা ইমানা নখোয়গী স্কুলদি চুসু য়েনবোরে। ঐনা খুম্মী— স্কুলনা য়েনবা চু নত্তেয়ে ইমা। হাফ থারিঙৈ মতমদা চাবা লোইহৌদবে। ইমাল্লবীশিং অদুনা লংশেকস্ত্রসি হায়রে। মদুদা ঐনা য়ুমদা চারুগে হায়দুনা পুরকপনে। ঐগী রাদু তারগা ইমানা মখা শমথনা হায় — 'চেকশীল্লগা চেক্নী য়ুম শাই, ফাদেক্লগা ফবা শাই' হায়বা পাউরৌ লৈবনি। অহুন-লমন্না থম্বিরম্না পাউরৌসে কাউফদেকো। নঙনা ঙসি তৌরকইবসে ইমা য়াই। পোং-চৈ অরেম্বদা খক মাঙহল্লোইদবনি।

চেকশীনবা হায়বসি ইমানা ঐনা অঙাং মতম ওইরিবস্তেদগী তম্বিদুনা লাক্লবা অমনি। চাউরক্লগদি সনখ্যা ইবেম্মা ঙাঙবী অমদি মিস বর্নহাম্না তম্বিবকই। মিস বর্নহাম আমেরিকান নিঙোলনি। খৃষ্টান ধর্ম শন্দোকপদা মতমদুগী অসাম রাজ্য পুবম্নীনি। মহাক গুরাহাতিদা লৈবা ছাত্রীবাড়ী হোস্তেলগী সুপরিন্তেন্দেন্ত ওইরম্মী। মহাক্না ঐগা ছাত্রীবাডীদা চহী মরি লোয়নরকই মদুদা মঙোন্দগী তমহৈবা চেকশীনবনি।

ঐনা পঞ্জরিবা ইমা অহুম অসিনা তম্বিরম্না অদু চীনফা পুহৌরে। ঐঙোন্দা শকুনা লৈহৌরে। হেবিত হায়বদি হৈনবী অদুগী খুদমদি ময়াম পুন্নমক উবিরবনি খঙবিরবনি। ঐ কৈদৌনুংদা চে মাঙহন্দে অরেম্বদা। ঐনা ইরকপা আর্তিকল অমত্তা চে নাকল অমা মাঙহনবা তৌরম্লোই। ইদবা নাকল অমদুদা ইরমগনি। অসুম্না ইবা অদুনি ময়াম্না থেংনবিরিবা অদু।

য়াম্না নুংঙাইরবা নোকসু নোক্লীংবা রাকম অমথকসু লৈরি। ঐখোয়না স্কুল তম্না হৌরকপা মতম অদুদদি লম্বীদা নুং নংত্রগা কোয়লাস থানরমদে। নুংগী মহৎতা চেক থারম্মী। অশংবা

উনা-ব্রানা মরক্তা ঙাঙশং ঙাঙবা চেক্কী লম্বী লৈবা অদুদি কয়াগী মতীক ফজে। মতম অদুদা ছাত্র-ছাত্রী পুম্বা খোঙউপ তোংনরমদে মখোঙনা চৎনৈ। ঐদি কাকেৎথেলদা লৈবনি। কাকেৎথেলদগী পুলেরোম্বদা লৈবা ফুলদা চংলিবনি। ফুল কৃন্নকপা মতমদদি কৈশাম্পাৎ খোং ফাওবদি খরা থুনা চৎলম্মী। কৈশাম্পাৎ যৌবদগীদি তপ্না চৎপা হৌরক্রে। করিগী তপথরকইবনো হায়বদা শীং শীংডুনা চৎনবগীনি। শীংলিবগী মরমদি চেক্কী উকৃল অঙাঙবদু খোঙদা থুবোম্মদা পক্লনবনি। ঙাঙলৈনবা উকৃল অদু পক্লবদি খোঙদু মচু ফজরে।

ঐনা যুম যৌবা মতমদা ফনেক অদু খরা কৌরপ শেৎলগা ফনেক অদু তাখৎডুনা চঙবদা ইমানা উরদুনা হংলকই— নফনেক আ যৌনা তাখৎলগা চঙলকলিদি করি তৌরে।

"ঐনা ঙসি উল্লকইবা খোঙ মোজা অসিগী মচু অসি ফনেক কীবান্না তৈথোক্লুনা মৃৎখিনি হায় তৌবনি ইমা" হায়না খুম্মী।

ঐগী বাদু তারগা ইমানা ইশি শিনা নোকই।

# তিমরাব্রানগী মনাক্তা

*শরতচান্দ থিয়াম*

অঙৌবা ইনফিনা মকোক খুন্নদুনা কনাগুম্বা অমা লৈতবগী অব্রাবা ফোঙদোকলিবগুম উরকই লৈচিলনা মকোক খুন্নদুনা চীংদোলশিংনা পরেং পরেং লেপ্লিবদু। চীং লম্বীদা জিপ অমা তোংদুনা উরু-উরু লৈদুনা চংপদা খল্লকই পুক্নীংসিদা মওল মওল। নুমিৎকী মঙালনা অমুক অমুক থাববা লৈচিল মপৈ মপৈবু ঈপ্তোরকপদা ফন ফন চোংথোরকই মরু ইকোক কোক্লবা ফি থোংদ্রবা চীংমায়শিং। ইকায়খীবী মতৌদু য়েংঙমদ্রদুনা লৈচিলশিংনা হেক্তমক হোৎচিন্নকই। হেক্তমক কুপশিনখি শীন থুংনা চীংমায়শিংবু।

উখ্রুল। মফম অমনি তিমবাব্রানগী। হৌফম শাৎফমগী মতুং ইন্না মমিং থৈন্নে। সিরোইদা সিরোই তিমবব্রান। ফাংবৈদা ফাংবৈ তিমবাব্রান। ঙাইহৈদা ঙাইহৈ তিমবাব্রান। লৌবুক্তা লুই তিমরাব্রান। চাংদা লুংগাই তিমবাব্রান। শাগৈ অমত্তনি। মফম থেন্নবগী লৈশক লৈচু থেন্নবতনি। তাংখুলশিংগী লোলনি তিমরাব্রান। তিমবা হায়বদি লিলি। ব্রান হায়বদি লৈ। পৃথিবীদা মমিং চংলিবা উখ্রুলগী লিলি। অমুক্তা হেন্না ফাওবদি সিরোই লিলি।

সিরোই লিলি অমুক্তং উনিংবনা ঙম্রবা সিরোই চীংগা লাম্বেনখিবদু জুনগী ১২, ১৯৯৯ নি' ঙম্লবা চীংমায়দু হঞ্জিন হঞ্জিন নেংথদুনা চীংদোল য়ৌনবা হোৎনবদা স্বর থবেং থবেং হোনখি। অদুবু লিলিনা হরাউনা নোক-খেদুনা চীংদোন্দুদা লৈশাং তন্নমগনি খন্নুবদা অব্রাবা পুম্বা তুংওইনখি। চীংমায় অমদগী চীংমায় অমদা মথং মথং লাম্বোরক্লবসু চীংদোলদুদি পাক য়ৌবা ঙম্লমদে। মরু কোক্লবা চীংশিংগী ফিজোল ওইরিবা থারবা লৈচিলনসু ঐখোয়বু অমুক অমুক চেংনা কোনশিনবিরকই। লিলি উনীংবগী বাখলদা লৈতাফম খঙদ্রবা থম্মোয়গী নিঙাইগা লোয়ননা লৈচিলগা লেঙ্গোম্নদুনা চীংদোল য়ৌনবা খোঙথাঙ কনখৎলি। পাক হেক য়ৌদে। চংনা চংনা খল্লি —“চীংদোলদা লিলিনা চীংমায় থম্না শাংলমগদবদু ওম্বোক্লা ফজবমত্রনিদা!”

“লিলি অমত্তা শাংহৌদ্রে। পাম্বী ফাওবা থিবা ফংলক্লে।” সিবোই চীংদোল লোমলুববা সিরোই লিলি থিবা ফংদনা কুমথরকলিবা মখোয় খরনা ঐখোয়দা হায়রম্মী। পুক্নীংদা নুংঙাইতবা ফাওরকই। কুন্নসিরা? কাখিসিরা? য়ৌবদদি য়ৌরগে খন্না মতেক খবা ঙম্বা মতেক খরা লৈতেম মান্নবা চীংমায়শিংদা পোত্থাবা লৈতনা চঙশিল্লি। হকচাং শীনবা থুংনা কুপশিন্নক্লিবা লৈচিলবু হাইদোক-হাইদোক্তুনা কাখৎলকপদা মরু ইকোক কোক্লবা ফি থোংদ্রবা চীংমায়শিংনা চপ চপ লেপ্পদু উই। য়েংহৈদ্রবা শকতমশিংদু উখিদনবা লৈচিলনা নোং ওম্নদুনা হৈথরকই। লাওনা পাংলম্বা মীং পাংবা য়ারকখিদে। অমম্বা নত্তনা করিসু উরকখিদে। অহোবা মফম য়েং য়েংদুনা নুমিৎকী মঙালনা হকচাংদা লোন্না লোন্না মীৎশিন্নকপদা ঐখোয় কনায় য়ৌরে হায়বসি খঙবা ঙমখি।

শীং নাম্লবা সিরোই চীংদোল মৌরে। লিলি অমত্তা শাংগা উয়ে। খ্বাইদগী মতোম্দুদা ক্রোস মার্ক অমা য়ুংলম্মী। করিগুম্বা য়াহে খরা ইবগুম তৌই। য়েংহন্নীংঙ্গদুনা লৈচিলনা খুমজিনগদবগী কন্না লাক্লরি। ঐসু অগুম তাম্দুনা করি ইরিবনো হায়না য়েংগদবগী লৈচিলগা কন্না মুক্লরি। খাঙবা গুমগ্রমাল্লে। চোকথরমাল্লে লৈচিলদু। পারবা লৈচিল মরক্তা মশেল-মরাঙ ওইনা উরকই। অদুদগী মমেক শেংগংলকই – 'The only beautiful and modest girl in the world... She is none but Shirui Lily.' খঙহৌদে। অনৌবা থুংলবা লৈচিলনা অমুক কৃপাশিনখি। নীংবা কায়না চীংদোম্দুদা ঙহাক কমখি। চীংদোন মৌবগী নুংঙাইবা মরক্তা লিলি উদবগী নুংঙাইভবা বাখয়া ফুম্লগুনম্নদুনা ঙহাক কপ্লিঙেদ্দা উরকই লম্মে থাখিবগী মৈচাকশিং, প্লাস্টিকী পোৎচৈ, চেখী-চেগুম খোঙদাকম খঙদবশিংগী খোঙ্গলশিং। লিলি অমতং ওইরবসু ফংননবা থিরখিনি হায়দুনা অনিল, য়োবিন্দ্রো অমসুং বোবী চংখি লিলি থিবা।

"অমো লৈরে" অনিলনা হৌনা লাউরকই। খোম্নাংগা লোয়ননা ঐগী নাকোংদা চঙলকই। হরাউবনা লুতোন কায়। লিলি শাংকমদু মৌনা পরপ পরপ চেনশিল্লি। অগীকপা চীংরাশিংগী মরক্তা য়াম্না কিখি কিরুম তৌনা লোম্না লৈশাং তমদুনা লিলি অমা শাংলম্মী। মহাক কিবগুম তৌই ঐখোয় উবদা। খম্নমগদবা মাল্লি–"থদংশিংদোরিবরা হেক্তোকশিংদোরিবরা?" মহাক্কী মতৌ উবদা খঙলে মীওইবগী খুংনা মখোয়গী খোজুল মুংথংগা ঙম্মী হায়বসি। মতৌদু উবদা অশেংনা নুংঙাইতে। লৈশক্কু ভৌরুনে। লুকথদুনা লৈ। তপ্পা শীংচিন্নকপা নুংশিংনা লিরি লিরি হমজিন্নকুনা 'থৌনা কৌ কিগনু' হায়বগী মতৌগুম ইঙ্কিং শীরকই। তপ্পা তপ্পা লেঙলকই। নীংতম্না হাই-হুন্নকই। ইনক নকপদা ঙাঙলৈনবা মচু অমগী লিলি অমসু তুম্পক তুম্পক লেপ্লি। ঐখোয় মমাম চঙশিন্দুনা কোতো নম্মী। মখোয় অনীগী শীংলিদা থৌনাগী ই চেন্নক্রমাল্লে। খোঙ্গেল থোক্লা হায়রকই– "ঐখোয়গী পোককম শাংকমদি তিমরারানগী মকমসিখক্তনি। ঐখোয়বু হিংহনবিয়ু। ঐখোয় নুংশিবিয়ু।"

মখোয় অনীগা কান্নবরমদাইদা রঞ্জনা, বাজেস, মন্দা, ভিক্তোনচিংবা ময়াম্না অগীকপা চীংরাশিংনা নীংখিনা কোয়শিন্দুনা মখোয় অনীবু থম্বীরম্মী। মিনুংশি খঙদ্রবা কনাগী খুংতা তাখিদনবা মনাক নকপদা হপ্লিবা নুংশিং, অকোয়বদু ঙাক-শেল্লিবা লৈচিলদা মখোয় অনীবু চেকশিন্না লিন্নরম্মী। কিখি-কিরুম তৌনা তুম্পক তুম্পক লেপ্লম্বা মখোয় অনীগী থম্মোয়না পেল্লমাল্লে মখুং হাইরকই। কনামত্তা হায়নকবা তৌদনা নোংচুপ চীংয়া পাংলক্লিবা নুমিংসু তপ্পা তপ্পা লৈথরল্লে। মখোয় অনীদা অনৌবা থৌনা হাপ্পল্লগা চীংমায়দা হক্তুনা লৈরবা খোঙ লম্বীদুদা ঐখোয় মরাম সিরোই চীংখোঙ তম্না কুমথরকই। মখোয় অনী অনৌবা থৌনা অমগা লোয়ননা ঐখোয়বু য়েংদুনা লৈহৌই।

নোং হেক্ক ঙানবগা লুই তিমরারানগী মনাক্তা চংলুই। লৌবুক্কী অকোয়বদা অনী অহুমখক তরক তরক শাংলম্মী। য়েংশিনবিদবনা থৌশাবিদবনা খোজুল মুংথ্রগদ্রা হায়বগী মিপাইজবদুদি মখোয়গী মায়খোঙদা মখি তাই। মপুং ফানা শাংলবা পাম্বী অমগা পোল্লিবা পাম্বী অনীগা চোইনা চোইনা তাদুনা লৈরম্মী কনাগুমবা নুংশি হৈতবশিংনা কৃক্তংশিবদগী । ঐখোয়দা মুম্না য়েংলকপগুম্মী। অশি ফমুংদা য়াতারবী মখোয় অহুম্না হায়রকপগুম তৌই- "ঐখোয়বু কনবিনবা

কনামত্তা লৈত্রবরা? " অদুদগী মমীৎ উহুশিনখিরম্মী। কাংরৈ চীংদোল অমুক কাদুনা কাংরৈ তিমরাবানগা শকখঙননবা হোৎনখি। চোক চোক লাউনা চেক্সরক্লিবা লোকী ঈশিং মনাক্তা ইশং কারবা নূংশিংগী মরক্তা অপীকপা খোঙ লন্নী থি থিদুনা পূংনা হৌরিবা নাপী-শীংখী ডিংখং মরক্তা ঐখোয় চোকথবা নাইদনা থাংরৈ লিলিগী খোজুল মীখি। চীংদোল য়ৌরমদাইদা জগোয় শাথেক্তা লোয়ননা নোমহৌ নোমহৌ তৌদুনা লিন অমা ঐখোয়গী ইমাঙমক্তদা তুবং শমখি। খলহৌই- "লিলিবু গুক-শেল্লিবরা?" কাংরৈ চীংদোল য়ৌবদা লিলিনা কুপায়না শাংলমদ্রে। ইঞ্জিন পানবা গাড়ীমক্তা য়ৌশিল্লকবা মকমসিদা লিলি অহমখক্তি ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্মী। অবা-নুংঙাই ঙহাক পূকমেন-পাউমেল্লখি। ঐখোয় খঙতি- "মখোয়গী হিংবগী পুন্সি তেনশিল্লক্রে। হিংবা নৎত্রগা মূৎপা অনীগী মরক্তা কন্না লাম্বেৎনরম্রে। ইঞ্জিন পানবা গাড়ীগী খোজুলনা মখোয়গী মনাক্তা য়াম্না তোয়না ঙাথু-থেংথুররে। লশ্মৈ খাখিবগী মৈতাল ওল্লবা অমুবা উপাম্নীশিংনা উপাই লৈতনা চপ চপ লেপতুনা লৈরম্রে।"

হে উমুল নঙোন্দগী তিমরাবাননা কৈদৌনুংদসু লাপথোক্লীংদে। নঙবু কৈদৌঙৈদসু তিমরাবান্না থাদোকপা পামদে। তিমরাবানদি উমুল নঙগীনি। উমুল নঙোন্দগী শন্দোরকপা নশা-নরেংদা তোংদুনা লৈকা কন্না লৈশক মান্নদবা তিমরাবানশিংনা শাংলক্লিবসি কুইররে। মহৌশা খূৎসেমবু তুংওইনরন্নগা খূৎশেমগী ঈরোম্নুংদা তিমরাবানশিংনা ঈরাক্লখিবদুবু কররম্না য়েংবা ঙমগনি? মীওইবনা মরোমদোম হিংননবা তকখায়রক্লিবা খোঙচৎসিগা কন্নাম কুইনা তিমরাবানশিংগা লাম্বেৎনগদৌবিবা? তিমরাবানশিংবু শৈথাদুনা শকপা ঈশৈদি ঙসিসু তারি। তিমরাবানশিংনা মূৎত্রগা চিম্পাং য়ৈবা ঈশৈনা অসুম মীবোল অমদগী মীরোল অমা কাওবা চিম্পাং য়ৈনা লৈহৌবা তারিববা?

*তিমরাবানলি ঙরাইদা লৈগসা*
*ইরুইনিং কয়াখা মরদা লৈসা*
*......*
*.... ....*
*(লিলি নঙবু ঙাইরম্না*
*ঐগী পুক্লীং অসে*
*কয়ামুক কল্লম্নরা*
*থুংনগনি হায়দুনা*
*ঐ থাজবা লৈরম্মী*
*অদু বু মতম্না য়াবিদবদগী*
*বাখলনা মৈচাক্লম*
*চক্লবসু ঐখোয়নীগীদমক্তদি*
*লন্নী তিমদ্রে*
*মপুগী নোংদম*
*ওইবা ওইসনু)*

লৈশা ফান ফম্বদা পাখঙশিংনা লাক্লুনা শক্লরিবা ঈশৈ অসিমক লৈরি চিঙ্গাং য়ৈনা। লিলিবু শৈথাবা লিলিবু শক-শোনবদি তোকত্রি। অহাওবদা চায় হায়দুনা হাও কৌরিবনি হায়বসিদা অচেংপা থাজবা থল্লিবা হাও হায়রগা হয়াওজরিবা হাও রনসক লিবিং ম্যুজিয়ম কৌবা হাওগী ম্যুজিয়ম অসিগী মপু মিস্তর এল দব্লিউ সিময়েয়োনা তিমরাবানগী খোজুল লীবা চংপদা মতেং কয়া পীখি। তিমরাবানগী রাবী কয়া লীরকখি। সিময়েয়ো মশামক খৃষ্টান ধৰ্ম্ম চক্তে। মশাগী নাৎ লাইনিং-লাইশোন থাজবা মীনি। মহাক্তি কসখবা নীংই। কসখবা হায়বদি শেম্বীবা মপু হায়বনি। মহাক্লা হায় - "ঐখোয়না অতোপ্পা ধর্ম লাইনিং লাইশোন কয়া চংলূরবসু ঐহাক কনানো হায়না হংবা মতমদদি ইশাগী নাৎ লাইনীং ইপা-ইপু হৌরকফম অদু ওইবা তাবনি। মসিদি লোংপা য়ারোই। থাদোকপসু য়াবোই।" নুংবিদা নুংহন্নদা ঐখোয়না থুংলু থুংলুবা মফম খুদিংমক্তা ঐখোয়বু লূনা তৌবিখি। নুংবিদা চক্ শাবশিংনা লেনহৌরিবা পূৰ্ণি মরেল, লৌউ পাম্বা মতমদা খুজ্ঞাশিংনা লৌবুক্তা চংনহৌবিবা, লৌতাংশঙশিংদা হিংহৌবা মহীং, খুজ্ঞা কয়ানা খুমানদুনা হিংনবা হোংনহৌবিবা পূম্নমক ময়েক শেংনা উরকখি।

খাংলবা চীংশাঙশিংনা মবোল নাইনা শন্দোকত্নবসু তিমরাবানগী লৈফমদি মমি শান্নক্লে। তিমবাবানগী তেংথা খোঞ্জেল তাবক্লে। মতৃম পোঞ্জেল শাকম ফংলক্লুবা উচেকশিংসু চেক চেক খোংলদুনা তিমবাবানগা লোয়নলা তেংথারক্লে। ইম্ফালদা হম্ননবগী মায় লৈখোরকপদা খোঞ্জেলসি হেন্না হেন্না ময়েক শেংলক্লে। ইথক্তা থম্নকই—সিরোইদা ফাংরৈদা লৈশাং তমহৌবা তিমবাবানশিংদু কেন্নক্লগাদ্রা? মখোয় কেনখিবগীদমকতরা অঙৌবা ইনফিনা মকোক খুমলদুনা কনাগুম্বা অমা লৈতবগী অবাবা কোঙদোক্লিবগুম লৈচিলনা মকোক খুন্নদুনা চীংদোলশিংনা পরেং পবেং লেপলিবসিবু?

# বাংলাদেশতা অনৌবা য়াওল অমগী মঙলান

*এ. কে. শেরাম*

বাংলাদেশতা মণিপুরী খুন্দারকপগী মতমসি চাউরাক্লা চহী চনী য়াথৈদগী চহমলোম হায়রক্লবনি। হায়রিবা মতমসি পংডেন তেনবা মতম নত্তে-পাক্ল মতমগী লোইনাইদ্রবা শক্তমগী মিংয়েংদা য়েংঙবসু চহী চহমলোম হায়বনি থৌশাদবা য়াদ্রবা তাঙক অমনি। অদুবু লাইবক থীবদি হায়রিবা মতমগী পংথৈ অসিদা বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংদি জাতি অমা ওইনা মতিক চাবা ফিরেপ অমা লৌবা ঙমখিদে- চাউখৎপগী লমজেল তান্নবদা অতে অতোপ্পা মীওই কুরুপ কয়াগা খোঙমান্নবা ঙমখিদে। অতোপ্পা মীওই কুরুপকী য়াসু থমস্রসি- বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংদি মণিপুরগী অমসুং মণিপুর মপান্দা অতে লমদমদা খুন্দারিবা মণিপুরীশিংনা চৎলিবা লমজেল'দুগফাউ খোঙমান্নবা ঙমখিদে- মখোয়না ঈরোয়নবিবা মঙালগী সমুদ্রগী লাইজ ঈরিকতুদা মতিক চানা শরুক য়াবা ঙমখিদে। মতম 'পুক্সদা লয়ায়না লিংখৎচবা পল অমগী মনুঙদা মলোমতনা কন্দী ওইদুনা লেনখি মপালগী নুংশিং-নুংশা চংলক্নদবা খোংজাউ অমসুং খোংনাউপুম্বা চেজেং লোনশিন্দুনা। অদুনা শকচ্ তুরুক-তুফাইনবকখি- রাখলগী অতিয়া অমম্বনা কৃপহংতুনা ফৌজুনরকখি। অদুবু অসি পুম্নমকী মবর্মসি করিনো" মুম্না খন্নবা তঙাইফদ্রবনি ঙসি- তঙাইফদ্রবনি অনৌবা য়াওল অমগী মঙ মঙবা গায়বসে।

মীওইবা হায়বা কুরুপসিগী মমা অনী শুই- অপোকপী পলেম অমসুং পোক্লফম লমদম। মীওইবসি মমা য়াম্না নিংঙি- কৈদৌঙেদসু মমাগা থাপ্ননিংদে অপোকপী পলেম্ম ওইরবসু পোক্লফম লমদমবু ওইরবসু। অদুবু কবি করিগুম্বন্দি য়াম্না হেনফদ্রবা মতমদা- তঙাইফদ্রবা মতাঙদা মীওইবনা নুংশিজরবা মমাসু কায়নবা তাই। ঐখোয়গী পাথৌশিংসু মতমগী য়াওল অমদা তঙাইফদ্রবা মরম কয়াদগী মমা লমদম মণিপুরবু থাদোক্লনা অতোপ্পা লৈবাক কয়াদা খুন্দারকখি। মতমদুগী মণিপুরগী রাজনীতিগী ফিভম-মণিপুরীশিংনা মমা লমদমবু তুংওইননা অতোপ্পা মীরমলেন্দা খুন্দারকখিবগী মরম পুম্নমকসি কুপ্পা মাইক্রোস্কোপকী ফোকস মনুঙদা পুশিল্লগা খন্না নৈনবগী মথৌনি।

বাংলাদেশতা শিংথানবা য়ানা মণিপুরী খুন্দাবা হৌবসি ঈনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র মা হাক্তক্তা চাউরাক্লা তরানিপালশুবা কুমজাগী অনীশুবা তঙখাইদগীনি হায়না থাজনৈ। মথংদা তরামাপলশুবা কুমজাগী অহানবা শরক্তা খৃষ্টকুম ১৮১৯ দগী ১৮২৬ ফাউবা চহী তরেৎ চুপ্পা শন্দোকখিবা চহী তরেৎ খৃম্ভাকপা হায়না খায়না খঙনরিবা অরালানগী মতমদা অতৈসু পাক শন্না-মশীং য়াম্না লানগাইনরবা মণিপুরীশিংনা বাংলাদেশতা খুন্দারকখি। হায়রিবা তাঙক অসীমক্তসু ঐখোয়না উবা ফংঙি বাংলাদেশতা খুন্দারকখিবা মণিপুরীশিংনা মমা লমদমবু

থাদোক্লুনা লাকখিবগী মরমসি লাননি- লানগী শারবা মৈরিলক্তগী পুন্সিবু কনবা অমসুং চনিং তাদবা কিভম অমদগী শান্তিগী ইংতপ্লবা পুন্সি অমদা খোংদারকপগী লাংতক্লবদগীনি।

মণিপুরী ইতিহাসকী হায়রিবা তান্তক অসিদি মণিপুরী পুন্সিগী তং তাদবা তাঞ্জা'মনি। লাইনীং লিচংকী মতাঙদা অনৌবা অহোংবা অমা লাকপগী মরম্না অরিবা অমসুং অনৌব ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী য়েৎনবা অমসুং খেন্নাইনবদগী য়াম্না চরাংনবা ফিবম অমদা লৈরম্মি মতমদুগী মণিপুরীশিং। সনাতন ধর্ম্মগী প্রভাবতগী খোরকপা সংস্কৃতিগী ময়েক লারবা শক্তম অমবু বাংলাদেশতা খুন্দারকখিবা মণিপুরীশিংনা ইতিহাসকী শরুক অমা ওইনা নম্বো পোদুনা পুরক্লবসু সাহিত্যগী শরুকতি নম্বোগী পোৎয়োমদা য়াওরকতে। মরমদুনা য়াম্না ময়েক লাই। মতমদুদি ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী মতাঙদা অরি অনৌগী য়েৎনবা-শম্না হায়রবদা মতমদুগী মণিপুরী সমাজ অমসুং পুন্সিগী সংবানবা অতিয়াদা চনিং তাদবগী নোংহৌ কম্না হৌরকপা কিভম অমনা চয়েৎনদুনা সাহিত্যগী পোৎখোক মরু হুনবগী তং তাবা পুন্সি ফিরেপ্তু লৈরমখিদে। য়াইদগী লুরিবদি শক খঙদবা মীরমদমদা খুন্দাররিবা মণিপুরীশিংনা মমা লমদম থাদোক্লকখিবসি মরু ওইনা লানগী অকনবা চৈথেং অমদগীনি অকি অখংনা মাংওইননা থবায় কন্নবগীদমক্তা চেন্নকখিবনি। অদুনা মহৌশাগী কিথুপ কিরুম্নখিবা বাখলদুদা অনৌবা লমদগী শকখঙ মাইখঙনদবগী চিংনব'মগা পুন্দুনা বাখল খুখলদা কৈদৌঙেদসু মকা লান্দা ঙমখিদে। নৌনা খুন্দাবকপা মণিপুবীশিংনা মায়কৈ মরিদা শোক-খোংপা য়াদে- মাংই-শেংই হায়বগী ঙাক শেনবগী পল অমা লিঙখৎনা মশা মতৌমতবু বন্দী তৌদুনা থমখি পিক্লবা শারং অমদা। খোংজাউ অমসুং খোংনাউ পুম্নমক লোইনা লোনশিন্দুনা থম্বনা মপালগী নুংশিং নুংশা অমত্তা চংঙকখিদে। মণিপুবী পুন্সিদা -মনুঙগী মঙ্গালসু ফুদোকপা ঙমখিদে মপালদা।

ফজবা হায়বসিদি য়য়ামগীনি। মণিপুরী সংস্কৃতিগী ফজবা শক্তমদো মপাল খোক্লা ফুদোকপা ঙমদ্রবনিনা মপালগী মীয়াম্না শক খঙবিখিদে- মমল পিবিখিদে। নোংমা নোংমগী মকশিল্লকখি মাগী শক্তম। পুন্সি হায়র্বসিতবু লমজেলনি- লেপ্পাইদনা চেনবনি; চাউখৎপা হায়বসিদি মথং মথং পল লাম্মোক্লুনা অনৌবা পচ্চুংফম তানবনি। অদুবু লাইবকথীবদি বাংলাগী শংবানবা লমদমসিদা খুন্দারকপা মণিপুবীশিংদি মশাগী শারং মনুঙদা বন্দী ওইদুনা লৈরবনিনা- পল লাম্মোক্লুনা মপালদা শন্দোক্লবনিনা পুন্সিগী ঈচেল অদো ঈপোম কনখৎপদি লাইরদনা ঈথিনদুনা লৈখি ঈবৈনুংদা; চাউখৎপগী লমজেলসু জোয়ারগী ঈশিংনা লৈরায়দা ব্রাইশনবগুম পুন্সিগী মায়কৈ মবিদা ব্রাংনা শাগৎপা ঙাকসেনবগী পলদা খেজাইদুনা লেপখি পচ্চুংফম য়ৌবা ঙমদনা। মঙ্গাল খোকপা ঙমখিদে পুন্সিগী ফুদোকপা ঙমখিদে মতিক মগুণ অদুনা অতৈ অতোম্না মীওই ফুকপ্লসু খৌশাবিখিদে মখোয়বু - শক খঙবিখিদে মতিক চানা। অদুনা, কুনগুবা কুমজাগী অহানবা শকক্তা অইবা অমনা বাংলাগী মণিপুরীশিংবু 'আমাদের অপরিচিত প্রতিবেশী' হায়না শিংথাখি।

মতমগী লমশাংদা চহী চনী য়াম্মোরোমদগী চহমলোম চংলক্লবনি বাংলাগী মণিপুরী জাতিগী ইতিহাস। হায়রিবা হায়ফেৎ শাংলবা মতমগী খোঙশানসিদা লমদমসিগী মণিপুরীশিংনা মায়োক্লরিবসি অব্রা-নুংঙাইগী থৌদোক কয়াদা মখোয়গী পুন্সিগী লনগৈদা তুংশিল্লবনি অনৌ

অনৌবা খণ্ডজিন থিজিনবগী মথৌশিং। লমদমসিগী রাজনীতি অমসুং সমাজগী ওইবা থৌদোক-রাথোক কয়াসু মায়োক্লরবনি বাংলাগী মণিপুরীশিংনা। থোয়দেক্লা শিংথানিঙায়দি খৃষ্টকুম ১৯৭১ গী নিঙতম লাননি। হায়রিবা নিঙতম লানসিনা মণিপুরী পুন্সিদসু অকনবা চৈথেং অমা পিথি-মৈশা লাংখি মণিপুরীশিংসু । য়াম্না পাক শন্না নংত্রবসু মণিপুরীশিংসু শরুক য়াখি নিঙতম লান্দা-থব্রায় কংখি অথৌবা কয়ানা। বাংলাদেশ নিঙতম্বা মতুংদা লমদমসিগী মণিপুরীশিংগী পুন্সিদা রাখল-পুখল অমসুং পুন্সি মিংয়েংদা অহোংবা অমদি লাকখি-হান্নগী মবন্নায়গী থুন্নায় অমসুং রাখলগী পল মনুঙদতা নৈশিন্দুনা লৈবমবা মণিপুরীশিংনা পুন্সি-মিংয়েং অদো হৌজিক্তি খরা মখৈদি হোংদোরক্লে- মপাললোমদা শন্দোরক্লে মীংয়েংগী ঙমখৈ। মসি য়াম্না থাগৎনিঙায়নি- অতৈসু খোংলৈ থুনা পুরকপা মথৌনি রাখলগী অহোংবা অসি। মরমদি পুন্সি হায়বসি লমজেলনি- লেপ্লাইদনা চেনবা লমজেল, মতমগা চানা চুন্ননা অহোংবা অমসুং অওনবগী শক্তিদুবু মতিক চানা মথম্মোয়দা কোনশিঙবনা পুন্সিগী পাম্বৈনি। মপালবু পুন্সিন্নকপা তায় মনুঙদা -নুংগী শক্তিবুসু পুথোকপা তায় মপালদা। অদুনা অসুক কুইবা লোনশিন্দুনা থন্নক্লবা থোংজাউ অমসুং থোংনাউ পুম্বা লোইনা হাংদোক্লসি ঙসি চংঙক্লসনু মপালগী নুংশিং-নুংশা অমসুং ঈনিল-ঈবাউখোল। তৌববুদি অইংবা নুংশিংকা লোয়ননা অশাবা অমসুং অঙাউবা নুংশিং কয়াসু হমজিন্নকপা য়াই মপাললোমদগী হমদোকখিবা য়াই মমল য়ান্নবা অথিবা পোংচৈ কয়া - ঈতিহাসকী পোংথোক কয়াদং। অদুবু মদুগীদমক নুংনাংঙুবা য়াদে। মবমদি নৌনা হমজিন্নকপা নুংশিংনা শোয়দনা হমদোকখিনি মতম কুইনা ওমশিন্দুনা লৈবম্বা ঐখোয়গী থুন্নায় অমসুং পুন্সিগী অমোংপা নমথিবা কয়া -উফুল রাইফুল-শেগাইবা কান্নব্রবা পোং -চৈ কয়া ; অমসুং হাংদোক্লবা থোংলোমদগী শোয়দনা ঐখোয়গী লৈজবা ফজবা পোংথোক কয়া নিংথিজবা শক্তম কয়াসু ঐখোয়না উংথোকচবা ঙমগনি মপালগী মীরামদা। অমসুং অদুম হায়না মপাল অমসুং মনুঙগী অপুনবা শক্তিদগী -অমগা অমগা লৌথোক লৌশিনদগী অতৈসু মতিক মঙাল ফুদোক্লা শন্দোক্লকনি ঐখোয়গী লোন-সাহিত্য-সংস্কৃতি-মপালগী মালেমদসু ঐখোয়না মতিক চাবা মমি অমা তাহনবা ঙমগনি ঐখোয়গী লৈজবা ফজবা শক্তম কয়াগী। শন্না হায়রবদা ঙসি মথৌ তারবনি অনৌবা য়াওল অমা পুরকপগী -ইমুঙ মনুঙদতা নৈশিন্দুনা লৈবগী মন্নবা রাখল থাদোক্লুনা মপাল লোমদা খুং তিংথোকপগী-মালেমগী চাউখংলবা মীওই কৃরূপ কয়াগা খোঙমান্নবা লমজেল তান্নবগী।

# বাংলাদেশতা মীতৈ সমাজগী ফিরেপ

ওইনাম রমেন্দ্র

মীতৈ জাতি অসি মঙ্গোলোইড মহাপরিবারগী তিব্বাত ব্রহ্ম মশাগী কুকী-চীন কুরূপকী মনুং চল্লবা জাতি অমনী হায়না অ্যানথ্রোপোলজিষ্ট ময়ামনা হায়নরি। মীতৈ জাতিগী সমাজগী ফীরেপ অসিগী মরমদা ব্রায়েক থবা ইজবগী মমাংদা বাংলাদেশ অসিদা করম্না মতমদা অমসুং করম হায়না মীতৈ ময়ামনা খুন্দারকখিবনো হায়বসিগী মরমদা ইতিহাসকী মীৎয়েং থরদং চিংশনজনিংঙি। অদুদগী বাংলাদেশকী মীতৈ খুঙ্গং লৈবাক পজায় ধর্ম্ম অমসুং সমাজকী ব্রায়েল অসিগী মতাংদা নৈনজগে।

কনা কনাগুম্না হায়নর্রি মৈদিঙ্গু খাগেম্বনা (খৃ.১৫৯৭-১৬৫২) পানবা মতমদা মীতৈশিং বাংলাদেশতা খুন্দারকখি মশাগী কাম্নবা য়েংনা লাকপদা। মথংদা মহারাজ পামহৈবগী (খৃ.১৭০৯-১৭৪৮) মতমদা খুন্দারকখি হায়রি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা (খৃ.১৭৬৪-১৭৯৮) পানবা মতমদা নিংথৌগা নিঙায় তৌদুনা মীতৈ গ্রুপ অমসু বাংলাদেশতা খুন্দারকখি হায়নরি। ব্রাইদগী মশিং য়াম্না খুন্দারকপদি অনিশুবা অৱালান হায়বদি (খৃ.১৮১৯-১৮২৬) চহি তরেৎ খুন্তাকপা মতমদা মহারাজ গম্ভীর সিংহনা লুচিংবা মহারাজ চৌরজিৎ মারজিৎকা লোয়ননা বাংলাদেশতা মীতৈ ময়াম খুন্দারকখি হায়নরি। ঢাকা তাবা মহারাজ দেবেন্দ্র (খৃ.১৮৫০) না পানবা মতমদসু মীতৈ খুন্দারকখি। অসুম হায়না বাংলাদেশকী খুঙ্গং কয়াদা হায়বদি বিশগাঁও, ভানুগাছ, শ্রী মঙ্গল, নলধরী, ধামাই, বরইতলী, সিলেট, ছাতক ঢাকা, ময়মনসিংহনচিংবা মকম কয়াদা মীতৈ খুন্দাখি।

খুঙ্গং ঃ মীতৈ জাতি অসি খুঙ্গং অমমম ওইনা তাবা পামজবা জাতি অমনি। বাংলাদেশতা মীতৈনা খুন্দারম্না লমদম পুম্নমক্তা খুঙ্গং অমমম ওইনা তারম্মি। খুঙ্গং অমমমদা লাইশং মাণ্ডপ লিংখৎলমমি। লাইশং মাণ্ডপ অদুদা খুঙ্গং অদুগী ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী থৌরম পাংথোক্লে। নুমিৎ খুদিংগী লাইপূজা তৌবা, লাইশং শংবা অমসুং খুঙ্গংগী তৌগদবা থৌরম পাংথোক্লবা হায়না ময়াম্না ব্রাহ্মন অমবু থম্লে। ব্রাহ্মন অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুং পরিবারগী চহী চুম্না চানা থক্লবগী থৌরাং অদু খুঙ্গংগী ময়ামনা শিল্লাংনৈ। খুঙ্গং অমদা খুন্দাবা ময়ামগী অপুনবা ওর্গ্যানাইজেশন অমা হায়বদী 'শিংলূপ' অমা লৈ। খুঙ্গংগী ময়ামসু শিংলুপকী মীহুৎ অমমমনি। ময়ামনা খুঙ্গং অদুগী ব্রাইদগী হেন্না চহি চৎলবা অহল নুপা অমবু 'খুন অহল' নী হায়না লৌশংলি। অদুবু করিগুম্বা অহল অদুনা হকচাংনা য়াম্রবদি অমসুং জ্ঞান মেন তাদবা অমা ওইরবদী মথংগী অহল অমবু 'খুন অহলগী ' ফমদা হাপ্পি। খুন অমগী তৌগদবা থৌরম কয়াদা খুন অহনগী ব্রায়েলনা অথোইবনী হায়না ময়ামনা লৌনৈ। তৌববুদী ধর্ম্মগী ব্রায়েনদী খুনগী

ব্রাহ্মনগী ব্রা মতুং ইন্না চংনৈ।

লৈবাক পঞ্চায়ঃ নক্লবা, থংনবা খুঙ্গং খরা পুন্নগা লৈবাক পঞ্চায় অমা শেম্মি। 'লৈবাক -পঞ্চায়' অসিনা খুঙ্গং কয়াদুগী খ্বাইদগী অচৌবা ধর্ম অমদী সমাজগী ওর্গ্যানাইজেসন অমনী। লৈবাক পঞ্চায়না মীতৈ সমাজগী বিচার আচার অমসুং সমাজগী ব্রায়েন তৌবগী সুপ্রীম অথোরিটিনী হায়বা য়ায়। কনাগুম্বনা সমাজদা তৌনদবা থবক অমদী চংনদবা লম্বেলদা খোংদারব্রবদী লৈবাক পঞ্চায়না অচৌবা দণ্ডী পিবি অমসুং ময়াম্না য়াদুনা চংনৈ। মরম অদুনা লৈবাক পঞ্চায়গী মপান্দা মীতৈগী অহ্নাম্বনা কোটতা চংনদে।

লৈবাক পঞ্চায়গী খ্বাইদগী অচৌবা কম 'পঞ্চায় মকোক' অসি অহল ওইরবা অমদি জ্ঞান লৈরবা মীওই অমবু লৌখংলি। পঞ্চায় মকোকপু তেংবাংবিনবা অমসুং পঞ্চায় মকোকনা লৈতবা মতমদা থৌরম পাংথোকনবা হায়না 'পঞ্চায় মকোক মথং' অমসু লৌখংলি। সমাজগী ধর্ম্ম অমসুং অতৈ অতৈ থৌরম পাংথোকনবা হায়না লৈবাক-পঞ্চায়না মীওই অতৈবু কম অতৈদা হায়বদি ' সাম্বাধা, ঈশৈ শকপা, পুঙয়েবা, মোইবুং খোংবা,আবাং পুরেন, সেবারী হায়বা পদবী কয়াদা লৌখংলি।

ধর্ম্মগী মবমদা বিধি-বিধান পিনবা হায়না ব্রাহ্মন ময়ামগী মরক্তগী চহি চংলবা অহল অমবু ' লৈবাক পুরেন' হায়না লৌখংলি। লৈবাক পুরেন্না লৈতবা মতমদা থৌরম পাংথোক্লবা অমসুং লৈবাক পুরেনবু তেংবাংনবা হায়না 'লৈবাক পুরেন মথং' হায়না ব্রাহ্মন সভানা খনগংলি।

ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী ব্রায়েলঃ

মতমগী শাংলবা খোংচংতা মীতৈ জাতি অসিগী ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী পুন্সীদা ব্রায়েল পাওজেলদা মরম হোংলকই। থায়না চংনরম্বা ধর্ম্মগী পাওরম খরা থাদোক্লনা নৌনা চংনরকইবা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম গী ব্রায়েল খরা লৌশিনবা অসিনা মীতৈগী ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী পুন্সিদা অরিবা অমসুং অনৌবা অনীসিগী ভোংনবা ওইনা থোকখরে। লাই হাক্তক্তগী মীতৈ ময়ামনা লম লাই, উমংলাই ময়াম্বু লাংনা লাকই। মতাংসিদা পঞ্জনিংবদি নোংপোক নিংথৌ পানথোইবী, ইবুথৌ থাংজিং লাইরেম্বী ময়ামগী মীংনি। গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংনরিবা মীয়ামনা মুমদনা অরিবা ধর্ম্মগী লাই হায়বদি সনামহি, লৈমরেন, অপোকপনচিংবা কয়াবু লাংলি। অমরোমদনা গৌড়ীয় লাইয়ামবুসু মতম মতমদা পূজা তৌরি। অসুম হায়না ধর্ম্মগী য়েংনবা খোংথাং অসি ওসি কাওবদা মীতৈ সমাজদা উবা ফংহি। গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংনরিবা মীতৈ ময়ামনা শা চানদে, অদুগা ওা চাবদদি অপনবা লৈতে। মনামশিং হৃরায়নচিংবা উশোয় ব্রাশোয় লাইথবোয় মীতৈ সমাজগী চিঞাকনি। ময়োম্নগী মতাংদা তিলহৌ চনম অনীসি অকনবা চৈরাক থম্লদুনা চানদে। চাব থকপগী মফমগী ময়মদসু মীতৈ সমাজদা অকনবা চৈরাক কয়াদং লৈ। মীতৈনা মপান্দা চাবা থকপা হায়বদি মীতৈ নত্তবনা থোংবা চাক য়েঙ্থাং চারুবা য়াদে। হৌজিক কাওবদা অরিবা ব্রাখলদা শেংনা লৈরিবা মীওই কয়াদি মপানদা চাবা থকপা তৌনদে।

সমাজগী ব্রায়েল মতুং ইন্না মীতৈগী 'ঈ ' গী থারা অসি য়াম্না শেংনা ওাকই। সনাতন হিন্দু ধর্ম্ম চংলবসু মীতৈ নুপা অমনা মীতৈ নত্তবা নিঙোল অমা লৌবা/লৃহোংবা য়াদে। মীতৈ

নিঙোলনসু মীতৈ নত্তবা নুপাদা লৈবা/লুহোংবা য়াদে। মীতৈ মশেন মনুংদসু য়েক-শলাই অমতগী পাখং নিঙোল লৌনবা/ লুহোংবা য়ানদে। মীতৈ সমাজদা হায়রিবা নিতি ইন্দবা মীওইবুদি লৈবাক পঙ্কায়না সমাজদগী ইথোকখি। অদুনা মীতৈগী 'ঈ' গী ধারা অসি ঙসিফাওবা য়ায়া শেংনা লৈরি। অশেং অমাংগী য়াথল অসি মীতৈ সমাজদা চাওখ্রবা য়ায়েল ওইনা লৈবি। নুপী ওইবগী থাগী শোকপা য়াদবা মতমদা মাংই হায়না চয়োল অমা লৈহল্লি। মহাক্লা অচা অথক থোংবা শোকপা য়াদে-নুপা অহলনা চানদে। অঙাং উনবিবা নুপীদনা অবিকপদা থা অহুমদগী থা মঙা ফাওবা মাংই হায়না থমনৈ। মাংইবা মতমদা অচা অথক থৌবাং তৌবা, সমাজগী থবক থনাদা শরুক য়াবা য়াদে। ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী কুস্মৈ কীর্তনদা শরুক য়াবদা নুপানা ফৈজোম,পাঞ্জাবী শেংলী, নুপী নিঙোলনা ফনেক ব্লাউজ/ফুরিং শেংলি, ইন্নফি ইল্লি, চন্দনসু থিল্লি। মীতৈ অহল লম্মনবু উনরগা মখোং মথুং শাংনা লৈবাক্তা তিংথোক্লগা খুকমদুনা ইকাইখুম্মবা উৎলি। হিন্দু ধর্ম্ম চংগা অতোপ্পা ফুরুপকী অহলদনা 'নমস্কার' হায়না মখুৎ জোড় তৌনা ইকাইখুম্মবা উৎলি।ময়াং মুসলমান উনবগা 'আদাব' হায়নৈ।

লাইরিক লাইশু হৈবরা অমদি চাওখৎলবদা বিজ্ঞানগী জগৎতা লৈবিবা মীতৈ নহাবোলনা মওং মওংগী চাওখৎলবা জাতি গোষ্ঠী ময়ামগা তিন্নবদুনা মীতৈগী ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী য়ায়েন কয়াদং য়ানিংদবা অমদি হোংদোকপগী য়াথল চংনবকই।

হৌজিক্কী মতমসিদা মীতৈগী সোসিও ইকোনোমিক কন্দিসন হায়রবদি শেনখুমগী ফিভম অসি খবা মওং চাদবনা লৈবাক পঙ্কায়গী টেকনোক্রেট ওইবা কম অমসুং থৌবম পুনবা মতিক চাবা মীওই লৈবকত্রে। ঈশৈ শকপা অমসুং পুঙ য়ৈবা শিন অসিদগী মতিক চাবা মমল ফংলকতবা অসিনা হৌবকলিবা নহাবোলনা শিন অসি তমনিংবগী য়াথল লৈবকত্রে অমসুং তম্নদবে। মীতৈগী পুন্সিদা শোকপদগী-শিবদা কোল্লববা সংস্কৃতি পুং -ঈশৈগী থৌবম অসি মুংথবা হৌবক্লে। খুজং খুদিংদা লৈবম্না পুংয়ৈবা ঈশৈ-শকপা অদুনা হৌজিক্কী যুগ অসিদা লৈবাক পঙ্কায়দসু লৈতবা য়াওনবে।

মীতৈ জাতি অসিগী ময়েক শেংনা হিংনা লৈবা অমদী মাদেমসিদা মায় পাকনা লৈনবা হায়না ইমা লমদমগা তৎতনা মবি-লৈনবা, ঈজাতিগী ইনাং ফিদম নিংতম্মা মতম পুম্বদা শাকপগী মথৌনি।

বাংলাদেশতা লৈবিবা মীতৈ ময়ামগী মনুংদা নহাবোল কয়ানা বাংলাদেশকী নিংতম লানদা ১৯৭১ সালদা মমা লৈবাক্কী সেবাদা চোংথোবকখি। য়েংথিনবা লাম্নীগা মায়োক্লনা লান তৌবদা মশাদা অশোয়-অঙাম থোকপা কয়াসু য়াওখি। কনা কনাগুম্না অহল-লম্মন কয়াবুনা মমা লমদম নুংশিবগীদমক পাকিস্তানী আর্মি, আল-বদর বাজাকারগী মখুৎতা থরায় থাখিবা তাখি। ইমা ইচে কয়াসু মায়খিবা ফংখি।

বাংলাদেশকী নিংতম লান্দা শরুক য়াখিবা ফ্রিডম ফাইটর ময়ামগী শম্নম্মা মিং অমসুং লৈফমগা লোয়ননা মশক তাকলি।

১। এম মনমোহন (কনে), অশোকপা ; মৃত বৈকুণ্ঠ সিংহ, বিশগাঁও, ২। কাবাম নীল বাবু সিংহ, অশোকপা ; শনবিকথোম্না সিংহ, বিশগাঁও,৩। নীলচান দত্ত, বিশগাঁও,

৪। মাইবম প্রমোদ, অপোকপা ; বাবাতোন সিংহ, বিশর্গাও, ৫। খোইরোম নীলবাবু, অপোকপা; মৌরসিংহ, বিশর্গাও, ৬। খোমদ্রাম প্রতাপ চন্দ্র সিংহ, অপোকপা ; খোমদ্রাম রাজমোহন, নলধরী, ৭। অরাংবম অরবিন্দ (নৈরিজাউ, ; অপোকপা অরাংবম মানিক, নলধরী, ৮। যুমখাম ললিত , অপোকপা ; যুমখাম বাবাতোন, নলধরী, ৯। এল হরেন্দ্র, অপোকপা ; এল বিদ্যা, বরইতলী, ১০। হেনাম সনাতোন (নোংগাপ্রবা) অপোকপা হেনাম বাবাতোন, নলধরী, ১১। থাংজম জীতেন (নোংগাম্রবা) অপোকপা ; থাংজম বনমালী, সিলেট,১২। সাইরেম কিরণ, অপোকপা ; সাইরেম ক্ষীর, সিলেট,১৩। কে. দিলীপ, অপোকপা ; কামেশ্বর, সিলেট,১৪। টি. অবনী কুমার, অপোকপা ; টি গোপেশ্বর, সিলেট, ১৫। আদিত্য শর্ম্ম (কংকয়) অপোকপা ; অরবিন্দ শর্ম্ম , সিলেট, ১৬। নীলমনি সিংহ (ননী) অপোকপা ; নিমাই সিংহ, সিলেট।

মমা লমদম বাংলাদেশপু নুংশিবগীদমক য়েংখিনবা লাপ্পী অমদী মখোয়গী লোয়নবগী মথুংতা থবায় থাখিবা কয়াগী মিং মথংদা থাংগৎচরি :

১। খোকচোম কৃষ্ণমোহন, অপোকপা ; খোকচোম বাণী, বিশর্গাও, ২। খোকচোম অক্ষয় কুমার, অপোকপা ; খোকচোম বাণী, বিশর্গাও, ৩। এম, নবেন্দ্র সিংহ, বিশর্গাও, ৪। কারাম অতেন, বিশর্গাও,৫। ই. কুলচন্দ্র, বিশর্গাও, ৬। খাইদেম রমন, সিলেট, ৭। নোংমাইথেম গৌরমোহন, সিলেট,৮। খোংবানতাবম খগেন্দ্র (বোগে), সিলেট, ৯। খোংবানতাবম খোমদোন, সিলেট, ১০। গৌবচন্দ্র সিংহ, ছোট ধামাই।

# বাংলাদেশকী মণিপুরী খুন্নাইগী শক্তম

*টি.বি. হাযোম*

**বাংলাদেশতা মণিপুরী খুন্দাবা ঃ**

বাংলাদেশতা মণিপুরীশিংনা খুন্দাদুনা লৈরীবসি মৈদিঙু খাগেম্বা হাক্তকতা ১৬০৪ ইংদা শানোংবা হীগায় য়াথোক্কী মতমদা শানোংবনা হৌজিক্কী বাংলাদেশকী হবিগঞ্জ জিলাগী তরফকী নায়েব-নজীর বাঁদা লানগী মতেংগীদমক হায়জবা লাকপদা লোয়নরকপা মণিপুরী খরদি তরফকী অনকপদা লৈবা বিশগাঁও মাইকৈদা খুন্দাদুনা লৈখি হায়দুনা হায়নবা য়াওই। মৈদিংঙু খাগেম্বা হাক্তকতা মণিপুরীশিং বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংত্রি। বিশগাঁওদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মণিপুরীশিং থাইনদগী খুন্দাঊডেদগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংপনিনা খাগেম্বা মতমদগী খুন্দারমদবা য়ায়। মতাং অসি নৈননিঙ্ডায়নী অদুগা বাংলাদেশতা মণিপুরীনা খুন্দাদুনা লৈরবসি মহারাজ মারজীৎ নিংথৌনা পানবা মতমদা থোকখিবা য়াম্না ভমখিবা বর্মা-মণিপুর লান (খৃঃ১৮১৯-১৮২৬) চহি তরেং খুন্তাকপা মতমদা লানজেন্নদুনা লাকখিবনী, খুন্দাখিবনী। মৈদীংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তকা মনাও ইখুংঙো শানোংবনা তরফকী লাম্মী নেক্নুনা লান্দারকপদা -য়াওরকখিবা অমসু লৈখিবা ইসলাম ধর্ম্ম চংপশিং মণিপুরী নিঙোল লৌদুনা মণিপুরদা চদা নাওদা শন্দোক্নুনা লৈখিবা ইসলাম ধর্ম্ম চংপা মণিপুরী ইচিন্নাও, ইপা-ইচাশিংসু পূম্না হাযরিবা অবা-মণিপুর লান্দা লানজেন্নদুনা বাংলাদেশতা লাক্নুনা নক্নুনা লোনদিন-থোইদিন্নানা লৈখিবনী। বাংলাদেশতা মণিপুরীশিংনা খুন্দাদুনা লৈরম্বা খুঙং খরদি মুংথ্রে, মণিপুরী তাখিন্রে। হৌজিক বাংলাদেশতা খুন্দারিবা মণিপুরীশিং দিষ্ট্রিকবাইজ লৈফম মখাগী অসুম্না ওইগনী ঃ

**(ক) মৌলভীবাজার জিলা ঃ**

১। ছনগাঁও (হাযোম খুল) ; ২। কোনাগাঁও ; ৩। ভেতইগাঁও ;৪। ভানুবিল; ৫। নয়াপত্তন; ৬। হক্তিয়ার খোলা; ৭। কাটাবিল; ৮। শ্রীপুর; ৯। গঙ্গানগর; ১০। নীলকুঠি; ১১। ভাণ্ডারীগাঁও(মাধবপুর); ১২। মঙ্গল পুর; ১৩। ছয়ছিড়ি; ১৪। চিংলি; ১৫। রামনগর ; ১৬। বিলাসর ; ১৭। খাসপুর ; ১৮। নথধরী ১৯। খামাম্ব; ২০। পাঠারী; ২১। গোয়াল বাড়ী; ২২। গৌরনগর; ২৩। গৌরাংবিল ; ২৪। পুখাদব; ২৫। বরইতলী

**(খ)হবিগঞ্জ জিলা ঃ**

১। আবাদ গাঁও ২। গোবর খোলা ৩। খুনৌ

**(গ) সুনাম গঞ্জ জিলা ঃ**

১। রতন পুর ২। লাখাং

**(ঘ) সিলেট জিলা ঃ**

১। লামাবাজার ২। লালার দিঘীর পার ৩। মণিপুরী রাজবাড়ী ৪। আম্বরখানা ৫। শিবগঞ্জ ৬। সাগর দিঘীর পার ৭। নরসিংটিলা ৮। সুবিদ বাজার ৯। কুর্সিঘাট ১০। দক্ষিন গাছ ১১। আম্বর খানা বড় বাজার ১২। কেবা পাড়া

**ইসলাম ধর্ম চংপা মণিপুরীশিং বাংলাদেশকী মখাগী খুঙংশিংদা হৌজিক খুন্দাদুনা লৈরিঃ**

১। কোনা গাঁও ২। নুয়া গাঁও ৩। কান্দি গাঁও ৪। শুকুর উল্লা গাঁও ৫। তেতইগাঁও ৬। মুকাবিল ৭। কালারায়বিল ৮। শ্রীপুর ৯। মধ্যজলালপুর ১০। পশ্চিম জালালপুর ১১। দক্ষিন তিলকপুর ১২। ঘোড়ামারা ১৩। কুলতলী ১৪। হুমের জান ১৫। জমির কোনা ১৬। কুমড়া কাপন ১৭। কেয়ালীঘাট ১৮। আদমপুর বাজার ১৯। পুরানা বাড়ী অমসুং ২০। খাদিম নগর

**বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংগী খুন্নায়গী কিতম ঃ**

(১) লোন অমসুং খোরিবোল ঃ বাংলাদেশতা হৌজিক খুন্দাদুনা লৈরিবা মণিপুরী ঐখোয়গী লোন অসি মালেমদা শাংন-লোন্নরিবা মণিপুরী লোন্দগী করিগুম্বা খেন্নবা অমত্তা লৈতে। তৌইগুম্বসুং রাহে, রাহেগরেং শিজিন্নরকপদা খোঙ্গোকতা অরুম-অয়াং খবা খজিক খেন্নবা লৈরবসু অমত্তনি হায়না লৌবা য়ায়। লৈবাক অসিদা লোন অসি চাওখৎনবা লমদমসিগী মণিপুরীশিংনা মযাঙ্গেদগী মেরাগী লাইরিক তাবদা লোন অসিবু ফজনা লৈশি লৈথোক্লা শিজিন্নবা শুন্নবা হোৎনরমই। শুমাং লীলানচিংবা খোংজম পর্ব, খুবাক ইশৈ, রাধী লীবদা ফজবা তান্নবা অসিনা লোল অসি বাংলাদেশতা মপুংফানা অদুম হিংদুনা লাকখি। অশোমদা ইসলাম ধর্ম চংপা মণিপুরী পুন্নসু রাজ মহফিলদা মণিপুরী লোন্না লৈশি লৈথোক্লা ফজবা রাহে শিজিন্নবা, ইমাবোন্না হেন্না মমুং তানা তাবদা নুঙাইবা লুহোংবগী, পুজাগী থৌরমদা নিঙোল অমসুং পাখংশিং মণিপুরী লোন্না ইশৈ শকপনা লোন অসি অমুক্কসু মপুং ফানা হিংহল্লী।

বাংলাদেশনা নিংতম্বা ফংলবদা বাংলাদেশতা লৈরিবা মণিপুরীশিংগীসু য়াওল অমা লাকখি। লোয়ননা ওরগেনাইজেসন কয়া শেম্বা হৌবকখি, খুদম ওইনা -ভানুগাছ মণিপুরী যুব সংস্থান, বাংলাদেশ মণিপুরী কল্যান সমিতি ; পুজারী সাহিত্য সংসদ হৌজিক্কা বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ, বাংলাদেশ মণিপুরী যুব সমিতি, বাংলাদেশ মণিপুরী ছাত্র সমিতি (বামছাস), বাংলাদেশ মণিপুরী মহিলা সমিতি, প্রবীন সংঘ; উদয়ন সংঘনচিংবা কয়া লিংখৎতুনা মণিপুরী লোন্না চেকোং মেগাজিন, সুভেনির কয়ানচিংবা মখং মখং ফোংলকখি অমসুং খুন্নায়গী য়াওল অমা হোংবা হৌরকখি। মদুগী মহৈদগী বাংলাদেশতা মণিপুরী মচাশিংদা কবি, শৈরেংবা কয়া থোকলকখি। হৌজিক কবি এল. পদ্মামণি, কবি এ. কে. শেরাম, কবি খোইরোম ইন্দ্রজিৎ কবি সনাতন হামোম, কবি খোইবোম কামিনী কুমারনচিংবা থোকলকপগুম অতৈসু কবি কয়া বাংলাদেশতা থোকলকখিগনি। অদুগা মণিপুরী লোন অমসুং খোরিবোলবু হেন্না মপুং ফাহল্লখিগনী। অদুবু লাইবক থিবদি বাংলাদেশতা লৈরিবা মণিপুরী ঐখোয়গী লোন অসিগীদমক চয়োন্দা মিনিট ১৫ (তরামঙা) খক বাংলাদেশ সরকারনা রেডিও বাংলাদেশ সিলেট কেন্দ্রদা পিবিবনি অদুবু মণিপুরী নত্তবা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা মণিপুরী হায়দুনা প্রোগ্রাম তৌরি।

মসিগী মায়োক্তা মণিপুরী ওরগেনাইজেশনশিংনা রিজনেল ডাইরেক্তরনচিংবদা বিষ্ণুপ্রিয়া প্রোগ্রাম মণিপুরী প্রোগ্রামদা য়াওহন্দনবা বাকৎচে কয়া থাগৎল্লে। মতাং অসিদা মণিপুরী সংস্কৃতিক পরিষদনা শিনলাংদুনা অচৌবা প্রোশেশন অমগা লোয়ননা মৌলভীবাজারগী ডিপুটি কমিশনারদা মেমোরেণ্ডম অমা পিখি। মথংদা বাংলাদেশকী নেসনেল প্রেস ক্লব ঢাকাদা প্রেস কনফরেন্স অমসু পাংথোকখি। মদুনা বাংলাদেশকী অমসুং মপান লৈবাক্কী মীয়াম্না বিষ্ণুপ্রিয়াশিং অসি মণিপুরী নত্তে হায়বা খংবা হৌরকখি। তোইগুম্বসুং বিষ্ণুপ্রিয়াবু মণিপুরী রেডিও প্রোগ্রামদগী লৌথোকহনবদি শুমথ্রি। মসি বাংলাদেশকী মণিপুরী লোন লোল্লিবা ঐখোয় পুম্নমগী থোয়না ইকায়নিঙ্গাইরনী অদুনা অপোকপা হিন্দু-মুসলিম ধর্ম্ম খায়দনা ইমালোন লোনমীন্নরীবা ঐখোয় পুম্নমক অমত্তা ওইবা লীচিং অমদা রেডিও প্রোগ্রামগী বাকম্না চিংবা থোকলক থোকলকপা ইজাতিগী ওইবা সমস্যা পুম্না মাই পাক্লনবা থবক ওইনা পাইখৎপগী য়াম্না মথৌ তাররনী। মতং অসিদা গ্লোবেল মণিপুরী খুন্নায়গী মতেং থোয়দোক্লা মথৌ তাই। অদুনা বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংগী মাইকৈদগী গ্লোবেল মণিপুরী ইনটেলেকচুয়েলস অমসুং স্কোলারশিংনচিংবা মরী লৈনবা ময়ামগী মীৎয়েং চিংশিনজরী।

(২) ইনাৎ: ইনাংকী বাহল্লোক য়াম্না পাক-চাউই। মতাঙ্গ অসিদা বাংলাদেশতা খুন্দাদুনা লৈরিবা মণিপুরীশিংগী খুন্নায়দা চংনরিবা লাইনিং লীচৎ জগোয় ইশৈনচিংবা খুন্নায়গী চংনরোল শন্নপ্না নৈনজরী :-

মৈদিংঙু পামহৈবনা পানবা মতম্মদগী মণিপুরীশিং সনামহি অপোকপা লাইনিং লীচৎ থাদোক্লুনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংখি হায়দুনা মথক্তা শন্নপ্না পনজল্লে। বাংলাদেশতা মণিপুরীনা অহানবা খুন্দাবরশিং লোয়না বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংপনীনা মখোয়গী চাদা নৌদাশিং অয়াম্বনা শুসি ফাওবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চংনবী মতুং ইন্না শ্রাদ্ধ কর্ম থৌরম খুদিংমক পাংথোকই। তৌইগুম্বসুং মহৌশা লৈজরম্বা লাইনিং লীচংকী চংনবী খবদি থাদোকপা শুমদম্নুনা শুসি ফাওবা চংনরী। খুদম ওইনা (১) শ্রাদ্ধকর্ম-কীর্তনদা হৌজিক শিজিন্নরিবা য়্যাংয়েং কৈজোম কোকয়েং (২) পুং (৩) ষষ্ঠি পূজা নুমিৎকী অয়ুক্তা মাইবীনা পাংথোক্লীবা ইপান থাবা (৪) মুমলাই খুরুম্বা (৫) লুহোংবগী থৌরমদা পিবা ময়ুমদগী 'মীতমঙ্গা' পুবা (৬) চহি লোইরকপা অমসুং অহৌবদা শারোই খাংবনচিংবা। বাংলাদেশকী মণিপুরী অয়াম্বনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংলবসু কয়ামনা সনামহী অপোকপা লাইনীং লীচৎ চংলি। বাংলাদেশকী মণিপুরী খুন্নায়দা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংপা অমসুং সনামহী অপোকপা ধর্ম্ম চংপা কাঙ্গলূপ অনিসিদা অমগী থৌরমদা অমা চংনরমদে। অদুবু ১৯৯২ ইংদগী হৌদুনা ফুরুপ অনিমক তংলা চংনরে অমসুং পুন্না চামিন থকমিন্নদুনা থৌরম পাংথোকমীন্নবে। মসি বাংলাদেশকী ভানুগাছকী মীয়াম অহলশিং য়াওনা য়াইতোংবশিংনা বারেপ্নদুনা চংনখিবনি।

বাংলাদেশতা লৈরিবা মণিপুরীশিং মরু ওইনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংপশিং ১৯ শুবা চহিচা (এ.ডি) ফাওবা অতোপ্পা মীরোল লোনবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংপা কাংলুপশিংগী করিগুম্বা থৌরম অমত্তা পুন্না পাংথোকমিন্নরমদে। ২০ শুবা চহিচা হৌরকপদগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংপা লৈমনায়-নিংথৌনায়শিং ধর্ম্ম অমত্তনি হায়বা মীৎয়েংদগী চাকচা -হৈজান্নবনচিংবা পূজা পার্বদা পুন্না

শরুক য়ামিন্নবা হৌরকখি। অদুবু চাকচা-হৈজান্নবদা ফমফম্নচিংবা তোঙালহল্লম্মী হায়দুনা অহলশিংনা য়ারী তৌই। অদুবু ২০ শুবা চহিচা ভংখাই চল্লকপগী মতমদদি খর হেন্না তোংনা তিন্নবগী ক্ষিতম লাকখি। চাকচা-হৈজান্নবদা খর খর পুশিল্লকপা, শোরাং-লুহোংবা থৌরমদা পূন্না শরুক য়ামিন্নবগী ক্ষিতম লাকখি। মতাং অসিদা মণিপুরী মীয়াম্না অমত্তা ওইবা ৱারেপ্লদুনা হৌখিবা ১৯৮৭ ইংদগী হৌদুনা হায়রিবা লৈমনায় নিংথৌনায়শিং মণিপুরী খুন্নায়গী ওইবা থবক থৌরমশিংদা য়াওদ্রে হায়না লৌবা য়ায়। করি করিগুম্বা থৌরমদা খুরক্কী ঈনা লাইশাবগুম মরক মরক্তা মখোয়বু কোনশিনবসু ঐখোয়গী মনুংদা য়াওরী। অদুবু চহি অমা অনিসিদগী অদুসু কয়া উদ্রে। বাংলাদেশনা নিংতম্বা ফংলবা মতুং ১৯৭৬ ইংদা বাংলাদেশ সরকারনা বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংগীদমক পুং-ঈশৈ -জগোয়নচিংবা ঈনাং চাওখৎনবা 'মণিপুরী ললিত কলা একাডেমী' অমা লিংখৎপী । অদুসু হায়রিবা লৈমনায় নিংথৌনায়শিংনা মখোয়গী খুদোংচাবা মফমদা শাখিদুনা হৌজিক ফাওবা খুদোংচাবা খুদিংমক মখোয়না লৌরী হায়বদা হাযমনবা থোকলোয়। মসিগী মায়োক্তা বাংলাদেশকী মণিপুরী ওরগেনাইজেশনশিংনা মেমোরেণ্ডম শিরনচিংবা এপ্লিকেশন কয়া তৌখি। মতাং অসিদা বাংলাদেশকী মণিপুরী ওরগেনাইজেশনশিংনা লৌশংখিবা থৌদাং মখাগী অসুম্না শিংথাবা য়াই :

(১) বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ : সংসদ অসিনা সিলেটতা 'মণিপুরীদের পরিচিতি সমস্যা : প্রেক্ষিত বাংলাদেশ ' হায়বা সেমিনার অমা পাংথোকখি। মদুদা ৱারেং অনি নৈনখি। ৱারেংশিং মথং শিংনা

(ক) উপজাতি সমস্যা : প্রকৃতি অনুসন্ধান ও ভবিষ্যৎ কর্মপন্থা। প্রবন্ধকার - এ. কে.শেরাম

(খ) বিষ্ণুপ্রিয়া সমস্যা: স্বরূপ অন্বেষণ ও আমাদের করণীয় । প্রবন্ধকার - টি. বি. হামোম

(২) মণিপুরী সংস্কৃতিক পরিষদ : (ক) পরিষদ অসিনা উপজাতি অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়া সমস্যাগী মায়োক্তা মৌলভি বাজার জিলাদা প্রেস কনফরেন্স অমা পাংথোকখি। মদুদা ক্পট পাবিখিবা কবি খোইবোম ইন্দ্রজিৎনী : (খ) পরিষদ অসিনা লীড তৌদুনা বিষ্ণুপ্রিয়াশিং মণিপুরী খুন্নায়গী থবক থৌরমশিংদা য়াওবা য়ারোয়, মখোয় মণিপুরী নত্তে হায়দুনা মণিপুরী মীয়ামগী মীতিন তোয়না তিন্দুনা অচেৎপা ৱারেপ লৌখি অমসুং থবক ওইনা পাংথোকখি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী খুন্নায়গী মীওই খরনা লৌশিং তানবদগী খরা অকায়বা অয়েৎপা থোকই। (গ) সিলেট রেডিও ষ্টেশনদগী চর্থরিবা মণিপুরী প্রোগ্রামদা বিষ্ণুপ্রিয়া প্রোগ্রাম য়াওহন্দনবা অমদি মণিপুরী ললিত কলা একাডেমীগী মায়োক্তা মৌলভীবাজার জিলা শহরদা অচৌবা মীলে অমা চংখি অমসুং জিলা প্রশাসকতা মেমোরেণ্ডম অমা খুৎশিন্নখি। (ঘ) বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংগী সমস্যাশিংসিগী মায়োক্তা বাংলাদেশকী জাতিয় প্রেস ক্লব ঢাকাদা প্রেস কনফরেন্স অমসু পাংথোকখি। মদুদা টি. বি. হামোমনা ক্পট পাবিখি।

(৩) বাংলাদেশ মণিপুরী ছাত্র সমিতি : সমিতি অসিনসু ইসু অসিদা মীলে চত্তুনা মেমোরেণ্ডম সবমিট তৌখি।

বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা অয়াম্বা মতমদা চহি তরামুক্কী মমাংদা মণিপুরী শাদুনা নেশনেল প্রোগ্রাম কয়াদা মণিপুরী কলচরেল শো উৎখী। বাংলাদেশতা পাংথোকখিবা অহানবা 'সাফ গেমস' কী সমাপনী অনুষ্ঠান ওম্বা অচৌবা থৌরমদসু মণিপুরী ললিত কলা একাডেমী লৈবনা মখোয়না প্রোগ্রাম লৌদুনা মণিপুরী কলচরবু প্রেজেন্ট তৌখি। মদুগী মথং অরকপদা ঐখোয়না ঈনাংকী ওইবা য়াওল অমা পুরক্লবা কয়া হোৎনজমন ওয়না মণিপুরী ঐখোয়না নেশনেল প্রোগ্রাম অয়াম্বা শরুক য়াবা হৌরকখি অমসুং অশেংবা মণিপুরী কলচরবু উৎপা হৌরকখি। ইং কুমজা ১৯৯৩ দা বাংলাদেশতা অনিরক শুবা ওইনা পাংথোকখিবা '৬শুবা সাফ গেমস' দা মণিপুরী আর্টিষ্ট ওরগেনাইজর ২০০ হেয়া শরুক য়াখি। মদুদা উৎখিবা খম্বা-থোইবী জগোয় মণিপুরী থাং-অ উবদা অডিয়েন্স লিশিং লিশিংগী ক্রেপিংনা ষ্টেডিয়ম অদু পুমনিল নিলখি। বাংলাদেশ সিল্পকলা একাদেমি, ঢাকানা শিনলাংদুনা ১৯৯৫ ইংদা চয়োল অমা চুপ্না পাংথোকখিবা 'সপ্তাহ ব্যাপী নাট্য উৎসব ' ১৫ অসিদা মণিপুরী ইমালোয়া থৌরম অসিগী অরোয়বা নুমিৎতা বীর টিকেন্দ্রজিৎ ড্রামা উৎখি। অমসুং ঐখোয়গী ড্রামা অদুনা উৎসবকী অথোয়বা ড্রামা ওইখি হায়দুনা সুভেনিরদা ফোংলকখি। মথংদা বাংলাদেশকী বিজয় দিবস রাজত জয়ন্তী ১৬, ঢাকা ষ্টেডিয়মদা পাংথোকখি। মদুদসু মণিপুরীশিংনা শরুক য়াখি অমসুং ঐখোয়গী ঈনাংকী ওইবা লৈশেম জগোয় উৎখি। লৈমনায় নিংথৌনায় কালিশাশিংনা মণিপুরী শাদুনা কলচরেল প্রোগ্রাম তৌবদু মশাগী ওয়বা মনাং জগোয় নত্তবনা নোংম-নোংমগী মরায় চায়থরক্রে।

ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মণিপুরীশিংগী ঈনাংকী মতাংদা থোইনা অমুক নৈননিংঙাই লৈতে। বাংলাদেশতা লৈরিবা মণিপুরী ইসলাম ধর্ম্ম চৎপশিং লোয়না সুন্নী ঙাক্নী। ধর্ম্মনা মরম ওইবনা জগোয় ঈশৈনচিংবা কুশ্মে থোয়দোক্না লৈত্রবসু অহিং চুপ্না লৈশাবী পাখং ময়াম (তোঙান-তোঙাম্না) থাবল চোংবা অমসুং মণিপুরী লোনগী শেংলবা-ফজবা য়াহৈনা লৈশি লৈথোম্লনা ঈশৈ শকই। মসি ঐখোয়না ওবগেনাইজ তৌদুনা নেশনেলগী থাক্তা চৎপগী অমসুং মালেমদা ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মণিপুরীগী তোপ তোপ্পা কলচর অমা লৈরিবসি শক তাকপগী মথৌ পাংথোকপা তঙাইফদবনী। লাইনিং লম্বী হায়বদি ধর্ম্ম মান্নব্রবসু ঐখোয় মণিপুরী লোনমিল্লরীবা পুল্লমক্লা শক্তিবু য়ৌরকপদা কাঙ-শান্নবা, লিকোন শান্নবা চঙ্গিগী অরি-অনৌ শিন্নবগী থৌরম মচন অমা ওইনা পাংথোক্লী। মসি মণিপুরী ইমালোন লোম্লীবা হিন্দু, বৌদ্ধ, ইসলাম, অপোকপা খুদিংমক্কী ইতোপ তোপ্পা ইনাং অমনি। মসিগী লীচিং ধর্ম্মনা নত্তে, লোম্লনী। লোন জাতি অমগী মরু ওইবা অমনি অদুগা লোন অমসুং ঈনাং হায়বসিদি কুপনা থিরুরবদা লোন হায়বসি ঈনাংকীসু মরু ওইবা মচংনি অদুনা ঐখোয় ধর্ম্মদা যুমদম তৌদদুনা মালেমদা ঐখোয়গী অশেংবা কলচর ট্রেডিশন শক তাক্লবা অঙত্বা মথৈ হোৎনফম থোকই। হোৎনগদৌরিবা অসিদা মাই পাক্লদবা পাম্বৈ অনি অহুম থোক্লা লৈ। মদুদি -

১) ঐখোয়গী ঈনাংকী ওইবা জগোয়নচিংবা খুদিংমক মরিক চুপ্না মপুং ফানা রিপ্রেজেন্ট তৌবা ওম্বা;

২) লৈমনায়- নিংথৌনায়শিং মণিপুরী নত্তে হায়বা অসিদা য়াম্না ফজবা লীচিং অমদা ওফিশিয়েল মুভমেন্ট তৌবা অমসুং গ্লোবেল মণিপুরী মীয়ামগী মতেং লৌবা;

৩) মণিপুরী ময়ামগী ওইবা কণ্ড অমা লিংখৎপা।

মণিপুরী খুন্নায়গী শেনমিৎলোনঃ বাংলাদেশতা খুন্দাদুনা লৈরিবা মণিপুরী অয়াম্বনা লৌউ-শিংউবগী থবক তৌই। ওফিসতা থবক তৌবা, স্কুলদা ওজা ওইবা, টেকনিকেল থবক-উণ্ডবা, সনা শুবা, মেকানিক্স, ললোনবনচিংবা শু-তানবনা অয়াম্বা ওই । মণিপুরী নূপী খুদিংমক্তা ফীশা লোনশাগী থবক তৌই হায়বা য়াই। মণিপুরীশিংগী মনুংদা শুসিফাওবা চাকনি ফিনিবা য়াওদে। অদুবু লাইরবগী মশিংদি য়ামই। অদুগা ইনাকখুনবদী লৈত্তে হায়না লৌবা য়াই । শেনমিৎলোনগী মতাংদা হৌজিক মণিপুরী নূপীশিংনা শাবিবা মখল মখেলগী ফী বাংলাদেশকী মার্কেট অয়াম্বদা শিংথানরী, লোয়ননা বাংলাদেশকী বাংমদা এক্সপোর্ট তৌদুনা ঐখোয়গী খুন্নায়দা শেনমিৎলোনগী ফীভম কণাংহল্লক্রী। অদুবু ঐখোয়গী অয়াম্বা ফীশাবীশিং এক্সপোর্ট কালিটিগী ফী শাবা ঙমখি। মসিগীদমক হায়বদি কিদূগী ফীজিন অনি শাংবা মাল্লবা, লৈ-চাউবা শিকপা মাল্লবা, ফীগী ফিনিশিংনচিংবা এট্রেকটিভ কালিটি লৈহল্লবগীদমক ফীশাবী ময়ামগী গ্রুপ ব্রেক ৱার্কসোপ, সেমিনার অমসুং সিম্পোজিয়ম পাংথোকপা ডঙাইফদনা মথৌ তাই। খুন্নায়গী শেনথুমগী ফীবম কণাংহল্লবগীদমক ঐখোয় মশেন তান্নিন খোমজিন্নদুনা খুন্নায়সিগা মরি লৈনবা শেনথোক লম্বী পুখোক্লবা অনৌবা মতমগা চান্নবা (মোডর্নাইজ) লম্বী কয়া থিবা মথৌ তাই। মক ওইনা বাংলাদেশতা লৈরিবা মণিপুরীশিং হিংদুনা শেম্বোক শেন্দাল লম্বী পুখোক্লবা হোংনবা তঙাম্বকয়ে। ঐখোয় মশেলগী মবক্তা কো-ওপবেশন শিননবগী শিংলূপ (ব্যাংকিং/ট্রাষ্ট) শিং লিংখত্তুনা অমনা অমগী অন্নাংপা মেনখৎনবা হোংনবা মতম য়ৌরে, পুন্নমক থম্মোয় শেংনা হোংনরবদি মাই পাক্কনী অমসুং খুন্নায়দা মতমগা চানবা য়াওল অমা পুরকপা ঙমগনী।

ন্নারোইশিন ঃ মালেমদা মণিপুরীশিং মশক খোক্লা হিংবা মতম য়ৌরে, ঙসিগী তাইবং মীৎয়েংদা (গ্লোবেল আউটলুকতা) মণিপুরীশিং মশক মখোং শেংনা হিংবা ঙমদ্রবদি তুংগী লম্বীদা লাকদৌরিবা মীয়োলশিং লম্বী লম্মুক্লবিগনী। মালেমদা লৈরিবা মণিপুরীশিং ঙসিমক অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা শিংনবক্লিবা য়েংলক্লীবা খুদিংমক মায়োক্লবা মথৌ তাই। মালেমদা মণিপুরীশিং লিকচরবসু মতিক মঙাল লৈনবা ঐখোয় মশেল অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা হোংনমিল্লরসি।

# বাংলাদেশতা থুন হোংবদা কাইথরকপা ফিভম

খোইরোম ইন্দ্রজিৎ

মীতৈশিংগী পুন্সিদা হরাও নুঙাইবগী মমি তাবা, অবাং অপা নাইদবা, নোকমিতা তৌবা মায়খোং উবা ফংলম্মী। লৈশাবী মচাশিং থাবলগী অহিংদা মখোল তানা ঈশৈ শংদুনা পুম্ব্রি মপান্দা কোন ফেংনবম্মী। থম্মোয়দা নুংঙাইবগী ইনিন অমা মতম পুম্নমক্তা ফাওদুনা লৈবগুম উবা ফংই। মসি মতম অদুগী পুন্সি খুৎলেনসু য়াম্নমক চম্লরমই। মীওইবসি মচীন মরৈ থাংনরমদে। নোকতা নোক্লিংলবসু ফাক ফাক হেক নোকখোকপদা অপনবা লৈনরমদে। মীতৈগী খুঙ্গংশিংদা পৃঙ ঈশৈগী নিন খোংবা তস্তনা তাবা ফংই। চাকচা হৈজানবা, কুম্মৈ ফিওং লেপনরমদে। লীলা পালা লেপ্লরমদে। কীর্তন ক্রিয়া কুংনবম্মী। মীতৈগী ওইবা হৌনশা কাইনরমদে। চৎনবী হৌনবী অমগী মখা পোম্না হিংজবা পুন্সিদুদা কনানসু করাম চাওবা মীংয়েং থারমদে। য়াম্না লেম্না মাগী মাগী শিনফম পাইনবম্মী। পুঙ ঈশৈ শকচা শোনজবা, লাইরিক থিবা হায়বনচিংবা পুম্নমকপু অবাংবা থাক্তা থম্নবম্মী। সমাজগী মীওই খুদিংমক ধর্ম্মগী কম্নবা চুক্লী মখাদা থম্বা ঙম্লম্মী। সমাজগী ওইবা থৌদোক বাথোক খুদিংদা পুম্নমক্কী শরুক য়াবা তঙাই ফদবা শকক অমা ওইনা শিংথানবম্মী। অমগী অৱাবা অবদা ময়াম চোংশিন্দুনা মতেং পাংবগী বাখল চেন্নরম্মী শু-নোম্নসু কম্নবম্মী তৌবগীদি লৌউ-শিংউবনা মপুং ফানরম্মী। লৌউ-শিংউবা নংতনা অতৈ থোইদোক্লা লৈনবমদে। মীতৈশিংগী পুন্সিদা লম্লোন-ইতিক হায়বা শকক্তু মতম অদুদা শেংনা থেংনাখিদবা তাংকক অমনি। মবম অদুনা পুন্সি খুৎলেনসু য়াম্না চমজবা মতম্নি।

কুম্মৈ ফিওংনা মপুং ওইবা পুন্সিগী মবক্তা প্রজাসত্ব আইনগী ট্যাক্স হেনগৎপনচিংবা জমিন্দারগী মীওং মীনৈ হকথেংনবা হৌখিবম্মী। হায়রিবা তাঙ্গাসিদা মীতৈশিংগী পুন্সিদা নিংজিং-মাংজিংনবা অমা ফাওবকপা হৌখি। মাংবা শেংবা ঙাক্লা মীতৈশিংনা মবা তানা লৈবা শুমগদ্রা হায়বনচিংবা ইজাতি লৈখা তাগদ্রা হায়বসি য়াম্না চিংনবা পোকপা হৌবকখি। মফ ওইনা মাংবা শেংবা, চঙবা য়াবা যাদবা, হৌনবা হৌনদবা, শক শোনবদা চুম্মী চুমদেনচিংবা নাকপাক নাকপাক লেপনবা হৌখি। চুম্মী হায়বা নাকল অমা, চুমদে হায়বা নাকল অমা তথ্বায় তথ্বায তান্নদুনা মাগুপ মন্দিব তোঙাম্না লিংখৎপা হৌনৈ। অমগীদা চংবা চংদবা, বার্তন ককথোক কর্কশিন কুংনবকই। অদুবু কুম্মৈ ফিওংদি হেনগৎখি। কাংবু অমনা গুরু কীর্তন তৌরবদি কাংবু অমসু গুরু কীর্তন মাইকৈ অমদা তৌই। অদুতনসু পেন্দনা মাইক ওনশিন্না খোংনবসু থেংনৈ। থংনবা মাগুপতা নিঙোল পালি তাবা নুমিৎতুদা অমরোমদসু খরা চাওনা নিঙোল পালি'মা শিনলাংখ্রি। মসিদা পেনবা পোকলম্মী। ওইজবা থিনরমদে ওম্নবা তান্নরম্মী। খুনগী অহল ওইবশিং বিচার থিনরম্মী। করি করিগুম্বদা ময়াংগী ফতুয়া জারী তৌবগুম থেংনদবা নত্তে।





খণ্ড হৈবসি মাতনী হায়বগুম মানা হায়বতনা অচুম্বা শকনরম্মী। শাগেদা লৌশিন্নরকপা, ময়াং পাঙনদা জাত তানরকপা বিচার শাবা য়াদবা কোংগাই অমা নমসিন ওমশিন্না থমজিল্লী। করিসু নত্তবা লোইশিনবদা পেনামুক লাইবশিংনা কুরু ক্ষেত্রগী লানদগীসু হেন্না চাওখোকহনদুনা মরান শিবিবসু য়াওখি। অসিগুম্বা মরম কয়ামরমদগী মথবাই চাকতুনা য়েনখা লোন্নবা লম ময়াংদা য়োনসিল্লগা যুম হোংনবসু য়াওদবা নত্তে। যুম লোন্নবদা ময়াং চংলক্লবনিনা নুঙায়বা হায়বদুদি খোকত্রে। লৈকাই থাদোকনবে। খুন কাইনবে। যুম থাদোকপা হায়বসি পংনুং নুঙায়বা নত্তে। খংনরম্বা চান্নরম্বা মরূপ মপিজা মরী মতা লাপনবনি। যুম কাইদবা মীওইশিংনা যুম থাদোকপগী নুঙায়তবসি চম্না খংহনবদা য়ান্না বানা খোক্কনি। হৌদোকমিন্নরকপা নুংঙিগী উদুনতা লাকম্রবা পুম্নমক থাদোক্লন্নগা ইথং খংনদবা মফমদা অমুক নৌনা চুশিনবা, হৈনহনবা হায়বসি মতম চংঙি।

যুম থাদোকপা নংত্রগা অনৌবা মফম অমা হোংদোকপা হায়বসি করি করিগুম্বা মশাগী নুঙায়বা খিবগীসু ওইবা য়াই। অদুগা খুন হোংনবদা মীতৈগী পুক্নিদা খুঙ্গং খুঙ্গং খুদিংদা হান্নগুম হরাও নুংঙাযবা মপুং ফানা পাংখোকপদা অপনবা কয়ামুক থেংনবা হৌখি। লাইঙ্গিনগা শাইঙ্গিনগা কিবিক কিরিক ইন্ননা তারম্বা যুমশিং চাং তাথবকপনা শমজেং ময়া তাবগুমত্রে, লুম্নাবী ইমুংগী শমজেং কুমত্রে মীতৈগী খুঙ্গংশিং। শমজেং ময়া তেকপগুম লনপোকখিবা খুঙ্গংশিং নোংমা নোংমগী লনখোবকপা হেনগংলকখি। ময়াংগা যুম লোন্ননা লৈবা হৈনদবা, চান চুনদবা মরম কয়ামকমনা যুম থাদোক্লুনা খুন হোংবী হায়বা সংস্কৃতি অমনা মতম অদু পুময়োং য়োংশিনখিদুনা মণিপুরদা হোংজিনবা হৌনখি। হিন্দু বাঙ্গালিশিংসু পশ্চিমবঙ্গ, আগরতলা, সিলচর, করিমগঞ্জবোমদা হোংজিনবা হৌখিরম্মী। মুসলমান হিন্দু য়ান্নবা সামপ্রদায়িক দাঙ্গাগী তুঙ্গুংলবা তাংকক হায়দা নীশিঙ লিকচবা মফম ময়াম্বা ভারতকী মফম অয়াম্বদা চেন্দুনা হিংনখিবা মতম অদুমক্তদা মীতৈসু মণিপুর তম্না ইংনা তপ্না পানগনী হায়বা শামম্রবা আশা অমা পুদুনা খুন হোঙবা তৌখি বাংলাদেশ নীঙতম মমাং পাকিস্তানগী মতমদা।

মীতৈশিংগী পুক্নিদা অয়াম্বনা য়াওগুম অমগী মতুং পবেং পরেং ইনবগী হৌনশা অমা ইথেংতা থেংনৈ। মমাংগী য়াও মপীদুনা ফন চোংখংপদা তুংগী য়াও পুম্নমক্না চোংদুনা চংলি। অমনা পৈখোকনা চংপদা অমসু পৈখোকই- চুমদ্রিং চংলসু মথং মনাও অদুম চংপগুম য়াওগী শাজং অসি ঙসিসু অদুমক লেংদনা লৈরি। মসিনা করিগুম্বদা অফবা ফিদমদা শিজিন্নবা তাবর্দি য়ান্না য়াংনা চাওখংলকপগী ইরাং অমদি হোত্রোং হোনা লৈবে হায়জনিংই। অফবা লম্বীদা য়াওগী তুংইনবসি করি নুমিংতা হৌরকপা ঙায়দুনা লৈবা তাই । বাংলাদেশ নিংতম মথাদগী খুন হোংবা সংস্কৃতি অসি চপ লেপ্পগুম লেপখিরম্মী। খুন হোংনিংজিবা অমসুং হোংনিংবদা চপ যুংনা বাখল পোকহনবদা মরু ওইবা পান্দ্রে ওইবিবশিং শমলপ্না অসুম্না ওইবা য়াই মদুদি সমাপ্রদায়িক দাঙ্গাগী মতমদা হোংনখিবা তাঙ্গাসিনা মীতৈতসু নত্তনা হিন্দু বাঙালিশিংসু হোংনবনিনা অদুমক অচুম্বা ওইখি। মথা তারকপা বাংলাদেশ নীংতম মমাং ফাওবদা হোংনরিবা অয়াম্বদি য়াও মতুং ইনবনি। কবম তৌনা মখা তানা হিংগনী হায়বসিগী পান্দ্রে থিনখিদে। মীতৈ অয়াম্বনা বাংলা লোন ফাওনরমদে। মীতৈগী হৌনবী নত্তনা অতোপ্পা ময়াং পাঙনগী হৌনবী

খংনিংলমদে। খোকপদা চংপদা অপনবগী অপনবগুাক ওইরম্মী। মপানগী ওইবা থবক থানাদা য়াওশিনবা ঙমলমদে। ঙমদবগী মরম কয়ামক্কমনি থেংনরক্রগা শোক্করক্রগা মাংবতা নত্তনা লোন খোকতবগুম মীতোপ অমনা ঙাংলকপা পুম্নমক মেনতানা খঙজিনবা ঙমবগী পাম্বে লৈনরমদে। মতমগী দাবী (তঙায়ফদনা চঙবা মচাক) শিংগা শকখঙ মাইখঙনবা ঙমখিদে। নোংমা নোংমগী লুশিন্নকপা পুন্দি খুৎলেনগা চান-চুনবা ঙমনবা তানখিদে। চুম্নগী লৌউ শিংউবনা হিংবা ঙমনরকতবা অমসুং মপান খোকনা শু তান্দবা, করিগুম্বদা মপান খোক্লা শু-নোমজূরবসু লেমনদবা মরম কয়ানা নোংমা নোংমগী অৱাবগী চাংশি হেনগৎলম্মী। বাগান নকনা, শহব নকনা তাবা মীতৈ খুঙ্গং খরদি শু নোমবদা খরা মখৈদি শাকখি। অদুসু ইন য়োনবা চেংপাক শুবা, ফৌ-চেং য়োনবা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা শিনদা ফোংনা য়াওনরমদে। উ শুবা, সনা শুবা অদুসু মীতৈ মনুংদতা শুনরম্মী। শুফম তৌফম খংদবা শিন নাইদবনা মরম ওইদুনা মীতৈ নুপা অয়াম্বা নুপী শিনদ উংশিনবদা থেংনৈ, ফৌ-চেং শুবা হায়বসিতবু নুপীশিংনা শুনরম্মী।

চেংপাক শুবা শিন হায়বসি নুপাশিংনা শুনরম্বা থেংনদে অদুবু চেংপাকসি হাট বাজারদা য়োনবা য়াবা অমসুং শিংপা হেনগৎপা মতাং অমা চানকবদগী নুপাশিংসু চেংপাক শুবা হেক্তনা য়াওশিনবা থেংনৈ। শাড়ী শাবা, য়োনবা, জামপাব ফিদুপ শানবা মতমদসু য়ুমগী নুপাশিং পোথানখিদে। লং হুনবনা চিংবা লংচাক চাকশিনবদা মপুম খিং ফৌ শুনৈ, য়াম্না শেন্দোং চখোকনৈ। অদুগুম্না মীতৈ শাডীসু অদুক্কী মতিক পামনৈ মমন মাথাসু নেংনা হায়গৎনা লৌবা ঙমখি।

হার্যাববা শিনফমশিং তুং কোইনা শুবা ঙমখিদে। মরমদি ললোন ইতিক্কী ওইবা মরম অমা ইতা তাদে। ময়াম শুনবী হায়বগী পুঙসু শুনবা মমন মাথা চাং নাইনা তিকপা ঙমদবনা মরম ওইদুনা মীতৈনা শাজ্জৈ হায়বমখৈ হায়রবসু ময়াং ললোনবশিংনা মীতৈগী শাডী জামপার ফিদুপ পোংখোক পুম্নমক চীংমুক ৱাংনা পৈশিন্দুনা থমজিনম্রে। অককনবা মমল অমদা মখোয়না শেনদোং তানম্রে। মাতৈ কনানসু শিনফম অসি পাইবা ঙমখিদ্রে। শেনদোং ফংদ্রে হায়না থাদোকনবা হৌবকপগা মথং মথং থাদোকনবা হৌবক্রে। মতমগা চানবা শিনফম অমা মচু তানা পাইবা ঙমদবা অসিনা মীতৈশিংনা নোংমা নোংমগী শেনথুম ৱাংথবকখি। মীতৈশিংগী মনুংদা নোংমা মবন মথুম লৈজবা মীওই অদুমক নোংমা নোংমগী চাং ৱাংথবকপা অদুদগী মণিপুবদা হোংদুনা শু নোমজূববদি চাং হেনগৎলকপা য়াই অমরোমদনা ৱানা নংনা লৈগদগী শককপুদি মণিপুরদা হোংখিদুনা শু নোমজরবদি খর মখৈদি শাকবা য়াই হায়বগী ৱাখলদা খুন হোংনাখিবগী মরমসু য়াওদবা নত্তে।

মণিপুবদা চংখিবা মীওই খরনা অয়াম্বা মতমদা মণিপুরগী নুঙায়বা ৱাবীনা হেমিলনগী বার্শি মখোনদা তুং ইনখিবসু য়াওই। বাংলাদেশতা লৈবিঙৈদা নোংমতা ট্রেন উখিদবা, বাজাব হাটতা নিংথি নুংঙায়না কাখিদবা মীওই খবনা মণিপুর চংলূরগা খংবা মখংসি খুৎখংমনি (অহে অশিং য়াওদনা) মখোয়না লিরম্বা ৱারী মতেক খরা থেংচিনগে "মণিপুরগী নুপী মচাশিংগী তক্ক তক্কবা মাইখোং, চেংলপ তাবা শাওং শাদা মশম মনাদু ৱাই-ৱাই লাওবা -অথিবা অমত্তা য়াওদে। শেমদোক শাদোকনা লাকলবদি মাক্কী মাক্কী মওং অমা অদুম তাজ্জে। স্কুটার, সাইকেল

তোংনা সড়ক লমজাও থোরকপসি অঙকপগী মফমনি। য়েংনিংঙাইহনি। সাইলেন্সার অমি পানবা মটর সাইকেল থৌনরকপসি মফজমনি। ব্রুসলিগী ইংলিস ফিল্মগী মরী, ইন্ডিয়াগী খ্বায়দগী হেন্না চাউবা টাটা গাড়ী হায়বসিনা চাওখসি খুৎচাওমনি" হায়না লিবা ৱাহীসি তাবদা পঙনা ফকলাংগী চুমগুম্না টেক টেক হায়না তাখিরম্মী।

মোইথেমগুম্নবা ৱাহৈ পরেংশিনা নহারোল কয়ামসু শেন তানবা ওইনা চংখিবা থেংনৈ, মখোয়শিংদুনা অমুক মরি মতা পুখৎখি। অসুমনা খুন হোংনখিবসু য়াওই। য়াম্না শম্না হায়রবদা সাম্প্রদায়িক দাঙ্গাগী মতমদা, মথংদা ৱারী ৱাতাই তাবদগী হোংনিংবা পোকখিদুনা পুংহোং হোঙনবা, অদুদগী ময়াং পাঙনগা তাইনবা ঙমদনা হোংনবসিনা মরু ওইগনী। অসিগা লোইননা মীতৈ মশেন য়ানদবা ভাগ দল কম্নবা অসিসু মীতৈ খুনশিং কাইথনরকপগী মবম্মশিংগী মনুং চনত্রা হায়না খন্নদবদি নত্তে।

খুন হোংনবা অসিনা বাংলাদেশকী মীতৈ খুম্নাইদা ম্বাইদগী হেন্না শোংথহল্লিবদি সংস্কৃতি ঈশৈ নোংমাইগী লমনী। শিবা নাবা, শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা শকনবা শোয়নবা লৈনবকত্রে। তৎনা থানবা য়াদ্রবা, শিবদা লানবদা চংবা পুঙ ঈশৈ য়োকখৎতনদি মীতৈগী পুন্সিদা লীতাং চুমদবা অমা থেংনবা য়ানা লৈরে। মরম অদুনা মীশিং লিকনা লৈবা তাবসু সংস্কৃতিকী ইংখোল নৌনা কোইবগা মতাং লাকলে।

ময়াং তাইনবদা মতিক চানবা, হৎ ফেৎ লৈথোকপা হৈরবা মতমসিদসু বাংলাদেশ মনুংদসু খুন হোংজিন্নবা থেংনবা য়াওবে। মসিদা ওইরিবা মওংশিনমুক হেন্না লুপ্তবা মাং তুং লাংগুম্মনি। হৌজিক্কী পাপপুর (খাকিপ্‌ *) চহি ধরসি মনুংদা মীতৈ লৈবা হুম্বগী ফিভম লৈত্রে। লৈনবদা খর্বাসিসু অতৈ অতৈ মীতৈ কুংবা খুর্নাসংদা হোংজিনবগী শেমশাবা লোইনবঙাকনি। থাপুরদা হুন্দক্কী থোকখিবা থৌদোক অমনা খুনজাদুদা লৈরিবা নিঙোল পোকপা মপা মম্নাশিং খোইনা হেননা লাংতকনহল্লী। নিঙোল মচাশিং চাওশল্লবকপবু ঙাক শেনগদ্রা লৌব শিংজাবু ঙাকশেনগদ্রা খনথবদা মেন তাদবা ওইনা চমমনবা অমদা তাওদুনা লৈনরি। মীতৈগী ওইবা সংস্থানশিংনসু মতাং অসি য়েংশিনবা ঙমদবা মতাং থোকখি। অসিগুম্বা মবম কয়ানা খুন হোংনবসি উরগা বাংলাদেশতা মীতৈশিং তং তানা লৈবা ঙমগদ্রা হায়বসি হৌজিকসু লাক্লদা লৈবা তৌনা তাংদাংবা অমা হায়বদা লুনা থোকই।

চেন্না লোংনা খুন হোংনা তং তাদবা পুন্সি খুৎলেনদগী মুক্তী লম্বী থিফম তঙায়ফদ্রবা মতমনি। অবা লানদগী কাইনা ইতিহাসকী তমথিববা মোংফম অমদগী মণিপুর থাদোক্লনা ঈশিং তুরেল চোন্না-যৌনা নোমনা, লৈহাও চেনবা বাংলাগী লৈবাক্তা মীতৈনা খুন্দাখি। খুন্দাখিবা মখাদগী হৌরকফম লমদমগী কনাসু খোজুল লিনিংখিদ্রবা অবাগী চৈনা অদুমক লাংদুনা অমুক নৌহৌননা ইতিহাসকী খোংগাও ওইদুনা মণিপুরদা হনজিনবগী মহৎতা বাংলাদেশকী ঈশিং নুংশিংতা তিনশিন্দুনা লৈবাক অসিদা ফংফম থোকপা হক (অধিকার) তাম্নবা হোংনবনা চুমগদ্রা খন্নিঙাইয়নি। লৈবাকসিগী ওইবা রাজনিতিগী খোঙচংতা খোংবু ওইনা চংমিন্নবা তমশিনবা তারবনি। মীতৈগী ওইবা সংস্থান কয়ানা (মীতৈনা তাবা লম) মতাং অসি য়েংশিনবিবা অমা য়াওদনদি মপুং ফাবা হায়বদু ওইদবা য়াই।

# বাংলাদেশতা মণিপুরীশিং

*মোঃ অব্দুল মজিদ চৌধুরী*

মণিপুরীশিং চাওখৎলবা সভ্যতাগা লোয়ননা শান্তি পাম্বা জাতি অমা ওইনা হিংদুনা লৈরক্লগী খুদম ইতিহাসতগী ফংঙি। নীংতম্বা জাতি অমা ওইনা মায় পাক্লা হিংবগী খুদমসু ইতিহাসকী লামায়দা উবা ফংঙি। মৈহৈরোল্দগী রাজতন্ত্রনা শাসন তৌদুনা লাকপা মণিপুরীশিং লৈবাক মপু নিংথৌশিংগী সনা যাথংবু ইকায়খুম্নমনা চংলম্মী। অদুবু পলাশীগি লানফমদা বাংলাগী নীংতম নুমিৎনা তাখিবগুম খৃ. ১৮৯১ ইংদা খোংজোম লান্দা ইংরেজশিংগী মখুৎতা কংথোকপা তাখি মণিপুরগী নীংতম্বা। নবাব সিরাজ উদ্দৌল্লাহগুম্না মণিপুরগী অরোইবা নিংথৌ মহারাজ কুলচন্দ্রগী সনা কোনুং বৃত্তিশশিংগী খুদুম চর্নখি। অমসুং মথংদা মণিপুর ভারতকী মখা পোনবা ষ্টেট অমা ওইখি। খৃষ্ট চহী ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৫ দা নিংতম্বা ফংদুনা ভারত্তা ইংরেজ শাসন লোইশিনখি। মণিপুরসু অমুক হন্না নীংতম্বা ফংখি অদুবু পঙকুই কুইখিদে। চহী অনীগা থাগীং ২ থোক মতুংদা খৃষ্ট চহী ১৯৪৯ গী ওক্তোবর ১৫ দা মতম অদুগী মণিপুরগী ইনিংথৌ মহারাজ বোধচন্দ্রবু মর্জর এগ্রিমেন্টতা সহী তৌহন্দুনা মণিপুরবু ভারতকী ষ্টেট অমা ওইনা লৌশীনখি।

**লোল :** মণিপুরীশিংবু 'মাতৈ' অদুগা মখোয়না ঙাঙনরিবা লোল অসিবুনা মীতৈলোল হায়দুনা খঙনৈ। তৌবরুদি মীতৈ নত্রবা নাগা, কুকিনাচিংবা চিংমীশিংসু মশা মশাগী লোল লোনজবরসু মীতৈলোল হায়বদি মণিপুরী লোল অসি লিংগুয়ফ্রাঙ্কানি। ভারত্তা মণিপুরী লোলসি চাওখৎলবা লোল অমনি। ভারত সরকারনসু শকখঙলবা লোল অমনি। লোল অসি ষ্টেট অমসুং ওফিসিয়েল লেংগুয়েজনি। বাংলাদেশ, বর্মানচিংবা লমগী মণিপুরীশিংসু মীতৈলোলনা রা ঙাঙঙি। মীতৈ লোলনা মখোয়গী মমালোলনি। চাইনীজ লোলনা মেন্ড্রিন হায়রগা খঙনবগুম মণিপুরী লোলবুসু মীতৈলোল হায়রগা খঙনৈ।

মণিপুরী লোল লোন্দবা লৈমনায় নিংথৌনায়শিংনা মণিপুরদা চহী ধরা লৈরক্লগা মণিপুরগী মপান্দা চৈজিক লৈরিবশিং অসিনা মখোয় মণিপুরীনি হায়না শক তাক্লি। মখোয়না লোল্লিবা লোল অদু মণিপুরী লোল নত্তে। মণিপুরী লোল হায়বসিদি মীতৈলোলবু হায়বনি। লোল অসিদ ভারতকী নোংপোক মায়কৈগী লোলশিংগী প্রভাব উবা ফংঙি। মণিপুরী লোল যাম্না চাওখৎলবা লিতরেরী মগুণ চেল্লবা লোলনি। মণিপুরীশিংনা খোয়থুম্নবা রাহৈ-রাতা শীজিন্নৈ। অয়াকপা রাহৈ অমসুং খোম্থাং লোল অসিদা কয়া উবা ফংদে। মীচৈ ওইবা রাহৈ-রাতা মখোয় কয়া শীজিন্নদে। লাইরিক-লাইশু হৈবা-হৈতবা খায়দনা মণিপুরীশিং ইকায়খুম্নবা লোলদা রা ঙাঙনৈ। অহলশিংবু ইকায়খুম্নবা, অঙাংশিংবু চান্না তৌবগী শিক্ষা মখোয়গী সমাজদগী তমদুনা খোবকই। অঙাং-অহল খায়দনা মিং হায়দুনা কৌববু মণিপুরীশিংনা যাম্না চাওখৎতবা মীৎয়েংনা য়েংঙি।

অহলশিংবু তাদা, মাম্মা, খুরা, অদুগা ইচে-ইনে অসুম্না মী-মীদুগী য়েংলগা কৌনে অদুগা অঙাংশিংবু ইনাও, ইচন হায়না কৌনে। মণিপুরী সমাজদা ওজা, পণ্ডিত অমসুং অহল-লমনশিংবু য়াম্না ইকায়খুম্নানা চংলি। মথক থোংবশিংদা মীংনা ফাওবা কন্না য়েংনদে, মদু উশিংতবনি হায়না লৌনৈ।

**নাৎঃ** মণিপুরী নাৎ অসিদা থায়, জাপানীজ, চাইনীজ, কোরিয়ান, অপব বর্মাগী শান অমদি তিব্বেতানশিংগী নাংকী মচল কয়া চঙশিনখ্রে হায়বগী খৃদম-চাংদম কয়া ফংঙি। অদুগা অথেঙবা মতমদা চঙলকখিবা বেঙ্গল অমসুং অরাং ভারতকী নাংকী ঈরায়-ইনিলবু কাইনথংদা য়াওদুনা ঙসিগী মণিপুরী নাংকী ওইরিবা মশক অসি লেপখিবনি হায়রি। খৃদম অমা ওইনা মহারাস অসিগী নুংগী ঈচেলদি (থিমদি) হিন্দুইজমগী ওইরবসু শারিবা জগোয়গী শাথেক খৃংথেক্তি মীতৈ লাই হরাওবগী জগোয়শিংদা হায়বদি য়েলহৌঙেগী মীতৈ জগোয়শিংদা মৃক্ষম ওইরিবনি। মণিপুরী নট সংকীর্তনগী নুংগী ঈচেলনা হিন্দুইজমগী রাঙুলোন, শৈশক্রা মীতৈ য়েলহৌ ঈশৈশিংদা মৃক্ষম ওইবা ঐখোয়না খঙঙি। পুং চোলোম হায়বা অসিগী অয়াম্বা শকক্তি তা খৌশাবোলশিংদা মৃক্ষমনি হায়না অখঙ-অহৈ, ওজা-গুরুশিংনা তাকপিবা লৈবি। মণিপুরী জগোযগী শক্রায়ববা গুরু কয়ানা মথং-মথং শেমগৎপিরম্বা অমদি হৌজিক হৌজিকসু লেপ্তুনা শেমগৎপগী মহৈনা ঙসিদি মহারাস অসি ভারতকী ক্লাসিকেল দান্সশিংগী মনুং চনবতা নত্তনা মালেম শীন-থুংনা ফাওরে। মহৌশানা লান কনবা লৈবাক ওইবনা মণিপুরীশিং মার্শিয়েল রেস ওইনা হৌরকই। শা-লানগী শাজেলশিং ওইবা মুক্না, মুক্না কাঙজৈ, শগোল কাঙজৈনচিংবা মশান্না কয়া পুথোক্তুনা অমদি চাওখৎহন্দুনা ঙসিদি শগোল কাঙজৈ মালেম পৃম্বগী মশান্না অমা ওইরে। থাঙ-তা (হুয়েন লাল্লোঙ) দি লানগীথক ওইনা লৈবম্বদগী মমৈথংদা হৌজিক্তি মশান্না অমা ওইনা পুথোক্রে। অসিগুম্বা অরাংবা থাক্কী শা-লান, অকন-অপৌগী মশান্নশিং অসি কৃপশিন্না য়েংবা মতমদা খঙঙি মদুদি, মণিপুরীশিং অসি শা-লান্দা থৌবা জাতিনি (মৃকপনি) হায়বসি। মশান্নশিং অসিনা ওম্বোক্লা রাংলবা রাঙুলোনশিং শাগোন্নবি।

য়েলহৌঙেদগী মীতৈশিংনা পাঙথোক্তুনা লাক্লবা লাই হরাওবা হায়বা কৃশ্মে অসি বিফাইন তৌনি। থিয়েতরগী মশক অমনি। মসিগী অসুম-অসুম চাওখৎলকপনা শৃমাঙ কৃশ্মে ওইরকখি। বেঙ্গললোমদগী চঙশিন্নকপা নাংকী ময়ালশিংগী মরক্তা স্তেজ ড্রামাসু য়াওরক্তুনা মণিপুরদা মরু তাখি, মপাল-মউ চাউনা হৌগৎলকখি, মপাল শাখি মহৈ য়ানখি। ২০ শুবা চহী চা লোইরমদাই অসিদা মণিপুরী থিয়েতরগী গুরু কয়া চোংথোরক্তুনা ঙসিদি মণিপুরী থিয়েতর অসি মালেম শীন-থুংনা মমিং চৎলে। থিয়েতর গুরুশিংগী মনুংদা রতন থিয়াম, সনথ্যা ইবোতোম্বী, নব রারেল্লা শীংথাবদা মতীক চায়। ঙসিদি মণিপুরী থিয়েতর মালেমগী কন্তেমপনরী থিয়েতরশিংগী মনুং চল্লে। ফিল্মগী (মমি কৃশ্মে) তাইবঙদসু মালেম পৃম্বগী ওইনা পাঙথোকখিবা ফ্রান্সকী নান্তে ফিল্ম ফেস্তিবেলদা মণিপুরী ফিল্ম 'ইমাগী নিংথেম' না গ্রান্ড প্রি ফংখ্রবনি।

বাংলাদেশতা খুন্দা-লৈতারিবা মণিপুরীশিংনা মেরাগী পূর্ণিমাদা তেতইগাঁও (মঙ্গে মখোঙগী) কেন্দ্রিয় মান্দবতা চহী খুদিংগী কায়দনা মহারাস রাসপূর্ণিমা পাঙথোকই। মসি বাংলাদেশকী মণিপুরী পৃম্বগী অচৌবা থৌরম অমনি। অসিদা নত্তনা ঝুলন, রথযাত্রা,

য়াউশঙ, লাই হরাওবা, চৈরাউবনচিংবা কূম্মে-ফিয়োংশিং পাঙথোকই। জনা-কনাগুম্বনা বসন্তরাস, নিত্যারাস, রাখলনচিংবা মযুম-মযুমদা নংব্রগা অনকপা মান্দবতা পাঙথোকই। চৈরাউবা হায়বা অসি মণিপুরীশিংগী চহী হৌবা নুমিৎনি (নিয়ু ইয়ার)। নুমিৎ অসি মার্চ নংব্রগা এপ্রিলদা তাই। নুমিৎ অসিগী মমাঙদগী হৌনা য়ুমগী মনুং-মপাল, য়েনখা-লুখা শেংদোক্লুনা লু-হেন্না থম্মী। কোম্বোঙদা চাক-ইনশাং, হৈ-রা, পান-তাঙ্গ, মনম নুংশিবা মেক্রুকনচিংবা লাইদা কংথোক্লুনা য়াইকরোল নিজে। নুমিৎ অসিদা মথেল-লূকোয় কয়া য়ুম খূদিংদা লাওনৈ অমদি য়ুমগী মকোক-মক ওইবা অহল, য়ুমদুদা লৈবা মী পুম্নমক পুন্নপ্না কোয়না ফম্মিন্নদুনা শিদহীদাক ওইবা পেরুক মনা ৭/৭ মী খূদিংনা হান্না চদুনা পুক্লীং অমত্তা ওইনা হরাও-তয়ান্না চাক চামিন্নে। নুমিৎ অসিদা খংনরবদি চহী চুপ্পা খংনৈ, নুংশিনরগনা চহী চুপ্পা নুংশিনৈ হায়না অহন-লমনশিংনা কন্না হায়নবা লৈ। চৈবাউবা নুমিৎতগী হৌদুনা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা লৈশাবী পাখঙশিং লীক্কোন শান্নে।

**সমাজ :** মণিপুবদা য়াম্না লিবা মতমদগী মীওইবনা লৈরক্লে হায়বসি ইতিহাসনা প্রমাণ কয়া পীবি। মতাঙ্ অসিদা গাংমুমৈ কবুইগী হিস্তরী ওব মণিপুর ভোল্যুম বানগী বাফম অমা পঙনীংঙি। মদুদি— "On the basis of cultural materials consisting of stone and bone tools in addition to faunal remains, it can be argued that Khanghui cave yielded evidences of upper or late paleolithic period. The first evidence of the pleistocenes man in Manipur dating back to about 30,000 B.C "

মতমগী খোঙুকৈ মতুং ইন্না মণিপুরীশিং মথংদা লৈখুম্দা (গুহা) লৈবম্বগী খুদম ফংঙি। লৈকুম্দা লৈরবসি কবি গুম্ন্না মতমদা অঙৈংবগী চাং হেন্নকখবনা খাঙবা ঙমখ্রদুনা কংলক্লবা ভম্পাক্তা কূমথবক্লুনা খুন্দা লৈভাবা হৌখি। অমসুং লৌউ-শাংউবগী থবক মথং-মথং লাকখি। মণিপুরী সিবিলাইজেসন্দা ভাবত অমসুং খা-অবাং অমসুং নোংপোক এসিয়াগী মমি তাই। মণিপুরী অমসুং চাইনীজশিংনা মতম অমত্তদা চে, মূক অমসুং খোর্জে (কলম) শীজিন্নবা হৌবকখিবনি হায়না খঙবা ঙম্মী। ভারতকী মফম অতৈদগী চহী চা কয়া মমাঙদগী লাইরিক-লাইশু হৈরদ্বগী প্রমাণ কয়াসু ফংঙি।

মণিপুরীশিং শান্তি পাম্বা জাতি ওইরবসু লান্দা য়াম্না থৌনা ফবা জাতি অমনি। ইনিংথৌ গম্ভীর সিংহ হান্তক্তা মণিপুরীশিংনা খাসি (মেঘালয়) গা লাম্বেংনরম্মী অমসুং লান্দা মায় পাক্লকখিবম্মী। থৌনা ফবা জাতি অসিগী থৌনা ফবা লাম্নাশিং মবৈবাক্কীদমক মতম মতমদা লাম্বেংনখি অমসুং লানফমদা থবায় থাদোকখি। খৃ.১৮১৯ দগী ১৮২৬ ফাওবা চহী তরেৎ চুপ্পা অবা-মণিপুবগী লান চহী তরেৎ খুম্তাকপা মতমদা মমালৈবাক থাদোক্লুনা বাংলাদেশ, অসাম, ত্রিপুবা অমসুং বর্মানচিংবা মফম কয়াদা চেন্নক্লুনা খুন্দাদুনা লৈখি। মতম অদুদা মশীং নাইদ্রবা মণিপুরী প্রজাশিংবু অবা নিংথৌনা ফাদুনা পুখি। হৌজিক অবা লৈবাক্তা লৈরিবা মণিপুরীশিং মখোয়গী চারোল-শূরোল ঙাক্তনি। মতম অদুগী নিংথৌ কয়াসু সিলেতকী মণিপুরী রাজবাড়ী কমলগঞ্জগী রাণীবাজারনচিংখদা প্রজাশিংগা লোয়ননা লাক্লুনা খুন্দাদুনা লৈরখি।

মখোয়গী মচা-মশূশিংবু নিংথেমচা হায়না খঙনৈ। হৌজিকসু নিংথেমমচাশিং বাংলাদেশকী মফম কয়াদা লৈ। বাংলাদেশকী হৌজিক অয়াম্বা মণিপুরীশিং সিলেত, মৌলভিবাজার, হবিগঞ্জ অমসুং সুনামগঞ্জ জিলাদা খুন্দাদুনা লৈরি। ঢাকাগী মণিপুরী পড়া অমসুং ময়মনসিংহ জিলাদা খুন্দারম্বা মণিপুরীশিং খরা খরা তৌদুনা কায়থরকখি। অমসুং ভারতকী দমদম কয়াদা খুল হোংখি। মণিপুরী মুস্লিম (পাঙল) শিং মৌলভিবাজার জিলাগী কমলগঞ্জ থানাগী খাথংবা মায়কৈদা খুন্দাদুনা লৈ। পাঙলশিং কছাড় অমসুং ত্রিপুরাদা মীতৈশিংগা নক্না লোন্দিন-খোয়দিন্নদা খুন্দাদুনা লৈমিন্নে।

মণিপুরী সলাই তরেৎনা খায়দোকপা জাতি অমনি। বঙ্গালী মুস্লিমশিংগী শেখ, সৈয়দ, ভুইয়াগুম্বনি। অদুবু মণিপুরীশিংগী য়েক-সলাই অমমমবু অমুক শাগে কয়া কয়া খোক্লা খায়দোকই। মণিপুবী শাগে মশীং মহৌশা লৈরম্বদি ৪৬৫ নি। হৌজিক্তি শাগেগী মশীং অসি য়াম্না হেন্সংখ্রে। য়েক-সলাই অমগা অমগা লৌনবা হায়বদি লুহোংবা মাই, সলাই মশেল লৌনবা য়াদে। কনাগুম্বনা হৌনবী অসি থুগাইরবদি সমাজনা মহাকপু অফবা মীংযেংদা য়েংবিদে। লুহোংবগী হৌনবী নত্তনা সমাজদা সলাই অমগা অমগা অচৌ মচা খায়দোকপা লৈতে। নিংথেমচা অমসুং ব্রাহ্মণশিংবু মযাম্না ইকায়খুম্নবা মীংযেংদা য়েংঙি।

ধর্ম ঃ বাংলাদেশকী মণিপুবীশিং বৈষ্ণব ধর্ম চৎলি। বৈষ্ণব ধর্মগী শাখাশিংগী মনুংদা মণিপুরীশিং নবোত্তম দাস ঠাকুরগা মতুং ইনবনি। বাংলাদেশকী মণিপুরীশিং মখোয়গী অবিবা ধর্ম অপোকপা লাইনীং অর্মদি সনামহী লাইনীংদা খরা খরা থবায় য়াওনবক্রে। খুঙ্গং খুদিংদা অপোকপা লাইনীংগী মবমদা নৈনবা চৎপা হৌরক্রে। লাইনীং মখল অসিগা বৈষ্ণব ধর্মগা কবিগুম্বা অমত্তা মবী লৈনদে।

**মণিপুরী মুসলমান ঃ**

(১) মীতৈলোল লোনবা মুসলমানশিংবু মণিপুবী মুস্লিম নৎত্রগা পাঙল হায়না খঙনৈ। মণিপুবদা ইস্লাম ধর্ম চৎপশিংনা মপুং ওইনা চৎলকখিবসি হুসিদগী চাউবাক্লা চহী ৪০০ মুক কাবক্রে। খৃ. ১৬০৬ তা তর্কি অর্মদি আফগানশিংগী কাঙলুপ অমা মণিপুবদা সিফায় ওইনা লাকখি। সিফায় ওইনা লাকখিবা মণিপুবগী নিংথৌ মচা মশেল খংনবদগী মখোয়শিংসি অমনা অমগী মথক্তা অকনবা চৈরাক পীনীংলম্মী। মসুম্না অপীকপা মাহৌ অদুদগী অচৌবা প্রতাফিলদা ময়াম্বুং মৈদিংঙু খাগেম্বগী মথক্তা লান্দাবিয়ু হায়জবদগী দিমাসানা য়াবিদুনা পাশা মুসলমান সিফায়শিংবু নেক্লগা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মথক্তা লান্দানবা থৌবাঙ অমগী মখাদা লাকখিবনি। লাকখিবা মুসলমানশিংসি অমত্তা ময়ূমদা হন্দবা হায়রগা মণিপুরী মীতৈ নিঙোলশিং পীবদুনা মণিপুবী মুসলমান (পাঙল) ওহ্লোকখ্রবনি। মণিপুরী অমসুং মণিপুরগী মপান্দা লৈবিবা মুসলমান (পাঙল) শিংসি, মুগল, তর্কি, পার্সিয়ান, আবব অমসুং আফগান সিফায়শিংগী চাদা-নাউদানি। মখোয়গী চারোল-পূরোলশিংবু মণিপুরী মুস্লিম (পাঙল) হায়দুনা খঙনৈ।

(২) বাংলাদগী লাকপনি হায়দুনা কনা-কনাগুম্বনা মণিপুরী মুস্লিমশিংবু বঙ্গালীনি খল্লবিখি। অদুবু ইতিহাসনা হায়রি চহী চাম্মবি মমাঙদা মুগল লাম্নীদা য়াওরম্বা পুম্নমক তর্কি, ইবান, আফগানী ঙাক্তনি। মখোয়না পার্সি অমসুং পশতু লোন্না মা ঙাঙনরম্মী। মতমদুগী মোগল

লাম্বী কয়ানা ইয়দ্বা পার্সি নোত হৌজিকসু পাঙল অহল কয়াদা লৈ। মখোয়না মথৃংনা ইবা কোরাণ শরীফ হৌজিকসু লৈ। মখোয়গী মনুংদা বঙ্গালী য়াওরবগী অমসুং বাংলা লোল খঙলবগী খৃদম ফংদে। অদুনা বাংলা লৈবাক্তগী চংপনি হায়দুনা বঙ্গালীনি হায়বসি ইতিহাসনা অয়ানবনি তাক্লি। মণিপুরদা মপালদগী লাকপা অমসুং চঙলকপশিংবু ময়াঙ হায়নৈ। অদুনা মণিপুরী মুসলমানশিংবু বঙ্গালীনি হায়বা ৱাখলগী ইতিহাসিক কয়ানা লায়া লৌখি। মখোয়বু পাঙল হায়নরিবসি মোগল হায়বা ৱাহৈদগী মোঙল অমসুং মোঙলদগী পাঙল হায়বনি। মমাঙদা মখোয়বু বেঙল হায়রম্মী হায়বসি ইতিহাসনা সাক্ষী পীরি। হৌখিবা মতমশিংদা খরা খরা তৌদুনা মিংগৌগী অহোংবা অসি ওইরকখি।

(৩) মণিপুরী মুসলমানশিং ইস্লাম ধর্মগী সুনি চংপা ওক্তনি। ভারত, পাকিস্তান অমসুং বাংলাদেশতা লৈবা মদ্রাসাগী অৱাংবা থাক য়ৌরবা আলেম কয়া মখোয়গী মনুংদা য়াওরি। মখোয়গী মরী-মতাশিং অয়াম্বা পার্তিসনগী মতমদা ভারত্তা লৈয়ে। চংখোক-চংশীন খুদোং চাদবনা ভারত্তা লৈবা পাঙলশিংগা বাংলাদেশকী মীগা মরী ভংনবা হৌরক্লে। মখোয়শিং লাইবিক-লাইশু অমসুং মথল-মথুমগী মতাঙদা হৌখিবা মতমশিংদা থোইদোক্লা চাওখংপা ওইদে। মণিপুরগী সেনাবাহিনীদা পাঙলশিংগী কন্ত্রিব্যুসন মতম খুদিংমক্তা শীংথারিবনি। মণিপুরদা থোকখিবা অচৌবা লান খুদিংমক্তা মখোয়গী কন্ত্রিব্যুসন শীংথাদ্রবনি। মণিপুরগী চহী তবেং খুন্তাক লান্দা পাঙল কয়ামসু মথ্বায় ফংখি। মদুগী মথংদা মণিপুরগী বর্মাগা থংনবা লমশিংদগী পাঙলগী শরুক মচৌবা অমা কছাড়, অসাম অমসুং বাংলাদেশতা চাইথোক্তুনা খুন্দাবকখি। ১৮২৪ ইংদা মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহগী সেন্সিদা অমসুং মদুগী মতুংদা ১৮৯১ গী মণিপুরগী নীংতম খোংজোম লান্দা য়াওরম্বা পাঙল নীংতম লাম্বী থব্রায় থাখি। মখোয় পুম্নমক্কী মিং থিবা ফংদ্রবসু মখোয় ৪৬ কী রেকোর্দ ফংল্তি।

(৪) শেন-থুমগী কীবম :

খুঙংগী মণিপুরীশিংগী মক ওইবা শিনফম লৌউবনি। মণিপুরীশিং নুপা-নুপী খায়দনা লৌউবগী থবক তৌমিন্নে। মখোয় থবক শৃবদা থব্রায় য়াম্না য়াওই। জাপানীজ কোরিয়ানশিংগুম মখোয়সু পূকচেল তিন্নবা থবক শৃমিন্নে। মখোয়গী মনুংদা লৌউবতা নত্তনা গবর্ণমেন্ত সার্বিস, লল্লোন-ইত্তীক, ফেক্তরী, সনাগী থবক, মেকানিককী থবক কয়াদসু খুমাও চাওশিন্না উই। মণিপুরীশিংগী মনুংদা মহৈগী থাক য়াংলবা দাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, প্রোফেসর, উকিল অমসুং এদমিনিস্ত্রেসন্দা থবক তৌবা তি এন ও, মেজিস্ত্রেতনচিংবা লৈ। অদুগা দিফেন্স সার্বিসতসু অৱাংবা থাক্কী হায়বদি আর্মীদগী হৌনা কমিশন ওফিসর, লে. কর্ণেল ফাওবা লৈরে। পুলিস দিপার্তমেন্ততা সুপরিন্তেন্দেন্ত ফাওবা লৈরে। লাইরিক-লাইশুদা চাওখংলকপগী মতুং ইন্না শেন-থুমগী কীবমসু ফগৎলক্লে। মখোয় হৌজিক লৌ উবগী লম য়াংলকপনা অমসুং মী য়ামখংলকপনা মরম ওইদুনা লৌউবা হন্থরক্লে। হৌখিবা চহী চা কয়াদা অয়াম্বা মণিপুরীশিং কছাড়, ত্রিপুরা অমসুং মণিপুরনচিংবা কয়াদা খুল হোংনখি। হৌজিক হৌজিক্তি মণিপুর ঈরাং লৈবনা মথম ওইদুনা খুল হোংস্রে, পুক্রীং ভপথদুনা বাংলাদেশতা মহৌশাগুম লৈরে।

ফিশা-লোনশাগী লমদা বাংলাদেশকী মণিপুরীশিং শীংথাবা য়ানা শৃ-নোম্না কল্লি। য়ুম

খূদিংগী য়োংখম ১/২ নৈ হায়বদা হায়মনবা থোক্রোই। মণিপুরগী ময়েক থোকপী মোইরাং কাবিনচিংবা কয়াসু হৌজিক্তি বাংলাদেশকী মণিপুরী নুপীশিংনা ফজনা শাবা হৈরে। মসি মীরমগী মীশিংনা য়াম্না পাম্না লৈনৈ। বাংলাদেশকী মণিপুরীশিংগী খ্বাইদগী মপূং ওইবা শেম্লোক লম্বীশিংগী মনুংদা ফিশা-লোনশা অসিসু অমনি।

মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ


১। *Manipur Past & Present Vol.-I - Naorem Sanajaoba*

২। *তর্ক আকমানগী চেলা-নাউলা - খুমাকপম ধৈবউদ্দিন*

৩। *মণিপুরী মুস্লিম - মোঃ জনাব আলি*

৪। *মৈতৈ পাঙন হৌবকথম - কুলচন্দ্র শর্মা, বদরউদ্দিন*

# বরাক তম্পাক্তা মীতৈগী পুন্সী মহীং

*এন. বি. হোদাম্বা*

*মহৌশা থৃংশেন্না আসাম রাজ্যবু শরুক মরি খোন্না থায়দোক্লগীরম্বী। মখোয়শিং অদুগি ব্রহ্মপুত্র ভেলি, বার্ক লমদম, অমসুং কাছাড় হিংগী লমদম অমসুং বরাক ভেলি অসীনি। আসামদা চেনবা মরু ওইবা তুরেল অনীগী মনুংদা অমা ওইবিবা বরাক তুরেলনা কোনবা লমদুনি বরাক তম্পাক(ভেলি) হায়রিবসী। ডিষ্ট্রিক ২৩ লৈবা আসামগী বা থংবদ লৈবা ডিষ্ট্রিক অহুম্না পুনশিন্নগা ওইবনি বরাক তম্পাক। ডিষ্ট্রিকশিং অদুগি কাছাড় (শিলচরনা সদর ওইবা), করিমগঞ্জ অমসুং হাইলাকান্দিনি। করিমগঞ্জ অমসুং হাইলাকান্দিনা তোঙান-তোঙানবা ডিষ্ট্রিক অমমম ওইহৌদ্রিঙৈ পুন্না বরাক তম্পাকপু কাছাড় হায়না কৌনরম্মী। মণিপুরগী মীতৈনা তম্পাক অসীবু খোংনাং মখাং লৈবাক, জিলা অসিনাচিংবা হায়বগা কৌনরম্মী।*

*বরাক তম্পাক্কী শাকতাংলৈবসী ৬৯৫২ বর্গ কি: মি: (করিমগঞ্জনা ১৮৩৯ অমসুং হাইলাকান্দিনা ১৩২৭) নি। অপুনবা মীশিংনা, ইং ২০০১ গী মীকোক থীবগী মতুং ইন্না ২৯,৮৮,১৫৬ নি। মসিদা মীতৈলোননা ময়াংলোন ওইবা মীওই মশীংসি লাক মখিরোম ওইবা থাই হায়না থাজৈ। বেংগলি লোন ঙাংবা মীওই কাঙ্গুপনা হাইবগী মীশিং যাম্না ওইরগা হিন্দি ঙাংবনা মখং চংলগা মীতৈলোন ঙাংবনা অহুমশুবা মীশিং যাম্না ওই। তম্পাক অসীদা মীতৈনা খুন্দাবা খুংশিং ১১৫ দাগী অদনা লৈ। মণিপুরগী মপান্দা মীতৈ মশীং যাম্না খুন্দবগি বরাক তম্পাক্তি। তম্পাক অসিগী মনুংদা অমুক কাছাড় ডিষ্ট্রিক্তনা হাইবগী মশীং যাম্না খুন্দাই (করিমগঞ্জ ১৭, হাইলাকান্দিদা ২৮ অমসুং কাছাড়দা ১৫১)।*

**মীতৈনা খুন্দারকপা :**

পুরারীনা অককপা নুমীৎ অমা হেক শীবা ওমদ্রবসু ঙম্নিডৈ মতমদগি লমদম অসিদা মীতৈনা খুন্দাবা হৌবকখ্রে হায়রবগী থাজবা লৈ। মরু ওইবা মরমশিংদি নিংথৌগী মচা-নিঙ্গোলশিং থাজ-য়োনজবা অমসুং লৌন-লৈনবা, ললোন ইতিককি থবক্কা মরম ওইদুনা চংথোক-চংশিন তৌবা, লৈঙাক্লোন্না থংনবা লৈবাকশিংগা লৈনহনবা মরী অসিনচিংবসিনি। মপুং ওইনা, হাইদগী পাক শন্না খুন্দাবা হৌখিবদি চহী তরেৎ খুন্তাকপা অসিদগীনি। কোনুংগি নিংথেমচাশিংনা মনাই মশনগা লোয়ননা খুন্তাকপগী মমাওদগি চেঙ্খোকপা হৌবদুনা খুন্তাকপদা চপচানা মপুং ফাবনি। খুন্তাকপা অসিনা, তম্পাক অসিখক্তদা নত্তনা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক, অমসুং কাছাড় জিলাগি মকমশিং, ত্রিপুরা, বাংলাদেশনচিংবদা খুন্দাহনখিবনি।

চৌরজিৎ, মারজিৎ অমসুং গম্ভিরসিংহ মচিন মনাউ অহুম পুনশিন্নগা, লৈফম শীরিবা কাছাড়গি নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রবু তাঙ্খোকই অমসুং কাছাড় লমদমবু শরুক অহুমথোক্না থায়দোক্লগা মচিন মনাউ য়েন্নখি। চৌরজিৎনা সোনাই (দুংত্রিপার), মারজিৎনা হাইলাকান্দি

(জারিবোন) অমসুং গম্ভিরসিংহনা বদরপুর (গুমরা) দা নিংথৌ ওইনা পাল্লি । গম্ভিরসিংহনা ১৮২৬ তা মণিপুরবু অমুক হনজিন্দুনা নিংথৌ ওইবা অমসুং ১৮৩২ দা কাছাড়বু ইংরেজশিংনা লৌশিনখিবদগি গুমরাদা নিংথৌরোল শমথবা ঙমখিদে। নাকন অমরোমদা চৌরজিৎসু দুংগ্রিশারদা নিংথৌরোল শমথখিদে । অদুম ওইনমক, জারিবোনদা পানখিবা মারজিৎকি নিংথৌরোলদি ঙসী কাওবা শমথরি । ঙসীকাওবদা ওইরিবা জারিবোনগি নিংথৌরোল অদু মথাদা পীজরি । অদুম ওইনমক চৌরজিৎনা হানগাল্লা হায়বদি লেপথোকপা ঙমগ্রি ।

১. নিংথৌরেল চৌরজিৎ - ১৮১৩-১৯ (?)

২. নিংথৌরেল মারজিৎ - ১৮১৯-২৫

৩. নিংথৌরেল ত্রিভুবোনজিৎ - (?) -৪১

৪. ইনিংথৌ রণজিৎ - ১৮৪১-৫৭
(সনা চহী অহুম)

৫. ইনিংথৌ দয়াবন্ত - ১৮৫৭-(?)
(সনাকালা / কালারাজা)

৬. লৈবাক মপু কোয়রেংসনা - (?) -৬৪

৭. লৈবাক মপু লালাসনা - ১৯৬৪-৮৪

৮. লৈবাকমপু গোলাপসনা - ১৯৮৪-৯০

৯. লৈবাকমপু তোম্বীসনা - ১৯৯০-.......

(লৌথোরককম: 'জারিবোনগী বারী নীথুন')

নাকন অমরোমদা, চৌরজিৎনা নিংথৌরোল শমথবগা ঙমখিদ্রবসু মহারাজ মধুচন্দ্রগি মসূইবুঙো গোকুলচান্দনা পোকপা মায়পাকসনানা শিলচরদগি সোনাই বেরাবাকতা খুন হোংলক্লপা মীতৈ লৈবাক অমা 'বোনবাজ' কৌদুনা শেমখি । বোনবাজগি পাকচাউবদি নোংপোক্তা ভুবোন চীং, নোংচুপ্তা সাত্তলা পাৎ, অরাংদা বরাক তুরেল অমসুং খাদা হিজোর (মিজোরাম বোর্দর) নি । মায়পাকসনা (১৮৭৫-১৯৩৮) না বোনরাজ শেমদুনা পাল্লখ্রসী ইং ১৯১২-১৯৩৮ রাইদনি। মায়পাকসনাগি তুংদা মনাউনুপা অতোনবা কিরজিৎসনা (১৮৯২-১৯৬৩)না ইং ১৯৩৮ দগী ইং ১৯৬৩ কাওবা পুরম্মী। মতম্মাসদগী চান্দপুরদা খুন হোংজিল্লে। লৈবাক মপু অসিগী মতমদা বোনরাজ লৈবাকসী চাউমল্লী হায়দুনা খন্দ মঙা থোক্লসু খায়দোকখি । খন্দশিং অদুদি, বাম, অরাপুর, সোরোকমখা, পজগ্রাম অমসুং সতগ্রামনি। খন্দ খুদিংগিসু মপু অমমম লৈরম্মী, মপুনা নিংথেমচাশিংনা ওইরম্মী । কিরজিৎসনাগি মতুংদা পাখংসনানা ইং ১৯৬৩-১৯৭০ ইং কাওবা লৈবাক মপু ওইনা পুরম্মী । পাখংসনাগি তুংদদি কিরোজিৎসনাগি মচা ইবুংঙো কোকহন লাইহন সুরজিৎসনা (১৯২৭-...) না হৌজিক কাওবগি লৈবাক মপু ওইনা থৌ পুরক্লি ।

চহী তরেৎ খুজ্জকপগী মতমদা চেংলোরকখিবা মীতৈশিংগী মরক্তগী খরনদি অমুক হন্না মীতৈ লৈবাক্তা হনবা পামখিদে । মখোয়গি খুদোং চাবগি মতুং ইন্না বরাক তম্পাক্সী মকম-মকমশিংদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈহৌখি।খুন্দাহৌবগী মরম খরদি, অহানবদা ইংরেজশিংনা

মীতৈগী থৌনা লিংজেন লৈবসি উবদগী মখোয়বু লাম্নী ওইনা লৌশিনবা, ইংরেজশিংনা খুদোং চারোইদবা লমশিং (মরু ওইনা নুশাইশিং অমসুং অতৈ চীংমীশিং) গী বোর্দরদা অহেনবা খুদোংচাবা পীদুনা খুদাবা য়াহনবা, ঙা-চাক য়াম্না হোঙবা অমসুং মরাঙ কায়রবা, নিংথোকপা ওম্না লম মখৈ খাজনা য়াওদনা মপূ ওইবা য়াবা, ঈং-তম্না, ময়া তাবা পুন্নী মরেল অমা ফংবা অসিনচিংবসিনি হায়না খাজে । মতৌ অসিগুম্না, মণিপুরদা অমুক থোকখিরবা মীতৈশিংগী চারোল শুরোল ওইনা খুদাহৌবনি ।

**মৃত্রে কৈরে ঃ**

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী চরোন-শুরোনগী মতমগী মচা মসূশিংনা শমখহৌবা পরীং ওইবনা, মণিপুরগী মীতৈশিংনা পামজবা মৃত্রে কৈরে অমসুং মৃমশা কৈশা ঙাকুনা লাকখি । অকোয়বগী কীবম অমসুং লৈমিন্নরবশিংগা এ-কলচরেসন ওইবদগী মান্নদবা শরুক খরা মণিপুর অমসুং বরাক অমপাকফি মীতৈ মৃত্রে কৈরেদা উবা ফংই । মীতৈ মৃমশাদা মাঙোনগী খা-থংবদা (ফম্মেন) অহল অমা তুম্নরম্মী । সুমাংদা তুমশিবোং থম্বসি অবাং নংত্রগা অবাং নোংপোক কাচিন ওইনা থম্রে । অবাংদা থোঙহাদুন থম্বা, পোলাংথোক থম্বসু চংনরম্মী । মৃমগী খা অমসুং অবাং থংবা য়েম্নখাদা ফিয়ানখোক য়ানবসু চংনরম্মী । মমাঙ মঙোইদা কৌ তরুবা চক্রি, য়োংখম অমসুং খা থংবদা (অবাংদা থম্বসু য়াওই) ঢেঙ্গি (কৌ শুনবা) থম্নরম্মী । মমাঙ মঙোইগী নোংপোক থংবা সঙতঙ্গা মণ -ইরোই পুনবা চংনরম্মী । মঙোইগী সাত মথক্তা চহী চুম্না চানবা মণ- ইরোইগী চক্র অমসুং অথম্বা মীনাই হীপ্নরম্মী । থোঙ্গান লমজং অমা লম্বী থোকপগী চাউনা থম্রে । ওয় য়েংতা কা পাম্বী পরেং অমসুং মনারৈ পরেং শানা থাবা চংনবম্মী । লম্বীগা তাইনকমদা কোম্থোং অমা থম্বা, কোম্থোং বাংমদা চক্র খৃদিক/চক্র ইকু শৈবা (মঙোই শারুগসু থম্রে) চংনরম্মী । পুত্রি অমা থম্বা, ঙা য়োকপা, ঈশিং থরুবা য়ারগনা ফবে, য়াদ্রকাওবদা থোঙহামকমদা শীজিম্নবা ফাওবদি ওইনৈ । থরুবা ঈশিং পুত্রি (লৈকাইগী নংত্রগা মরম্নাইগী) নংত্রগা তুরেলদগী শীজিম্রে । সম্নাইগী ঈশিং ফংনবা খরসু য়াওরে ।

মৃম শাবদা নোংপোক ওনবা মীতৈ মৃমশানা হেম্না পাম্নরম্মী । অবাং থংবদা 'মৃম মচা' য়াওনশঙগী মতৌ লৌদুনা হাপ্নরম্মী । মৃমগী দারি মপান্দা নংত্রগা নাতৈ চাগদবা মফমদা লৈসু থাবগী চংনবী লৈরম্মী । মৃম ইংখোল অমসুং লৈকাই অমগা অমগা ফাওদোক ফাওজিন, চংথোক চংশিন ইয়া য়ানরম্মী । মৃমগী মনীং থংবদা বাখোঙ লৈনৈ । বাখোঙদা অমাংশঙ শানরম্মী, মদুনা তুরেল চাবশিংনা তুরেলদা নংত্রগা পুত্রি থম্নবশিংনা পুত্রিদা হকচাং শেংদোক্র রম্মী । হৈ য়া থাবা চংনৈ । কা অমসুং মৃবি থাবগী চংনবীসি থোইদোক্না শিংথানীংঙাইনি । নোংমগী পুক্সিদা চঙবা তম্নইদবা খৃদিংমক ইশাগী ইংখোলদগী ফংনবা ওম্নিমখৈ হোংনরম্মী । হৌজিক্তি অহোংবা খরদং লাকম্রে । হবাই তরুবা নুঙ, য়াইঙং-মোয়োক তরুবা নুঙ শীজিম্নরকম্রে । ঢেজিদা কৌ শুবগী চাং চাদা মরিকুতরামাপল লৈম্রে । চেংপাক শুবা, মুরি পোকপা উতোঙা শুবা (উতোঙা কৃপণ্ড/হেম্ভাক) ইমুং-মনুং নত্তনা অতৈদি লৈখিদ্রে ।

**ফিজেং চাকচেং ঃ**

মহৌশাগুম্না নুপানা খুদৈ, ফৈজোম্নচিংবা শেংলি । নুপীনা ফনেক, ইন্নফি শেংলি ইন্নি ।

থৌদোক থৌরমগি মতুং ইন্না ফিজেৎকি তোঙান-তোঙানবা মওং অমসুং মচু-মমেনশিং লৈ। মণিপুরগা খেন্নবদি লৈতে, চাং হেনবা অমসুং ম্রাংপদি ম্রাকমদি লৈ। থোইদোকপা খন্নদংদি, লৌমী অহল খবদি খুদৈনা ফুরিং শারগা অইং-অশাদগি কয়েল্লবা হোৎনবসী মখোয়না লৌবুক্তা লৈরিঙৈদা উবা ফংই। মীরোল অমগি মমাঙদা নুপীনা শাই তাবা অমসুং থাওমী ওনবা চৎনরম্মী। তক-তনানবা হায়বসীমদি য়াম্না পাম্নে হায়বগি খুদম লৈ। ফিশিং ইন্দ্রি অক্লগা শেংনরম্মী। ইন্দ্রিবু মীতৈরোন্দা 'কোনয়াই' কৌই। 'কোন' হায়বদি পিস্তাইগুম্বগি চাইশেন অমবু মৈদা য়াইদুনা শাহল্লগা ফিদা নান্দুনা নালহল্লি হায়বগিদমক 'কোনয়াই' কৌবম্বনি। মদুগি মতুংদা মৈতান্নগি, হৌজিক্তা ইলেকট্রিককি, ব্রায়রলেস কাওবদা ফংলে।

নুপানা শম ককপদা নারম উহল্লববু ফজবনি হায়না শীংখানবম্মী। নুপীশিংনা নুংশিবা লৈশিংদগি শেন্না থাউনা হুকচাং তৈনবম্মী। ফি-রোল শেংপা মতমদা য়ারিবমখৈ হুকচাংগি কয়াংশিং উহন্দনবা হোৎনরম্মী। সনা শিবা য়াম্না পাম্নে। নাদ, গুক্তো, খুৎতা, খুৎ মচাদা শিবা চংলৈ। লুপাগি পাম্মোময়াই শিবসু পাম্মনা উই। নুপাশিংসু লীক শিবা চংলৈ। নাম্নে থাদোক্লুনা খুদৈ শেংপবু অহনশিংনা শাউই। হৌজিক্তি চুড়িদার শেংপসী লৈশাবীগিদি তঞ্জায় ফদবা ওইরক্রি, ওইহনবসুনি। শারি শেংপা পাম্নরক্রি। খোঙদা পায়ল শিবা অমসুং খোঙ মচাদা খুদোপ শিবা কয়ামসু উবা ফংই।

চাকচা-য়িথক ঃ

গৌবিয বৈষ্ণব সম্প্রদায়গি মীওই নংত্রগা ইমুং মনুঙ অমনা চার্বাশিংদু চংলৈ। ইলিশা থোংবা অথোইবা য়েঙ্গাং ওইনা লৌনবম্মী। চমফুৎ, কাংশোই, ইরোনবা, অমেৎপনচিংবা থাউ য়াউদবা য়েঙ্গাং মখেলশিং পাম্নে। নুঙ হবাই ফুৎলগা তংখাই চাবী মনাদা ওমদুনা শেন্না হবাইচার খরা তাঙনা তৌই। য়েরুম, তিলহৌ চনম চানবমদে। খেজু, ঙাশুম চাবা য়াই। মনা মশিং চানবা কয়া হোৎলৈ। লেমবুম, ওমজাওবী, শেকক, তোনিংখোক, নিম, সৈজাক, কোমব্রেক, ইকাইথবী, হৈনা, সৌস্ত্রী, ফদিগোম, অৱাকফদিগোম, ময়াংতোন, ফকচেং, ককপাই অসিনচিংবা কয়ামসু চায়। য়েক-শলাইগি ওইবা চাহৈদবশিংদি চানদে।

পিস্তাই, শেঙ্গেংগী পুথম, কৃষ্ণকান্তি তেঙ্গোৎ, চাইশেন তৌদুনা চাক চানরম্মী। য়ুমগি অহনশিংনা ফান থারগা ফমদুনা চায়, শেন্দলনচিংবা তোংদুনা, থোংবা থাকপা অমসুং চাবা চংনদে। ঈথক থোংবগী অওক-ওক্ত চান-চানদি হাপ্পদে। ঈফজবা মতুংদা চাবা চংলৈ। নোংমদা অনীরক চাবনা মপূং ওই। অমৃক্তা মুরি, চেংপাক, তল য়াওনা চা থকপা চংলৈ। য়ুম্লোন-কৈরোন্নবদা য়েঙ্গাং লান্নবা চংলৈ। লৈকাইগি উৎসবনচিংবদা ঙা য়াওদে। লাইগি থবক নত্তবা চাক চানবাদি গুনা তৌই। চাক চানববু 'ভান্দ্রা' কৌই। হিদাক হান্দুনা থকপা চংনরম্মি, বেরি, চুরুপ্পা শিনম্রে। নুপাতা নত্তনা নুপী মীয়াইদগীসু লৈথরবীশিংনা মৈখূ থকই। য়ু থকপবু ফনা শিংথানদে। য়ুম অমদা কোয়থোক্লবদা চা-কা তৌদুনা অতিথি সেবা তৌনৈ। অহল ওইরগনা বেরি,চুরুপসু য়াওনৈ। শক্তিবুগি চৈরাওবদা মথেন মকোয় তৌবা চংলৈ। ভন-খা বোরা হৌবা অমসুং য়ুম্লোন কৈরোন্নবদা লানবা,মী কোয়রকপদা পীজবা চংলৈ। নুংথিলদা মী খরা পূশিল্লগা হৈ মেৎতুনা চাবসু চংলৈ। হৌজিক্তি চীনজাক্কী অথিংবা লৈত্রে। য়ুমগি মপান্দা লোইনমক

চানরে থক্লরে। অদুম ওইনমক চিনজাক কাম্বশিংবু সমাজনা ওজেবা নংত্রগা ফত্তবরোমদা লৌনরি।

**চৎনবী অমসুং থাজনবী:**

মীতৈগী ত্রেদিসনেল ফেইথস এন্দ বিলিবস পৃম্না ইদ্রি। লাই-তীনগী থাজনবী, ব্লেক আর্টকী থাজনবী য়াম্না মপাঙ্কল কন্না লৈ। অন্ধবিশ্বাসকী ওইবা মতৌ কয়ামসু লৈ। চৎনরিবা ওইবনা পনবদা লঙজবা থোক্কদবদি তঙাইজরে। পনবা য়াবা খরদি, লিন, হৌদোং, সুমজিৎ ওক্লবা মংগোল ওইদে। হীকাপ য়াইকাম্না, মন্ত্র-যন্ত্রগি থাজনবী লৈ; লাইশন থাবগি, কালিদা খুনু কৎপগি, হামেং কৎপগি, চাবান থাবগি, শ্রাদ্ধদা মপনচিংবা কৎপগি অসিনচিংবা তোঙান-তোঙানবা থাজনবি ময়াম লৈ। নুপীবু ময়েক চৎপা ফাওবদং তমহনগদবনি, য়াম্না তন্নগা, থবক তৌবগা মীগি ওইখিনি হায়বগি থাজনবী অমসু য়াম্না পুকচেল শীকপগি মতৌদা লোয়নবসু উরি। হৌজিক্তি য়াম্না হন্থরক্লে।

পোকপা, শিবা অমসুং লুহোংবগি চৎনবীদা অয়াম্বা শরুক মান্ননা চৎনরি। হৌজিক হৌজিক ফাওবা চৎনদুনা লৈহৌবা লুহোংবগি মশক অমদি শকথঙনদবা নুপা নুপী অনীখক মমা মপা নংত্রগা অহল্লমননা য়ানরগা হোঙবীবা অসিনি। নুংশি-নুংওন্নজবা অমসুং নুপা-নুপী শকথঙনজববু য়াম্নমক লমচৎ নাইদবগি থবক্তি হায়না খন্নরি।

য়াওলঙদা অহল্লমনলশিং ছার শান্নবগি চৎনবী লৈ। অঙাংশিংনা চেং-পৈশা নিবা, আবের তৈনবা, বোম থাবা, লৈশাবী মৌশিংসু য়াওশিনবা, পাখংনা আবের তৈবগী লৈশাবীনা শেন তানবসু চৎনৈ। ইকঙ থাদা মখল মখা কয়াগি লিলা দ্রামা, ঈশৈ-নোংমাই, জগোই- রাসনচিংবা পাঙথোক্লবসু চৎনৈ। নুপা নুপী খঙনবা চান্নবা, তিন্নবগী (মরূপ মপাং ওইরবসু) ময়ুমদা চৎপদা হংগোইনৈ। নুংশিনবদা চিঠি শীবা চৎনরম্মী। কৃষ্ণ জন্ম, থরানিজল্মদা চরা হেনবা চৎনরি। হিন্দুগি ওইবা লাই পূজা পৃম্নমক তৌই। সবস্বতি পুজাদি চাউনা তৌরি। লাই পুজাদা লাইশিংদু মীতৈ ফিজেৎ শেৎপাবগি চৎনবীসু লৈরে। মেরা থাউমৈ থানবা অমসুং মেবা পালি তৌবসু চৎনবি। অঙাংশিংদা ফুজাবারী শীবা চৎনরম্মী, হৌজিক্তি টিভিনা মহৎ শিনম্রে।

**লাইনিং লাইশোন ঃ**

গৌবিয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়না মপুংনি। ইস্কোনদা লাইমিং লৌবসু য়াওনরক্লে। লোকনাথ বাবাগি মিংদা দিক্ষা লৌনবসু য়াওই। শাই বাবাগী মতুং ইনবসু য়াওই। লাইনিংহল নাওরিয়া ফুলোনা হৌদোক্লম্না অপোকপা লাইনিং চৎনবা মীওইশিংসু লৈ। 'ঈথৌ ঈকান সিদববু' শোনবা পোইরে অপোকপা মরুপকী লাইনিংলোইসু লৈ। গৌরদা লৈবনা, মীতৈ লাইনিং চৎপশিংবু 'ফুম্রে ওনবা/চঙবা' কৌই। 'ফুম্রে' হায়বসী লাইনিংহল নাওরিয়া ফুলোগী য়ুমগী, লৈকায়গী মিংনি (ফুলো হায়বসি একাডেমিক ওইবা মিংনি) গৌর থাদোক্লনা লাইনিংহলগী মতুং ইনবা নংত্রগা মাগী লাইনিংদা চঙখিববু 'ফুম্রে ওনবা/চঙবা' কৌবনি।

ইসলাম লাইনিং চৎপদি পাঙনগী খুনাই অমা লৈরে। নাকল অমরোমদা খৃষ্টান লাইনিংনা চঙশিন্নরকপা মীওই মশীংসু য়ামখৎলকই। লাইনিং অসিদা চঙশিন্নরক্লিবসি কেথলিক ওইনদি নত্তে; প্রোটেষ্টান ওইননি। প্রোটেষ্টান ওইরবসু, তোঙান তোঙানবা দিনোমিনেশন ময়ামগী

মনুংদগী বাপটিষ্ট অমসুং প্রেসবেতেরিয়ান শীংলুপ্তা মীতে মশীং য়াম্না লৈ। ববাক তম্পাক্তা বুদ্ধিষ্ট লাইনীং লৌবদি কয়া উদে।

মহৈ মশিং ঃ

ববাক তম্পাক্কী মীতৈশিংনা লাইরিক লাইগু তম্ববু মমল লৈনা লৌই। হৈবা নংত্রগা হৈতবনা মী মশাগী ওইরবসু তম্বা হায়বসি অহল লম্মনশিংনা লুম্না লৌই। মণিপুরদা ইং ১৮৮৫ দা মহৈশিংঙ লিংখৎপা মতমদা কাছাড়রোমদগী লাইরিক হৈবা মীতে ওবা কয়ামরুম চৎথ্রিবদুনি। হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা মহৈ তম্বীবগী মওঙসি শুপ্পগী কোম্প্রিটিভ এদুকেশননি। একেশ্লিভ অমসুং সাইকো মোতোরগী ওইবা এদুকেশনদি কংহনবা ঙমদ্রি। তোঙান তোঙানবা লাইনদা তম্মরবসু অয়াম্বনা জেনরেল ওইবা পরীংদগী নাম্ভোকপা ঙমদ্রি। মী অমনা মশানবু পাশ তৌদুনা চৎচরবদি অহল্লমম্না গ্রেজুয়েট কাওবদি লোয়দনা তমহল্লি।

শিনকম ঃ

শিনকমদি মক ওইনা ওবা ওইবা অমসুং আর্মিগী থবক্তা চঙবসিনি। ববাক তম্পাক্কী থবক তৌবা নুপা চাদা মবিক্রোমদি শিনকম অসিদা লৈগনি। পুলিস, কেরানি, পত্রবারি, ওফিস এসিষ্টেন্ত চাংনা তুংথ -মাঙথা লৈগনি। অতৈ তোঙান তোঙানবা শিনকমদা থবক তৌনবসু লৈরি : মায়কৈ অমরোমদা থবক কংদবগী নহাখোল কয়ামকমনা তোঙান তোঙানবা প্রাইভেট কার্মশিংদা থবক তৌনরি। বিজিনেস তৌবগী চাংদি য়াম্না বাংলি। লৌ উবনা মপুং ওইবা শিনকম ওইরম্না লমদম অসিদা কনাসু থবায় য়াওনদ্রে। টাইম পাশ তৌবা ওইনা অয়ুক্কী নুংথিলগী থবক শুনরে। ময়াঙ থমদুনা থবক শুহনবা নংত্রগা নেকথোক্রবনা ওইরে। কিন্দা লোনশা তৌদুনা পুন্সি হিংনবা মশিং য়াম্না লৈরকদ্রে। ঙা কাবদি শিনকম অমা ওইনা লৌবা চুনদে। হোবি অমা ওইনা খোই সোম্না, খোইলাং থাকপা, ন্গ থুম্বা, নুপীইন চিংবা, নুপাইন হুনদুনা ঙা কাববু শিনকম ওইনা চৎপা কনাসু লৈতে। মশাগী ইমুং মনুং মরী মতা চানবগীদমক কানবা ঙাক্তনি। হৌজিক্কী মতমদা সরকারবগী থবক কংদ্রবদি কনা য়াম্না শেন থোক্তুনসু 'মদু সবকারগীদি নত্তেদনা' হায়না শীঙথানদে। ববাক তম্পাক্কী নুপা-নুপীনা ঙা লম্লোনদে, বিম্লো-ওটো থৌদে, মীগী দুকান্দা য়াওনদে, লম্লোন ঈতিক্কী লমদা থবায় য়াওনদে।

শেন্মিংলোন ঃ

হৌজিক হৌজিক লৈরিবা ববাক তম্পাক্কী মীতৈ পুন্সি মহীংদা শেম্মিংলোনগী য়া হায়বা তারবদি চাংচম্বা বাংত-পাদবা হায়বদু থোক্তনি। নুঙাই য়াইফবা ইমুং মনুং কয়ামকমসু লৈ, মদুমক্তা মখোয় হাই ক্লাস ফেমিলিগী চাংদু য়ৌবা ঙম্বদি নত্তে। লায়র-অনংবসু লৈ, অদুম ওইনমক অতৈ জাতিগী লায়র-অনং ইমুংশিং উকবগদি ঐখোয়গীসিনা থরা শাফখিদ্রা খল্লি। মীতৈগী সোশল ষ্টেটাসসি লোবার হাই ক্লাশতগী হায়র লোবার ক্লাস কাওবগী ওইগনি হায়না লৌবা য়াই। এভরেজতনা মিডল ক্লাস ওইনা লৌগনি।

অয়াম্বনা মরৌ মশিং লৈজে, ইংখোল কোইনৈ, পৃত্রিদা ঙা য়োক্লে। অহেনবা থবা তাইথোক্লগা নংত্রগা য়োম্থেক্লগা অবাংপা থরা লৈশিনবা নংত্রগা বানবগী থবক্ল মপুং ওই। মরম অসিদগী অয়াম্বনা বানদে হায়না লৌবনি। অদুম ওইনমক, চবা বাত্তবগী থাক্তা লৈবনা

অয়াম্বা ওইবনিনা করিগুম্বা অমা তৌবা ওন্থনীদি খরা য়ানা থোক্লরি। বরাক তম্পাক্তা মীতৈনা লল্লোন ঈতিক তৌবগী চাং য়াম্না নেম্মী। নুপাশিংনা কৈথেল থোকপা, খুদংদা দুকান ফম্বা, সনা শাবা, ফি তুবা, অসিনচিংবা খরা নত্তনা শহরদা থোকুনা লল্লোন ঈতিক তৌবদি মরাং কায়খ্রি।

নিংথৌ কাঙলোন ঃ

জননেতা হিজম ইরাবোতনা কম্যুনিষ্ট ওইনা আসামগী কনষ্টিটুয়েন্সিগী মীয়ম ওইরম্লগী হৌরগা মখা চথরকপা নিংথৌ কাঙলোন (রাজনীতি) গী পুরারীদা নোংথোম্বম বিদ্যাপতিনা লেজিসলেটিভ এসেমব্লিগী মীরেপ ওইনা মায় পাকখি। আসামগী রাজনীতিদা মীতৈনা লেপ্তুনা শরুক য়াদুনা লাকই। লখিপুর কেন্দ্রদগী শ্রী সুভঙ্কর সিংহনা এম.এল.এ. ওইনা কাখি। মেরাজাওবগী মিংসু নিংশিংই। নুরুল হুদাসু এম.পি. ওইনা কারম্মী। হৌজিক হৌজিক কুতুব আহমেদ মজুমদারনা মীতৈ কুরুপকী অরংবা থবান ওইনা আসামগী এসেমব্লিদা ওাপ্লি। গাঁও পঞ্চায়েত অমসুং জিলা পরিষদকী থাক্তসু মীতৈনা অচৌবা যৌদাং য়ারি। অদুম ওইনমক তম্পাক অসিদা মীতৈনা মশীং য়াম্না খুন্দাবা অসিগী হায়রুরবদি হৌজিক লৈরিবা ফীভম অসি য়াম্না শোথবি হায়না লৌবা য়াই।

বরাক তম্পাক্তা খুন্দারিবা মীতৈ কুরুপ অসিগী মশাগী ওইবা খুন্নাই নিংথৌ কাঙলোনসু লৈক্তে। লৈকায় অমমমদা খুনগী নংত্রগা মচীন চংশা অহল নংত্রগা অহনগী কাঙলুপ অমনা লুচিংই। খুন্নাইগী চংনরোল পুন্নমকপু মথোয়গী লমজিং মথাদা ওাকশেন্দুনা থম্মী। লাইনিং লাইশোনগী মতাংদা বামোয়া চুপ্পি পায়। পামদবা যৌদোক য়াথোক্কী য়ায়েন চুপ্লিনা লৈশাক মপু ওইরিবা (নিংথেমচা) না পুই। বরাক তম্পাক্কী নিংথৌ কাঙলোন্দা তেপ তোম্না মশক অমনা 'আনী' হায়বা অসিনি। 'আনী' তৌদুনা শীংলুপ থুগায়বা অমসুং তোঙান তোঙানবা পুরিংশিংগী মখাদা লৈবগী রাজনীতি অসি অঙকপনি।

লোন অমসুং সাহিত্য ঃ

বরাক তম্পাক্তা খুন্দাবিবা মীতৈ কুরুপনা মশাগী মমায়োন ওইরিবা মীতৈরোনবু ওাঙদুনা লাকই। লৈমিন্নবিবা অতৈ মীওই কুরুপশিংগী মনুংদা মশীং য়াম্না কাঙলুপ ওইবিবা বেংগলিগা তোরো থোদানবা লৈমিন্নরুবা অমসুং লাইনিংগী (হিন্দু) শাফুনা কন্নবদগী মীতৈরোনগী লিরি-থোইরিনা ফজবা মতৌ মাঙথরকপা, মীতোপলোন য়ানশিন্নকপা হৌরকখি। মসিনা ইং ১৯০০গী অঙনবা চহী ৩০ রোম্নদি সভা সমিতিদা মীতৈরোনসি হম্বা থাক্তা কুমথরুরে। বাংলা সংস্কৃত, হিন্দী খণ্ডববু থাক বাংনা লৌনরুরে। মতম অসিদা নাওবিয়া ফুলো (ফুন্দ্রে) না ঈহৌ শাগৎতুনা মীতৈলোন চাওখৎনবা হোৎনরকখি। ওাঙন-শরুবদা লাইনিং লাইশোন্দা, সাহিত্য মীতৈরোন্না শীজিন্নবা হোৎনবগী থোঙথাংদা ফুন্দ্রেনা তোঙান তোঙানবা শক্রোন লৌবা হৌরকখি। শীংথানিঙাই ওইবা শক্রোন খরদি, সমাজ সংস্কারক, কলচরেল একটিভিষ্ট, ফাদর ওক মীতৈ নেশনেলিজম, লাইনিংহল কবি, সাহিত্যকার, প্রচারক অসিনচিংবনি।

মীতৈনা মীতৈরোন লোন্দুনা, তমদুনা, শক-শোন্দুনা, ইদুনা, পাদুনা, ইশানা ইশাবু মীতৈনি হায়না চাউথোকচবা ওমজরিবসি ফুন্দ্রেনা মালেমগী মীতৈ খুনাইদা লাইনিংহল নাওরিয়া

ফুলো হায়না শাফোংলকপদগীনি। কনাগুম্বনা য়ানিংলবসু, য়ানিংদ্রবসু বরাক তম্পাক্কী মীতৈরোন, সাহিত্য অমসুং মীতৈ নেশনেলিজমগী ৱারী শাগে হায়রবদি নাওরিয়া ফুলোদগী হৌবা তাই। নাওরিয়া ফুলোনা ইং ১৯১৫ দগী খোর্জে শায়বা হৌরকপনা ১৯৪০ ফাওবদা তোঙান তোঙানবা লাইরিক ২৫ রোম ইরম্মী। মসিগী মনুঙদা ১২ দি শৈরেং লাইরিকনি। মরম অদুনা ২০ শুবা চহীচাগী অহানবা তঙ্খাই অসি মপান মণিপুরগী মণিপুরী সাহিত্যগী ওইনদি কবি নাওরিয়া ফুলোগী মতমনি হায়নসু লৌনরিবনি।

মণিপুরী লোন বরাক তম্পাক্কী স্কুল কলেজ অমসুং য়ুনিভর্সিটিদা তম্মি। সাহিত্যগী থৌগল্লোয় কয়ামরকম থোক্কনা তোঙান তোঙানবা সাহিত্যগী মচলশিংদা খুৎ থারকই। হৌজিক ফাওবদা উপন্যাস ১৫ দগী তাদনা লৈরে, দ্রামা ২০ লোম, ৱারী মচা ২৫ রোম, শৈরেং লাইরিক ১০০ রোম লমকোয় ৱারী অমসুং নৈন-ৱারেং কয়ামকমসু লৈরে। মপান মণিপুরদা বরাক তম্পাক্তা মপুং ওইনা, মণিপুরী লোন, সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতি চাওখৎপা অমসুং য়োকখৎপা মকম ওইরি।

লূপ ঃ

পূনশিনবা অমসুং মায়বগী শক্তম শাগৎতুনা চাওখৎপগী অমসুং য়াইফবগী লম্বীদা পাজল লৈনা চঙশিনবা লূপ শেম্বগী চৎনবী লৈ। সভা, সমিতি, কমিতি, মরুপ কয়ামা লৈনৈ। লৈকায খুঙং খুদিংমক্তা সামাজিক ওইবা মরুপ কয়ামরকম লৈ। পোকপা, শিবা, লুহোংবা থৌদোকশিংগা মরী লৈননা শেম্বা মরুপ কয়ামসু লৈ। খুদম ওইনা চেঙরেন মরুপ, লা মরুপ, থাশি মরুপ, পূর্ণিমা মরুপ, থাংজম মরুপ অসিনচিংবা। ইমা-ইবেনশিংগী ওইবা কয়ামা নুপীমচাশিংগী ওইবা কয়ামা অমসুং নহাবোলশিংগী ওইবা কয়ামা লৈ।

তোঙান-তোঙানবা হীরম কয়ামকমদা শেম্বা তোঙানবা মরুপ কয়ামকমসু লৈ। সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈননা শেম্বা সংস্থানশিংদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসাম, মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি আসাম, মণিপুরী লিটরেরী ফোরাম আসাম, নহাবোল খোরিবোল শিল্পূপ লখিপুর, নহারোল খোর্জে মরুপ জাতিবোন, নহাবোল সাহিত্য মরুপ আসাম অসিনচিংবনা মরুনি। মহৈরোয়শিংগী ওইবা সংস্থাদা ওল আসাম মণিপুরী ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়ন শীংথানিংঙাইনি। সামাজিক ওইবদা বরাক ভেলী মীতৈ কনভেন্সন নীংশিংবা য়াই। লাইনীং মরুপতা অপোকপা মরুপ অমসুং পোইবৈ অপোকপা মরুপ পনবা য়াই। অদুম ওইনমক, রেজিষ্টর তৌবা বোদি অমা ওইনা ক্রাইতেরিয়া পূম্বা ফুলফিল তৌরবা, এন.জি.ও.গী থাক্তা শীংথানিংঙাই ওইবা ওর্গেনাইজেশনদি লৈত্রি হায়বা তাই।

খেংনরিবা সমস্যাশিং :

মপাঙ্গোংদা য়াম্না ফনা অমসুং নুংঙাইনা লৈবা মাল্লবসু মনুংদদি মওং কয়ামরকমগী সমস্যাশিং মায়োক্লরিবা মণিপুরী খুনাইনি। লম্বী থোংগী খুদোং চাদবা অসিনা লম অমগা অমগা য়াম্না লাপ্পহল্লি, চীং শাং তুরেলশিং অসিনসু অপনবা ওইদুনা চাওখৎ থোঙথাংদা থোঙজেল থীনখহল্লি। নোংম-নোংমগী মোদর্ন নৎত্রগা ষ্টেইর্নাইজ ওইরকপসিদা ঐখোয়গী মণিপুরী মেদিয়াম ওক ইনস্ট্রাক্সনগী মহৈরোই মশীং ৱাংথরকপগী সমস্যা খেংনবি।

মাঙলোমদা কাখৎনরিবা লমজেল অসিদা মীতৈনা ওর্থোদোক্স য়াম্না ওইমন্দুনা য়াবা অমসুং য়াদবা নিয়ম কয়ামরুম কোন্দুনা লৈরি। চহী ৫০গী অমনবা চৎনবীবু রিন্যুয়েল তৌদনা নৎত্রগা মোদিকাইদ তৌদনা সৃপকোন কোনশিল্লগা লৈবদগী সমস্যা কয়া থোকহন্দুনা নুংঙাই য়াইফবা অমদি ঈংতপ্না লৈবদা অপনবা পীরি। খুদম ওইনা চিঙ্গাক, কিজেৎ, মহৈ-মশিং, লৌন লৈনবা অসিনচিংবা। সোসিয়েল কন্ট্রোলগী মীৎয়েংরোমদগী মীতোপ মীরানচাশিংনা লৌন-লৈনবা য়াদবদু লৃপা জিশিং ১০ পীরগা য়ানরকপা, সমাজনা লৌখৎপা, নুপীগি মরম্নাই কিরেপ লেপ্না ঙমশিল্লক্তবা অসিনচিংবা কয়াগি সমস্যা মায়োক্লরি। লুহোং খোংদোংবদা নুপীনা মশাগী পামজবা নুপা খনবগী খুদোং চাবা কংজদবা অসিসু সমস্যা অমনি। মশা মমানা পাম্না নুপাদা লুহোংবিবনা মশাগী লম্নাই পুজিগী মমল অমত্তা থম্বিদবগী চৎনবী লৈরি। নাকন অমরোমদনা, নুপামচাশিংনা লাইবিক মখা তমথদনা থবক চঙনখিবা অদুগা নুপীমচাশিংনা মহৈ-মশিং হেল্লা হৈজিল্লকপদগী বেলেন্স শেম্বদা চানদবগী সমস্যাসু বরাক তম্পাক্তী মীতৈ খুনাইদা মায়োক্লরি। খাইদগী মরু ওইবা সমস্যা অমদি মালেমগী মীতৈ অপূনবগী ওইনা মায়োক্লরিবা বিষ্ণুপ্রিয়া বাথোক অসিনি। ববাক তম্পাক্তী ইমুং অমদা লাক্নুনা ঙাইহাকপু বারী শানরবদি বিষ্ণুপ্রিয়া বাথোক অসিনা অহানবা অমসুং মবু ওইবা সমস্যা ওইনা লৌদুনা বারী শান্নগনি। বাথোক অসিনা মীতৈগী ঈ-তোংদা য়াওদুনা লৈরবা অনাবা অমা ওইনা লৈরি।

**হৌজিক হৌজিক্তী কীডম:**

ইবম খুদিংমক্তা ত্রেদিসনেল ওইরম্বা মতৌশিংবু থাদোকপা হৌরকপা অদুগা অমরোমদনা মোদর্নগী ঈশিং-নুংশিংসু বরমখৈ ফংলকপা তাঙ্গা ওইনা তৌই। মতম অসি য়াম্লমক কনট্রোভার্সিয়েল অমসুং আরগুমেন্তবল ওইবা মতমনি হায়বা তাই। অমগা অমগা নুংগী ওইবা পাউ ফাওদোক্লবা বাংপা, নোম্লকপা বাংপা, কোক চুংশিল্লবা য়াদবগী অৱাবা মায়োক্লন্দুনা হিংলিবা পুক্তি মবেঙ্গ অমনি। মীয়ামগী ওইবদা অৱাবা কয়া মায়োক্লরবসু মরম্নাই ওইবদদি অয়াম্বনা বাংত-পাদবা হায়বদু ওই। হৌজিক লৈরিবা কীডম অসিদগী হেল্লা ফবা, থাক বাংবা, হোংনবা ফনবা, লিংজেল মান্নবা, নাপন য়াওদবা সমাজ অমা শেম্বগী তঙাই ফদবা লৈরি। থাজবা কয়ামকম ডুংগী মীরোলগীদমক শেমগৎপা তাই।

# ত্রিপুরাদা মণিপুরী সংস্কৃতি

*এল বীরমঙ্গল সিংহ*

ত্রিপুরা অমসুং মণিপুর রাজ্য অনীসিগী নিংথৌ মশেল ঙাই-শেল ওইনবা মরম্না ত্রিপুরাদা মণিপুরীশিংনা খুন্দাবা হৌখি। মহারাণী হরিশেশ্বরীনা নিংথৌ কোনুং মনাক্তা রাধামাধব মন্দির লিংখৎতুনা ত্রিপুরাদা রাস শান্নবা হৌদোকপিখি। ত্রিপুরাদা মণিপুরী খুঙ্গং মশীং হেন্না হেনগৎলকখিবগা লোয়ন-লোয়ননা মণিপুরী সংস্কৃতিসু শন্দোরকখি। মতম অমদা ত্রিপুরাগী মীয়াম পুম্নমক্না মণিপুরী সংস্কৃতি অসিবু তরাম্না লৌখি, মণিপুরী রাস উৎসব অসি ত্রিপুরাগী মীয়ামগী উৎসব অমা ওইখি। শান্তিনিকেতন্দা মণিপুরী জগোই তম্বিনবগী ত্রিপুরাদগী জগোইগী ওজা থাবীরক্লবা নিংথৌদা হায়জখি অমসুং কবিনা মণিপুরী জগোইগী ওজাশিংবু শান্তিনিকেতন্দা পুখি। রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত, নবকুমার ঠাকুর, নীলেশ্বর মুখর্জীনচিংবা মণিপুরী জগোইগী ওজাশিংনা শান্তিনিকেতন্দা মণিপুরী জগোই তম্বিবদা মক ওইবা থৌদাং লৌখি।

মণিপুরগী নিংথৌ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মজাইবেম্মা হরিশেশ্বরীবু ত্রিপুরাগী নিংথৌ অনীশুবা রাজধর মাণিক্যদা (খৃ. ১৭৮৫-১৮০৬) থাজরম্মী। মজাইবেম্মনা মশানা লাৎচবা রাধামাধবপু মণিপুরদগী পুরকখি। মতমদুগী কোনুং ওইরম্বা পুরান আগরতলাদা রাধামাধব মন্দির প্রতিষ্ঠা তৌখি। মন্দিরগী পূজারী, ঈশৈ হনবা, পুংয়েইবনচিংবা ময়াম লাকখি। মখোয় মেখলী পাড়াদা খুন্দাখি। মতম অদুদগী ত্রিপুরাদা মণিপুরী ঈশৈ জগোই হৌদোকখি। মণিপুরগী গোবিন্দজীগী মন্দিরদা রাস শান্নবগুম ত্রিপুরাগী রাধামাধব মন্দিরদসু রাস শান্নবা হৌখি। ত্রিপুরাগী মথং তারকপা নিংথৌরোল কাশীচন্দ্র, কৃষ্ণকিশোর, বীরচন্দ্র, রাধাকিশোরনচিংবা মণিপুরী নিঙোল লুহোংখি। মণিপুরীশিংনা তারা খুঙ্গং মশীং হেন্না হেনগৎলকখিবগা লোয়ননা মণিপুরী সংস্কৃতি শাক-শন্না শন্দোরকখি। মণিপুরী মহারাণীশিংনা নিংথৌ কোনুংদসু মণিপুরী সংস্কৃতিগী মরা চেংহনখি। নিংথৌ কোনুংনা শৌগৎখিবদগী মণিপুরী খুঙ্গংশিংদসু মণিপুরী ইনাৎকী থৌরম হেনগৎলকখি। মণিপুরী রাস ত্রিপুরাগী মরু ওইরবা উৎসব অমা ওইখি। কার্তিক পূর্ণিমাদা আগরতলাগী রাধামাধব মন্দিরদা রাস শান্নবগী মথংগী নুমিৎতগী ত্রিপুরাগী মণিপুরী খুঙ্গংশিংদা রাস শান্নরম্মী। মতম অমদা ত্রিপুরাগী চাংমীশিংসু মণিপুরী ওজাশিংদগী জগোই তমদুনা রাস শান্নরম্মী। মহারাজ বীরবিক্রমনা শৌগৎপিখিবদগী ত্রিপুরাগী মণিপুরী নৃত্যগুরুশিংনা 'ঝুলন রাস' হায়রবা রাস মথল অমা হৌদোকপিরম্মী। হৌজিকসু ঝুলন রাস পূর্ণিমাদা মক ওইনা আগরতলাদা রাস অসি শান্নরি। মদুদা মহারাজ বীরচন্দ্রনা লেংবা ঝুলনগী ঈশৈসু শরুম্মী। মহারাজ বীরচন্দ্রনা ব্রজবুলি লোলনা লেংবা ঈশৈ মতেক অমা মতাংগসিদা পজবিঃ

*"মদনক বাণে অবশ তনু গরগর*
*চলনহু নিভৃত নিকুঞ্জে*
*মধু মদে ষটপদ জৈছন ধাওত*
*ঐছে চলত মনরঙ্গে।।*
*ঝলকত চারু, ময়ূর শিখণ্ডন*
*শোভিত মুখ অরবিন্দে।*
*কত কোটি কাম চরণোপরি রোওত*
*কত চান্দ চরণায় বিন্দে।।*
*রূপ হেরি মূরছ জগত মণ্ডল*
*রহত প্রেম রসে জাগি*
*অধমাধব পামর দাস বীরচন্দ্র*
*রোওত বিন্দুকণা লাগি।"*

মতমদুদা ত্রিপুরাদা মণিপুরী সংস্কৃতি শন্দোকপদা মরু ওইবা থৌদাং লৌবিখিবা নৃত্যগুরুশিংগী মনুংদা মোইরাংথেম বাবুনি, নিতাইপাদস্রা (জিতেন্দ্রজিৎ সিংহ) রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত, নবকুমার ঠাকুর, কুমুদবন্ধু ঠাকুব, রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ, রাজকুমার চন্দ্রজিৎনচিংবা খিবিক্কী মিং শীংথাবা য়াই।

বঙ্গাব্দ ১৩০৬ তা (খৃ. ১৮৯৯) মহারাজ রাধাকিশোরগী হাক্তক্তা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর ইহান হান্না ত্রিপুরাদা কোয়বা লাকখি। কবিবু তরাম্না ওক্নুনা আগরতলাগী কুঞ্জবনদা বসন্তোৎসব অমসুং মণিপুরী জগোয় উৎখি। অসিগী মতাংদা ত্রিপুরা সরকারনা ফোঙবা 'রবীন্দ্রনাথ ও ত্রিপুরা' হায়বা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি— "কবির শুভাগমন উপলক্ষে শহরের উপকণ্ঠস্থ পুরান কুঞ্জবনের শৈলশিরে কবির সম্মানে বসন্তোৎসবের ও মণিপুরী নৃত্যগীতাদির মনোজ্ঞ অনুষ্ঠান আয়োজিত হইল।" রবীন্দ্রনাথ ত্রিপুরাদা শৃপ্না তরেৎলক কোয়বা লাক্লম্মী। শিলেতকী মাসীমপুরদা মহাক্কা মণিপুরী গোষ্ঠলীলা উরকখি। আগরতলাদা মহারাজকুমার ব্রজেন্দ্রকিশোরগী (লালুকর্তা) শঙ্গায়দা কবিনা মণিপুরী রাস য়েংখিবদা পেল্লদুনা হায়খি, "ইহা দেখায় আমার পূর্ববঙ্গে আসা সার্থক হইল।" মণিপুরী লোলদা "মসি উবদা ঐনা পূর্ববঙ্গদা কোয়বা লাকপসি মপূং ফারে।"

মণিপুরী জগোয় উরবদগী গুঙ্গাওজরবা রবীন্দ্রনাথনা শান্তিনিকেতন্দা মণিপুরী জগোয় তম্বিবা হৌনবগী মণিপুরী জগোয়গী ওজা অমা থারক্নবা হায়দুনা ত্রিপুরাগী মহারাজকুমার ব্রজেন্দ্রকিশোর মাণিকাদা চিঠি ইরকখি। মতমদুদা বীরেন্দ্রকিশোরনা ত্রিপুরাগী নিংথৌ ওইরম্মী। নিংথৌগা তান্নরগা অহানবদা রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত সিংহবু শান্তিনিকেতন্দা থাখি। শান্তিনিকেতন্দা নুপীমচাশিংবু মণিপুরী ফিশা-লোনশানচিংবা খুৎকী থবক তাকপিনবগীদমক বুদ্ধিমন্তগী নুপীবুসু থাবীরক্নবা বীরেন্দ্রকিশোরদা চিঠি ইরকখি।

চিঠিদুগী মরোলদি "মহারাজ বুদ্ধিমন্ত সিংহকে আশ্রমে পাঠাইয়াছেন সে জন্য আমরা আনন্দিত ও কৃতজ্ঞ হইয়াছি। ছেলেরা অত্যন্ত উৎসাহের সহিত তাহার নিকট নাচ শিখিতেছে।

আমাদের মেয়েরাও নাচ ও মণিপুরী শিল্পকার্য শিখিতে উৎসুখ প্রকাশ করিতেছে। মহারাজ যদি বৃদ্ধিমন্ত সিংহের স্ত্রীকে এখানে পাঠাইবার আদেশ দেন তবে আমাদের উদ্দেশ্য সাধিত হইবে। আমাদের দেশের ভদ্রঘরের মেয়েরা কাপড় বোনা প্রভৃতি কাজ নিজের হাতে করিতে অভ্যাস করে ইহাই আমাদের ইচ্ছা। এই জন্য আসাম হইতে একজন শিক্ষয়িত্রী এখানকার মেয়েদের তাঁতের কাজ শিখাইতেছে। কিন্তু সিলেটে আমি মণিপুরী মেয়েদের যে কাজ দেখিয়াছি তাহা ইহার চেয়ে ভাল। আমি বৃদ্ধিমন্তের নিকট আমার প্রস্তাব জানাইয়াছি। সে মহারাজের সম্মতি পাইলে তাহার স্ত্রীকে আনাইয়া এখানকার মহিলাদিগকে মণিপুরী নাচ এবং শিল্প কার্য্য শিখাইবার ব্যবস্থা করিতে পারিবে একপ বলিয়াছে। এই জন্য এ সম্বন্ধে মহারাজের সম্মতি ও আদেশের অপেক্ষা করিয়া রহিলাম।" (রবীন্দ্রনাথ ও ত্রিপুরা)

সুধীরচন্দ্র করনা ইবা 'শান্তিনিকেতনের শিক্ষা ও সাধনা' হায়বা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি - "আশ্রমগী জগোয়গী ইতিহাসতা গুরুদেবকা ত্রিপুরাগা মরী লৈনখিবসি থোইদোক্না শীংথানীংঙাইনি। আশ্রমদা জগোয় তম্বিনবগীদমক গুরুদেবনা আগরতলাগী মণিপুরী জগোয়গী ওজা মণিপুরগী নিংথেমমচা বৃদ্ধিমন্ত সিংহবু ওজাগী ফমদা হাপখি। শান্তিনিকেতনগী ছাত্রিম পাম্বীগী মথাদা অহাঙবা মকমদা জগোয় তম্বী। গুরুদেবনা মনাক্তা লেপ্তুনা ময়াম্দু পুক্নীং থৌগৎশিদুনা মখোয়না জগোয় তম্নদু য়েংঙি। ..." (মণিপুরীদা হন্দোকপনি)।

বৃদ্ধিমন্তনা আগরতলাদা হল্লক্লবা মতুংদা শান্তিনিকেতন্দা ত্রিপুরাদগী অমুক মণিপুরী জগোয়গী ওজা থারক্লবা রবীন্দ্রনাথনা হায়রর্কখি। মহারাজকুমার ব্রজেন্দ্রকিশোরনা নিংথৌ ইমুংগী নুপীশিংবু জগোয় তম্বিরিবা ওজা ঠাকুর নবকুমার সিংহবু শান্তিনিকেতন্দা থাখি। ত্রিপুরা অমদি ভারতকী মণিপুরী জগোয়গী ইতিহাসতা নবকুমার ঠাকুর থোইদোক্না শীংথানীংঙাই ওইরবা ওজা অমনি। মহাক্না ভারত অমদি ভারতকী মপান্দা মণিপুরী জগোয় শন্দোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মহাক্না মণিপুরী জগোয়বু অহানবা সিনেমাদা পুখৎখি। বোম্বাইগী হিন্দী ফিল্ম 'বসন্ত সেনা' দা মহাক্না তাকপিবা জগোয় মচানুপা নরেন্দ্রকুমারনা উৎখি। মতমদুগী ত্রিপুরাগী শীংথারবা পুংগী ওজা রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎনা পুং যৌখি। ইং ১৯২৬ তা নবকুমার ঠাকুরনা রবীন্দ্রনাথকী নাটক 'নটীর পূজা' গী জগোয়গী খুৎথেক হাপখি। লীলা অসি শান্নখিবগী মতুংদগী জগোয়গী ওজা অমা ওইনা নবকুমার ঠাকুরগী মিং ফাওখি। 'নটীর পূজা' লীলাদা নবকুমার ঠাকুরনা মণিপুরী জগোয়গী খুৎথেক হাপখিবগী মতাঙদা রবীন্দ্রনাথকী পুক্তি রারী অইবা প্রভাব মুখোপধ্যায়না অসুম্না ইরি– "শান্তিনিকেতনগী অনৌবা মওংগী জগোয় অসি মণিপুরী জগোয়গী ওজা নবকুমার ঠাকুরনা হৌদোকপিরে। কবিনা পূর্ববঙ্গ কোয়রুবা মতমদা আগরতলাদা চঙলুই। অদুদা নবকুমারগী মণিপুরী জগোয় উবা ফংখি। অদুদগী কবিনা মহাকপু শান্তিনিকেতনগী কলা ভবনদা জগোয়গী ওজা ওইনা পুরক্লবগী থৌরাঙ লীনখি। নবকুমারনা 'নটীর পূজা' গী জগোয়বু অনৌবা শক্তম অমা পীখি।" (রবীন্দ্র জীবনী, ৩ য় খণ্ড-মতেক খরসি মণিপুরীদা হন্দোকপনি)

শান্তিদেব ঘোসকী মোত্তা মণিপুরী জগোয়গী ইতিহাসনা নবকুমার ঠাকুরবু কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙম্লোই, নবকুমারনা জগোয় তাকপিবা নটীর পূজা লীলা য়েংবদগী মতমদুগী লাইরিক

হৈরবা লৈবাকমচা ময়ামনা মণিপুরী জগোয়গী নীংথিরবা শক্তম উবা ফংখি। শান্তিদেব ঘোসনা মহাক্কী 'রবীন্দ্র সঙ্গীত' হায়বা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি – "গুরুদেবগী ঈশৈদা জগোয় খুৎথেক মতাঙ চানা হাপ্পা গুরুগী মগুণ অসি ঐনা অতৈ জগোয় ওজা কনাদসু উবা ফংখিদে। মতমসিদা মহাক্কী মতেঙ লৌরদুনা শান্তিনিকেতনগী জগোয়গী খোঙচৎ মণিপুরী জগোয়গী খুৎথেক্তা চঙশিনহন্দুনা মায় পাকহনবা ঙমখি।" (মণিপুরীদা হন্দোকপা)

বাংলা ১৩৪১ দা রবীন্দ্রনাথনা মহাক্কী খোঙবু ময়ামগা লোয়নদুনা সিংহলদা (হৌজিক্কী শ্রীলঙ্কা) কোয়বা চৎপদা নবকুমার ঠাকুরসু য়াওখি। মহাক্না জগোয় তাকপিখিবা 'শাপমোচন' লীলা শ্রীলঙ্কাগী মফম কয়াদা উৎখি। লীলা অসিবু ভাবোকশিংনা য়াম্না থাগৎনখি। রবীন্দ্রনাথনা হায়বদগী মহাক শান্তিনিকেতন্দগী অমুক চহী খরনি আমেদাবাদতা চৎতুনা মতমদুগী মমিং লৈরবা লল্লোনবা অম্বালাল সারাভাইগী মচানিংবু মণিপুরী জগোয় তম্বিখি। অসুম হায়বনা নবকুমার ঠাকুরনা ভারতকী মফম কয়াদা অমসুং শ্রীলঙ্কাদা মণিপুরী জগোয় শন্দোকখি। নবকুমারগী মথংদা নীলেশ্বর মুখর্জী, বসন্ত সিংহ অমসুং রাজকুমার চন্দ্রজিৎ সিংহ শান্তিনিকেতন্দা মণিপুরী জগোয় তম্বিখি। ঙসি মালেম্না শকখঙলবা মণিপুরী জগোয় অসি মপান্দা শকখঙহনখিবদা ত্রিপুরাগী মণিপুরী জগোয়গী ওজাশিংনসু অচৌবা থৌদাং অমা লৌখি হায়বসিদা কবিমত্তা চিংননীংঙাই লৈতে।

রাস জগোয়গী বারী মথক্তা পল্লে। মণিপুরী জগোয়গী হৌরকফম 'লাই হরাওবা' ত্রিপুরাদা খরা তাঙঙি। মহারাজ বীরচন্দ্রগী হাক্তক্তা (খৃ. ১৮৬২-১৮৯৬) ত্রিপুরাদা অহানবা লাই হরাওবা হৌখি। বীরচন্দ্রগী মণিপুরী মহারাণী রাজেশ্বরী দেবীনা মজাইবুংঙো যুবরাজ বাথাকিম্বোলবু নিংথৌ ওইহন্নবগী বর নিদুনা ইবুধৌ পাখঙবা লাৎখি অমসুং 'লাই হরাওবা' হৌদোকখি। আগরতলাদা ইবুধৌ পাখঙবা লাইশঙ অসি হৌজিকসু লৈবি। মতম অমদা চহী খুদিংগী লাই হরাওবম্মী। মণিপুরগী মহারাজ চূড়াচান্দনা আগরতলাদা লেঙথোকপিরকপা মতমদসু পাখঙবা লাইশঙ মমাঙদা য়াম্না চাউনা লাই হরাওখি হায়। হৌজিক ইবুধৌ পাখঙবগী লাইশঙদা অতৈ লাই হরাওদ্রে। অদুগা চহীগী চাক্লেনদি কায়দনা কংলি।

মতম অমদা ত্রিপুরাগী উমংলাই লৈবা মফম খরদা চহীগী লাই হরাওরম্মী। ত্রিপুরাদা মাইবা-মাইবী, পেনা খোংবা লৈশিল্লক্তবদগী লাই হরাওবসি তোক্লদ্রে। অদুগা নুংঙাইবা পাউ অমদি চহী অনী মমাঙদগী বাবুতিয়াগী বাজাল ঘাততা মণিপুরদগী মাইবা-মাইবী পুথরক্লুনা অমুক ইবেঙ্কৌ লমদেন লাইরেম্বী হরাওবা হৌরে। ত্রিপুরাগী শক্লায়রবা মাইবা-মাইবী, পেনা শকপাশংগী মনুংদা ভানু মাইবী, নয়ন মাইবী (তরৌ), সনাতোম্বী মাইবী (খুরাই), মালিকা মাইবী (পাখঙবা), তাম্রসিং মাইবা (কাছাড়দগী লাকপা), য়ুমজাও (শোংলা), সনাচাও, বোরাচাউ (বাজাল ঘাত), ময়াংলম্বম দেবনচিংবগী মিং পনবা য়াই। জগোয়-ঈশৈগা লোয়ননা ত্রিপুরাদা মতম অমদা য়াম কন্না কাং শান্নরম্মী। হৌজিকসু মফম খরদা শান্নরি। শজিবুদা পাখঙ-লৈশাবী লীকোন শান্নরি। অদুবু হান্নদগীদি য়াম্না ময়েং তাথরে। গ্লোবেলাইজেসনগী মতমসিদসু মশীং লীক্লবা মণিপুরীশিংনা ত্রিপুরাদা মশাগী সংস্কৃতি ফজনা ঙাকপা ঙম্মি।

মতেঙ লৌখিবা : *পান্নালাল রায়*

# ত্রিপুরাগা মণিপুরগা লৈনরম্বা মরী

*এল বীরমঙ্গল সিংহ*

থায়নদগী হৌনা ত্রিপুরাগা মণিপুরগা মরী লৈনরকখি। মমাঙ্ঙৈদগী ত্রিপুরা অমসুং মণিপুরগী নিংথৌ মশেল চারৌ-থৌরৌনদুনা ঙাই-শেন ওইনখি। অদুবু 'রাজমালা' ইতিহাসতা কয়ামনা মুক্ষম ওইরিবগে? তশেংনা হায়রবদা 'রাজমালা' হায়বা লাইরিক অসি ত্রিপুরাগী রাজ সভাগী কবিশিংনা নিংথৌশিংগী মতীক-মগুণ শেথাদুনা লেংবা কাব্যনি। তৌবগীদি রাজমালাদা য়াওবিবা চহী চা তরামঙা মতুংগী থৌদোক-থাথোকশিং ইতিহাসকা খরদি চুনৈ হায়না পণ্ডিতশিংনা মোত পীরি।

ত্রিলোচননা করম্বা মতমদা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্মী? ত্রিপুরাগী মীওং-মীনৈবা নিংথৌ ত্রিপুর মহাদেবগী ত্রিশূল মচীন্দা মহাক মথায় থাখিবনি। মথংদা মহাদেবগী আশীর্বাদতগী লুহ্রাবী মহাবাণী হীরাবতীগী গর্ভদগী ত্রিলোচন পোকখি। ত্রিপুর, ত্রিলোচন মহাভাবত মতমদা ত্রিপুরাদা পাল্লম্বা নিংথৌশিংনি। ত্রিলোচনগী মজাইবুংঙো দক্ষিণ অমসুং দক্ষিণগী মচানি তৈদাক্ষিণ। তৈদাক্ষিণনা মেখলী নিংথৌগী মজাইবেম্মা হায়বদি— মণিপুরগী নিংথৌ মচানুপী লুহোংখি। শ্রীরাজমালাগী সম্পাদক্না হায়বি, মসিনা মণিপুরগা ত্রিপুরাগা ইহান হান্না ঙাই-শেন ওইনখিবনি। রাজমালাগী তৈদাক্ষিন খণ্ডদা অসুম হায়না ইবি —

*'দাক্ষিণ মবিল রাজা তার পুত্র ছিল।*
*তৈদাক্ষিণ নাম রাজা তখনে করিল॥*
*প্রধান তনয় সে যে হৈল মহাবল।*
*শান্ত ধর্ম্ম মতিমন্ত বহু গুণ স্থল॥*
*বহুকাল সেই স্থানে পালিলেক প্রজা।*
*মেখলী রাজার কন্যা বিভা কৈল রাজা।"*

ত্রিপুরাগী নিংথৌ তৈদাক্ষিণনা মণিপুরগী নিংথৌ মচানুপী লুহোংখি হায়রিবা ৱাফম অসি 'রাজমালা' না ইবিবসি নত্তনা ইতিহাসকী ওইবা অতে মচাক অমত্তা কংনদে। তৌবগীদি অঙনবা মতমদগী রাজ্য অনীসিগী মনুংদা মরী লৈনখি হায়বসিদা থোইদোক্লা চিংননীংঙাই লৈতে। নিংথৌ মশেল ঙাই-শেন ওইনরম্বসু য়াই। অমবু ওইরে অমবু ওইরে ত্রিপুরাগী নিংথৌ অনীশুবা রাজধর মানিক্যনা (খৃ. ১৭৮৫-১৮০৬) ইহান হান্না মণিপুরগী নিংথৌ মচানুপী লুহোংখি হায়না খঙবা ঙম্মী। ত্রিপুরা অমসুং মণিপুর রাজ্য অনীমক্কী ইতিহাসতা ৱাফম অসি পল্লি। তৌবগীদি ঙাই-শেন মরী-মতম থোক্লকখিবসিগী মমাঙদগীনা রাজ্য অনীসিগী মনুংদা মরী লৈনরকখি। মণিপুরনা ত্রিপুরাদগী শামু লৈরম্মী। মতম মতমদা রাজ্য অনীসিগী মনুংদা লানসু লোক্লকখি।

মণিপুরনা ত্রিপুরাবু তখেল হায়না খঙনৈ। মণিপুরগী ইতিহাসতগী খঙবা ঙম্মী, মণিপুরগী নিংথৌ পুনশিবগী হাকততা (খৃ. ১৪০৪-৩২) ত্রিপুরা অমসুং মণিপুরগী মনুংদা মরী লৈনবা হৌখি। 'কুমফিলোল' হায়বা পুয়াদা ইরি, মণিপুরগী নিংথৌগা অঙোম শাগেগা লাম্থেংনখিবদা মণিপুরগী কুম্বী হায়বা মফমদা খুন্দাদুনা লৈখিবা ত্রিপুরাগী (তখেল) প্রজাশিং নিংথৌগী মীচঙ চঙখি। মদুদা পেল্লদুনা নিংথৌনা কুম্বীদা খুন্দাখিবা ত্রিপুরাগী প্রজাশিংদা খুদোল কয়া তমখি। 'তখেললোল' হায়বা অতৈ পুয়া অমদগী খঙবা ঙম্মী মণিপুরগী মহারাজ নিংথৌখোম্বগী (খৃ. ১৪৩২-৬৭) হাক্তক্তা ত্রিপুরাগী নিংথৌ মণিপুর কোয়বা লাক্লম্মী। তৌবগীদি ত্রিপুরাগী ইতিহাসতা ৱাবীসি য়াওদে। মণিপুরগী অরিবা পুয়াশিংদগী অতৈসু খঙবা ঙম্মী মদুদি মুংয়াম্বা (খৃ. ১৫৬২-১৫৯৭), খাগেম্বা (খৃ. ১৫৯৭-১৬৫২), চরাইরোংবা (খৃ. ১৬৯৭-১৭০৯), পাম্হৈবা (খৃ. ১৭০৯-১৭৪৮) নচিংবা মণিপুরগী নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা ত্রিপুরাদগী প্রজা কয়া মণিপুরদা য়ুম হোংনরকখি অমসুং মতমগী খোঙলৈদা মখোয় মণিপুরী জাতিদা তিনখি। মতমদুদা কনা কনা ত্রিপুবাদগী মণিপুরদা য়ুম হোংলকখি হায়বগী ৱারী 'লাইরিকয়েংবম লোল' হায়বা পুয়াদা ইরি। বাংলাগী মুস্লিম শাসক অমনা ইবকপা চিঠি অমগী মবোল পাবা ঙমখিদবদগী মণিপুবগী নিংথৌ মৈদিংঙু লমক্যাম্বনা (খৃ. ১৫১২-১৫২৩) চিঠি মবোল অদু পানবগী ত্রিপুবাদগী পণ্ডিত অমা পুরক্লবা য়াথং তৌখি। নিংথৌ ম্নায়াথং ফংদুনা সাংপম চাওবা য়াওনা মীওই অহুম ত্রিপুবাদা চৎতুনা কবিচন্দ্র হায়বা পণ্ডিত অমবু মণিপুরদা পুবকখি। মৈনেম চনু সাবিত্রী দেবীবু সুহোংলগা মণিপুবদা য়ুম লিংদুনা মখা তানা পুন্সি লেনখি।

য়ুমখঙনবিবা বাজা অনীসি লান শোক্লখিবগী ইতিহাসসু লৈরি। মণিপুরগী নিংথৌ গরিবনিৱাজনা ত্রিপুবাবু খুদুম চনখি হায়না মণিপুরগী ইতিহাসতা পল্লি। ত্রিপুরাবু (তখেল) ঙমখি হায়বগী মবম্না গবিবনিৱাজ 'তখেল ঙম্বা' মিংথোল ফংখি। গরিবনিৱাজনা লান ঙমখিবগী ৱাবী 'তখেল ঙম্বা' হায়বা পুয়াদা ইবি।

ত্রিপুরাগী ইতিহাসতগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী, মদুদি ২ শুবা ধর্ম মাণিক্যগী হাক্তক্তা মোগলনা ত্রিপুবাগী তমগী শকক খোপচীনখি। মহাকথক্তা মচীন-মনাও কন্না নিংথৌফম মুয়বকখি। জগৎবায হান্নবা নিংথৌগী মনাও অমনা মোগলশিংবু ত্রিপুরাদা লান্দারক্লবগী কৌশিনখি। মবম অদুনা মোগলনা ত্রিপুবাদা লান্দারকুনা ত্রিপুরাগী তমগী শকক খোপচীনখি। ত্রিপুবাগী তমগী শকক হায়বদি 'চাকলা রোশ নাবাদ' তা ত্রিপুরাগী নিংথৌ বাংলাগী নবাবকী মখা পোন্নবা জমিদার অমা ওইখি। মসিনা তোঙানবা ৱারী অমনি। তৌইগুম্বসুং ২শুবা ধর্ম মাণিক্য ইমুং-মনুং অমসুং মপালগা লাম্থেংনবদা তৌফম খঙখিদে। মণিপুরগী নিংথৌনা ত্রিপুরাগী কাং-খোং চাইববা ফীবমসিগী খুদোংচাবা লৌরক্ল য়াই। মতাঙসিদা কৈলাসচন্দ্র সিংহনা মহাক্কী 'রাজমালা বা ত্রিপুবাব ইতিহাস' হায়বা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি – মহারাজ ধর্ম মাণিক্যনা মুসলমানশিংগা কন্না লাম্থেংনবিবা তাঙ্গাদা মৈতৈ নিংথৌ পাম্হৈবা (গরিবনিৱাজ) না ত্রিপুরাগী অৱাং ঙমখৈ ঙাক্লিবা লাম্মীশিংদা লান্দাখি অমসুং মহাক্লা লান ঙমখি। মৈতৈ রাজ্যগী ঙমখৈ খারোমদা অতৈসু শন্দোবকখি। ত্রিপুরাগী লাম্মী খরবু মাম্বখীহন্নগা মৈতৈশিংনা ত্রিপুবা জয় তৌবে হায়না য়াম্না হরাওখি। থৌদোক অসি কাউদনবগী মখোয়না পাম্হৈববু 'তখেল ঙম্বা'

মিংখোল পীখি। থৌদোক অসিবু নীংশিংদুনা মৈতৈশিংনা লাইরিক অমসু ইখি। লাইরিক অদুগী মিং 'তখেল ঙম্বা' থোনখি।

ত্রিপুরা-মণিপুর লান্থেংনখিবগী মতাঙদা এ সি চট্টোপাধ্যায় মহাক্কী 'Progressive Tripura' লাইরিক্তা অসুম্না ইরি – "The king of Manipur availed himself of this crisis in Tripura, crossed the northern frontier and occupied a portion. In order to perpetuate the great achievement the king of Manipur took the title of 'Takhelngamba' or the victor of Tripura and also got a book written named 'Takhelngamba' or the conquest of Tripura."

মথক্তা পল্লরিবা রাকমসিদগী খঙবা ঙম্মী, চিরবা তাঙক অমদা মণিপুরগী নিংথৌনা ত্রিপুরাদা লান্দারকখি। রাজ্য অনীসিনা লান্থেংনখিবগী মরম্না য়েংথীনখিবদু থোইনা মতম শাংথখিদে। মথংদা নিংথৌ মশেল ঙাই-শেন ওইনদুনা অতৈসু মবী নকশীন্নখি। ইং ১৭৮৫ দা ২ শুবা রাজধর মাণিক্যনা ত্রিপুরাগী রাজসিংহাসনদা ফমখি। মতমদুদা মণিপুরদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা পান্নম্মী। মহাক মণিপুরগী অখোয়বা নিংথৌ অমনি। রাজর্ষিনা অহল ওইবক্তদা মজাইবুংঙো লাবন্যচন্দ্রদা নিংথৌফম শিন্নরগা তীর্থ কোয়বা থোকখি। নিংথৌগী তীর্থযাত্রা হায়বদুমক্তি। মহাক্তা মী চাতরেংরোম লোয়নখি। মজাইবুংঙো, মজাইসেম্মশিংসু মহাক্তা খোঙবু ওইমিন্নখি। রাজর্ষিনা ঈশিং লম্বীদা সিলেত কাওরগা তমগী ত্রিপুরা তান্না তীর্থদা খোঙশানখি। আগরতলাদগী থোইদোক্না থাপ্তুবা টৌজিক্তী বাংলাদেশকী মেগাবা লামবিবা :কমদা শাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রবু ত্রিপুরাগী নিংথৌগা মায়কৈদগী তরান্না ওৎখি। মথংদা রাজর্ষি অমসুং মহাক্তা লোয়নরকখিবা ময়াম পুন্নমকপু হাওড়া ভুরেল মরীলদা অদুঙগী ত্রিপুরাগী কোনুং পুরান আগরতলাদা পুরকখি। রাজর্ষিনা ত্রিপুরা নিংথৌগী রাজ অতিথি ওইদুনা নিংথৌ কোনুংদা মতম খরা পোংথাখি। মহাক্তা লোয়নরকখিবা মজাইবেম্মা হরিশেশ্বরীবু ত্রিপুরাগী নিংথৌ রাজধর মাণিক্যদা রাজর্ষিনা কন্যা দান তৌরম্মী। ইরমসিদা কৈলাসচন্দ্র সিংহনা মহাক্কী লাইরিক্তা অসুম্না ইরি, ...মহারাজ রাজধর মাণিক্য মণিপুর নিংথৌ জয়সিংহগী মজাইবেম্মবু লুহোংখি। মণিপুরগী নিংথৌ ইমুংগা ত্রিপুরাগী নিংথৌ ইমুংগী মনুংদা অসিনা অহানবা ঙাই-শেন ওইনখিবনি। কে নৌরবা মৈতৈ নিঙোলশিংগী মনুংদা মহাক্না অহানবা মৌ ওইদুনা ত্রিপুরাগী নিংথৌ কোনুংদা চঙলকখি। মণিপুরগী নিংথৌ মচানুপীসিগী গর্ভদগী রাজধরগী মচা'মত্তা পোকখিদে। (রাজামালা বা ত্রিপুরার ইতিহাস)

এ সি চট্টোপাধ্যায়গী 'Progressive Tripura' দা ইরমসিদা অসুম হায়না ইরি, "In 1786 the charge of administration was made over to Rajdhar.... Rajdhar married the daughter of the king of Manipur and they established friendly relation with Manipur."

মজাইবেম্মা হরিশেশ্বরীনা মণিপুরদগী লাকখিবা মতমদা মশানা লাংচবা রাধামাধব বিগ্রহ পুরকখি। পুরান আগরতলাগী নিংথৌ কোনুং মনাক্তা রাধামাধব মন্দির শিংখৎখি। রাজর্ষিনা

মন্দিরগী পুরোহিত, সেবায়ী, ঈশৈ হনবা, পুংয়েবা অমসুং মজাইবেম্মগী দাসী খরা ত্রিপুরাদা থম্বিরম্মী। নিংথৌনা কোনুং মনাক্তা মেখলীপাড়াদা মখোয়বু খুন্দাদুনা লৈহনখি। ত্রিপুরাদা মৈতৈনা অহানবা খুন্দাখিবা মফমনি। ত্রিপুরীশিংনা মৈতৈশিংবু মুখলী নংত্রগা মেখলী হায়। মরম অদুনা মৈতৈশিংনা খুন্দাখিবা মফমদুবু 'মেখলীপাড়া' হায়না মিং থোনখি। পুরান আগরতলাদগী হৌজিক্কী আগরতলাসিদা নিংথৌ কোনুং হোংলকপা মতমদা রাধামাধব মন্দির অসিসু পুরক্কুনা নিংথৌ কোনুংগী মনাক্তা প্রতিষ্ঠা তৌখি। রাধামাধব মন্দির অসি প্রতিষ্ঠা তৌখি হায়বগী মরম্না আগরতলাগী মফম অসিবু 'রাধানগর' মিংথোনখি।

১ শুবা রাজধরগী মথংদা কাশীচন্দ্র মাণিক্যসু (খৃ. ১৮২৬-২৯) মণিপুরগী নিংথৌ মচানুপী লুহোংখি। কৈলাসচন্দ্র সিংহনা মহাক্কী লাইরিক্তা অসুম্না ইরি — অবা লানগী মতমদা মৈতৈশিং মশীং য়াম্না ত্রিপুরাদা চেল্লকখি। লু হেনবা পামজবা ত্রিপুরাগী নিংথৌ কাশীচন্দ্রনা তক-তহেল্লবী মৈতৈ নিঙোলশিং উরবদা থোয়দাখি। অহানবদা মহাক্না মণিপুরগী নিংথৌ মচানুপী কুটিলক্ষীবু লুহোংখি। মথংদা অতৈসু মৈতৈ নিঙোল অহুম লুহোংখি। তৌরগীদি মহাক অতৈ জাতিগী নিঙোলসু লুহোংখি। মহারাণী কুটিলক্ষীগী গর্ভদগী কৃষ্ণচন্দ্র পোকখি। মহারাজ কাশীচন্দ্রনা মহাক্কী ময়াপুং বামগজাগী মচানুপা কৃষ্ণকিশোরবু যুবরাজ অমসুং কৃষ্ণচন্দ্রবুনা বড়ঠাকুরগী ফমদা হাপখি। অদুবু কৃষ্ণচন্দ্র মতম চাদনা নোঙ্গাখি।

মহারাজ কাশীচন্দ্র মানিকানা নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা ইং ১৮৩০ দা যুবরাজ কৃষ্ণকিশোর মাণিকানা ত্রিপুরাগী নিংথৌ ওইখি। মহাকসু মণিপুরগী নিংথৌ মচানুপী লুহোংখি। মতাঙসিদা কৈলাসচন্দ্র সিংহনা অসুম্না ইরি— কৃষ্ণকিশোর মাণিকা অসামগী রাজকন্যা রত্নমালা অমসুং মণিপুরগী নিংথৌ মার্বজিৎকী মজাইবেম্মা অহুম চন্দ্রকলা, অখিলেশ্বরী অমদি বিধুকলাবু লুহোংখি। মসিদসু নত্তনা কৃষ্ণকিশোরনা ত্রিপুরী অমসুং মৈতৈ নিঙোল কয়া'মসু লুহোংখি। মপাবুং কৃষ্ণকিশোর লৈখিদ্রবদা ইং ১৮৪৯ দা ঈশানচন্দ্র মাণিকানা নিংথৌফমদা কাখি। মহারাজ ঈশানচন্দ্র মাণিকাগী মহারাণী অনী মুক্তাবলী অমসুং জাতিশ্বরীসু মৈতৈ নিঙোলনি।

মহারাজ বীরচন্দ্রসু মৈতৈ নিঙোল লুহোংখি। মহাক ত্রিপুরাগী মাণিকা নিংথৌশিংগী মনুংদা খোইদোক্না শীংথানীংঙাই ওইবরা নিংথৌনি। মহাক ইং ১৮৬২ দগী ১৮৯৬ ফাওবা পাল্লম্মী। মহাক্না ত্রিপুরাবু আধুনিক্কী লম্বীদা খোঙদাহনখি। বীরচন্দ্রগী অনীশুবা মহারাণী রাজেশ্বরী পাঙনবম শাপেগী নিঙোলনি। মহাক রাধাকিশোরগী অপোকপীনি। মজাইবুংঙো রাধাকিশোরবু ত্রিপুরাগী নিংথৌ ওইহন্নবগী বর নিদুনা মহারাণী রাজেশ্বরীনা ইবুধৌ পাখঙবা লাংখি হায়। ইবুধৌনা মহারাণীগী নীংবা থুংহনখি। পাখঙবা লাংতুনা মহাক্না ত্রিপুরাদা 'লাই হরাওবা' হৌদোকপিখি। অদুগী মথংদগী লেপ্তুনা চহী খুদিংগী ইবুধৌ পাখঙবগী লাইশঙ মমাঙদা লাই হরাওবা পাঙথোকখি। ত্রিপুরানা ভারত্তা তিনদ্রিঙৈ মমাঙ ফাওবা ত্রিপুরাগী নিংথৌশিংনা শীন-লাঙদুনা চহী খুদিংগী লাই হরাওবা পাঙথেক্লম্মী। আগরতলাদা লৈরিবা ইবুধৌ পাখঙবা লাইশঙসিবু ময়াঙশিংনা পাগলা দেবতা (অঙাওবা লাই) মন্দির হায়রগা খঙনৈ। ইবুধৌ পাখঙবা লাইশঙ মমাঙদা হৌজিক অতৈ লাই হরাওদ্রবসু চহী খুদিংগী লেপ্তুনা চাক্লেন কংজি। চাক্লেন কংপসিদা ময়াঙ ভক্তশিংসু মশীং য়াম্না তিল্লি। হৈ, নৈ, পৈশা য়াম্না কংজি। মহারাজ বীরচন্দ্রগী খ্বাইদগী অচানবী

মহারাণী ভানুমতীসু মৈতৈ নিঙোলনি। মহাক বড়ঠাকুর সমরেন্দ্র চন্দ্র দেববর্মগী অপোকপীনি। মহারাজ বীরচন্দ্রগী মহারাণী অতোপ্পী মনমোহিনী দেবীসু মৈতৈ নিঙোলনি। মহাক খুমহেম চনুনি। মতাঙসিদা পনবা য়াই মহারাণী মনমোহিনী দেবীগী মপাবুংগী মোংফমদা নীংশিং ফুরা ওইনা আগরতলাগী মঠচৌমুহনীদা মঠ অসি শাখিবনি। মহারাজ বীরচন্দ্র মাণিক্য মৈতৈ নিঙোলশিং লুহোংলম্লুতা নত্তনা মৈতৈলোলবু মমালোনগুম্না ঙাঙবা ঙম্লম্মী।

মহারাজ বীরচন্দ্রগী মজাইবুংঙো রাধাকিশোর মৈতৈ মহারাণীগী মচানি। মহাক্কী মহারাণীশিংসু মৈতৈ নিঙোলনি। মহারাজ রাধাকিশোর 'ঢাকা মহারাণী' রত্নমঞ্জরীবু লুহোংখি। মণিপুরগী মহারাজ দেবেন্দ্র সিংহ রাজসিংহাসনদগী তাম্মোরকখিবদগী ঢাকাদা চঙজদুনা লৈখি। মরম অদুনা মহাক্কী মজাইবেম্মা রত্নমঞ্জরীবু 'ঢাকা মহারাণী' হায়রগা খঙনরম্মী। ত্রিপুরাগী নিংথৌ কোনুংদা রাধাকিশোর অমসুং রত্নমঞ্জরীগী লুহোংবগী থৌরম পাঙথোকখি। মখোয়গী মজাইবুংঙো বীরেন্দ্রকিশোরনা মহারাজ রাধাকিশোরগী মথংদা ত্রিপুরাগী নিংথৌ ওইখি। রাধাকিশোরগী মহারাণী তুলসীবতীসু মৈতৈ নিঙোলনি। ত্রিপুরাদা নুপীশিংদা শিক্ষা শন্দোক-পদা মহারাণী অসিনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। আগরতলাগী মহারাণী তুলসীবতী গার্লস স্কুল অসিনা মদুগী খুদমনি। আগরতলাদগী য়াম্না লাপ্তবা তরৌ (নলগাড়িয়া) হায়বা খুনগী অচম্বা লৌমী ইমুং অমগী নিঙোলনি। অদুবু মহারাণী অসিগী অরাংবা থাক্কী রাখল-পূকখল, মিনুংশি, নুপীমচাশিংবু লাইরিক-লাইশু হৈহন্নবগী থবায়-হকচাং য়াওনা হোৎনখিবসি উবদা ঙকপা ঙমদে। মণিপুরগী নিংথৌ অমদি নিংথৌমচাশিংনা ত্রিপুরাগী নিংথৌ মচানুপীশিংবু লুহোংখিবগী খুদম থোইনা ফংনদে। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী শূরোল রাজকুমার তিলকজীনা ত্রিপুরাগী মহারাজ কৃষ্ণকিশোরগী মজাইবেম্মা উর্মিলাবু লুহোংখি।

অসুম হায়না ত্রিপুরা অমসুং মণিপুর নিংথৌ মশেল ভাই-শেন ওইনদুনা মরী নকশিন্নখি। ঐখোয়না ইতিহাসতগী খঙবা ঙম্মী ত্রিপুরাগী নিংথৌগী অপোকপী মৈতৈনি, মহারাণীসু মৈতৈ নিঙোলনি। মরম অসিননি কর্ণেল মহিমচন্দ্র ঠাকুরনা মণিপুরবু 'কুটুম্বিতার তীর্থস্থান' হায়দি মরী-মতাশিংগী তীর্থ মকমনি হায়না শীংথাখি। ইং ১৯০৯ দা রাধাকিশোর মহারাজগী মতমদা মণিপুরগী মহারাজ চূড়াচান্দ ত্রিপুরা লেঙবিরকখি। রাজ্য অনীগী নিংথৌ মশেল হকথেঙননা উনদুনা শকখঙ-মায়খঙনখি। মণিপুরগী নিংথৌনা লেঙবিরকখিবসিদা ত্রিপুরাদা কুম্মৈ অমা ওইনা থোকখি। মণিপুরগী নিংথৌবু ইকায়খুম্নবা উৎতুনা মতমদুদা ত্রিপুরা রাজসভাগী থোইদোকপা দরবার পাঙথোকখি। মতাঙসিদা এ সি চট্টোপাধ্যায়না মহাক্কী "Progressive Tripura' দা ইরি- "In January 1909 His Highness the Maharaj of Manipur paid a visit to the state. The Manipur House has been related to the Tripura Raj family by marriage for a long time and as this was the first time when the heads of both Houses met, the occasion was signalised by great festivities. A Durbar was held in honour of his highness the Maharaja of Manipur which was attended by the Taluqdars of Numagar the most important. Section of the

tenure holders in Roshnabad."

মণিপুরগী নিংথৌনা ত্রিপুরাদা লেঙলকপগী মতাঙদা রাজকুমার কমলজিৎ সিংহনা ইং ১৯৮০ দা মরূপ পত্রিকাগী 'শরংকী ইচেল' দা অসুম্না ইরি, "...মণিপুর মহারাজ সার চূড়াচাঁদ লেঙবিরকখি আগরতলাদা মনাই মশল পুদুনা ভাই-শেন উনবা (খৃ.১৯০৯) ওয়না রাজকীয় পরিভ্রমনদা। মণিপুর মহারাজগী সম্মানদা অচৌবা দরবার ফমখি আগরতলাদা। দরবারদা মফম মফমদগী জমিদার তালুকদারময়াম য়াওখি। হৌজিক্কী রূপছায়া, চিত্রকথা, হকার্স কর্ণারনচিংবগী 'খোস বাগান' হায়বা চাউরবা লম্পাক ওয়না মেলা তিনফম, শান্নকন ওয়রম্মী। লম্পাকসিদা মণিপুরগী শগোল কাংজৈ, কাংজৈ, থাং, তা, মুক্তাগী নিংথিজরবা থৌরম উবা ফংখী ত্রিপুরাগী মীয়াম মণিপুর নিংথৌগী থৌজাননা।

..."নিংথেম পালা ওঝাশিংগী নিংথীজরবা মৈতৈ সংকীর্ত্তন শ্রবণ দর্শন ফংখি তখেনগী মৈতৈশিং। মৈতৈ খুনজাও ধলেশ্বর, বনমালীপুরদা লেংবিরকখি ইনিংথৌ চূড়াচাঁদ। মৈতৈ বোর্ডিংগীদমক মতেং পীবিরম্মী লুপা ৫০০।"

রাজকুমার কমলজিৎ সিংহনা অতৈসু অসুম্না পল্লি মতমদুদা, আগরতলাদা ইবুথৌ পাখঙবগী লাইশঙ মমাঙদা য়াম্না চাউনা লাই হরাওবা থৌরম পাঙথোকখি। ত্রিপুরা সরকারগী রিপোর্ত অমদা মণিপুর মহারাজ লেঙলকপগী মরম্না মতমদুদা লুপা লীশীং ৫০,০০০ কাইখি।

মহারাজ চূড়াচান্দনা ত্রিপুরাদা লেঙলকপগী খরনি মতুংদা বরানসীগী মনাক্তা গাড়ী এক্সিদেন্ত তৌদুনা মহারাজ রাধাকিশোর নোঙ্গাখি। মথংদা মহাক্কী মচাইবুংঙো বীরেন্দ্রকিশোরনা সিংহাসন্দা ফমখি।

বীরেন্দ্রকিশোরগী রাজ অভিষেককী মতমদসু মহারাজ চূড়াচান্দ সিংহ অমুক ত্রিপুরাদা লেঙকখি। ইং ১৯০৯ গী নবেম্বর ২৫ দা পাঙথোকখিবা রাজ অভিষেকী থৌরমদা মণিপুরগী নিংথৌনা শক্তায়রবা মীথুং ওইখি। মতাঙসিদা Progressive Tripura দা অসুম হায়না ইরি– "The installation ceremony of Maharaja Birendra Kishore was performed on Nov. 25, 1909 amidst scenes of great enthusiasm. Sri Lancelet Hare, Lieutenant Governor of Eastern Bengal and Assam attended the function and in a speech congratulated the Maharaja on his accession and wished success to his administration. Among other distinguished guests was H.H. the Maharaja Churanchand Singh of Manipur whose presence added the grandeur of the occasion."

বীরেন্দ্রকিশোরনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কী মচাইবুংঙো বীরবিক্রমকিশোরনা ত্রিপুরাগী নিংথৌ ওইখি। মহাক্তা ত্রিপুরাগী অরোইবা মহারাজনি। মহারাজ বীরবিক্রম য়াম্না মীৎয়েং শানবা অমসুং আধুনিক রাখল চেনবা নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্কী মতমদা ত্রিপুরাবু ভারত্তা তিনশিন্নবগী রারেপ লৌখি। মহারাজ বীরবিক্রমনা ত্রিপুরাবু চাওখৎহন্নবগী মখল-মথেলগী থৌরম কয়া পায়খৎলম্মী। মহারাজ বীরবিক্রম অহন্নক মপাল লৈবাক্তা কোয়রুই। আমেরিকা য়াওনা

য়ুরোপকী লৈবাকশিং কোয়খি। আমেরিকাদা মহাকপু রাষ্ট্রগী মীথুং অমা ওইনা ইকায়খুম্নখি। প্রসিদেন্ত রুজভেল্তনা মহাকপু হ্বাইত হাউসতা ওকখি। মহারাজ বীরবিক্রমগা মণিপুরগী নিংথৌ চূড়াচান্দ মহারাজগী মজাইবেম্মগা লুহোংবগী রা হৌদোক্লখি। অদুবু লুহোংবদু কায়খি। মরমদি বীরবিক্রম কালাপানি লান্দুনা মলেছশিংগী লম কোয়করে। মখোয়গা ফমিন্নদুনা চীঞ্জাক চামিন্নকরে। মহাক মাংলে, জাং তারে। অমাং-অশেং কন্নবা মণিপুরগী নিংথৌ ইমুংনা পাউ অসি তাবদগীদি মহারাজ বীরবিক্রমদা মচানুপী থাজৌ হায়বা য়াখিদ্রে।

ত্রিপুরাগী অতে নিংথৌমচাশিংসু মৈতে নিঙোল লুহোংখি। ভারতকী মমিং লৈরবা কলাকার শচীন দেববর্মনগী অপোকপী নিরুপমা দেবী মৈতে নিঙোলনি। ত্রিপুরা নিংথৌগী মন্ত্রী ওইরম্বা সনসম কামিনীকুমার সিংহগী মনেনি। মতাঙসিদা শীংথাবা য়াই, শচীন দেববর্মন ত্রিপুরাগী নিংথৌ মচানি। ত্রিপুরাদা মহাকপু শচীন কর্তা হায়না খঙনৈ। শচীন কর্তাগী অপোকপা মহারাজকুমার নবদ্বীপচন্দ্র মহারাজ ঈশানচন্দ্র মাণিক্যগী মচানুপানি। 'রাজমালা' গী মতুং ইন্দুনা ঈশানচন্দ্র মাণিক্য ত্রিপুরাগী ১৮০ শুবা নিংথৌনি। শচীন কর্তাগী অপোকপী মৈতে নিঙোলনি লোয়ননা মহাক্কী মবোক হায়দি নবদ্বীপচন্দ্রগী অপোকপীসু মৈতে নিঙোলনি। নবদ্বীপচন্দ্রগী অপোকপী মহারাণী জাতিশ্বরী দেবী মহারাজ ঈশানচন্দ্র মাণিক্যগী অহুমশুবা মহারাণীনি। অসুম হায়না ত্রিপুরাগী নিংথৌ অমদি নিংথৌমচাশিংনা মণিপুরগী নিংথৌ মচানুপীশিং লুহোংদুনা রাজ্য অসিগী মরী অতৈসু চেংহনখি।

**মতেঙ লৌখিবা :**

*রাজমালা বা ত্রিপুরার ইতিহাস, কৈলাসচন্দ্র সিংহ/শ্রীরাজমালা, কালীপ্রসন্ন সেন/'Political History of Tripura, Dr. Ramanimohan Sarma/ত্রিপুরাগী মৈহৌরোলদা মৈতে- রাজকুমার কমলজিৎ সিংহ, মকাপ. শরৎকী ইচেল, ইং ১৯৮০/অক্তব, ১৯৮৯. জিতেন্দ্রজিৎ সিংহ/পান্নালাল রায়*

# হৌজিক্কী মণিপুরী শৈরেংদা মীৎয়েং অমা

*রোবিন এস. ঙাঙোম*

হৌজিক ওইরিবা মণিপুরী শৈরেংগী মশক্কী শরুক খরদং নৈনবা তারবদি তেন্তকপা ইতিহাসকী ৱারী অমসু নিংশিংফম থোকই। মণিপুরসু অনীশুবা লান্নাওগী 'ফোরগোত্তন থিয়েতর' গী শরুক অমা ওইখি অদুনা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মরুসু লান্নাও অদুগী খোয়দাওনরবা মরক অদ্বাইদা হুনখি। সোসিয়েলিস্ত কবি হিজম ইরাবতনা কবি চাউবা অমসুং কমলনা ইরম্বা অৱাংবা থাক্কী রোমান্তিক শৈরেংগী মথা চংথরকপদা মরক খনবা অমা ওইনা অনৌবা অহোংবা পুখককদবা লোন্দা-পুদা অমসুং মীৎয়েং শীজিন্নদুনা ইরকপদগী মহাকপু অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লময়ানবা অমা ওইনসু খঙনরি। মতাং অসিদা ইবাবতকী শৈরেং 'অদুম অদুম' হায়রবসিগী পবেং খরা য়েংবা য়াই -

*লঙজা এরোপ্লেন পাইরে*

*লমহুই শাইরেন খোংলে*

*নাতৌমানি!*

মতম অমদা নিংথৌ পান্নম্বা, আপা চাউনা লৈজরম্বা লৈবাক অমা বৃতিশকী খয়াংতা তাকরবা মতুং, নীং তম্নবদা অমুক ইন্দিয়ান য়ুনিয়ন্দা চয়েংনবা ফীবমদা তিন্নবদগী মণিপুর অনৌবা কবপসন্না শীক থনবা য়াম্না নীংবা কায়বা ফীনম অমদা অমুক লৈরখি। অনীশুবা লান্নাওগী লোক্লবা ফীবমগী মতুং তাবকপদা, মাঙলমচংতা মনীং তম্না পান্নরম্বা লৈবাক অসিগী সমাজ অমদি প্রজাশিংগী পুন্সিদা ময়েক শেংনা অহোংবা কয়া লাকখি। পনবা য়ারশিংদি মীওইবগী চংনবীশিং মাঙশিন্নকপা, শেন্নাও পায়বা শক্তি লৈবশিংগী মীওৎ-মীনৈ, ইমুং-মনুংগী লৈনবা মশক মখী কায়থবকপা, চাওখৎ-থৌরাঙগী মশক্তা ওলহন্নকপা অমসুং য়াম্না মরু ওইবা অমনা অনৌবা কোলোনিয়েল শাসন হায়না খঙনবিবা শাসন অদুদা মনীং তম্নবু খোয়দাজবা মীওইশিংগী য়াম্না চরাঙনবা খুদোংথীবশিং অমসুং মশাগী শক্তম অমদি নাংনচিংবা মাঙশিন্নক্কি হায়না খনবা মীওইশিংনা চিংনজরকপা, মিপাইনরকপা অসিনচিংবনি।

কবি ময়াম অমনা মাঙলমচংকী রোমান্তিক কবিশিংদগী থৈদোরক্লগা মতমগা চানগদবা অনৌবা খুৎই অমা হৌদোক্লুনা, পুমওন ওন্নবা ফীবম অসিগীদমক্তা মায়োঙ য়াবা হৌরকখি। মখোয়শিং অসিনা হেন্না নুং য়ৌনা উবা কাঙবু অমা ওইরকখি। অদুগা মখোয়না 'আইরোনিক' অমসুং 'এলিয়েনেতেদ' হায়বা খুৎফোঙদোকশিং শীজিন্নদুনা তাইবঙপান অসিবু মখোয়গী খুৎইদা চুশিন্নহন্নগা ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লবা কন্না হোংনরকখি। তেন্তক্লা হায়ববদা, মোদর্নিস্ত মণিপুরী কবিশিং অসিনা আইরোনি, সেতয়ার অমসুং মুক্লবগী খুৎই ইদুনা মশানা মশাবু শক

খণ্ডজনবা থ্বাইদগী মরু ওইবা পান্থৈ ওইনা নীংতম্লবা মতুংগী শৈরেংগী মশক অমা ইবা হৌরকখি। মখল অসিগী অনৌবা শৈরেং খুৎই অসিনা লেপ্লা লৈতনা মণিপুর সমাজগী কীবম অমসুং মচেৎ তানা কায়রবা অনৌবা মণিপুরগী খাখল্লোনশিংবু মনুং হল্লা কৃপ্না নৈনদুনা পুথোরকপগীদমক ময়ামদগী তোঙাল্লা চোংথোক্কুনা মশক নাইনা লৈ। মতমদু 'নেহরুভিয়ান ওপ্তিমিজম' (অফবদা থনবা নেহরুগী খাখল্লোন), 'ত্রিস্ত বিথ দেস্তিনি' (পন্থুং অমগীদমক য়ানবা) ইখিল পীবা খাখল্লোন, হেন্না কিনীংঙাই মশক ওইবা, করিনো ভাব তাদবা লম্লেল অমদা পুশিনবিরগা য়াম্লা হেন্না নীংবা কায়বা কীবম অমদা য়ৃম্ফম ওইরগা অনৌবা লৈবাক অমা শেমগৎলে হায়না ফাওবা মতমনি।

মোদর্ন মণিপুরী শৈরেংবু মওং-মরীল তানবা শেম্বীরম্বা পনবা য়াবা কবিদি ১৯৪০ গী মতমদগী ইবা হৌরকখিবা পণ্ডিত অমসুং কবি এলাংবম নীলকান্তনি। অৱাংবা থাক্কী খাখল্লোন খুৎইখক্তা নত্তনা নীলকান্তনা শেমদোক-শাদোকপা য়াওদবা লোল শীজিন্নদুনা ইখি। মহাক্কী 'তীর্থ যাত্রা' কৌবা শৈরেংদা ইরি- *"মণিপুর, নহাক্কীদমক খাদবা ভমদে ঐহাক।"* মহাক্কী খুৎইশিং অদুনা হোংলক্লিবা শক্তমশিংগী মমেক লারবা সাক্ষী অমনি।

অতোপ্পা শীংথানবা য়াববা কবি অমনা লাইশ্রম সমবেন্দ্রনি। মহাক্কী ইচম চম্বা নিত্তিগী ঙাঙনরিবা লোন্দা-পুদাদা ফোঙদোকপা, ফাগি পুবা অমসুং হন্দুনা চীকপা 'সেতয়াব' গী খুৎইশিংগীদমক্তা মীয়াম্লা মশক খণ্ডভি। মহাক মী ওইবা জাতিবু য়াম্লা লুনা খঙবা কবি অমনি। নহা ওইবিবা কবিশিংগী কাঙলুপ অমনা শৈরেংগী ওইবা অবেপ্লা খাখল্লোন অমগা লোয়ননা করিগুম্বা মপৃং ফাবা থবক থবা তৌগে হায়না হোৎনবকপদি অঙনবা সবেন্তিজগী মতম অদ্বাইদগীনি। মখোযগী মীৎয়েং খাখল্লোল্লচিংবদি য়াম্লা মওং-মরীল তাবদি ওইখিদে, ফজবা লৈতেং য়াওবসু নৎখিদে অদুবু অপাবশিংদা থৃক লাউনা পালহন্নবা অমদি শোকপা শেমদোকপা য়াদে অফবা অচুম্বা অৱাংবনি হায়না হান্না লৌনবম্বা খন্নবম্বশিংবু তৌগে হাযবা মতাগুম করেম্নরগা চুমথোক্কবা অমদি অপাবশিংদা খঙহন্নবা ইবা হৌবকখি।

শ্রীবীরেনবু মসিগী কবি কাঙবু অসিগী মাংজিন পাবনি হায়না খঙনৈ। পনবা য়াবা অতোপ্পা শক্লায়বা অমদি কবি আর কে মধুবীবনি। অদুগী মতুং তাবকপদা ১৯৭৪ দা বজ্রিৎ দল্লিয়ু, থাংজম ইবোপিশক অমসুং য়ুমলেম্বম ইবোমচা মখোয় মশানা মশাবু 'এন্ত্রি য়ং পোইত্স' হায়না মিংথোঙবা কাঙবু অসিনা 'শীংনবা' কৌবা এস্থোলোজী অমা ভোলুম অনীদা ফোঙখি।

এন্থোলোজী অসিগী মবমদা অফাওবা ক্রিতিক অমনা অসুম্না ইবকখি— "মখোয়গী শৈরেংশিংসিদি মীচীক-মীবাওখোল তাদ্রবা অহীংদা লৃক্কদবা নহাশিংনা খংলাউ লাউরকপগুম্বনি। অদুগা কবিগুম্বা হায়নীংঙে হায়দুনসু অখীংবা অপনবা অমত্তা লৈতনা নুংদগী থক্তা কারকপা হন্দোরকপগুম ফোঙদোরক্কবদি মদু নমথী। মদু হেক্তা অনৌবা কলানি হায়বা য়ারোই।" মানা মখোয়বু খাখল বন্দদবা, হান্ননা ফত্তনা থনগনবা অমদি অখুবা মীৎয়েং য়েংবা কাঙবুনি হায়না মরাল শীখি। অদুবু য়ানীংদা য়ানীংদা মখোয়গী মথৌনাদুবুকি শীংথাখি। আসামদগী মণিপুরী কবি ব্রজেশ্বর অমসুং খৈরুদ্দিনহোয়না মখোয়গী লাইরিকশিং ফোঙলকুনা মীপুম খুদিংনা থবায়-হক্চাং য়াওনা মায় ওনশীল্লকখিবা 'মোদর্নিস্ত' শিংখী মরক তিল্লকখিবসু সবেন্তিজগী মনুংদনি।

"৭০ দা হুন্নকপা নোংলৈ' কৌবা এম্বোলোজী অমা ইং ১৯৭৯ দা কোঙলক্লিগৈ মমাঙ ফাওবদি মতেক খবা ঈংনা-চীক্লা চৎলম্মী। মসিগী মীরোলগী কবিশিংনা ভুবনম্না, বরকন্যা, চেতন থোঙাম, হেমচন্দ্র অসিনচিংবা। মখোয়না মওং তাবা ইমেজরী, সিম্বোলনচিংবা শীজিন্নরক্লনা 'এম্প্রি য়ং পোইত্স' শিংবু য়াদবা কাওবূশিংদুনি। মতাঙ অসুবাইদা সহিদ চৌধুরী, ইলাবত্ত, বিশ্বনাথ, কালেনজাও অমসুং নহা ওইরিবা কবি খরসু আসামগী কাছারদগী ইবা হৌনরকখি অমসুং খঙনরকখি। অসুম্না 'এম্প্রি য়ং পোইত্স' কী মতুং তারকপা মতমদনা হেন্না মীৎয়েং পাকথোক-চাউথোরকপা অমসুং ব্রাখল খনবা হেনবগী মশক অমা উবা ফংঙি।

মথিক্ক অমসুং মরিক্বতরা দনা অমুক তাইওন্নরগা মখোয়গী অকোয়বগী তাইবঙ অদুবু কন্না লাম্বেংননবা হোংনরিবা অনৌবা খোঞ্জেলশিং তাবা ফংখি। নুপী ওইবীশিংগী ইস্যুশিংসু থবায় য়াওনা খন্নখি অদুবু ময়েক শেংনা ফেমিনিস্ত অমনি হায়বদি অমত্তা লৈখিদে। মসিগী মীরোল অসিদা খুৎ কন্না থারিবা কবি ময়াম অমা লৈ। খরগী মথিং পল্লবদা মেমচৌবী, লনচেনবা মীতৈ, বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম, শরতচান্দ থিয়াম, রঘু লৈশাংথেম, থৌদাম নেত্রজিৎ, দোনেশ্বর কোন্সম, গম্ভীনি (ত্রিপুরা), নাওরেম বিদ্যাসাগর (কাছার) নচিংবা ময়াম অমা লৈরি।

মণিপুরী শৈরেংগী মশক অসি য়াম্না লুববা খোঙফম অমদা লৈবা মাল্লি। অনৌবা ভোল্যুমশিংসু চহী খুদিংগী পুথোক্লি অদুগা অমৃতগুপ্তা শৈরেং থোরকখিগনি হায়বগী আশাদা সমুদ্র নৈবসু তোক্তি। কবি কয়া অমদি মখোয়দা হকথেঙননা শাফু পীরিবা ইথনিক ভাইওলেন্স, কবপসন, এক্সতোর্সন, তেরোবিজম, ওপ্রেসন অমদি দ্রগ এদিক্সনচিংবগী ব্রাখল্লোনশিংনা হান্ননা লাকহৎতুনা লৈবগুম উবা ফংঙি। মরম অদুনা অনৌবা চাংয়েং তৌবদা খোঙলৈ থীজবকপগুম মসিনা 'ভর্বেল ব্রিজার্দরী' দা (মকোঙদোক হৈবা, ফজবা ব্রাহে-ব্রাতাদা) খুৎ পাবা ফংহন্দ্রবা নোংমৈগী চৈনাখোল মরক্তা হিংলিবা মণিপুরী অইবা অইবী অমবু কবিসু ফগৎহন্নক্তবা য়াই। মসিনা ঐখোয়দা মণিপুরগী কবিশিংনা 'দ আর্ত ওব বিতনেস' হায়বদু ফজনা মমূৎ তানা খঙগদবনি হায়বদু নীংশিংহল্লি। মসিদি অইবা অইবী অমগী মফমদদি য়াম্না খুদোংথীনিংঙাই ওই অমদি কামুগী মফমদসু থোকখিবা "ঐখোয় ইশাগী অশোয়বা কয়ামুক লৈজরবসু, ঐখোয়গী ফজবদি খঙলবা ব্রাফমদুসু মীনমদবা অমদি তুহৎপিববুসু য়াদবা হায়বা ঈবম অনীসিগী তৌদবা য়াদবা কীবমদা লৈগদবনি" হায়বা অদুগুম্বনি। মণিপুরী মতমগী শৈরেংশিংদা নোংমৈ মরূ, ঈখেং তানবা, ইমা, অঙাঙবা মচু অমসুং তাইওম্না লৈমী ফজবা অসির্নাচিংবা ব্রাখলনা লাকশীন্দুনা লৈবগী মখি তাই। ইম্ফালদগী কবি অমনা ঐঙোন্দা হায়খি মখোয়না কবম্না নোংমৈনা লাইবক্তা, য়েৎতা অমা ওয়দা অমা নমদুনা লৈব্বা কান্দা, 'পোইত্রি ওব সর্বাইবেল' বু কবম্না য়োকখৎসিগে, ফগৎহনসিগে হায়দুনা কন্না হোংনরি হায়না।

রোমান্স, সেক্সুবেলিতিনা পীরিবা চৈথেঙ অমসুং ইন্দ্রিগা মরী লৈনবা খুৎইদি পঙই ইনদে, য়াম্না তাঙনা থোকই। মশাগী মরাল ফোঙদোকচবা নৎত্রগা মশাগী পুক্নিগী ওইবা ব্রারীশিংদি ইবাৎ ব্রাৎপগুম তৌরি। অদুগা পুক্নীংগী ব্রা নত্তবা তোঙান্না তারবা ব্রাখল্লোন্দা ইবনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। মসি হৌজিক্কী কবিশিংনা 'পোইত্রি ওব সর্বাইবেল' দা পুক্নীং লূপ্তুনা লৈবনরা? মসি পৃম্নমকসিদগী হৌজিক্কী মণিপুরী শৈরেংবু অয়ৌবী থাক্কী রিয়েলিজমনা লাকশীন্দুনা লৈবে

হায়না ময়াম্মা গুণ্ডনবা হৌরক্লে। মথক্তা পনত্রিবা ময়ামশিংসিদা ময়াম্মা গুণ্ডনফম চৈনফম ওইরক্লনি হায়বগী মিপাইবসু ফাওই। অদুগা মতুংদা কবি ওইরক্লবশিংনা রিয়েলিজম অমদি রিফ্লেক্সন অনীগী মরক্তা লৈবা থেন্নবশিংবু মুন্না খল ওল্লগা খৃৎ থাবনা চুমগনি।

তৌইগুম্বসুং কবিশিংনা থোক্লিবা থৌদোকশিংগী মরমসু ইবা তাই। অদুগা মসিগী মতাণ্ডদা ইবনসু শৈরেংশিংদুবু য়াইদগী মীয়ামগা নক্লহনবা অমসুং চণ্ড-চণ্ড লাউনা মথেক শেংনা লৈহল্লি। মসিগী খৃৎইশিংসে 'পোইত্রি ওব রিভনেস' হায়বদু ওইবসু য়াই। লাইবক কবা অমনা মণীং য়ামদবা মওং-মরীল চুম্বা কবি খরদি থোকইবা থৌদোক-য়াথোকশিং রেকোর্দ তৌরগা ইবগী মওং অসি থাদোকক্লে অদুগা য়াম্না কমপ্লেক্স ওইবা মথোয় মশেল অমদি মীচম প্রজাশিংগী মরক্তা থোরক্লিবা কনফ্লিক্তশিংবু মুন্না ভাব তাদুনা কোক্তা হানজিল্লগা খৃৎ থাবা হৌনরক্লে। মণিপুরদা করিগুম্বা রিয়েলিতিবু খাঙবা গুল্লক্লবদি কবিশিংসিনা হেক হেক মশা মশাদা পনশিল্লগা ইবা 'এবসর্দিত্ত আইরোনি' দা অদুগা 'পেরোদি' দা অমসুং 'সেতয়ার' দা খৃৎ থারকই। অদুবু মসি মথক্তা পনত্রিবা 'এক্সত্রিম রিয়েলিস্ত' কাঙবুদুনদি যাদে। ওন্ন-তৈনবদা মথোয়দি হেন্নদুম 'সরিয়েল' হায়বদি অন্নাংবা থাক্কী রিয়েলিজমলোমদা মায় ওনশীল্লকপগুম তৌবক্লি। মণিপুরী কবি য়ুমলেম্বম ইবোমচাগী 'মঙ অমগী রারী' দা তমশীরবা নোংমৈ মরুনা চাবদা হাউরগদবা ফজরবা উহৈ ওল্লকপা; অদুগা খাংজম ইবোপিশকক্কী 'ভাবতকী নোংমৈ মকদা শিজ্জগে' দা তেরোরিস্তশিংনা পঞ্চভূত ওন্দুনা শক লোংতুনা য়ূমদা লাকপগী রারী। ইবোপিশক (মিলোশকুম্মা লাইগী নংত্রগা অশেংবা হায়বদু ওইদনবা প্রজা মীয়ামগী অশোকপাশিংবু শোক্লীংখিদবা) নসু 'মণিপুর, ঐতাক শিনীংদে নঙগীদমক' হায়বা শৈরেংদা অসুম্না ইখি—

*মণিপুর,*
*মীনা নঙবু ইমা কৌনৈ*
*ঐসু কৌজগে ইমা*
*অদুবু শিবদি ঙম্লোই নঙগীদমক!*

...

*শিবা তাববদি মথোয় শিশনু*
*নঙগী নপান নরন চুপহৌবা*
*মীনমদুনা হুরানদুনা ধমকা তৌদুনা*
*মচা-মশু নূরোন তরেংকী লন পৈহৌবা*
*শিশনু মথোয় নঙগীদমক।*
*ঐনা করিগী শিগনি ?*

ঐহাক্কা কন্তেমপররী মণিপুরী শৈরেংবু বেঙ্গলী নংত্রগা আসামীজ শৈরেংগুম্না মখল শুনা খৃৎলাম্লোক্তা, মওং তারে হায়বা নত্তে অদুগা ত্রিপুরাগী 'কোকবোরোক শৈবেং' গুম মহাক্কী জেন্যুন কম্যুনিতিশিংনা অকনবা ইথিল পীবগুম তৌরে হায়বসু নত্তে। অদুগা মণিপুরগী কন্তেমপররী শৈরেংগীদমক্তদি ফোঙনয়ক্লীবা শৈরেংশিং পাবিরগা অপাবশিংনা লেপচরসনু।

# মণিপুরদা চৎনরম্বা কোনুং মনুংগী চৎন-লোনচৎ

*খীমাবতী থিয়াম ওংবী*

কোনুং মনুংগী ওইবা চৎন-লোনচৎ অসি লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা মান্নদে। মণিপুরগী ওইবা কোনুং মনুংগী তোপ-তোপ্পা চৎন-লোনচৎ অমা লৈজে। অদুবু চৎনবী অসি নিংথৌ অমগা নিংথৌ অমগা খজিক খেন্নবসু য়াওদবা নত্তে। মপূং ওইনা য়েংবদদি মণিপুরগী কোনুং মনুংগী ওইবা তোপ-তোপ্পা মশক অমা উই হায়বা য়াই। কোনুং মনুংগী পুন্সিদা শাগোন্নরিবা শক্তম অসি য়াম্মী। কোনুং মনুংগী ওইবা চৎন-লোনচৎ অসিদা হকথেঙনরিবা নিংথৌ, মহারাণী, অঙম-অথৌ, ফম্নাইবা কয়াগী অপূনবা নশক্তা নিংথৌকোন অমগী শক্তমসু শাগৎলি।

মণিপুরগুম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা লৈরম্মী হায়বগী ফজবা মশক্তি কোনুং মনুংগী চৎন-লোনচৎনসু ফোঙদোকই। পূকচেল চাউবা, অরাংবা ফিন্দমদা হিংবা পাম্বা হৌন-লোনচৎ ফজনা খঙবা, অমগা অমগা অফবা মরী থম্নদুনা হিংমিন্নবা পাম্বা নিংথৌ খরগী রারীসু মণিপুরগী ইতিহাসতা লৈরি। নিংথৌগা লৈবাক প্রজাগা লৈনরম্বা অফবা মরীগী মতাঙদসু হৌজিক ফাওবা রাবীনদুনা লৈবা খরা য়াওবি। নিংথৌনা প্রজাশিংদা য়েংবা মীৎয়েং অমসুং প্রজাশিংনা নিংথৌদা থাজবা থমজবা পূম্নমক ইতিহাসকী লামায়শিংদা থেংনবি।

**মিংগৌ**

কোনুং মনুংদা মিংগৌ হায়বসি য়াম্না মরু ওইনা লৌনৈ। প্রজাশিংনা নিংথৌবু তোঙান-তোঙানবা মিং কৌনদুনা ইকায়খুম্নবগী হৌন-লোনচৎ অদু উৎলি। মণিপুরগী প্রজাশিংনা নিংথৌগী মফমদা তোঙান-তোঙানবা মিং কৌনদুনা হৌন-লোনচৎকী ফজবা মশক অদু মপূং ফানা ফোঙদোকই হায়বসি অরিবা লাইরিক কয়াদা তোয়না থেংনৈ। মতমগী য়াওনগী মতুং ইন্না লৈবাক্কী মপু ওইরিবা নিংথৌদা কৌবা মিংগৌসু অহোংবা লাকই। মিংশিং অসি মতমগী য়াওন্না পূবকখিবা ঙাক্তনি। খুদম খরদং পল্লবদা লৈবাক মপু ওইরিবা নিংথৌগী মফমদা 'মৈদিংঙু', 'লাইনিংথৌ', 'লাইয়িংথৌ', 'মহরাজ' অসিনচিংবা।

কৌনরিবা মিংগৌশিংগী মনুংদা মণিপুরগী প্রজাশিংনা লৈবাক মপু ওইরিবা নিংথৌদা 'মৈদিংঙু' মিংগৌ অসিনা মণিপুরদা নিংথৌ পানবগী চৎনবীনা হেক সৈরকপদগী হৌনা য়াওজদুনা লাক্লবনি। 'চৈথারোল কুম্বাবা' গী মতুং ইন্না নোংদা লাইরেল পাখঙবদগী হৌনা মিংগী মমাঙদা 'মৈদিংঙু' হায়না হান্না হাপ্পা অসি থেংনৈ। খুদম ওইনা অমা অনীদং পল্লবদা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবা, মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক, মৈদিংঙু তাউথিংমাং।

অতোপ্পা কৌনবা 'লাইয়িংথৌ' হায়বা মিংগৌ অসিদি খাগেম্বা মহারাজগী মতমদগী হৌবি।

মসিগী মতাঙদা 'চৈথারোল কুম্বাবা' দা ইরি—

*মৈদিংগু খাগেম্বা লাইয়িংথৌ কৌবসুং অদুঙৈ হৌএ। লোয়নননা নিংথৌ অসিগী হাক্তংগীদি প্রজা মীয়াম্না নিংথৌবু লাইয়িংথৌ হায়না মিংগৌনখিরম্মী।*

অহোংবা পাম্না অওনবা নাইবা হায়বসি মীওইবগী হৌনশানি। অওনবা হায়বসি মণিপুরগী সমাজদসু থুংলখি। অসুম্না লাকখিবা অহোংবা মরক্তা মণিপুরদসু মশাগী হাম্না লৈজরম্নবা অমদি চংনদুনা লাক্লবা ধর্মবু থাদোক্তুনা বামানদি ধর্মদা লাইমিং লৌখি। লৈবাক্কী মপী-মপা ওইরিবা নিংথৌনা ধর্ম অসিদা দীক্ষা লৌখিবগা লোয়নননা নিংথৌবু লমদমসিগী মিং নত্তবা মিংগৌ অমা কৌবা হৌখি। মতাঙ অসিবুসু 'চৈথারোল কুম্বাবা' দা পল্লি—

*"নিংথৌবু মহারাজ কৌবসুং অদুঙৈ হৌএ।"*

মতম অসি গরিবনিৱাজনা পানবা মতমনি। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা মণিপুরদা খ্বাইদগী চাউবা ধর্মগী অওনবা অমা লাকখি। লমদমসিগী মশাগী হাম্না লৈজরম্না চংনবী, ইনাং অমদি লাইনীং-লাইশোন পূম্নমক্তা অহোংবগী অকনবা শাফুনা য়েরখি। মসিদগী মণিপুরগী মক মক ওইবা লাইফম-তীনফম অমদি চীং-পাং-তুরেললবু মীবমগী মিং লৌদুনা থোনখি। মতম্মসিদা লমদমসিগী ইরোল নংতবা লোন্দা মীবমচাশিং অদুনা নিংথৌবু 'মহারাজ' হায়না কৌখি। অসুম্না মীরোন্দা মিং কৌবা হৌদ্রবসু নিংথৌগী মথক থোংবা অহন-লমনশিং অমদি কোনুংগী অহল ওইরবা ফম্নাইবশিংদি নিংথৌবু 'নিংথেম' হায়না কৌই।

লৈবাক্কী নিংথৌবু 'মৈদিংগু', 'লাইনিংথৌ', 'লাইয়িংথৌ', 'মহারাজ' হায়না কৌনবম্মগী মরমদি মৈদিংগু হায়বনা মৈতৈশিংগী মপুনি হায়বগীদমক কৌবম্মনি। 'লাইনিংথৌ' হায়বনা নিংথৌদি লাইগা পাংখর্কনি হায়না ঈশ্বরগী ভাবতা নীংদুনা প্রজাশিংনা কৌবনি। নিংথৌদি জীব পূম্নমকপু শাস্তি পীবা ওম্মনি হায়বদগী লাইয়িংথৌ কৌবনি। মহারাজ হায়বগী অর্থদি 'অচৌবা নিংথৌ', হায়বদি পূম্নমক্কী মকোক ওইবা হায়বনি। অসুম্না প্রজাশিংগী থম্মোয়দা ফজনবা তোঙানবা খাখল্লোন অমম্নমগা লোয়নননা নিংথৌবু তোঙান-তোঙানবা মিংদা কৌনরম্মি।

নিংথৌগী তালোয়বু 'লৈমা' অদুগা লৈমা পূম্নমক্কী মকোক ওইবীবুনা 'লৈমরেনবী', 'মৈতৈ লৈমা', 'মহারাণী' হায়না মিংগৌনরম্মী। লৈমা পূম্নমক্কী মকোকনি হায়দুনা 'লৈমরেনবী' কৌই। মৈতৈ পূম্নমক্কী মমানি হায়বদগী 'মৈতৈ লৈমা' হায়না কৌনবম্মী। নিংথৌবু 'মহারাজ' হায়না কৌনখিবগা লোয়নননা লৈমরেনবীবুসু 'মহারাণী' হায়না কৌনবকখি। মিংগৌ অসিমকসু লমদমসিগী ওইবা মিং অমদি নত্তে। নিংথৌ অমসুং লৈমরেন অনীনাদি মথক থোংবশিংদা 'ইপু' হায়না কৌই। মথা থাবা অমসুং মীচম প্রজাশিংদদি 'ইঙো' হায়বা মিংগৌসি শীজিন্নে।

মহারাণী নত্তবা অতৈ নুপীশিং অমসুং কোনুংগী ফম্নাইবী মকোক ওইবী নুপীশিংবুসু তোঙান-তোঙান্না মিংগৌনরম্মী। মসিবু 'লোয়ন-শিনলোন' কৌবা লাইবিক্তা হায়বি—

*নিংথৌগী তুগী মথৈদি ইবেম্মা কৌগনিয়ে। অমদি নাখাং*
*হঞ্জবী, হিরুশঙ হঞ্জবী অনিমক্তসু কৌগনি। লোইখোমশঙ*
*হঞ্জবীবু ইবেম্মরেন কৌগনি। নীয়াইবীদা পীরকপা উন্নকপী*
*চোংথা কৌথারিবিদি পোংলোয় কৌয়ে।*

নাথাং হঙবী, হিয়ুনশঙ হঙবী অমসুং লোইখোমশঙ হঙবী অসিদি পাচা লোয়শঙগী লুচিংবী ওাক্তনি। মখোয়সিগী মনুংদা লোয়খোমশঙ হঙবী অসিদি মহারাণীগী মমানা ওই। মমা লৈত্রগনা মন্দোয়া ওই। কোনুং মনুংদদি নিংথৌ পোকপী অমসুং মহারাণী পোকপীবু য়ায় পুন্নমক্তগী ইহেন হেন্না লাইবক ফরবী অথোয়বী নুপীনি হায়না লৌনৈ। মরম অদুনা ইবেম্মা পুন্নমক্তগী অহেনবীনি হায়দুনা 'ইবেম্মরেন' হায়না মিংগৌই।

নিংথৌনা পোকপা মচাশিংগীসু তোঙান-তোঙানবা মিংগৌদা কৌনরম্মী। কৌনীংঙি হায়দুনা পঙকৌ কৌশিনবা য়ারমদে। নিংথৌগী মচা অমসুং মহাক্কী মিংগৌ অসিগী মতাঙদসু 'লোয়যম্বা শিনয়েন' দা ইরি–

*মৈতৈ লৈমনা পোকপা সিজা অদুনা খুরাই লৈমা ওইরাপা*
*খুবাই লৈমা অদুনা পোকপা অঙোম সিজা অদুনা অমরক*
*মৈতৈ লৈমা ওইরাবা অদুনা পোকপা নিপাদি সনামহি কৌই।*
*নুপি ওইরবদি তম্ফা কৌই। অয়াম্বদি কৌফারোইয়ে। নিংথৌনা*
*পোকপা অতৈদি য়া কৌগনি, তম্ফা মবাদি য়িপুংড্র কৌগনি।*
*নিংথৌ মচা অয়াম্বা অতৈদি অঙাং কৌগনি।*

মমাঙৈঙে নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা অঙোম শাগৈগা নিংথৌজা শাগৈগসি য়াম্না নক্কুরম্মী। মৈতৈ লৈমা অয়াম্বা অঙোম শিজনা ওই। অঙোমদসু নিংথৌজা নিঙোল থাজরম্মী। অসুম্না অঙোমগা নিংথৌজাশিংগা য়াম্না তোয়না চাবৌ-মৌরৌনরম্মী হায়বসি লাইরিকসিদগী খঙবা ঙম্মী।

কোনুংগী চংনবী লোনচৎসি য়াম্না কৃম্নী। নিংথৌগী মচাশিং অসি মী অমা থাবগা কৌবা য়াবমদে। মখোয়বু কৌনবা তোঙান-তোঙানবা মীশক থায়রম্মী। নুপাগা নুপীগসু তোঙান্না থায়বম্মী। যুবরাজবু অমদি মহাবাণীগী মচাশিং অমসুং অতৈ বাণীগী মচাশিং অদুসু কনানা কৌগনি হাযবা 'শঙ পান্নবগী মশিন' লাইবিক্তা ইবি –

*মহাবাণী সনা যাথংনা যুবরাজবু কৌথংও হায়ববদি*
*লৈশেনবনা কৌএ। নিংথৌ সনা য়াথংদি নিংথৌ শেনবনা*
*কৌএ। মহারাণীনা পোকপা মচা নিপাদি হিদাক ফানবা*
*নিংথৌ নাইনা কৌগনি। নুপীদি লৈমনাইনা কৌগনি।*
*ইবেম্মশিং অপানবীনা পোকপা, নিপাগী মথৈদি পোংশংবা*
*নিংথৌনাইনা কৌগনি। নুপীদি লৈমনাইনা কৌগনি।*

কোনুং মনুংদা কৌনরিবা মিংগৌশিং অসি মীচম প্রজা অমদা হেক্তা কৌবা য়াদে নিংথৌগী অকনবা চৈবাক মথাদা লৈরিঙৈদা কনানসু উশিং-থওইদবদি তৌনবমদে। নিংথৌগী মচাদি পোকচবী মমাগী মথাদা লৈবা ফংদে। য়োকচবীশিংনা নিংথৌনা অনৌবা মচা পোকপগী মতম ঙাইদুনা লৈ। নিংথৌগী মচা খুদিংগী য়োকচবী অমমম লৈ। মখোয়না পোক্লকইবা অঙাং অদুগী মমানি, ঙাকপী-শেনবীবনি। মরম অদুনা অয়াম্বনা য়োকচবীদা 'ইমা' মিংগৌই। য়োকচবীশিং অসিবু 'সনামপী' হায়না কৌনৈ। সনামপীশিংগী কোনুংদা ফম্ফম চাউনা লৈ।

য়োকচবী সনামপীদি ফিরাংজি ফিদা অমসুং শেঞ্জেংগী খুজাই ফংঙি। কোল-লীক, রাইরম শেংদে। মহারাণীগী চুম-শো ফাওবা পায়। নিংথৌগী মজাইবেম্মশিংনা লুহোংবা মতমদা দোলাইগী মাও থানা সনামপীনা চৎকনি। কৈথেল কাবা মতমদা পোৎ পুরগা চৎতে। শৈশা পীদুনা মী নেক্লগা পুহল্লি। মসিগী মখুন্দা লাই হরাওবা তাববদি মখোয়গী ফিবাংজি ফিদা থাদুনা তোঙাল্লা মফম পী। সনামপীদি ইচম চম্বী নুপী অমগুম্না লৈতে।

**থৌগল্লোন**

কোনুং মনুংগী ওইবা চৎন-লোনচৎতা থৌগল্লোন হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। কোনুং মনুংগী রাফম ঙাক্তসু নত্তনা মফম অমদা হেক্তা থৌগল্লোনগী মফম অসি য়াম্না চাউই। থৌগল্লোন খঙদবা মীবু হৃম্বা ওইনসু খল্লবা য়াওই। মণিপুরদা থৌগল্লোন হায়বসি য়াম্না লুনা খল্লরম্মী অমসুং নীংথিনা য়োক্লনা থম্লরম্মী।

থৌগল্লোন হায়বসিদা মখল য়াম্না লৈব্রে— রারী শানবদা, রাঙাও-শাঙাওদা, মাঙদা তুংদা চৎকদবা তৌগদবা অসিনচিংবা কয়ামুক লৈ। মণিপুরদদি থক-খা, অহল-অঙাংগী ব্যবহার, হৌনবা হৌনদবা কয়ামুক লৈ। মসিদগী কোনুং মনুংনা অমুক হেন্না কুপ্পি।

কোনুংগা নক্লবা অমদি কোনুং মনুংদা থবক তৌদুনা লৈবকপা হৌজিক হৌজিক হিংলিবা অহল ওইরবা মীওইশিংনা হায়— থৌগল্লোন হায়বসি কোনুংদগী শন্দোকখিবনি। নিংথৌগী মচাইবেম্মা কয়া মীচম প্রজাগী ইমুংদা থাজখি। নিঙোল কয়াসু নিংথৌগী লৈমা ওইখি, মৌ ওইরখি, নাই ওইরখি। অসুম্না কোনুং মনুংগা মীচম প্রজাগগী মরক্তা মরী লৈনবকপনা থৌগল্লোনশিং অসি হৌজিক্তি কোনুং মনুংগীতা ওইবক্তে মীয়াম পুম্নমক্কী ওইবে হায়বা যাই।

রাহে-রাতা, রাঙাঙ-শাঙাওদা মক ওইবগুম নিংথৌগী মমাঙদা তৌবা হৌনবা হৌনদবা অসিসু য়াম্না কুপ্পি। নিংথৌগী মমাঙদা কবি থৌগল্লোন ব্যবহার উৎকদগে হায়বদু 'লোয়নশিল্লোন' লাইবিক্তা ইবি –

*সনা য়াথং রা হায়বা হৌরবগা সনা য়াথং লৈতনা রা*
*হক্কংফদে। সনা মাঙদা ক্তা, পানা চাবা, লৈ চিনবা,*
*নাম্ল চিক্লা রা ঙাওনবা, লোম্না রা হায়নবা য়াদে।*

লাইবিকসিদা পীবিবা থৌগল্লোনশিং অসিনা নিংথৌ অমসুং মীচম প্রজা অনীগী মরক্তা লৈবিবা খেন্নবা অদু উই। লৈবাক অমগী নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক ঙাক্লিবনিনা খেন্নবা অসি থমদবা যাদে। প্রজা মীয়ামগী থম্মোয়দা নিংথৌ অমদি অত্তম-অথৌনা লৈবাক ঙাক্লিবনি হায়বগী থাজবা চেংনা লৈ। অদুবু লৈবাক ঙাক-শেল্লিবনি হায়না কল্লিবা নিংথৌগী তাঙবল অসিবু মিহৌদবা য়াওদবা নত্তে। মরমসিমক্তা অথীংবশিং অম্লিনা নিংথৌগী মখক্তা লোম্না লান হৌবক্লবা হোংনবশিংদগী ঙাকথোকপা ওম্মী।

নিংথৌগী মনাক্তা চঙবা অরায়বা খক ওইরমদে। নিংথৌদা পোৎ ফংলবা নৎত্রগা খুদোলপোৎ শীরবা তারবদি শেনাক খনবদা পীগনি। শেনাক খনবনা অমুক নিংথৌদা পীগনি। নিংথৌগী খুৎতা হকথেঙননা পোৎ পীবা য়ারমদে। অদুবু মাগা মতীক-মগুণ মাল্লবা অমসুং

লৈবাক অমগী নিংথৌগা পীনবা মতমদদি হকথেঙননা পীনে। নিংথৌগী মওং-মতৌবু কন্নানসু তন্না য়াননদে। মহাক্না শেংপা, চষা, নোকপা, কম্না পূম্নমক মতৌ তমফদে। মসিদি মীচম গুনাদগী হেন্দোকত্রদনা মহাক্কী মচা-মশু অমদি লোয়নরিবা অঙম-অথৌ পূম্বনসু তমফদে।

নিংথৌগী মমাঙদা কি ইনবা মতমদা ফিজীন অনী অদু লেংবান্দা হাইগৎলগা হায়বদি লেংহৃম নাইনা ইনবা য়াদে। মরমদি কি মনুংদা থাঙ অমদি খুৎলায় পুরমনি হায়না চেকশীনবনি। মরম অদুনা ফিজীন অদু ওয়গী লেংবান্দা নাম্মতা হাইগৎকনি অদুগা অমুকসু ওয়গী ফিজীন অদু ওয়গী লেংবান্দা অমুক হন্না হাইগৎকনি। শেংলিবা ফৈজোম কুঞ্জা লোইনমক য়েপকনি। নিংথৌগী মমাঙদা ফম্বা মতমদা যোঙ নাম্মা লোংশীল্লগা নিঙ্গাংনা ফমগনি। করিগুম্বা নিংথৌগী তুংদা নৎত্রগা মাঙদা চৎপা মতমদা নিংথৌগী মি তারবদি হন্দোক্লগা চৎকনি। নিংথৌগী মি নেৎহৈদে।

নিংথৌ অমসুং মহারাণীগী লোয়নগদবা মীওই অসি অমনা হেক্তা ওইবা য়াদে পিবাগা অমদি মাগা থংনবা অদুগনা শেনগনি। নিংথৌগী সনা থৌগল তৌনবা মী লৈবগুম মহারাণীগীসু সনা থৌগল তৌনবা মী লৈ। মদুদি-

*"...লৈমা শেনবা, শেম্লুংবা অহল, নাহা পাখংলাকপা,*
*নহালাকপা অসিনা সনা থৌখন খুৎপাই খুত্তোং তোংএ। পোবোং লৈংখেং*
*য়াওএ। সৈমশেনবনা কোকজুনবা য়েনশিন চেন্নে।*

কোনুংদা লৈরিবা মহাবাণী অমদি অতৈ লৈমশিং উননীংবা মতমনা উনবা য়াদে। লৈমশিংনা লৈরিবা শঙ্গাই মনুংদা নিপা চঙবা য়াদে। চঙলবদি চৈরাক ফংঙি। মবম অদুনা নিংথৌগী লৈমশিংবু মবুং-মৌম্বা, মপা-মতোনশিংনা উনবা তারবদি ফৈদাদা উনগে হায়না হান্না পাউ থাগনি। ফৈদানা কৌথোক্লগা মতুংদা কোনুংদা লৈরিবা লুকনবী থোঙদা উনগনি। উনবা মতমদা লৈমশিংনা মনুংলোমদা লৈগনি, অদুগা উনবা লাকইবা মীওই অদুনা ফক্লাংগী য়াংমদা লৈদুনা উনগনি। কোনুংগী লৈমশোনবশিংনা করি কবি তৌগদগে হায়বদু 'মশিন' লাইরিক্তা ইরি-

*লৈমা শেনবগী থৌখন্দি সনা খুদেশেন সনা কাশেন,*
*খুশেং খুচাই, সনা খুদেং, তোংচৈ উত্তোং, শেনথক*
*শেনখা মৈকু চেকপ ইদাকখাউ তুপিয়া ফিথা ফিথক,*
*মোনতুম মোনতেক লুপাগী ফিরোই লুপাক মরোই*
*গুনা খোঙখুম, খুদোন খোঙউপ অরোনবা শেনপোং*
*হান্না শকয়েং মিংশেল হৈজ্ঞাং, কাতি খুজিনথাং সমচেং*
*য়েত্তুম অসি খন্নে।*

কোনুংগী চৎনবীশিংগী মনুংদা থৌগল শোয়বা য়াদে। ভন্নোইদবা ওইরবদি হান্না পাউ হায়গনি। নৎত্রবদি থৌগল শোয়বগীদমক চৈবাক ফংঙি। মহাবাণীনা কোনুংদগী মপাল থোক্লুনা অতোপ্পা মফমদা চৎপা তারবদি কয় নুপীনা দোলাই পুগনি। কোনজিল য়েংথংবনা ফৈদানা পায়। দোলাইগী মাঙদনা লীচৈ পায়বা মী চৎকনি। মতম খুদিংদা কোক খুমগনি।

লৈবাক্কী মহারাণী ওইবা হায়বসি অরায়বা নত্তে। নুপী অদু শাগৈ জাৎ ফবা ওইরবসু

য়ুম্নাক অমগী ইমুং অমগী নিঙোলনি। মরম অদুনা মহারাণী ওইগদৌরিবা নুপী অদুদি কোনুং মনুংদা কুইনা লৈরক্লবা মথক থোংবা অহলশিংনা কোনুং মনুংগী অকৃম্না হৌন-লোনচংশিং অদু তম্বিগনি। মহারাণীদি চাবা-থকপা মতমদা য়াম্না চেকশীনগনি। হায়নবা লৈ মদুদি মহারাণীনা চাক চাবা লোইরকপদা চারিবা পৃথমদুদা চাক থরা সুকশোয় শোয়দনা লেমহল্লমগদবনি। মসিনা লৈবাক চাকহোঙ-ঙাহোঙনা লৈনবা অমদি নিংথৌ পুন্সি নুংশাংনা লৈনবগীদমক্কি হায়না থাজনৈ।

নিংথৌগী মচা-মশৃশিংদি কোনুংদা চাউরকপা ওইবনা তাকপী-তম্বিরুবা য়াওদনা মশা মবোমদোম অদুম হৈরকই। অদুমকপু মখোয়সু মমা অমদি সনামশীনা মতাঙ অমসুং মতমগী মতুং ইন্না নাক-য়েং, থক-খাগী হৌনবী লমচং অমসুং থৌগল্লোনশিং অদু তাকই। পীক্লিবা অঙাংশিংনা শেন্নবা য়াওদনা মপাল থোকপা, নীং-তম্না চেন-চোংবা ফংদে। মরমদি পীক্লিবা নিংথৌ মচাগীসু য়েক্লবা মায়কৈ খুদিংদা লৈ। নীং-তম্না হৌরকপা অঙাংগী পুন্সিনা অফা-অপুননবা কোনুংগী পুন্সিদা চঙশিনবা হৌবকই। কোনুং মনুংদা লৈবিবা পুন্সিশিংনা মখোযগী অকোয়বদা চেংনা ঙাক্লুনা লৈবিবা চংনবী লীপৃন্দগী নাম্লোকপা ঙমদে। মরম অসিনা কোনুং মনুংগী অঙাংশিংগী পুন্সিগা মপানগী অঙাংশিংগী পুন্সিগা য়াম্না খেন্নৈ। কোনুং মনুংগী পুন্সিদি য়াম্না তোম্নি।

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**

*১) এন. খেলচন্দ্র সিংহ অমসুং এল. ইবুংঙোহল সিংহ (সম্পাদন) চৈথারোল কুম্বাবা, ১৯৬৭, ২) ও. ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পাদন) লোয়ন শিৎপ্রোন, ১৯৭৬. ৩) চুংনেম চন্দ্রসেখর সিংহ (সম্পাদন) লোয়রঙ্গ শিনয়েন, ১৯৭৫। মেংখোম জগৎ সিংহ অমসুং এম. কে. বিনোদিনী দেবীগসু উত্তুনা থাবী শায়কবগী হংলকপা খবা।*

# মণিপুরদা অহানবা খুন্দারকখিবা মৈতৈ পাঙল
## (প্রি কোলোনিয়েলদা য়ুম্ফম ওইবা)

*এস এম শৈখ*

পুম্নমক্তা খঙনরবা য়াফমনি মদুদি মণিপুরদা য়াম্না ওল্লিন্তৈ মতমদগী তোঙান-তোঙানবা কাঙলূপ কয়ামকম লৈবাক অসিগী মপান্দগী লাক্লুনা অমসুং খুন্দাদুনা লৈখি হায়বসি। মণিপুরী মুস্লিম (মৈতৈ পাঙল) হায়রগা খঙনবা কাঙলূপ অসিসু ওরিজিনেল সেত্তলর নত্তে। মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হান্তক্কী মমাঙদা কাঙলূপ অসিগী মী লাক্লুনা লৈবাক অসিদা সৈরম্বদি য়াই। অদুবু তঙদূ-লৈতানা খুন্দা-লৈতাখিবদি মহারাজ অসিগী মা হান্তক্তগীনি। মখোয়না লমদমসিগী নুপী লৌদুনা (য়ুম্বানমিন্নদুনা) খুন্দাখি। নিংথৌনা শাগে মমিং থোনবিদুনা মখোয়শিং অসিনা লৈবাক অসিগী মী ওইনা লৈবকখি। মখোয়দা য়ুম্লাক-শাগে পীখিবগী মওংদি, মখোয়গী শিনফমশিং, মখোয়না পায়রম্বা ফমশিং, মখোয়না খুন্দারিবা লমগী ফীবমশিং য়েংলগা পীখিবনি।

পাঙলশিংনা মণিপুবদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরবা মতুংদা নিংথৌনা কাজিগী ফম হাপ্লুনা অমসুং পাঙল লোয়নশঙ লিংদুনা মখোয়গী শক্তম ঙাক্লুনা লৈবা হৌরকখি। মখোয়না সমাজ অমা শেমগৎপগী মওংদি শরিয়ৎকী (ইস্লামিক লো) মতুং ইন্না তপ্না তপ্না লৈবাক অসিগী ঈশিং-নুংশিৎকা চাননা শাগোয়ন্নদুনা হিংলকখিবা পুন্সিদা য়ুম্ফম ওইবনি।

ইস্লাম ধর্মনা (অতোপ্পা লৈবাক্তদি) শাগে মনুংগী নিঙোল লৌন-লৈনবা য়ারবসু মখোয়দি লমদমসিগী চৎনবী মওং লৌদুনা মদু তৌদে। মসি লমদমসিগী মৈতৈ সমাজগী চৎনবোল অদুদগী লৌবকপনি হায়না লৌবা য়াই।

মখোয়না মণিপূরদা লৈরকখিবসি মৈদিংঙু খাগেম্বা মতমদা লানফা ওইনা চাউরাক্লা মী লীশীং অমরোম্না খুন্দাবা হৌরকখিবা অদুনা অরোইবা ওইখিবা নত্তে। মহারাজ অসিগী মতমদগী হৌরগা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম ফাওবা খুম্থোরক্লুনা থেংখাঙ কয়ামকম থোক্লা লাক্লুনা খুন্দাখিবনি। মখোয়শিং অদু মৈতৈলোন (মণিপুরীলোল) খঙনা লাকখিবদি নত্তে। অসুম্না মখোয়না লৈবাক অসিদা লৈরবা মতুংদা মখোয়গী ওইবা সমাজ লিংদুনা অমসুং শেন-থুমগী ফীবম ফগৎনবা হোৎনরকখি।

তোঙান-তোঙানবা মফমদা খুন্দাই। মখোয়না খুন্দারিবা মফমশিং অসিদা অতোপ্পা কাঙলূপকা য়ানশিন্নদুনা লৈবা থেংনদে।

**সোসিয়েল সিস্তেম ঃ**

মখোয়না সমাজ অমা লিংবদা মখাদা পীরিবা মরম অনীসিনা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎলিঃ

১। ইস্লাম ধর্ম অমসুং মসিগী চৎন-পথাপ ইন্দুনা লৈবা।

২। পাঙলশিংগী চৎন-লোনচৎ অমসুং পুন্সি মহীংগী লম্বীদা মখোয়গা য়াম্না নক্না লৈমিন্নরিবা কম্যুনিতি (মৈতৈশিংগী) চৎন-লোনচৎ চাওখৎ-খোঙথাঙ অদুগী মতুং ইন্দুনা চৎপা অসিনি।

লোন্দা পুদা, ফিজেৎ লৈতেং, চিঙ্গাক অসিনচিংবা পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্তা খুন্দারিবা মুস্লিমশিং অসিগা মণিপুরদা লৈরিবা মুস্লিমশিং অসিগা খেন্নজরবসু মপুং ওইবা ধর্মগী অমসুং কলচরগী মতাঙদদি ইস্লামগী তিচিং মখাদা লৈবনা খোইনা খেন্নবা লৈতে। মণিপুবগী পাঙল খুদিংমক 'সুনি' জুরিসপুদেন্স অদুগা 'সেক্ট' না হন্নফি ঙাক্তনি।

শাগৈগী পাথাঙ-পুথাঙ নাইনা চৎথরকপদি মখোয়গী শাগৈগী অহল পুকোক নিংথৌনা শীরম্বা অদুদগী কায়দনা মখা অদুম শমথদুনা লৈরক্নি। মখোয়গী ইমুং-মনুংগী মওংদি মচাশিংগা পূন্নপ লৈমিন্নে। মচাশিংনা চাউরক্লবা অমসুং ময়ুম পান্নবা অদুগা তোঙান লৈত্রবা মতুংদা, মচাশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী অতোম্বা অদুগা লৈমিন্নে। মমা-মপাগী লন-থুম, মান-চাং ইস্লামগী লৈরিবা নিয়মগী মতুং ইন্না মচাশিংদা (মচা নিঙোলগী শরুক য়াওনা) চপ মান্ননা য়েন্থোকই।

মখোয়গী ইমুং-মনুংগী ওইবা থৌদোক-থ্রাথোক, অশি-অনানচিংবা পূন্নমক্তা মখোয়গী মরী-মতা, শাগৈ-নাতৈ পূন্নমক পাউ শীনদুনা অমসুং খঙহন্দুনা পূন্না শরুক য়ামিন্নে।

থকশি-খাশি ঃ

পাঙলশিংনা মখোয়গী অহলশিং অমসুং তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপকী অহন-লমর্নশিং, ওজাশিং, পণ্ডিতশিং পূন্নমকপু ইকায়খুম্নে। মিংগৌ-থাগৌ থৌগল্লোন ব্যবহারগী মওংদি অমসুং শীজিন্নবা লোন্দাশিং অয়াম্বনা মৈতৈশিংগী মওংগা ইমান মান্নে। অদুম ওইনমক মওং খবদি মান্নদে। খুদম ওইনা মখোয় মশেল অমগা অমগা উনবা মতমদা সলাম তৌনৈ (অসলামু-অলৈকুম) নঙগী নথক্তা শান্তি লৈবা ওইসনু হায়দুনা খুৎ অনীমক চেংনা পায়শিন্দুনা লানখিবা লঙজখিবা পূন্নমক মপুনা কোকশিবা ওইরসনু হায়।

অঙাং পোকপা ঃ

পাঙলশিংগী অঙাং অমা পোক্লকপা মতমদা অঙনবা মতমদা মৈতৈশিংগী চাবোকপদা হৈ-শিংলবী মাইবী হায়রগা খঙনবা অদুনা মতেঙ পাংবগুম, পাঙলশিংগীসু অদুম চৎনবকখি। হেক পোকপগা অমসুং অঙাং অদু ঈরুক্সবিরবা মতুংদা অঙাং অদুগী নাকোং য়েৎ-ওয়দা 'অজান' অমসুং 'ইকামৎ' হায়দুনা তাহল্লি। অঙাং পোক্লিবী মমা অদুনা নুমিৎ নিফুনি মৈনীং কৃমদুনা থবক-ইনখাঙ অমত্তা পায়দনা তোঙান্না লৈ। থাউগী শরুক য়াম্না য়াওদবা অকক্লবা চীঙ্গাক খরদমক চায়। পোক্লিবা অঙাং অদুগীদমক পোক্লবা মতুং নুমিৎ তরেৎনি শুবদা অকিকা থৌরম পাঙথোকই লোয়ননা মমিংসু থোল্লি। অকিকাগী থৌবমদা অঙাং অদুগী শম অমসুং খুজিন কক্লুনা মদুগী অরুম্বা ওম্বেক্লগা অরুম্বা অদুগী চাং মান্ননা সনা নৎত্রগা শেল ওইনা লৈত-লায়রবা মীঙোন্দা শীথোকই।

মহৈ-মশিং ঃ

প্রোফেত মুহম্মদনা (স্বঃ) হায়রম্বগী মতুং ইন্না নুপা অমসুং নুপী অনীমক শোয়দনা মহৈ-মশিং তম্বিগদবনি হায়বগী মওং অদু ইন্দুনা চৎলি। ধর্মগী থাজ-থ্রারোল (কলমা) ধর্মগী

লাইরিকশিং– হোলি কুরআন য়াওনা চহী মঙা চঙলকপদগী তম্বিবগী চৎনবী লৈ। কুলগী মওংদি গুল্লিংগৈ মতমদদি লৈরমদে। মিয়াজি হায়রগা হেন্না খঙনবা ধর্মগী এদ্যুকেসন তম্বিবা ওজাগী যুমদা চৎতুনা নৎত্রগা মশাগী মযুমদা লাইরিক তম্বা হৌরকখি। অদুম ওইনমক নুপীশিংদি মহৈ-মশিং ইয়াম য়াম্না তম্লরক্তে।

লোন ঃ

মখোয়গী লোনদি মৈতৈলোননি। মহারাজ খুল্লাওবগী মতমদগী পাঙলশিংনা মৈতৈলোনবু অমত্তা ঙায়রবা ফাওনলোন ওইদুনা লাকই। মখোয়গী নুপীশিংনা জগোয় ঈশৈ, নুপাশিংনা খুল্লও ঈশৈ ফজনা অমসুং য়াম্না পাম্না শক্লন্দুনা লাকই। অদুম ওইনমক শিনফম অমা ওইনা ঈশৈ অসি শকপা লৈরমদ্রবসু মখোয়গী খ্বাইদগী মরু ওইনা লৌজবা লুহোংবগী থৌরমদা ঈশৈশিং অসি হাপচিন্দুনা হেন্না মশক খোকহল্লি। মখোয়গী হয়াও-কৃশ্মৈদি লুহোংবা থৌরমখক্তা ওইরম্মী। অতোপ্পা হয়াও-কৃশ্মৈ লৈরমদে। মখোয়গী খুন্থোরকপা অহলশিংনা ফাসী অমসুং উর্দুগী য়াহৈ-য়াতা শীজিন্নরম্বা য়াহৈ কয়ামরুম মৈতৈলোন্দা থৈদরক্তুনা অঙনবা মতমদগী ওসি ফাওবা মৈতৈলোন ওইনা শীজিন্নরি।

চীঞ্জাক ঃ

শানা খ্বাইদগী হেন্না পামজনা চায়। মখোয়না হোলি কুরআননা চাবা অমসুং থকপা য়াই হায়বা চীঞ্জাকশিং অদু চায়। তৌইগুম্বসুং কুরআননা অথীংবা থমত্রবা চীঞ্জাকশিং অদুদি চাদে। মসিবু মখোয়না হলাল অমসুং হরাম হায়না অনীথোক্লা থায়দোক্তুনা পুলিগা শাগোল্লনা হিংদুনা চৎলি। মণিপুরদা ফংবা অমসুং চাবা মনা-মশীং, ঙানচিংবা পুম্নমকসু চায়। অদুম ওইনমক মখোয়না ঙাগ্রম, মখল খুদিংমক্কী থরোই, উয়েন, চেজুমনচিংবদি চাদে।

সায়কমসিজনঃ

পাঙল নুপামচা খুদিংমক সায়কমসিজন তৌই। মসি মশাগী চহী ৭ তগী ১০ ফাওবগী মনুংদা তৌহৌগদবনি। মসিবু মখোয়না সুনত তৌবা নৎত্রগা খতনা তৌবা হায়না খঙনৈ। মসি থাঙথাবা হৈবা নাপিং হায়না খঙনবা মীওই অমনা তৌই। হৌজিক্তি হোস্পিতালদা তৌবগী চৎনবী লৈবে। মসিগীদমক শিনফম ওইনা লৈবা মীসু লৈরে।

এদল্টহ্দ ঃ

পাঙল নুপামচাশিংগী এদল্টহ্দ ওইবগী থৌরম পাঙথোকপগী চৎনবী লৈতে। নুপীমচাশিংগীদি মখোয়গী থাগী খোঙকাপ (লৈ) লাকপা হৌবদগী মীওই শুরে হায়না লৌনৈ। অসিগুম্বা মতমদা মখোয়গী নমাজ রোজা (practice of five times prayer and fasting) অমসুং চাকথুম চঙনদে।

লুহোংবা ঃ

পাঙলশিংগী লুহোংবগী মওংদি ইস্লামগী ওইবা চৎনরোল অমসুং লমদমসিগী ওইবা মৈতৈশিংগী লুহোংবগী মওং খরগা পূনশিন্নরগা তারকপা মওং অদুদা যুম্ফম ওইবনি। শাগৈ (লমদমসিগী নিংথৌনা শীবা) মনুং-মশেল লৌনদে। হায়ন-শীংনরগা য়ানরবা মতুংদা পান-কা, য়ারোইপোৎ পুরবা মতুংদা লুহোংবগী মওং অমসুং নুপী চেন্নবা মতুংদা পাউ

হায়দোক্লরগা হোঙবগী মওংনি। চেল্লবা মতুংদা হোঙবদি ব্রায়োইপোৎ পুদে।

**নিকাহ ঃ**

লুহোংবগী মওংসি নুপাগা নুপী অদুগা Contractual system নি। (য়ানরিবমখৈ লৈমিন্নবা য়ানদ্রগা কায়নবা) লুহোংবগী মনুংদা মরু ওইরিবদি 'নিকাহ' পাঙথোকপা অসিনা খ্বাইদগী মরু ওই। লুহোংবদা নুপানা নুপীদা মহর (Dower) ওইনা পী। মদু সনা ওইনা তোলা অহুমদগী মঙা ফাওবগী মনুংদা পীনরম্মী। মদু তশেংনা নুপী অদুগী লন ওইগ্রে। মহাক্না য়ানীংদ্রবদি নুপানা নুপা নৎত্রগা ইমুং-মনুংনা করিগুম্বা মওং অমত্তদা পীজিন্নবা য়াদে। লুহোংবদা গোইনানা (কন্যানা) পোৎলোয় (পোশবান), রেশম ফুরিৎ, কজেংলৈ অদুগা ইন্নফি মরু ওইবা পোৎশকনি। নুপানা শিরবানি পাইজমা, আজমেরি কোয়েৎ যেৎলি। অঙনবা মতমদদি ফৈজোম শেৎলম্মী। সনাগী লীক অশাংবা (থরোই মনীং পবেং অশাংবা) নুপাসু নুপীসু খাউন ওন্দুনা লৈতেং শেম্মী। নুপানা দোলাই মখোঙ মরি পানবা, পোপু য়াওবা, লীথাঙ হাপ্পা, মী মরিনা লেংজাও হাইগৎতুনা পুবা য়াবা দোলাইদা নুপী ময়ূম ফাওবা তোংদুনা চৎলগা কন্যা (গোইনা) পুরগা হল্লকপদা নুপানা (দামন) নীংথিজনা লৈতেংলবা শাবল য়াওবা শগোলদা তোংদুনা তপ্পা তপ্পা লাকই। মাগী মতুংদা গোইনানা চোমং কূর্পাশপ্পবা দোলাই তোংদুনা লাকই।

**য়ূমশা-কৈশা ঃ**

মখোয়না য়ুম শাবা মতমদা মৈতৈশিংনা য়ুম শাবগী য়ুম্ফম খনবগী মওং অদুদ্মা তৌবম্মী। মখোয়গী য়ুম শাগদৌরিবা ইখোল অদু কা মাপল থোক্লা য়েম্লোক্লুনা য়েংলগা ফগদবা মফমদা য়ুম্ফম থোন্দুনা য়ুম শাই। লণ্ডজা-কাক অমসুং কীরাল য়ুম্ফম তাবা মফমদা য়ুম শাদে। য়ুমগী মায়োন্দি নোংপোক্তা ওল্লি। পাঙলশিংগীসু শম্লোঙ অমসুং ফমেনবু মক ওইবা মফমনি হায়না খনবগী চৎনবী লৈরম্মী। মখোয়গী য়ুমশা-কৈশাদা শন্দংখাদা নীংথিনা লৈবোং হুক্লুনা শেল্লম্মী। য়ুমদা (মাঙ্গোল) অখূবা হায়বা উগী নমুনা অমসু হাপ্লম্মী।

**তালাক (খাইনবা) ঃ**

মসিগী মত্তাঙদদি ইস্লামগী আইন্না পীবিবা চৎন-পথাপ অদু চপচানা ইন্দুনা লাকই।

**ধর্মগী ওইবা হয়াও-কুম্মৈঃ**

পাঙলশিংগী ধর্মগী ওইবা ফেস্তিবেল খ্বাইদগী মরু ওইবদি ইদুল ফিত্র অমসুং ইদুল-জুহানি (বকরা-ঈদ)।

**মীগী মমিং থোনবা ঃ**

মখোয়না লমদমসিগী মিংগৌ অদুম কৌনে। খূদম খরা পল্লবদা– তোম্বা, চাউবা, য়াইমা, পিশক, অচৌ, থম্বালঙৌ, মায়পাক, অমুবা, অঙৌবা, থাবল্লে, উবীরৈ, তোম্বী অসিনচিংবা। মিংদা শাগৈগী মিং হাপ্পগী চৎনবী লৈরম্মী। এম দিনচিংবা হাপুনা মিং কৌবগী চৎনবীদি ইকুই কুইদ্রি হায়বা য়াই। হায়রিবা মী অমগী মিংশিং অসি অক্কিকা নুমিৎতা আববী ব্রাহৈদা মিং থোম্রে। মথক্তা মিংগী খূদম খরা পনম্রিবা অসিদি অচান মিংগৌ ওইনা লৈদুনা মী অমগী মমিং অনী লৈবসি হান্নদগী অদুম লাকই।

শেন-থুমগী ফীবম ঃ

পাঙলশিংনা মখোয়গী ওইবা সমাজ অমা লিংদুনা লাক্লবসু শেন-থুমগী ফীবম ফগৎনবা, শেম্থোক লম্বী ফননবা শৃ-নোমদুনা লাকখি। লৌউ-শীংউগী পোৎথোক, ইথোল কোইদুনা মনা-মশীং, হৈ-রা, ঙা ফাবা, শা-শন য়োকপা, শঙোম পুথোকপা, চুহী শুম্বা, য়েন-ঙানু য়োক্নুনা শেম্থোক লম্বী থিদুনা লাকই। খাজনা থীবা লম অমসুং খাজনা থীদবা লম অনীথোক্লা খায়দোক্নুনা লৌউ-শীংউবগী লমদা খুমাঙ চাওশিল্লম্মী।

ফি-বোল শাবগী মতাঙদসু পাঙলদেম অমসুং পাঙল-ইয়োং (পাঙ-ইয়োং) শীজিন্নদুনা ফি শাবগী পোৎথোক হেন্না পুথোক্লবা হোৎনখি। লংশু-নৈ শীজিন্নদুনা ফি শানবা লং অদু শৃদোকই। চাক্লা চনাং শেম্লগা মদুনা শারিবা ফি অদু য়েংবদা ফজহল্লি। উ শৃবগী মতাঙদসু মখোয়না ফুগ্রে শীজিন্নদুনা উপু-কাংথোল চন্দুনা নীংথিনা হক-খোৎতুনা শাই। চফূ শাবগী মতাঙদসু পাঙলশিংনা উরুক লৈবী চাকাগী মতেঙনা নায়া অমসুং মওং তানা চফূ (সনাবুল) শারম্মী। মসিগীদমক খাগেম্বা মহারাজনা ফুশম (পুশম) হায়দুনা শাগেগী মিংথোল শীদুনা মদুগী চাদা-নাউদা লৈবির্বাসিনি।

চে শাবা ঃ

পাঙলন মণিপুরদা চে শাবগী মতাঙদা অচৌবা শরুক য়াখি। চে শাবা কাঙলূপ অদুবু চেশম হায়বা শাগেগী মিংথোল শীদুনা ঙসিসু মখোযগী শৃথাঙ মশা-মউ ফনা হিংলি। পোৎথোকশিং অসি য়োম্থোক-য়োনশিন তৌদুনা শেন-থুমগী ফীবম য়াম্না ফবম্মী।

অশিবা অমসুং পোৎলোইবা ঃ

অশিবা নুপা নুপী অঙাং পুম্নমক মখোয়না কব্রস্তান্দা ফুমদুনা পোৎলোই। ফুমগদবা মফম অদুগী পাকপা ফুত ৪, লুবনা মী অমগী য়াঙফাওবা, শাংবনা অশিবা অদুগী মরেপনি। নুপীগীদি ঙকশম মপা ফাওবা লুহনগনি। (মসিগী লুবগী মওংসি মখোয়গী পর্দাগা য়াম্না মরী লৈনৈ) অশিবা অঙাং ফুম্বগীদমক্তি য়াম্না পাকশিল্লি। য়াম্না লৃ-নান্না ঈৎতুনা শেম্মী। অসুম্না তৌথোক্লবা মফম অদুদা অশিবা হকচাং অদু নুপাগীনা অম্ভৌবা ফি মখল অহুম, নুপীগীনা মখল মঙানা নীংথিজনা য়োম্লবা মনম য়াম্না নুংশবা থাউ চাইশিল্লগা য়াম্না তপ্না, কোক্লা অবাং ওল্লগা থম্মী। অদুগা বা নৎত্রগা উপাক্লা ফোপ হাদুনা শেম্লগা মোংফম তৌরিব অদুগী মথক (মমায়) অদু লৈবাক চঙদনবা চেকশীন্না হোৎনৈ। অদুগী মতুংদা লৈবাক্লা খুমজিল্লি। অসিগুম্বা মোংফম খুমজিনবগী মওং অসিবু জিজ্ঞাসোর খাবা হায়না খঙনৈ। অশিবা অদু কব্রস্তান্দা লৈরোন চনবা পুদ্রিঙেদা শংত্রে নৎত্রগা বোবোয় মনা হাপ্লগা ফৃৎলগা ঈশিং অদু লুম্বু লুম্বু শাবা মতাঙ ফাওবা ঈংথহল্লগা নুপাগীনা নুপানা, নুপীগীনা নুপীনা ঈকজথোকপী। তৌবতবু ইস্লাম ধর্মনা তম্বিবা মওংদা সিস্তেম নাইনা তৌই। মতুংদা অশিবগীদমক মাস প্রেয়র অমা পাঙথোক্লগা লৈরোন চনবনি। নুপীশিংদি মাস প্রেয়ব অমসুং কব্রস্তান চৎপদি তৌনদে।

**মতেং লৌখিবা লাইরিক ঃ**

১। *Muslim Contribution to culture of Manipur : Md. Riyajuddin*

২। *এম. এ. রহমানগী*

*(i) মণিপুর মুসলিম অমসুং মৈতৈলোন*

*(ii) কলচর অমসুং মৈতৈ সাহিত্যগী ইথিল*

*(iii) The Culture of Manipur Muslim (Pangal and Meitei Influence)*

৩। *মিংশেল চেক্লোন ঃ কয়ামুদ্দিন পুখ্রীমযুম*

৪। *Md. Latif Shah's:*

*Pangal appeared in People of India*

৫। *Quazi Hamid Ali :*

*The Manipuri Muslim*

৬। *The Muslim:*

*Abul Hasan Ali NADVI*

৭। *M.A. Janab Khan's·*

*Manipuri Muslim*

৮। *R.B. Pemberton's : Eastern Frontier of India*

# লোৎতুনা লৈরিবা লন : কৌনা

***সনসম ধীরেন্দ্র***

পৃথিবীগী মফম অতৈদা হৌদবা মণিপুরখক্তদা হৌবা, মণিপুরগী লৈহাও অমদি ঈশিং-নুংশিংকা চানবা, ঈশ্বরনা মণিপুরগীদমক পীবা খুদোল অমনি হায়বা য়ারবা কৌনা (রাজর রিদ) বোতানিকেল মিংদা Scirpus Lacustris হায়না খঙনবা ঈশিংদা হৌবা পাম্বী অসিনা শাবা পোৎথোক কয়া হৌখিবা চহী খরাসিদা মণিপুরদা শীংথানীংঙাই ওইবা মওংদা পুথোক্লে। কৌনানা শাবা পোৎলমশিং অসি ভারতা লৈবিবা মীওই খুদিংমক্না য়াম্না পাম্না লৈবতা নত্তনা ভারতকী বাংমদা লৈবা ফোরেন কন্ট্রীশিং মক ওইনা য়ু কে, সিঙ্গাপুর, ফ্রান্স, য়ু এস এ, মালেসিয়া, জর্মনীনচিংবা লমশিংদফাও য়োনবা ঙম্লে। শম্না হায়ববদা কৌনাগী পোৎথোকশিং অসি এক্সপোর্ত তৌবা ঙম্নবা হেন্দিক্রাফকী আইতেম অমা ওইবে হায়বা য়াবে। ঐখোয়না মপানগী লমদা চৎপদা ফনেক শেংগী নুপী উরগা মৈতৈ নুপীনি হায়না খঙনবা, ত্রেন মনুংদা নৎত্রগা হোস্তেল অমদা খুদে শেংপা উবগা মৈতৈনি হায়না খুদক্তা পুক্নীংদা ফাওবগুম মণিপুরগী বাংমদা, লংফৈদা, ইমুং অমদা, মফম অমদা নৎত্রগা দুকান অমদা কৌনা ফক শীজিন্নবা নৎত্রগা যোন্নবা থন্নবুদা ঐখোয়গী ইবমদমগী পোৎথোক ওইবানিনা মীৎতা মণিপুব, ইরমদম হেক্তা উরকই। অশংবা কৌনা পাম্বীশিং মীৎমাঙদা চোংথোবকই। শম্না হায়রবদা কৌনাগী পোৎথোক অসি মণিপুরগী কলচবগা থানবা য়াদ্রবা অমা ওইবে। মণিপুরদা শাবা হেন্দিক্রাফকী পোৎথোকশিং অসি মখল অহুমথোক্না য়েংবা যাই— অমনা ইপা-ইপু, পরম্পরাদগী শারক্লবা, শীজিন্নরক্লবা, হৌজিকসু অদুম্মক পুথোক্লুনা শেন্দাল লম্বী ওইনবিবা হায়বা অমা। খুদম ওইনা, লী-বানা শাবা পোৎলমশিং লৈবাক্লা শাবা-পোত্তরি আইতেমশিং, খুৎনা লোনবা হেন্দ ইম্ব্রোইদরীগী পোৎলমশিং অমদি কৌনানা শাবা পোৎলমশিং হায়বা অমা। অনীশুবদা, থায়নদগী শীজিন্নবক্লবা, হৌজিক্কী মীবোলনদি ইখঙ খঙদবা, শিথরক্লবা লিংগুইসিং ওইরক্লবা পোৎলমশিং হায়বা অমা, খুদম ওইনা লশিং ফি, ফিঙাইরুক, শাফি-লানফি, শাবোং, চেনচাম্মুক, মেরুক, শুক শুম্বল, চক্-উয়ান, ঙারুবাক, তুঙ্গোল অসিনচিংবা। অহুমশুবদা, হান্না সুক্রে লৈরমদবা, সুকপীন শীজিন্নবমদবা হৌজিক্তা ইনৌ নৌনা পুথোক্লরকপা, শীজিন্নরকপা হেন্দিক্রাফকী পোৎথোকশিং হায়বা অমা; খুদম ওইনা শামতুনা শাবা খোঙউপ, বুলন শু, নাপী মপালশিং অমদি তীন মহুম অকঙবনচিংবনা শাবা দ্রাই ফ্লবারশিং, কৌনানা শাবা সিত কুসন, হেন্দবেগ অমদি অতৈ লৈতেংগী পোৎলমশিং অসিনচিংবা। মথক্কী বাফম খরসি পঞ্জবগী মরমদি কৌনানা শাবা পোৎথোকশিং অসি থাযনা ইপা-ইপু হাক্তগী হৌনা শীজিন্নরকপদা নত্তনা অনৌ অনৌবা প্রদক্ত কয়া পুথোক্লুনা ব্রান্ড মার্কেৎতা ফাওবা পুথোকপা ঙম্নবা পোৎথোকশিং ওইরে।

মণিপুরদা চাউবাক্লা লম হেক্তর ১০০০ রোমদা হৌরিবা/থানরিবা কৌনা অসি হান্নদি শৃগ্নতগী ফক মখল খবা হায়বদি ফকশাঙ, ফকতেন, লাইখুরুমফক (ফক মচা), ফমেন ফক অসিনচিংবা অসিখক্তমক শানরম্মী। অদুনা কৌনাসি পৎ-পুমদুনফাও মাঙনরম্মী। অদুবু ঙসিদি কৌনাগী অনৌ-অনৌবা পোৎলম কয়া মঙং তানা, মীনা পান্নবা শানরে। কৌনা মনা অমফাও মাঙহন্দনা শীজিন্নবা য়ারে। ফক শাবগী কৌনা মকক, মতেক অরেম-অপানা পেন্সিল-কলম থম্নবা পেন স্তেন্দনচিংবা শাদুনা সুকমাও হেক মাঙহন্নদ্রে।

মণিপুরদা কৌনানা শাদুনা পুথোক্লরিবা পোৎলমশিং ঃ

- *কৌনা ফক*
- *কৌনাগী সিত কুসন*
- *কৌনাগী হেন্দ বেগ (মখল ১০ রোম)*
- *কৌনাগী পেন স্তেন্দ*
- *কৌনাগী তুপী*
- *কৌনাগী মোবাইল ফোন মথুম*
- *কৌনাগী চেগুপ্*
- *কৌনাগী চম্প*
- *কৌনাগী য়াল হেঙ্গিং*
- *কৌনাগী মোবা*
- *কৌনাগী রাউন্দ তেবল*
- *কৌনাগী ব্রিপকেস*
- *কৌনানা মরী ওইবা কৌনা খোঙউপ (নুপা-নুপী, অঙাংগী)*
- *কৌনাগী সাইদ তেবল*
- *কৌনাগী মোন্দুম-মোন্তেক*
- *কৌনাগী সনা-লুপা থম্নবা লুবাক মচা*
- *কৌনাগী চাক্লপ অমদি*
- *অতৈ লৈতেংগী ওইবা পোৎলমশিং অসিনচিংবনি।*

মীয়ামগী মীনা কৌনাগী পোৎলমশিং পান্নরকপগী মরম ঃ কৌনানা শাবা পোৎলমশিং অসি ইকো-ফ্রেন্দলী ওইবা, নিংথম-কালেন থতু অনীমক্তা অঈং-অশাগী খল মান্নানা থম্বা ঙম্বা মবম্না লাইরিক-লাইশু হৈবা, হকশেলগী কাঙলোন খঙবা মীওইশিংনা থওইনা কৌনাগী পোৎলমশিংসি কোয়থি থিদুনা লৈ অমদি চহী চুপ্পা শীজিন্নৈ।

য়োনফম ঃ কৌনাগী পোৎথোকশিং অসি মণিপুরগী কৈথেলশিংদা অদুমক চহী চুপ্পা কংঙি। দিবেলপমেন্ত কমিশ্নাব হেন্দিক্রাফকী ওফিস অমসুং রাজ্য সরকারগী কমর্স এন্দ ইন্দস্ত্রিজ দিপার্তমেন্তনা শীনবা মেলাশিংদা মণিপুরগী কৌনা আর্তিসানশিংনা শাবা কৌনাগী পোৎথোকশিং ইবা য়াদনা য়োনবা ঙম্মী। হায়রিবা ওফিস অনীসিদা নত্তনা নেস্নেল স্মোল ইন্দস্ত্রিজ কোর্পোরেসন, মণিপুর হেন্দলুম এন্দ হেন্দিক্রাফ্ত দিবেলপমেন্ত কোর্পোরেসন,

নেদফিনচিংবা সরকারগী ওফিসশিং অসিনা মণিপুর অমদি মণিপুরগী মপান্দা লীনবা মেলাশিং অমদি ইন্দিয়া ইন্তরনেশ্নেল ত্রেদ ফেয়ারনচিংবদা কৌনাগী পোৎথোকশিং অসি ফজনা য়োনবা ঙম্মী অমদি ফোরেন কন্ত্রীশিংদগী লাকপা ভিজিতরশিংনা কৌনাগী পোৎথোকশিং লৈবতা নত্তনা মথা তানা মতম চূপ্পগী ওইনা লৈনবগীদমক ওর্দরনচিংবসু লৌই।

**শেন্দোং ঃ** কৌনানা শাবা পোৎলমশিং য়োনবদা শেন্দোং য়াম্না তানবা ঙমদ্রবসু চাং নাইনা অমদি লেপ্তনা শেন্দোং ফংবা ঙম্মী। আর্তিসান অমনা থা অমদা চাউরাক্না লুপা লীশীং তরেৎ-নিপাললোমদি শেন্দোং ওইনা ফংবা ঙম্নরি।

**মপুন্সি ঃ** কৌনাসি অমুকপু হৌশ্রবদি চহী ৩০/৪০ রোমদি অদুম্মক হৌদুনা লৈ। মরক-মরক্তা পেংথোকপা, অনৌবা চার থাজনবনা কৌনানা ফজনা হৌবা ঙম্মী।

**মণিপুরগী কৌনা থাবা মফমশিং ঃ** মণিপুরগী তম্পাক্কী লম-লোইচিং-লোয়া, চীংখোঙ-চীংয়া, পাৎয়া অমদি খুঙ্গংগী মফম অয়াম্বদা পাক-শন্না কৌনা হৌনরগসু থৌবাল দিস্ত্রিক্তকী মনুং চনবা মফমশিং অমদি ইম্ফাল ইস্ত দিস্ত্রিক্তকী মফমশিংদনা হেন্না কৌনা হৌই অমদি কৌনাগী পোৎথোক মরাঙ কায়না পুথোক্লে। থৌবাল দিস্ত্রিক্তকী কৌনা নীংথিনা হৌরিবা/থারিবা মফম খবদি খাঙবোক, চবাংপাৎ, লৌবেস্থম, ভুখোংপাং, শিখোং, লামৈথেৎ, নোংপোক সেকমাই, যাইবিপোক, য়াম্বেম, অন্দ্রো, বাংজিং, তেম্বার্নাচিংবা মফমশিংনি। ইম্ফাল ইস্ত দিস্ত্রিক্তকী নাপেৎপলি, লম্লাই, তখেল, কোংপাল, নিঙেল খুল অসিনচিংবা মফমশিংদসু কৌনা হৌবি।

**কৌনা শূবা মফম খরা ঃ** তম্পাক্কী খুঙ্গংশিংদা লৈবা মীওই অয়াম্বনা কৌনা শূনরগসু য়োম্নবা অমদি মেলাদা পুথোক্লবা য়াম্না কন্না চহী চূপ্পা কৌনা শূবা মফম খবদি — ইম্ফাল ইস্তকী কোংবা, অন্দ্রো মরিংথেল, সোইবম লৈকায়, খুন্দ্রাকপম, বিষ্ণুপুর জিলাগী কুম্বী, কাক্চিং, থিনুঙ্গৈ, মোইবাং অমদি নম্বোলনচিংবদসু কৌনা শূনৈ। অমদি ইম্ফাল ৱেস্ত দিস্ত্রিক্তকী হৈনৌ খোংনেম্বী. কোগ্পেং লৈকায়, লমশাং, খুম্বোং, মোইদাংপোক, কোন্থৌজম অসিনচিংবা মফমদসু কৌনা শূনবি।

**কৌনাগী আর্তিসান মশীং ঃ** কৌনা ক্রাফ্তা শিনফম অমা ওইনা লৈবা আর্তিসানগী চপচাবা মশীং খঙবা ঙমদ্রবসু মণিপুরদা চাউবাক্না মীওই লীশীং অনীরোমদি কৌনাগী শিনফমদা মায় ওনশীন্দুনা লেপ্তনা আয় লাক্লবা হোৎনবি হায়না পানবি।

**কৌনাগী এৱার্দশিং ঃ** কৌনাগী পোৎলমশিং শাবদা থোইদোক-হেন্দোক্না মখূৎ-মশা হৈথোই-শিংথোইববা কৌনা এক্সপার্তশিংদা ভারত সরকাব অমদি রাজ্য সরকারনা আর্তিসানশিংগী পুক্নীং থৌগৎপা ওইনা নেশ্নেল এৱার্দ অমদি স্তেত এৱার্দনচিংবা চহী খুদিংগী তোঙান-তোঙানবা ক্রাফশিংদা পীবি। হৌজিক ফাওবদা কৌনা ক্রাফতা নেশ্নেল এৱার্দ অহুম অমসুং স্তেত এৱার্দ তরেৎ লৈরে। এৱার্দশিং অসিগী মনুংদা ময়াং ইম্ফালদগী মমীৎ অনীমক উদ্রবা এমদি হফিজ সফাউদ্দিন কৌবা স্তেত এৱার্দ ফংলবা আর্তিসান অমসু য়াওবি।

**তুংগী আশা ঃ** মণিপুরগীদি 'লোৎতুনা লৈরিবা লন' নি হায়বা য়াববা কৌনাগী পোৎথোকশিং অসি নোংম-নোংমগী দিমান্দ হেনগৎলক্লিবা হেন্দিক্রাফ্তকী আইতেম অমনি। মণিপুরবু মালেমগী কৈথেল্দা মশক তাকপা ঙম্লিবা কৌনাগী পোৎথোকশিং অসিবু পুথোক্লিবা

ঐখোয়গী আর্তিসানশিং অসিগী তুংগী আশা য়াম্না চাউনা তৌবা য়াই। মণিপুরদা মমিং লৈরবা নন-গবর্ণমেন্তেল ওর্গেনাইজেসনশিং, এসোসিয়েসনশিংনসু মশা মশাগী ওইবা সেল্ফ-হেল্প গ্রুপশিং লিংখৎনদুনা মণিপুরগী কাচিন-কোয়া শীনবা থুংনা কৌনাগী পোৎথোক ফজনা পুথোক্নবগী এৱ্যাবনেস প্রোগ্রাম দিজাইন ৱার্কশোপ অমদি স্কিল অপগ্রেদেসন্নচিংবগী ট্রেনীংনচিংবা কয়া লেপ্তুনা পাঙথোক্লরি। ইপা-ইপুগী পাউরৌদা থাজদবা কৃমদা লেপ্লে ঙা লৈ হায়নবগুম মণিপুবগী শেম্মীংলোন চাওখৎহনবদা ইথা থাজদনা কৌনানা নোংমদি অচৌবা থৌদাং লৌবক্তনি হায়না অখঙ-অহৈশিংনা অচেৎপা থাজবা থম্লি।

# মণিপুরী সাহিত্য ঃ হৌজিক অমসুং তুং

*বোসনা য়ামবেম*

*হৌজিক মণিপুরী সাহিত্তাগী ঈহৌ লোইরে। ঈচেল পীক্রে। পঙ্কজনাগী অকনবা খোঞ্জেল নংরে। অনাকপী নাহেবা খোঞ্জেক্রি। থাজৈশেংনমক অকনবা ক্রাইসিস অমনি; কাঙবু খবনা লায়কম্লনবা থাম্লনগী মৈতৈ সাহিত্যাগী গন্ধমাদন কুণ্ডদকপী লাক্লরি। অদুবু চিংনবদি শিদ-হীদাক য়াওবমদবা য়াই !*

— এলাংবম নীলকান্ত

কুনমাথোইশুবা শতাব্দীগী অঙনবা শরুক অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক লেপ্লবা হোৎনবা অবায়বা থবক অমা নত্তে। মণিপুরী সাহিত্য নৈনরিবা, মসিগী খোঙচৎপু কৃপ্লা য়েংলিবা মীওইশিংনদি মসিগী মিহুল শোয়দনা খঙফমসু থোক্লি। অমুক্কসু মিহুল অসিবু য়াম্লা কৃপ্লা নৈনহৌদবা তাবর্গাদি মায়ওন অমবোমদা চংখিবসু য়ানা লৈবি। মরমদি লান মমাঙ অমসুং মতুংদা ওইবম্লা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক্কা কুনমাথোইশুবা শতাব্দীগী অঙনবা শরুক অসিদা ওইরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক্কা মাম্লদনা লৈবি। হায়রিবা মতম অনী অসিবু খল থাদুনা য়েংনবা মতমদা কুনমাথোইশুবা শতাব্দী অসিনা খবা খীং লমথনা লৈবে হায়না উগানি। লমথনা উবৰা শরুক অসি মণিপুরগী ময়োনখত্তদা নৈশিন্দুনা লৈবম্লা অদুনা মণিপুরগী তম্পাক অমসুং চাংগী লমশিংদা মসা-মবেঙ চাউথোবক্কুনা ময়াম্লা হৌ হৌ তৌবকপা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ অমা যাম্লা কম্লা চঙশিল্লক্রে।

নৈনবিবা ৱাবেং অসিগা মক ওইবা পান্দম অনীখক্তা — মশাগী মশানা তাক্লবা মচাকশিংগা লোয়ননা ফংবা ঙম্লব্রা হায়বা ৱীংয়েংশিং অদুবুনি। অহানবা ৱীংয়েংদা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী সমস্যা; অনীশুবা ৱীংয়েংদা তুংগী মণিপুরী সাহিত্যনা কদোমদা ওনগদৌরি। ৱীংয়েংশিং অসি হম্ফুগী মতমদা ওজা নীলকান্তনা 'হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য' হায়বা ৱারেং অমদা মঙাক চুম্লা নৈনবিরম্লবা হীরম অমসু ওইরি। সাহিত্য হায়বসিনা মীওইবা সমাজগী মবক্তা মিগুম্লা কোয়হৈন ইম্লবা অমা ওইবনা মীওইবা সমাজনা ওম্লিবা মায়কৈরোমদা সাহিত্যসু অদুম ইম্লদুনা চংলি। অদুনা হম্ফুগী মতমগী মণিপুরী সমাজগী মশক্কা কুনমাথোইশুবা শতাব্দীগী মণিপুরী সমাজগী মশক্কা মান্নরক্তবা কয়া অসিনা ৱীংয়েং অসি অমুক হন্না য়েংবগী তঙাইফদবা অদুসু লৈবি। অদুগীসু মথক্তা ঐখোয়গী হৌজিক্কী পুন্সি অসি মোং-হাদনা থা তরুক নিঙ্খি অখৎতুনা শূ-নোম্লগা চহী অমগী চানবা চাঙ্লাক খোমজীম্লগা পৈদুনা থম্লগা থা তরুক অমদি হরাও-কুম্মৈ তৌদুনা নুংঙাইনা লেম্লম্লা পুন্সি অদু লোইরে। হৌজিক্তি চরাঙনবা, লৈতাফম খঙদবা, শূবম-চারম খঙদবা, গ্লোবেলাইজেসন্না লৈবাকসিগী শেন-থুমদা কম্লা শীংনরকপা, মীনা শূরম্লা থবকশিং মেছিম্লা মহৎ শিনখিদুনা ঐখোয় লৌবুক-লমহাঙশিং ত্রেক্তরগী মখোলনা

নিল্লকপা, নোংমগী খূৎশুমল য়োল্লগা চারা তান্নবা হোৎনরকপা, মশাগী মশক্কীদমক নীংতম্বা তাল্লকপা, মহৈ-মশিংগী থাক্লা ৱাংখৎনরকপা লোয়ননা লৈবাক অসিগী রাজনীতিদা থাজবা মাঙলকপা, রাজনীতিগী শক্তি পায়রিবশিংনসু মপূকচেল শেংলক্তদুনা কংথোকপা লৈরক্তবা কয়া অসিনা ককগুাওনদুনা লম্যাওনবা পুক্কিগী মশক অমা লৌরকপা কয়া অসিগী মমিসু মণিপুরী সাহিত্যদা ময়েক শেংনা তারক্লি। অদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী মমলসু হন্না লেপ্পা তারকই।

হৌজিক অমুক চোংথোরক্লিবা ৱাহংদি– হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী সমস্যাসি করি করিনো? হৌজিক থোরক্লিবা সাহিত্যগী পোংথোক্কা মগুণগা খল মান্ননা চংমিন্নবা ঙম্লিব্রা? তোঙানবা সাহিত্যগী সংস্থানশিংনা অসুম অসুম হেক্কৎলক্লিবনা করিগী? ঐখোয়গী ওইবা সাহিত্যগী মশক অমা পুদুনা চংপা ঙম্লব্রা? ঐখোয়গী সাহিত্যনা মণিপুরগী ৱাংমা লায়া চংখিবা ঙম্লব্রা? অসুক য়াম্লবা অইবা অসি ইবদা শিনফম ওইবা ঙম্লবা মীওই য়াওব্রা? অইবশিং অসি শেন-থুমগী অব্বাবা মায়োক্লদব্রা? মীতৈ ময়েক্কী সমস্যা অসি মণিপুরী সাহিত্যগী সমস্যা ওইনা লৌরব্রা? তোঙান-তোঙানবা মখলগী ৱাহং কয়ানি। চপ চাবা পাউখুম পীবসু লুগদৌবা সমস্যাশিংসু য়াওরি। সমস্যা অমমমনা লুম্নবা নম্বো ঙাক্তনি হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যনা মায়োক্লদুনা লৈবিবা।

মণিপুরী সাহিত্যগী সমস্যা অসি মখা তানা নৈননা হৌদ্রিংঙৈ মমাঙদা মবিকুমঙাগী মতমদা দা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা 'মণিপুরী সাহিত্যগী সমস্যা' হায়বা ৱাবেং অমদা সাহিত্যগী সমস্যাবু অসুম্না মমল লেপ্পী : "শম্না হায়ববদা সাহিত্যগী সমস্যা হায়বসি কলা কৃষ্টিগী সমস্যানি। অদুনা কলা কৃষ্টিগী মীৎয়েংদগী অইবশিংনা হৌজিক্কী মতমদা থেংনবিবা সমস্যাশিং পুথোক্লবা হোৎনবনা ঐগী মপূং ওইবা পান্দমনি।" দা. তোম্বীনা পুথোবক্লিবা সাহিত্যগী সমস্যা অসি অইবা অমগী মফমদা লৈরিবা নুং অমসুং পানগী মুক্লবা অদুবুনি। মসিনা য়াম্না তেল্লা বুদ্ধি লৌশিংগী লম্বীবোমদা চঙশিনখিবা সমস্যানি। হৌজিক্তা ঐখোয়না পূম্না য়েংবা য়াবা লমদি নুং অমসুং পানগী সমস্যা অসিগা ইবোয়নদুনা চংলিবা মণিপুরী সাহিত্যনা কোল্লিবা অইবশিং, অপাবশিং, থরায় যাওজবশিং, সাহিত্যবু পামজদশিংগী পূল্লগা শূপচীনবা য়াবা সমস্যাশিং অদুবু পুথোক্লনা খম্নবা হৌজিক্তি চুল্লগনি। বুদ্ধি অমসুং লৌশিংগী সমস্যাশিং অদুবুনা ৱাবেং অসি চাউথোকখিগদ্রা কিবদগী খরগীমখৈ থাদোক্লবা হোৎনবি। খুদোংচাবা অমদা অমুক হন্না শৈরেং, ৱারেং, কিস্সন, দ্রামানচিংবা হীরমশিং য়াওনা নৈননবগী তাঙ্গা অমা থম্লি।

হান্ননা মণিপুরগী ময়োলখক্তদা নৈশিন্দুনা লৈরম্বা মণিপুরী সাহিত্যনা চীং অমসুং তমদা মসা-মরেঙ শন্দোরক্লনা মরিকুগী অথেঙবদা মণিপুরী সাহিত্যনা লাকই। মতাঙ অসিদা ঐখোয়না উরিবদি মতম অসিদা লৈবাক্লা শকখঙলবা অইবশিংনা লাইবিক ইদুনা ফোঙলকপগী মহৎতা অনৌবা অইবা কয়া অমা মায়কৈ মরিদগী লাকখি। ঈশিং ঈচাওগী মতৌগুম্না লাকখিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ অসি মীওই খরতনা খূৎ থেক্লনা পাবা যারম্বা অদুগী মহৎতা পাবা ঙমদবা মশক অমসু ওইরকই। লুরক্লিবদি পুথোক্লরক্লিবা লাইরিকশিং অসিগী মগুণনা কদায়দা থম্বা য়ারিবগে হায়বসি অচৌবা সমস্যা অমা মণিপুরী সাহিত্যনা মায়োক্লবক্লি। মসিদা হংবা য়ারক্লিবা, থিবা য়ারক্লিবা লম্বী অমনা সাহিত্যগী সংস্থান অমখক্তা লৈরক্লদগী হৌজিক্লা মণিপুরগী

ময়োলদা অমসুং মসিগী অকোয়বদা সংস্থান কয়া অমা করিগী লাক্লিবনো? ঐখোয়গী সাহিত্যগী পোরমদা অশোয়বা লৈরব্রা? অমুকসু অইবশিংনা মাগী মাগী মফম অমমম কনবা গুম্লবা য়াম্না কল্লা হোৎনরকপগী মমি অমবুদি য়াওরিবনি। মতমনা পুরকপা পোৎ অমনি হায়দুনা ঐখোয়না লৈখোকপদি সমস্যা হেল্লা লাক্রবগী লম্বী ওইগনি।

মপানগী ইথিল করিমত্তা চঙ্গিষ্ট্রিঙেগী মতমদা পাম্বোইবী খোঙ্গুনগী ফজবা হৌজিক্কী মতমদসু সাহিত্যগী মগুণ মাঙদনা লৈরি। মোইরাংগী শায়োন তরেৎকী ফজবা নোংম-নোংমগী হেক্কৎলক্লি। অমুকসু কোক প্রামাদা শাগৎলকখিবা লমদম অসিগী ৱারী কয়া অমসু মরাঙ কায়না লৈরি। মখোয়গী ফজবা মাঙখিষ্ট্রি। অসিগুম্বা ঐখোয়তগী ওইবা সাহিত্য অসি অনৌবা মণিপুরীশিংনা শম্নদনা চহী চনী হেল্লা অতোপ্পা লোলগী সাহিত্যগা শাগোম্নদুনা লাকখি। মতাঙ অসিবু অশাংবম মীনকেতন্না অসুম্না ফোঙদোক্লি – *"শালি কুল্লাংনা কুমওনবা/তরানী পাল্লা ওইওইনা/নীকৃগা তরুক রায়রকপা/মৈতৈ সাহিত্য জগৎনুং/কুল্লাং চনী মম্লুবা তুং/নোংনা গুনকুংদ তৌরকপা, তাপ্লাদা/ইমারোম্না য়াওল্লকন্তৈ/চেক্লাশিংনা শৈরাংজন্তৈ ইমাদা/মখৌ পোত্তনা শৈরাংখিবা/নুংশিখোম্না লোজরবা/কাঙ্গীকোন্না লাঙ্গোঙবা/কদায় কমল চেক্লাদে"*, (ডা. কমল লৈতবদা)। চহী চনী হেল্লা মীবায়না লংখোকুনা থম্লুবনা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য শাগৎলকপা মতমদা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী সাহিত্যগী পাদম পায়রদুনা ঐখোয়গী সাহিত্যগী মমল লেপ্পবা হোৎনরি। মখোয় মখোয়গী পাদম অসি পায়রগা কোক হেক থাংজিল্লকপদি য়াম্না লাইবক থীবা অমনি। ঐখোয়গী মণিপুরীশিংনা মতৌ তম্বদি নৌনা শেমগৎপা হৈবগী মগুণ অমা য়াওজরি। মখোঙ মথৃৎতা মমীৎ পাল্লি হায়নরিবা কাঙলুপ অমনা মখোয় মখোয়না ফংলুবিবা মীৎয়েং ময়াম অদৃগী তোপ-তোম্না মশক অমা পুখোকপগী দরকার অমসু ঐখোয়গী মাঙদা চাউনা তাদুনা লৈবি।

হৌজিক অমুক ঐখোয়না নৈনবা য়ারিবা সমস্যাদি যাম্না য়াঙনা হায়-তেক ওইরবা, গ্লোবেলাইজেসনগী মীৎয়েংদা পিশক পীকশিল্লবা পৃথিবী ঐখোয়গী পুন্সি, সমাজ, হিংলিবগী মওং, রাজনৈতিক, অর্থনৈতিক্কী মওং-মতৌ অসিবু কবম্না তৌবিবগে হায়বসিনি। মবমদি হায়দিবা হীবম খৃদিংমক অসিগী মমিদি ঐখোয়গী সাহিত্যদা তারক্কদৌবনি। মসিদি পোৎ অমগা অমগা লোয়নবিবা মমিগা মান্নবা মশক্লি। মীৎনা উবা গুম্বা পোৎশক অমা লৈবা তাববদি মাগী মমি অমা শোয়দনা লৈবগুম্না মথক্তা হায়প্রিবা হীবমশিং অসিগী মমিসু সাহিত্যদা শোয়দনা তাবক্কনি। য়াম্না লুবক্লিবা ৱাফমদি হায়রিবা হীরমশিং অসি মতম লৈবা খিবিক্তা লেঙদনা খক লৈগন্দে। মতমগী খোঙচৎনা মীকুপ কাংদনা চৎপনা মহাক্কী মশকসু মতমগা শাগোম্নদুনা অদুম চৎলি। অদুনা মীওইবা সমাজ, মীওইবা পুন্সি মতমগী খোঙচৎকী মতুং ইন্না চৎলি।

অসিগুম্বা মণিপুরী সমাজগী মশক অদুবু দা. নোংমাইথেম তেম্বী সিংহনা অসুম্না শীংথাই : "হৌজিক রাজনীতিগী মায়কৈদা অহোংবা অমা লাক্লে। নহারোল কয়ানা নোংমৈ পায়বা, মনুংদা লোৎতুনা লালহৌবগী ইহৌ অমা লাকই। ... রাজনীতিগী লুচিংবদা থাজবা লৈত্রবা, মখোয়গী লমজীংবু শেঙ্গা-থুমজানা থম্লবা অফং-অফং চিংনববা, শম্না হায়রবদা লুচিংবা লমজীংবিনবা লৈত্রবা সমাজ অমা ওইরে। চোপ-চোপ লাক্লরবা, নিয়ম ইন্দ্রবা, মশা মশাগীতা

খনবা, হৌজিক হৌজিক্কীদা ময়েংবা, অহন-লমন, অমাং-অশেং, থকলি-খালিগী লোনচং লৈত্রবা মহে তম্বনা অফবা মী শেমগনি হায়বগী থাজবা মাঙখ্রবা, নুপা-নুপীগী লমচং কোল্লবা, কাং-খোং চাইরবা, মোংনা-মাংনা পানবা সমাজ অমা ওইরি।" (মণিপুরী সাহিত্যগী সমস্যা) পীরিবা ঐখোয়গী পুন্সি অমসুং সমাজগী মশক অসিদগী খরা থজিক হেনজিল্লকপা হায়ববু তুংগী লম্বী উরক্তবা, পুম্নমক অসিবু খঙলু-উরকগসু লাউবা ঙম্লক্তবা, লালহৌবা অমসুং মসিবু লাকশীন্নবা হোৎনবগী নাকল অনীমক্কী চৈথেঙনা মীচম প্রজাদা চপথায়রকপা অসিনি। অসিগুম্বা পুন্সি অমসুং সমাজগী মমিদু ওজা নীলকান্তগী অথেঙবা শৈরেংদা ঐখোয়না মতেক অমত্তং য়েংবা যাই, *"ইজবা ঙাওজবা হিংজবা পুম্নমক/ইনীং তৌনা ফোঙদোকচবা ঙম্রিবরা?/ প্রজাশিং চপ লেপ্তুনা খাঙলি হিংসাগী ক্রোস কায়রদা/নাকল অনীমক্তগী কাপশিন্নরকপা/ মাহং অসিবু অমুক্তং হংদোকপনা চুম্লা/ঐখোয়গী লৈঙাক-শাসন পায়রিবা মন্ত্রীশিংদা/নংত্রগা প্রজাশিংদা/মৈরা পায়বী ইমাশিংদা/মখোয়না করি খুন্নকপা/মদুমসু খঙদোকপনা অচুম্বা ওইরোইদ্রা?"* (মণিপুবদা গণতন্ত্র– আমেরিকাগী ঈশৈ)। কবিগী অচুম্বা মীৎয়েংনা মীচমগী থস্মোয়বু হম্লগা পুদুনা চৎপা ঙম্মী, অদুনা গ্রীক্কী অঙনবা মতমদা প্লেটোনা কবিদি লৈবাক অদুদা লৈহন্লোইদবনি হায়বকই। অঙনবা ঐখোযগী সাহিত্যদসু নিংথৌগী মায়োক্তা কবিগুম্বা অমত্তা হায়বা ঙমত্রবদা হৈ-শিংনা 'নুমিৎ কাপ্পা' পুথোকখি। অসিগুম্বা মীওইবগী সভ্যতাগী থেংথাঙ কয়াবু ওজা নীলকান্তনা পুন্সিগী লোইবমদাই পুংফমদা নীংশিংলকই – হৌজিক্কী পুন্সি। অদুনা অমুকসু বিবেন্দ্রজিৎ নাওরেম্না হৌজিক্কী সমাজ অমসুং পুন্সিগী মশকপু অসুম্না ফোঙদোক্লি– *"মণিপুব/নহাকপু অমুক কনবা তাবিবরা/নচাশিংগী থৎ তগী? থোক্লিবসি নুমিৎ অনীনি/মঙালতানি যাওদবা/মৈশাদি কয়াদা য়াকখ্রবা/মৈবুলনি মখোয় মৈবুল/নুংদনা অমা পান্দনা অমা/ইমা ইমাদি হায়বগা/তাস্নোয তাহনগদৌরি নঙবু।"* (কাম্নদ্রবা নুমিৎ - তুবেল নঙদি)। হৌজিক্কী মতমগী অইবাশিংগী নুংদা ওৎতুনা লৌবিবা পুন্সি অমসুং সমাজগী মশক অমনি।

সরভাইবেল ওব দ ফিত্তেস্টকী অয়োবী থাকনি হৌজিক্কী পৃথিবী। মণিপুব অসিদসু মসিগী মচং অসিনা লীংশিল্লক্লুনা লমদম অসিগী মীওইশিংদসু চুশিল্লকই। মসিমদি হিংনবগী হোৎনরকপদা মহৌশানা পীরবা খুদোল অমনি হায়নসু লৌবা যাই। অদুনা ত্রীবীরেম্না মীওইবাসিসু শাহিং ঙাহিং চাবা মিনুংশি য়াওদবা মীওইবগী থস্মোয় পান্দবা অমগী মশাক্ত হায়দুনা হৌজিক্কী পুন্সিগী মশকপু তাক্লি *"মীগী মরক্তা লমগী শানা তাইবঙ মীগী মায়খুম উপ্তুনা/তাইবঙ মী শাদুনা/মশক লোৎতুনা/নীংঙাইদনা কোয়চং চংলি/মচীঙাক থিবা/ইঙাল ঙানবদা/শারাক তম্মী/তাঙ্গা য়েংলগা।"* (ক্যাম্ফ্লেজ– সনাগী কৈরাক)। অসিগুম্বা মীওইবগী নুংদা চঙশিনখ্রিবা তমথীরবা মিনুংশি অমসুং মীওইবগী মরী মরক্তা অচৌবা শীংচেপ অমা ওইরক্লিবা মীওইবগী বাখলগী মশকপু তাইবঙদা মণিপুরীশিংগী অয়ুক-নুমিদাংগী পুন্সিদা মায়োক্লরিবা মীশি-মীনাগী মশকপু থাংজম ইবোপিশক্না অসুম্না পুথোবকই, *"নুপী অমনা মমাঙদা বোড়া শন্দোক্লগা/নোংমৈনা পান্দুনা শিববা/অপীকপা নারাশিংগী হকচাংশিং/অঙম্না থাদুনা য়োল্লি/ঈশিং থীক্লদুনা নাম্ল-নাম্লদুনা/হায়রকই নীংঙাইদনা নোক্লা নোক্লাঃ'কনাগীসু নত্তে/*

*মী অতোপ্পগী মচকা অমত্তা নত্তে/ঐখক্ত্রা পোকচবা ইচাশিংনি।* "(মীগী মনম- মীগী মনম)।

কুনমাথোইশুবা শতাব্দীগী অণ্ডনবা শরুক অসিদা লমদম অসিদা ওইরিবা সমাজগী ফীবম অসিবু কিক্কবা, পাখংলুবা, থ্রিপাইক্লবগী মহুৎতো অসুম অসুম হৈনরকপগুম্বা রাখল মীংয়েং অমা রাজকুমার ভুবনম্নাগী শৈরেংদা উবা ফংলি। মহাক্কা হায়— *"হেন্দ গ্রেনেদ অমগী মতোন্দা কমজগে/য়াম্বরদুনা খোঙসি/হাইর-হাইরদুনা খাদা রাংদা/শান্নজগে নুংঙাইনা।"* (হেন্দ গ্রেনেদ— মৈ ঈশিং নুংশিং লৈবাক অতিয়া)। অরাম্বম ওংবী মেমচৌবিনা তুংদা হৌরক্লিবা মীয়োলবু কংলাশাগী সিস্কল লৌরদুনা ইমেজরী ওইরদুনা নমথবিবগী, তুহংশিবগী খাঙওমদ্রবা চৈনা অদুবু মখোল খোক্কা লাউরকই; *"খঙহৌদনা ফাওগংলকখি কংলাশা/অনৌবা শাদোং অনৌবা ষ্ট অনৌবা থৌনা/পাঙ্গন খোক্কো ময়াই কানা/খোংলকই, খেক্লকই/খুমাঙ অনী হোং মখৈনা মালেমদা কু।"* (ইদু নিংথৌ- ইদু নিংথৌ)। শরতচান্দ থিয়াম্মা বোম অমা পোকখায়বকপা, নোংমৈ অমা কাপ্পকপা কনানা করিগী ওইহল্লিবনো খঙবা ঙমদ্রে। হংবসু ঙমদ্রে। অদুবু য়ুমগী মশক ওইরিবী ইমা মণিপুর নঙতদি খঙঙি; কনা করি তৌরি, করি খল্লি হায়বসি হায়না অসুম্না হায়— *"পোকখায়বকই হৌনা বোম অমা কুমদুনা লৈরম্বা/য়ুম মনুংমতন্দা/কনানা কুম্নবনো?/করিগীনো?/য়ুমসিনদি খঙলমগনি।"* (য়ুম- য়ুমলিংদবশিংগী য়ুম)।

অতোপ্পা সমস্যা অমখক্তংগা লৌখংতুনা ঐখোয়না য়েংবা য়ারি। মণিপুরগী রাংমদা তারিবা মণিপুরীশিংনা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল কয়া তম্লক্লি। ভারতকী মনুংখক্তদগী নত্তনা ভারতকী রাংমদা তাপ্লবা, কানাদা, বাংলাদেশনচিংবদা লৈম্লিবা মণিপুরীশিংনা লেপ্পা লৈতনা লাইরিক কয়া ফোঙলক্লি। কানাদাদা লৈরিবা খোকচোম শোণীনা মাগী লাইরিক ফোঙবা খুদিংগী মণিপুরদা লাক্লগা লাইবিক ফোঙঙি। অদুনা মাগী লাইরিক্তি পাবা ফংলি। বাংলাদেশকী এ কে শেরাম, শেবাম নিবঞ্জন, অপু, সনাতোননচিংবা মীওই কয়াদি মশা-মশাগী লাইবিক পুথোকশদা নত্তনা মণিপুবী চেকোঙ, ইথিল, শাজিবুনচিংবা মণিপুরী চেকোঙ কযাদা লেপ্পনা শৈবেং ইরি। অসাম অমসুং ত্রিপুবাদা লৈবিবা মীওই কয়াসু শৈরেং ইবি। লাইবিক কয়া ফোঙলি। লাইবক থীরিবদি মখোয় মখোযগী লাইবিকশিং অদুনা মণিপুর য়ৌবক্তনা পাবা ফংবগী খুদোংচাবা অদু ওম্লোক্কা লাপ্পা লৈস্লে। অমুকসু মখোয় মখোয়রোমদসু ঐখোয়গী য়ামদ্রবদা সাহিত্য একাদেমী অৱার্দ ফংলবা লাইবিকশিং পাহনবা ফংনবা থৌবাঙ ফাওবা লৌখংনদুনা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী মপুং ওইবিবা ইচেল অসি করিনো হায়বদু ঐখোয় পুম্না খঙদোকমিন্নবগী তঙাইফদবা লৈরি। অতৈ মতমদা ফংবা ঙমদ্রবসু চহীগী ইম্ফাল বুক ফেয়ব দিসেম্বব ১৫ দগী হেক হেক পাঙথোক্লিবা অসিদা নাকল কয়াগী লাইরিকশিং অসিবু খোমজীন্দুনা মীয়ামদা ফংহনবগী তঙাইফদবা অমখক হৌজিক্তি লাক্লে। মযোন্দা লৈবিবা ঐখোয়না মন্নাম্না ওইবগী মতৌদা মপানগী মীওইশিংবু চিকোন-নাউকোনবগী লম্বী অমা য়াংপা য়াম্নমক তঙাইফরক্লি। অদু নংত্রবদি মাগী মাগী নাকল অমমমদা চংনখিদুনা উনফম লৈতবা অচুম্বা লৈই অনী তারক্লনি। মণিপুরী সাহিত্যদা সমসা খরা হৌজিক মায়োক্লরিবা অসিগী তুংদা ওইরক্তদৌরিবা আশাদি করিনো? হৌজিক্কী ফীবমসিমক অসুমক লেঙদনা লৈবগদ্রা? নংত্রগা খংহোং হোংদুনা তোপ-তোপ্পা সাহিত্যগী মচং অমা লাক্তদৌরিব্রা? করি ওইখোরকপা য়াবা লৈরিবগে? নংত্রগা মণিপুরী লোলনা মশক কা হেন্না

হোংখিদুনা অনৌবা মীরোললনা পাবা ওমহ্রবা গ্রীক অমসুং সংস্কৃত লোলগী সাহিত্যগী অরাবা অদু মায়োক্লগদৌরিব্রা? নৈনবা য়াবা য়াফম ওাক্তনি।

হৌজিক্কী য়াম্না হায়-তেক ওইববা পুন্সি অসিদা ঐখোয়গী পুন্সি লেঙদনা লৈমু হায়বা য়ারক্লেই। মতমগী খোঙচংনা লেপ্তনা অসুম চংলি। মীওইবা পুন্সিসু খোঙচং অসিদা মমিগুম্না ইম্নরি। অদুনা পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা থেংতুনা থম্নরি, 'ব্রি হেব চেঞ্জ অবার লাইফ'। হোংবা হায়বসিমদি শোয়দ্রে। অদুনা ঐখোয়গী পুন্সি মরেল, হিংবগী মওং, লমচং-শাজং, রাখল মীংয়েং সমাজ পূম্নমক হোংলক্তনি। মসিগী মমিসু ঐখোয়গী সাহিত্যদা শোয়দনা তারক্তনি। অসিগুম্বা অহোংবা মতমগী থিংবা ওমদবা মচং অসিবু য়াম্না ওয়া খ্বাইরাকপম চাউবনা অসুম্না হায়, *"মেল্লো লাউ মেল্লো লাউ, লোইনা নীংখায়রে।/সাহিত্যগী পনয়ায়মক্তগা হাম্না নমখায়রে/...লাইকক চাউবা ঈশিংপা! থোইনদুম য়ানখায়রো/চেমক্লিবা ঈচেল অদু ঈশাক্তসুম তিলহনল্লো/মতমগী ঈরৈ অকনবা, কনানা থিংগনি/অরিকগী মহুংতা অনৌবা, মহৌশাগী নিবমনি।"* (নীংখায়রে)। পৃথিবী ফাওরিবা কবি তি এস ইলিয়তনসু 'অকবা অনৌবা অমা হায়বসি অকবা অরিবা অমদগী পোক্লকপনি' হায়না অকনবা মোত পীবিবনি। অদুনা হৌজিক্কী তুংদা ঐখোয়গী সাহিত্যনা মশক হোংদুনা লাক্তনি। লাক্তদৌরিবা অহোংবা অসিনা মপাঙ্গোংগী শরুক্তা শোয়দনা ওইফম থোকই। মরমদি অকবা সাহিত্য অমা হায়বসি দব্লিউ জে লোং অমসুং দব্লিউ ঐচ হদসনগী মোত মতুং ইন্নদি, 'জাৎ-বিজাৎ খায়দে, ধর্ম খায়দে, মফম মতম খায়দে' হায়রি। অদুগা অমুক সাহিত্যনা থিরিবা মপূং ওইবা পান্দমসু খ্বাইদগী ফজবা, খ্বাইদগী নুংঙাইহনবা, খ্বাইদগী অচুম্বা লম্বী অদুবু থিবনি। মখোয়সিনা সাহিত্যগী লেঙত্রবা মীওইবনা নৌনা শাগৎপা কলা কৃষ্টিগী পান্দমনি। কনা হোংদুনা সাহিত্যনা লাক্লবসু পান্দম অসিদগীদি খক নাথেদুনা চংপা য়ারোই। মহাক্কী শেমগৎ-শাগৎলকপগী অমসুং মফোঙদোক্তা, মলাঙ্গোক্তা অহোংবদি লাক্তনি। সাহিত্যগী মশাগী ওইজবা মহৌশাদি খক হোংবা য়ারোই। তাইবঙগী অরা-অনা অসিদগী লাম্বেল্লবা সাহিত্যগী নুংঙাইবগী মহৌশাবু দা. পি নবচন্দ্রনা অসুম্না ফোঙদোকই, "সাহিত্যনা কলাগী নুংঙাইবদু পীবতা নত্তনা পুন্সিগী অঙকপা শক্তসু মৌশিম্না উহন্নবগী থৌদাংসু পাঙথোকই। অশেংবা তাইবঙ অমসুং কলাগী তাইবঙ অনীসি খেন্নে, য়াম্নসু মরী লৈনে। অশেংবা তাইবঙদা ফংদবা মনীং তম্বদু কলাদা ফংঙি। কলাগা অশেংবা তাইবঙগা ওয়-তৈনৈ অদুগা পূন্নসু লৈমিন্নে। মতৌ অসুম্না সাহিত্য কলানা মতম অমত্তদা শক্লোন অনী লৌই। অমনা উরি-তারিবা হেক অওইবা শক্তম; অমনা অইবগী কল্পনাগী। অনীসিগী মনুংদা অমা হেক মাঙখিবদা অইবনা মশাগী ওইবা রাখলগী মঙলান্দা লৃপখিদুনা সমাজদগী থৈদোকখ্রবা অলৌকিক নংত্রগা আধ্যাত্মিক ওইবা সাহিত্যগী শক্তম লৌরকই।" মরম অসিমক্তদনি—কালিদাস, সেক্সপিয়ার, কমল, চাউবা, অঙাংহল হৌজিক ঐখোয়গী ইরক্তা সাহিত্যনা কনা হোংদুনা লাক্লবসু হিংবা ঙম্লিবা।

অরোইবা ওইনা হৌজিক ঐখোয়না তুংগী মণিপুরী সাহিত্যগীদমক ঐখোয়না পাঙথোক্তদৌবা ইথৌ অমা মাঙদা তাদুনা লৈরি। মদুদি মণিপুরী সাহিত্যগী মনুংদগী মসিগী মপান্দা লৈবিবা অতৈ লোলগী সাহিত্যবু য়েংলকপনি। মতাঙ অসিদা ওজা নীলকান্তগী রাফম

অমথক কাউথোকপা চুপ্লেই, "মণিপুরগী সাহিত্যিকশিংনা হৌজিকমক কল্লা পায়খৎকদবা থবক্তি মপান্দা য়েংবা। মপান্দা থিবা। বিশ্ব সাহিত্যগী দরবারদা আশন ফংলবা চাওখৎলবা ইংরেজী, ফারাসী, রসিয়ান অমসুং বাংলানচিংবা সাহিত্যগী থোঙদা চঙজরকবা তাই। যুম্ফমদি মণিপুরনা ওইরবসু মপানগী সাহিত্যগী নুংস্তৌতনা ঐখোয়না মণিপুরী সাহিত্যগী তাজমহল শাবা ঙমগনি।" ঐ ঐগী লেপফম অসি মশক মুম্না খঙলবা মতুংদা ঐখোয়গী সাহিত্যগী তুংগী লম্বী য়াংপা তাই। লম্বী অসিদি ঐখোয়গী ইপা-ইপুনা য়াংশিরম্লবা লম্বী অমসুনি।

**মতেঙ লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**


১। দব্লিউ এচ হডসন : এন ইন্ত্রদক্সন তু দি স্তদী ওব লিতরেচর
কল্যানী পব্লিসর, লুধিয়ানা, নিয়ু দিল্লী-১৯৯৪

২। দব্লিউ জে লোং : ইংলিস লিতরেচর এ আই তি বি পব্লিসর এন্দ দিস্ত্রিব্যুতর্স - নিয়ু দিল্লী-২০০৪

৩। এলাংবম নীলকান্ত : অচায়বা লৈ— কুমারী এলাংবম গিরিজা দেবী-১৯৯৪

৪। দা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ : মণিপুরী সাহিত্যগা অনৌবা মীৎয়েং অমা
ভি আই পব্লিকেসন, ইম্ফাল-১৯৮৫

৫। দা. পি নবচন্দ্র সিংহ : সাহিত্যগী মহৌ অমসুং অতৈ ৱারেংশিং দূর্গামোহন পোলেম
শংগোলবন্দ, থাংজম লৈকই-২০০০

৬। দা. এম প্রিয়ব্রত সিংহ : কুমদম - কবিতা কৃষ্ণপ্রিয়া ২০০৩

৭। ৱারেং মনুংদা পল্লপ্রিবা মখা তৈনবা লাইরিকশিং

# পোৎলোই হিথাবা

***খুলেম চন্দ্রশেখর***

ইমা লৈমরেল সিদবীনা মপারী অহুমগী মফমদা, তোরে লমশাং মতুং ইন্না খোঙশানবিদুনা, হয়েংগী কোরৌ নুমিৎতা নপল পম্বৌ সিদবা লেঙলক্তনি হায়না পাউতাক'শে শকুনা পাউজেল্লম্মী। লমলেন পুরুশি থান্নে অহোংকম্ম তাউবে পাংলেনকোন, লোয়য়ন্বা কনাগী লৈমন্নো তাউথরক্রে, শীংঙেনগী লৈশক খঙবনা, লৈরাংগী লৈশক খঙবনা লোকচহৌ খুঙহৌ।

চীংমৈরোংনি য়াঙমথেন লোয়য়ন্বা কনাগী লৈমন্নো তাউথবক্রে শীংঙেন লৈশক খঙবনা, লৈরাংগী কোলোয় খঙবনা, লোকচহৌ খুঙহৌ।

লমলেন পাউতাক হিদেন মশাইকোন তোবে লমশাং তুংইন্না লোয়য়ন্বা কনাগী লৈমন্নো তাউথরক্রে, শীংঙেন লৈশক খঙবনা, লৈরাংগী কোলোয় খঙবনা, লোকচহৌ খুঙহৌ হায়না পাউতাক'শে শকুনা পাউজেল্লম্মী।

শল য়োংমানবীনা মপারী অহলগী তোরে তুথেক্তা রাইথুংলুবে। মপাবী অহন্না, পম্বৌ চেংলৌ শকখঙদবনা তাউথদুনা চংখরে। গুরু শিদবনা মপাবী য়াইমগী তোরেদা য়াক্তোইরক্রে। মপারী য়াইমনা পম্বৌ চেংলৌ শকখঙদবনা হক্তোইদুনা ইম্বখরে। মশানৌ অতোপ্পনা — ইশাবী য়াইমনা চেংলৌ মিংয়েং তাবিবিদু করি পোংনো হায়না হংজরবদা, অসিবনা পাউখুম পীবকই। ইশানৌ অতোপ্পা শল অশিবা য়েংলিবনি হায়না পাউখুমলবদা, পাকলবনা পাউখুমখি। মদু শল অশিবা নত্তে, হৌজিক্তা মমৈ হাইরম্মী। ইশাবী য়াইমনা ইশাবী অহলবুসু কৌবিবো, ইশাবী য়াইমসু য়াওবিবো ঐগী পাউতাক হিদেন্দা, চিংখংলগনি হায়না পাউখুমখি। শল য়োংমানবী অদুবু চিংখংখি। শল অশিবা ওইরিবা/শারিবা গুরুনা থোক্লকুনা মপা মশক খঙলে হায়দুনা 'পাখঙবা' মিংথোল পীখি।

গুরুনা মপারী অতোপ্পদা খোইমুম লাইমিং পীরে। খোইমুম লাইমিং ফংলবনিনা নশাদু শেংলে। মপু মাগী শমু হকচাংবু মখৌ-মঙম খৌদোল লোম্নবা খৌরম তাকপিরে। নপল পম্বৌ ঐগী শমু হকচাংসে খামপী মৈ ইকলো মৈদি মৈবোংদগী লৌ-ও অসুম হায়না তাকপিখি। অতোম্না পুয়াগী মোত মতুং ইন্না মৈদি মৈবা-চিংও অসুম্না হায়বি।

**পোৎলোই মখল ঃ** পোংলোই মখল ৪ সুএ। (১) অমদি নুংশিংকী পোংলোইনে। (২) অমদি ঈশিংগী পোৎলোইনে। (৩) অমদি লৈবাক্তী পোৎলোইনে। (৪) অমদি মৈগি পোৎলোইনে। নুংশিংকা, ঈশিংগা, লৈবাক্তা অহুম্মদি সিথিনও। মৈ কোইও। নিপানা ৫ রক্, নুপিনা ৬ লক কোইও। অশিবদি ওইরম থমও। খঙবিগদবা— (১) নুংশিংকী পোৎলোইদি— খৌরী য়ান্দুনা শিবা (আত্মঘাট তৌবা), হূনচিংবা চাদুনা মথক্তা শিবা মীশিংদি

চীংমৈয়োংগী মঙাড়ক কানবীদা হুন্দোক্লরম্মী। (২) ঈশিংগী পোংলোইদি ঈশিং লৈবা কোমদা থাদনরম্মী। উচেক্কী নিংথৌ থিলপাগী গুব্বা, থিনুংথাক কৌবানা পুথিদুনা হৈপোক্কী চিংশাংদা তুরেল ওইনা লৈরময়ে, তুখুন তুরেল অদুদা থাদরক্লমবাগা, লাইশি লাইরুপ তিনখিরে। (৩) লৈবাক্কী পোংলোই– অত্তৌবা পকপনচিংবা লায়নানা নারবা মীশিংদো কোম তৌদুনা, শুনু অহিংবা চাইদুনা কুমজিল্লরম্মী। অথাযগী শাবলদা অশিবা কুল্লবগী কোম কয়ামরুম লৈরি। শক্লেহোংগী ওকিসার কোলোনি অসিমক অশিবশিং কুম্লরম্মী হায়না পণ্ডিত অচৌবা কুলচন্দ্রনা তাকপিরম্মী। (৪) মৈগি পোংলোইদি (মৈতৈ য়েক্ ৭ শলাই ১ গী কাঙলুপ) পুম্নমক মৈ থাদুনা পোংলোইনরম্মী। অপুম্বী, শোরেন্দি– লৈবাক পোংলোই তৌনে। হায়বদি চকুদা হাপ্তুনা কুমগনি।

**পুরোই লৈকোয়বা মথৌ য়াজেনবগী মশিল :** "নাউথিংখোঙ হাক্তক্কী হৌনা নিংথৌনা সিরাবাদা পুরোই লৈকোইবা মথৌ য়াংকেলবদি নাকনপমকা, পামখাইচম্ক অনিমানা লমপাল মিকপই। থোংবমনা কুপা থালশায়ে। তোকপমনা মং তৌই। অয়াম্না মংকমদা চাক থিললে, মংথোং থিংই, মংকমদা চাক থিলবা লাদি থাউদৈচমনা খাংই। চাক থোংনবা শিঙদি চিংগাংবমনা খাংই। কুমখোন থাশি নুমিৎ থা সুরবাকা অয়াম্না মংথোং হাংই। মংথোং হাংবাদি লৈতৌ য়োং, নাহৈ থাং খুনেংয়োং, খুনেং শেল ফিরাক অনি চেঙ লৈ য়েরুম য়া লুপা অসি য়াউই। তৌবদি তোকপমনা তৌই। সাথোকপমনা সংথোকই। মচুম মনাই থুনাম নাঙৈদি সিয়াংপমনা য়াংথোকই। অখামনা শম শেংই। হলমু অখামনা লৌথোকই। শারু খাইথোকপাতি শায়োংখাইবমনা খাইতোকই। থোইরোমনা লু চমই। লু অয়াম্বাদি লোইতোংবম, থোইতিংচম, লোংচম, অহলখেম, অকোইচম, যিম্নাক মঙামা অসিনা চমই। অরোইবাদি অমাকচমনা চমই। চামনাবা লোংদি তিংশাংনা কংলে। অদুদা হাপ্তুনা চমই। হকচাংগী উন তোং মারেক মহাও থুনাম্বা তারিবা খিবিকতি সৌকুলাকপম, থোইপম, সমপানতোরাম যিম্নাক অনিমা অসিনা শাকৃ বালোংতা হাপতানা ফুমই। শাকৃ বাললোংসু মখোইনা শায়ে। লু অশেংবা অদু য়োমনাবা ফিদি খিমলেনপমনা শায়ে। হংলেমকা কোলোমকা অনিমানা পোরোম থোপথিললে, নুমিৎ মঙানি লু কৌই। অতুকা নুমিৎ থা অকবা য়েংদনা লুচললে। পুরোই লৈকোইবাকি মশিলদি অসিনি॥" (লোয়যম্বা শিনয়েন লা. ৮১-৮২)।

**হৌজিক চংনরিবা থৌরম :** মী থরনা মায়কে মরিমক্তা কোয়চং চংতুনা, মী লৈত্রে হায়না লৈকায় পাউজেল পীশ্বনি। মী'দুগী মমিং মথানচিংবা লাউথোক্লদে। পাউজেল পীরিবা অসি কৈরেরেই-লৈকায় মীয়ম্না শরুক য়াকিনবগীদমক্কি।

**শঙশাবা :** কনাগুম্বা ইনাক-কয়রাক খুনবা মী অমনা লৈকায় য়াওদনা/তাক্তনা শঙ শাবগী চংনবী লৈরক্তে। অদুগী খৃদমদি–

*"কয়রোই চঙনা শঙশাবা;*

*লৈকায় চঙনা শঙলোইবা।"* অসুম হায়না পাউরৌ তৌবগী চংনবী অমা লৈ। অশিবগী খাংপোকশঙ অদু থা-মৈরম ওইরম্বা শুমাঙ মতোন্দা শাগনি। মখোঙ মরি মুংগনি। লোইথাং অদু মৃত্বী মখোঙগী পুংজৈনা ফাগনি নারেং হুংফরোই। শঙগী মরেপ অশিবা মীদুগী মরেপ্তুগী

খজিত্তং হেন্না হাংগনি অদুগা মমূংদসু মাগী মবেপ্তগী খজিত্তং হেন্না শাংহনগনি। হা মচা অবেংতা উবা থাদুনা ইনা কৃপকনি। য়াঙ হাপ্লোই, থেকথদুনা য়াঙগী মওং মান্না শঙদু শাগনি। ফক্লাংনচিংবসু খাকদে। মীওইবনা পোক্লবসু মূমদা পোক্কনি শিববসু মূমদা (খাংপোকশঙদা) শিগনি।

*"উমুং চক মখীনা কোনখাবা;*

*লাইবেন অত্তৌবনা মমৈবু,*

*মযা চিক্লা কোহ্নিংবা"* অসুম্না শৈথানবি। চীংখৈ মায়কৈবোমদা ফি কিশি অমা, কৌক্ৰ মায়কৈদা ফি কিশি অমা থমগনি (কিগনি)। ফক্লাংগী শত্তম লৌবিবা ফি অসি নাউফমগী মশক্লি। শঙগী লুখুমদা তুলসী পাম্বী অমা থাগনি।

**কৃ থৌরাঙ তৌবা ঃ** কৃগী মযূং শিবিবা মীদুগী মবেপ্তগী খজিত্তং হেন্না শাংগনি। মবাক্লা মী অদুনা লোংনা হীম্না য়ানবা থৌবাঙ তৌগনি। কৃগী মখাদা কাংকৈ অহুম হাপকনি। হাচেং অবেংনা মযূংদা হাপকনি। পয়ানা ফাববসু য়াই। অয়াম্বা মতমদা কৃ শাবা/চনবদা উপাক লৈনদে। অশিবনা হীপ্নম্বা কাংখোল অদু শীদোক্লগা শানে, অসুম তৌনা থৌবাঙ তৌদুনা থমগনি।

**শীং শেম্বা ঃ** কয়বোই/লৈকায় চঙনা শীং পুদুনা চংপবু 'শীংগুম্বা' হায়নবি। পোংলোইফম অদুদা তুবেলনা খা-নোংপোক পাংনা চেল্লবদি অশিবা মী অদুগী মকোক মখা ওনগনি। মশানা য়েংনা য়াত্তাদুনা চেপ্পা হীপর্কনি। মসিগী মবর্মদি তুবেল (গঙ্গা) খোংকাওনফদে। গঙ্গা তীর্থশিংগী মনুংদগী অথোইবীনি। মাগী মত্তাক-মগুণ য়াম্না চাউই। পোংলোইফম অদু শেল শীদুনা লৈগনি।

**অশিবা পুখোকপা ঃ** মোংবা শঙ্গায়নুংদগী ফুঙ্গা লাইকদা কোয়না অৱাংথংবা নাকথবোমদা থোক্কদবনে। খোঙনা নাঙ থানা মী মবিনা পুখোক্কদবনে। ফীবম কায়হন্দা চপ ভিংনা পুখোক্কদবনে। অমাইবনা চনীংগী মিহুল শেম্নগনি। শূমাঙদা চঙবী লা লাত্তোন অমগী মথক্তা, চঙবী লকৃ মকা/মকক্ অমনা মোন ওইগনি। মায় নোংথক্তা ওম্না কোক্লা অৱাং ওম্না থমগনি। অশিবদুনা খাংপোকশঙ অদু য়েংওইননা অহুম্নক কোয়গনি।

**শুমাঙ থেম্লোং ঃ** কদৌনোংগী শুমাঙ/থেম্লোং কৌখিবনো হায়ববদি তুলসীপুঙগী মখোঙ খা থংবা মাযকৈদা, শা অমা লাপ্পা/থাপ্পা লৈবা লল্লেন মাগী মমিংবু শুমাঙ ও তৌনা কৌখিবগী মবর্মদি— ১। 'মাইখী থৱায় মঙা মানা' শুপ্পা মাঙখি হায়বগী শুপমাংদগী পোইবৈত্তাবা থিবা হাঙম শৈশক্লবশিংনা শুমাং-ও তৌনা কৌয়ে।

২। 'সো' কৌবা থৱাইনা মাঙখি হায়বগীদমকত্তা সোমাঙদগী শুমাং-ও তৌনা কৌখি হায়দববা?

৩। মপালগী থৌবাঙ (পোংলোইফমগী থৌবাঙ) লোইম্রিত্তে ফাওবা ঙাইদুনা থেম্না লোংনা লেম্লে হায়বগী থেম্লোং-ও তৌনা কৌএ। খাঙপোক্শঙ্ মনুংদা পুশিন্দুনা ঈক মাইথজবীগনি, চন্দন চৱা থিনবিগনি। অদুগা শঙ মনুংদা মকোক অৱাং ওম্না পোম্খাঙনগনি। কৃ মনুংদা পুশিনবা মতমদা চবৈ ফি-বোল অহুম্না খা থংগনি, চবৈ ফিবোল অহুম্না ফৈজুপ ওইনা থক্তা কৃপকনি। শংব্রেনা মোন ওইগনি। মানা শেংলিবা ফি কৈজোম/কনেক অদু অহনবা অমনা হোংদোক্কনি। ফিদুনা মাগী লুখুমদা তাশিন্দুনা থমগনি। তবা চেংজেল, শংলৌ য়েনশিং

(মনা-মশীং) অমদি শেল খরা লোয়নননা, খাউ অমদা চেংজেল ওইনা হাপকনি। লুখুমদা থারিবা তুলসী মখোং রাই তৈথোক্লুনা পানা-কা, হৈরুক হৈয়া, ধূপ-থাউমে থানগনি। শেল অমা উমহন্নগনি। খুয়া লুখুম শেল হাপনৈ। তুলসী পাম্বীদুনা য়াউনা হায়না পরিক্রা তৌগ্রবনি। তুলসী পরিক্রমা মতিক মঙ্গল ভরাইদে। অনিংবা অশাম্বা পূম্বা থুংজবগা লোয়নননা তাইবঙ শেম্বা মপু মহন্মী খুয়াখা অনক্লেক্তে হায়নরি।

মংকমদা অশিবা পুখোকপা ঃ কৃ অদু মাগ্লৌ ফিজৌ অমনা কুপশিনগনি। কৃ অদু থৌরী (পন্দম্লি)না ওক/থবাক্তা অমা, খোয়দৌদা অমা খোঙদা অমনা পুনশিনগনি। কৃদু খোঙনা য়াঙ থারগা শুমাঙবু অহন্নক হন্না য়েংওয়নননা কোয়রম্লগা মংলেন য়ৌনবা মী মরি অমদি অমাইবা য়াওনা পুগনি। ঈশৈ শকপশিং, অমাইবা, মৈকোয় চফুনচিংবা পুবা মীশিং চংলি। লংহিং পায়বা মী অমা য়াওগনি। মথংদা কৃ অদু পুদুনা চংকনি। যুমদগী খোঙশানবা মতমদগী লম্বী লমখাংদা লং মতং মতং ও লক থাদবমগনি।

পোংলোইকম শেম-শাবা ঃ লম অদু ফান্দোক্লুনা/শেংদোক্লুনা শেম শাগনি। তাইবঙগী হৌন-লমচং শাজং গুরু সিদবনা মচানুপা অতোম্বা কোঞ্জিন তুথোকপদা তম্বীখি। নপল পম্বৌ ঐগী শমু হুকচাংসে কনাগুম্বনা উগ্রগা হঙোইগনি। অদুনা শংলৌ খবনা কুপশিল্লো। শংলৌ মাগী মমিং লৌদুনা তাইবঙনা শংৱে হায়না কৌবসনু। নপল ঐগী শমু হুকচাংসে খামদী মৈ ইকলো। মালেম লৈবোল মাপলনা 'কৃ' শাওও (ওইয়ো)। কোরৌ নোংলোন মাপলনা থাকল (থক+খল) ওইয়ু। থাকল মখোঙ মরিমাদি– থংচিং, মার্জিং, য়াংব্রেন অমদি কৌক্রুনা ওইয়ু। লাই মরি মানা চুক ওইববু কোলোয় 'উচিন্না' কৌনা খঙনয়ে। নুমিৎ চয়োল তবেংনা শীংখল তরেং (লৈপাক থাবগা) ওইয়ো। ইতু ইমানশিংনা শীং ওইয়ো। লোইদাম থাঙ তরানিথোইবু অনি থোক্লা থুপ্লগা লিনথূপ তকক হায়না কৌয়ে। চংনলোন্দা লিচুপ তরুক হায়বদি খতু তকক হায়বনি। লিনথূপ তককমক্তি থবায় মঙা মিগা থানা তরুকনে। লিচুপ তকক অসিনা শীং কীম্বদনবা উয়ুং তকক ওইযো। উয়ুং তকক্তা অনি তাবা পন্দম্লিনা অহুম্মা পুল্লো পাবী পাফলবা। লাইজগা, খার্মপিগা, মালংগা অহমনা থাংদিল লিরি ওইদনা লাইজা থাংদিলনা ওক্তা, খামপি থাংদিলনা থাদা (থবাক্তা), মালং থাংদিলনা খোঙদা পুল্লো। ইখুৎনা হুমাই ওইয়ো।

লবাই মপাদা কোম অমা তৌ-ও। অদুদা লাইজ থন্না হৈয়ো। খোংদা (কোমদা) লাইজা হাপ্লিবা অসিদি তাইবঙনা নহাল নোং পলেমগী শীবুকনুংদগী ফুয়রকপদা লাইজা লুরোই থোংলকঙেনে। অদুম ওইবা লাইজা মানা পুরকপবু হনবদা পুখিঙেনে। অদু নোংগী ঈহৈবনে। খামপিনা থাদা চুও। মৈ থৌনিও। মৈ তরেংলক হন্না কোয়বগা খামপি মৈ ইকলো। নপল পম্বৌ ঐগী ঈথক কোঙ্গায়না মালেম লোয়রেল খুনপি লোক্তা লৈরোল চল্লু। কৈদৌ নোংগি হায়ঙেদি মালেমদা ঈতীনঙেদি অমবক শাংপনে। মালেম তাইবঙ অপকমা খৈবীক খুনবী লোক্তা পোকপনে খুনবী লোক্তা হনগদবনে খাম্বী মৈদো লাইজা ঈশিংনা মুখংলো।

পোংলোই লোইববা মতুংদা খোংলম অমদি কোম অদু লৈপাক্লা ফুনজিনগনি। হঙ্গাম মরুনচিংবা হুনগনি। হৈরুক হৈবা পানানচিংবা য়াউগনি।

মংখোঙ খিংবা ঃ অমাইবা অমনা মথাক্দা ইরিবা লাইশোল অসি শোনগনি। অমাইবগী মশাদগী হৌদুনা লৈম্রি অসিগা লাইশোলগা কোম্লনা শোনগনি।

৭। খিং ⁄

৬। খিং—

৫। খিং—

৪। কুমাইখিং—

৩। কৃমাই কৃপ—

২। কুমাইহাঙ —

১। কুমাইখিঙ—

মসি ভেকশিন হল্লিন্দনবনি। মথা তানা অশি অনা য়াওদনবনি।

# মীতৈগী ঈরাৎ-থৌনি অমা
## (মপা-মপু লাৎপা)

*ডা. খাইখোম রোমেশ*

ইংরাজী বাহৈদা এক্সেন্ত্র বার্শিপ হায়না খঙনবা অদুগা মীতৈলোন্দা মপা-মপু লাৎপা হায়না খঙনরিবা ঈরাৎ-থৌরম অসি মালেমগী অঙনবা কুক্কপশিংদা অমদি হৌজিক্কী লাইনীং-লীচৎশিংদা খরমখৈ অদুমক য়াওবা থেংনৈ। খা-থংবা, খা-নোংপোকথংবা অমসুং নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিংদা অমদি অফ্রিকা, জর্মনী, ইন্দিয়া, মেলানেসিয়া, গ্রীস, রোমনচিংবা লৈবাকশিংগী মফম কয়াদা মপা-মপু লাৎপা নীংবগী বাফম কয়ামুক বিলিজনগী হিস্তরীদা য়াওবা থেংনৈ। খুদম ওইনা খবদং পল্লবদা মেলানেসিয়ানশিংনা মখোয়গী মপা-মপুগী শক্তম অদু মীতম লাক্লা চক্লনা, শাদুনা, ঈবাৎ-থৌনি কয়া তৌদুনা কিনা-কুনা লাৎন-নীংনরম্মী। হায়রিবা লৈবাকশিং অসিগী মীওই কাঙলূপ খবনদি অখয়বা লাইগী ওইবা মফম অমদা মপা-মপুশিংগী কোক্কী ভুম্বা অদু লাৎতুনা ঈরাৎ-থৌনি তৌবগা লোয়ননা পাঙথোক্লম্মী। হায়রিবা বাফম অসিগা মবী লৈননা 'History of Religion' দা অসুম্না ইরি– Ancestor cult is prevalent nearly every where in Melanesia, except for some islands in North-western Melanesia (The Trobriand Island). To venerate their ancestors the Melanesians make anthromorphic statues, sometimes employing the skulls of their ancestors. Skulls are kept in special sancturise, in man's houses. Ancestors are considered to be the preservers of all old customs. The native beliefs that by carring out their rites they are pleasing their ancestors (Sergei Tokarev, 1989:40)

অসুম তৌনা চাইনাদসু মপা-মপু পোকপা অপোকপবু নীংন-লাৎনবগী চৎনবী অসি লৈবগী মতাঙদা বাফম খরা অদুমক থেংনৈ। চাইনাগী শাং শাগেনা পানবা মতমদা (খৃ. মমাঙ চহী ১৫৫৮ দগী ১০২৭), ঝৌ নৎত্রগা চৌ শাগেনা পানবা মতম (খৃ. মমাঙ চহী ১০২৭ তগী ২৩০) ফাওবদি অপোকপা খুরুম্বসি নিংথৌশিংগীদমক ওইনা তৌরম্মী। অদুবু হান শাগেনা পানবা মতম (খৃ. মমাঙ চহী ২০৬ তগী চহী ২৩০ ফাওবা) দগীদি শাগে-সনাই খুদিংমক্ক মাগী মাগী অপোকপা, মপা-মপুবু লাৎপা হৌরকখি। বাফম অসিগী মতাঙদা Lexicon Universal Encyclopedia দা অসুম্না ইরি – Ancestor worship has been the most popular ritual in China and also widespread in Korea,

Japan, India and Subsaharan Africa. In China it began as a practice of symbol. In the Shang dynasty (1558-1027 B.C.) and the Zhou (Chou) dynasty (1027-256 B.C.), only royal ancestors were worshipped. But beginning with the Han dynasty (206 BC-AD 230), the preceeding four generations ancestor of all classes were honoured Chinese villages and towns had ancestrals halls where ancestors of the same paternal linerges were worshipped (Lexicon, 1997:399).

মপা-মপু অপোকপবু লাৎপা নীংবা অসি চাইনীজ লাইনীংগী য়াম্না মক ওইবা শরুক অমা ওইবন্মী। শাগে-সলাই খুদিংমক্তা মাগী মাগী এজেন্তব Xiao বু শাগে-সলাই অদুগী মকোক থৌবুবেল অদুনা ঈরাৎ-থৌনি পাঙথোক্লম্মী। অদুগুম্না Xiao গী লাই লাইশঙ অদুবু 'Miao' হায়না খঙনরম্মী। যুম্নাক শাগে কয়ানা পূন্নগা লেম্না Xing খুদিংমক্কী মপা-মপু পোকপা অপোকপগী লাইশঙ লৈনবম্মী। হান শাগেনা পানবা মতমদা হায়বিবা Miao অসি শাবগী অকক্লবা চৎন-পথাপ থম্লম্মী। মী মী অদুগী খুনাইদা লৈরিবা মাগী থাক অদুগী মতুং ইন্না হায়বিবা লাইশঙ অসি শাবগী অয়াবা পীবম্মী। অদুগা লৈবাক্কী লৈঙাক লোয়শঙ অমগী থৌমী অমা ওইববদি লাইশঙ অমা শাবা যাহল্লম্মী। অদুগা কনাগুম্না মীচম অমনদি লাইশঙ অসি শাবগী অয়াবা পীবমদে। অদুম্নদি ওইবগা নিংথৌবেল অমনা লাইশঙ তবেং, নিংথৌগী মচা ওইবগনা লাইশঙ মঙা, লৈবাক্কী মন্ত্রাইবা অওম্না ওইরগনা লাইশঙ অহুম ফাওবা শাবা য়াহল্লম্মী। চাইনীজগী থাজ-বাবীগী মতুং ইন্না লাইশঙ অদুদা মপা-মপু পোকপা অপোকপা অদুগী শক্তম নৎত্রগা মদুগী মহুৎ শিনবা লাইখীগী শক্তম থম্লম্মী। হান শাগেনা পানবা মতমদগীদি মুগা অঙ্কৌবগী অশাংবা ফি অমনা মীগী মওং শাদুনা লাইশঙগী ময়ায়দা থম্না হৌরকখি। অসুম্না চৎনরম্বদগী উপাক অমুবা Zhu হায়না খঙনবা অমনা লাইখীগী মহুৎ শিন্দুনা থম্না চৎনরকখি। হায়বিবা উপাক অমুবা অদুদা ঈবাৎ-থৌনি কয়ামকম তোয়না পাঙথোক্লবা মতুংদা উপাক অমুবা অদুদা লাইওইক্লবা মপা-মপুশিং অদুগী থবায়না চঙঙি হায়বগী থাজনবা অদু লৈ। অসুম্না মপা-মপুশিং অদুগী থবায়না চঙদুনা লৈ হায়না থাজনরিবা উপাক অমুবা অদুদা চহী অমগী অকক্লবা নুমিৎ অমদা ঈরাৎ-থৌনি থৌবমগা লোয়ননা পাঙথোকই। মখোয়গী অসুম্না পোকপা, লুহোংবা, শিবনচিংবগী ঈরাৎ-থৌনিগী থৌরমদসু অপোকপগী মিতমনি হায়না থাজনবিবা অমুবা উপাক অসিদা ঈবাৎ-থৌনি পাঙথোকই। হায়রিবা অপোকপা লাই অসি ঈবাৎ-থৌনিগী থৌরমদি শাগে-সলাই অদুগী মকোক শিবাদুনা তৌই।

অপোকপা খুরুম্বগী চৎনবী অসি চাইনাগী Confucian চৎপা কাঙবুশিংগীসু অদুমক লৈরম্মী। শাগে-শাগেলিংদুগী মশাগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা লাইশঙ অমমম শাদুনা থম্লবম্মী। মখোয়গী অঙাং পোকপগী থৌবম, লুহোং-কৈহোংবগী থৌবম অমদি অশি-অনানচিংবগী থৌবমশিংদসু শাগেগী মকোক ওইরিবা শিবা নৎত্রগা শাগেগী অহল ওইরিবা অদুনা ঈরাৎ-থৌনি অমদি লাইশোন-ভীনশোনগী থবকশিং তৌই। মসিদসু নত্তনা চহী অমগী

মনুংদা অকক্লবা নুমিৎ অমদা অপোকপবু ঈরাৎ-থৌনি তৌদুনা খুরুম-খাজৎনৈ। মপা-মপু লাৎপগী চৎনবীসি অঙনবা মতমগী জাপানগী লাইনীং-লীচৎতসু য়াওরম্বা থেংনৈ। কনফুসিয়ানশিংগী ইথিলনা কোরিয়ানশিংনসু মপা-মপু লাৎথিবগী মতাঙদা 'History of Religion' দা ইরম্বা থেংনৈ। মদুদি— The Korean maintained their ancestor worship, but it was heavily influenced by the deeply rooted confucian tradition. (Sergei Tokarev, 1989)

অসুম তৌনা রোমানশিংনসু মখোয়গী শাগে-সলাইগী মকোক পুকোক অদু লাৎপগী বাফম থেংনৈ। খুদম ওইনা Claudius শাগেনা মখোয়গী পুকোক Clausus পু লাৎন-নীংনবা অদুগা Caecillea না Caeculus বু, Julia না Julius অসিনচিংববু লাৎন-নীংনরম্মী। মতৌ অসুম তৌনা মপা-মপু লাৎপা, এনেস্তর বার্শিপ মালেমগী অঙনবা কুরূপ কয়াগী লাইনীংগী পুরারীদা য়াওবা থেংনৈ। মৈতৈ নৎত্রগা মীতৈ ফুরূপকী লাইনীংদসু মপা-মপু লাৎপা অপোকপা খুরুম্বসি অঙনবা মতমদগী চৎনরকই হায়বসি তি সি হদসন্না মাগী 'The Meitheis' দা অসুম্না বাফম খরা ফোঙদোক্লম্মী:

If the definition of ancestor worship is strictly narrowed, we have in Manipur, among the Meitheis only, the form of worship which is practised by all Hindus, but if it be enlayed, as in the circumstances it ought to be, we find several curious phenomena to which attention should be given. The worship of clans which, seven in number, composed of Meithei confideracy, clearly consists in the adoration of the eponymous ancestors of the clan. (Hodson, 1975: 99)

মীতৈশিংনা মাগী মাগী শাগে-শলাইগী অপোকপা খুরুম্বা হায়বসিমক এনেস্তর বার্শিপকী য়াম্না মযেক শারবা খুদম অর্মনি। নীংশিংবা থোক্লবা মতমদগী মীতৈশিংনা ঙসি ফাওবা অপোকপা খুরুম্বগী ঈরাৎ-থৌবম অসি পাঙথোক্লুনা লাক্লি। ঈবাৎ-থৌরম থৌনি অসি শাগে-সলাইশিং অদুগী মতুং ইন্না থা, থাবান অমদি পোৎচঙ-চৈজঙসু তোঙান-তোঙান্লি। খুদম ওইনা হায়ববদা মঙাং নৎত্রগা নিংথৌজা সলাইগী অপোকপা খুরুম্বসি লোইদাম ইঙা থাগী থানিজ ১৫ নি পানবদা পাঙথোকই। ঈরাৎপা অসিদা চঙবা লৈদি থম্বাল অঙাঙবনি, হৈনা থমচেৎনি, লানা থম্না খেঙ্গোংনি, ঈশিংনা নুংজেং ঈকোমদগী লৌগনি, শীংনা শম্নি শীংনি, ঙানা শরেঙ অঙ্গাঙবনি, থাঙনা চকথাঙনা ওইগনি, মৈদি মৈথাঙ তরেৎনি, নাহৈনবদি উকমনা তৌগনি। অসুম তৌনা লুৱাং সলাইগী অপোকপা খুরুম্বসু বাকচীং থাগী নিলমাং ১২ পানবদা পাঙথোকই। ঈরাৎপা অসিদা য়াওবা পোৎয়াওদি লৈদি মেন্নৈ হায়রিবা লৈরাং অদুনা ওই, হৈনা কীহোমনি, লাইজ ঈশিংদি লম্ফেল পাৎতগী লৌগনি, লানা লারোংনি, মৈদি থোইজুমেনা ওইগনি, ঙাদি শরেঙ লুৱাউবনি, থাঙদি মতোন তুম্বা থাঙ তোম্দুম্বনি, শীংদি হৈক্রুনি, নাহৈবদি উখোক মতোম্না ওই। খুমন সলাইগীসু শজিবু থাগী থানিজ ১৫ নি পানবদা পাঙথোক্লে। মখোয়গী পোৎচঙ-চৈজঙশিংদি লৈদি লৈশং অমদি কাকলেনা ওই, হৈনা হৈপুংনি, লানা

চঙবী লা,ক্রাকলানি, ঈশিংনা পূমলেন পাংতগী লৌগনি, মৈদি মৈথাঙ তরেংলকনি, ঙানা শরেঙ অমুবনি, শীংনা চাউখোং অমুবা মচুনা ওইগনি, নাহৈবদি পূংফাইনা তৌগনি। অঙোম সলাই পোকপা ঈরাংপশীসু লৈনা থরো অঙাঙবনি, হৈনা হৈবোঙনি, লানা লারোঙনি, ঈশিংদি কোংবা মৈবোম্বীদগী লৌগনি, শীংদি উপম্লে, ঙাদি শরেঙ অঙৌবনি, মৈদি মৈবানে, থাঙদি পূকক থাঙনি, নাহৈবদি তাইরেলনা তৌগনি। অসুম্না ইঙেন থাগী নিলমাঙ ১২ নি পানবদা অঙোম শলাইগী অপোকপবু পোংচঙ-চৈজঙশিংসিগা লোয়ননা ইবাং থৌনি পাঙথোকই। অদুবু 'অপোকপা থৌনিবোল' কৌবা লাইবিক্তদি অঙোমগী লা অসি লাকোংনি হায়না শাঁবম্না থেংনৈ। মোইরাং সলাইগীসু লমতা থাগী পানখংলকপা ১২ নি পানবদা অপোকপা খুকম্লে। লৈদি য়েরূমলৈনি, হৈদি কাংগ্রৌনি, লাদি খজ্রানা ওই, শীংদি কুহীনি, ঙাদি শরেঙ নাপূনি, থাঙদি য়েনবাতোকনি, মৈদি মৈথাঙ অহন্নকনি, নাহৈবদি নাউহিংনে। অসুম তৌনা মোইবাং সলাই পূম্নমক্না মবুথৌগী ঈরাংলি। মোইরাং সলাইগী অপোকপা খুকম্বদা চঙবা ঈশিংদি লোক্তাক পাংতগী লৌগনি। লোইদাম নিলমাঙ কালেনগী ১০ নি পানবদা ঙানবা সলাইগী মবুথৌ অপোকপা থৌনিনৈ। লৈদি লৈশংনা ওই, হৈদি হৈবানি, লাদি লৈহৌবানি, থাঙদি চানাইবনি, ঙাদি শরেঙ ঙাঙনা লাংবনি, শীংদি চীং য়েনশীন্না ওই, ঈশিংদি লৈতাংনি, নাহৈবদি নাপু নাশেন্নে। হায়বিবা পোংচঙশিংসিগা লোয়ননা সলাই আঁসগী অপোকপা খুকম্মী। অসুম তৌনা শরাং লৈশাংথেমগীসু লোইদাম ফাইবেন থাগী মাকমৈ ২৬ নি পানবদা সলাই অসিগী শাগৈশিংনা অপোকপা খুকম্লে। পোংচঙদি লৈদি লৈশং লৈনা ওই, হৈদি হৈ মনম নাইবনি, লাদি চঙবী লায়াই নংত্রগা শম্না ইতাবনি, মৈদি মৈথাঙ মঙাবকনি, ঈশিংদি তাকনা পাংতগী লৌগনি, থাঙদি খুনথাঙ থাঙনে, শীংদি নোংলৈশংনে, নাহৈবদি নাপী-শীংবানা তৌগনি। মথক্তা পীজরিবা পোংচঙ-চৈজঙশিং অসি য়াওনা মাগী মাগী সলাইগী শাগৈশিংনা অপোকপা মপা-মপু লাংপগী থৌরমসি পাঙথোক্লরম্মী।

অপোকপা খুকম্বা হায়বসিদা ফুজা অপোকপা খুকম্বা হায়বা মখল অমসু লৈবি। হায়রিবা অসিদি করম্বা মতমদা পাঙথোক্কদগে হায়বগী অকক্লবা মতম লৈবসু য়াওই লৈতবসু য়াওই। মসিদদি মতাঙ অমদি মতমগী মতুং ইন্না পাঙথোক্লবা য়াওই। খুদম ওইনা হায়ববদা য়ুমদা ইখোলদা খোই শাবা, লৈশৌ কাবা, লক্ক লোঙবা, জিন উচেক্লচিংবা য়ুমদা চঙলবা, হৈ-লৈদা অরোঙ-অশৌনচিংবা থোক্লবদা ফুজা অপোকপা খুরুম্বগী থবক-থৌরমশিং পাঙথোকই। হায়রিবা অসিদদি মচীন-মনাও হেক পোকমিন্নবা, মমা অমত্তগী মচা ওইরবসু ফুজা তোঙান্নবদি হায়বদি তোঙান্না চানরবদি অপোকপগী থৌরম অসি পূন্না খুরুম্বা য়াদে। অদুগা মসিদি অকক্লবা মতমসু লৈতে। মথক্তা পীজরিবা খুদম-চাংদমশিং অসি উববা নংত্রগা থেংনববা মতমদা পাঙথোকই। অদুগা অতোপ্পা অকক্লবা থাদা পাঙথোক্লবা ফুজা অপোকপা খুরুম্বগী থৌনি অমসু লৈ। কনাগুম্বশিংনা চাদা-নাউদা, মচা-মশূ ফংদ্রবদি লাংবন থাদা ফুজা অপোকপা খুরুম্নগা মদুগী অন্নাবদু কোকই হায়বগী থাজনবী লৈ। অদুগা লনগৈ-থুমগৈ, ব্রাত্ত-পাদবা ওইনবগীদমক্তি ইঙা থাদা ফুজা অপোকপা খুরুম্নরম্মী। পুন্সি নিবগীনা পোইনু থাদা থৌনিনৈ।

মথক্কী ব্রাকমশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি মৈতৈ নংত্রগা মীতে ফুরুপ্পা ঙান্নিঙৈগী

মতমদগী হৌনা মপা-মপু অপোকপবু য়াম্না কিনা লুনা নীংনরকই হায়বসি মরেক লানা খঙবা ঙম্মী। মপা-মপু অপোকপা লাইশিং অদুগী অশাও-মীংয়েংদগী মশাবু কম্লনবা ঈরাংপা মখোয়বু পেলহল্লগা চাদা-নাউদাদুনা পূজি নুংশাংনা হিংডি হায়বনচিংবগী থাজনবী অসি অরিবা লাইরিক 'পোইবৈতোন খুনথোক' তসু পল্লম্না থেংনৈ। পোইরৈতোল্লা মচা-মশু য়াম্না অশি-অনা কয়া নংলবদা অমদি মচানুপা তবুং শীংমিংনবনা শিরক্লবদা লৈনুং থোঙারেলনা তবুং শীংমিংনবদা পোইবৈতোন্দা তম্নুনবা হায়বর্কখিবা ব্রাফমশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী মদুদি—

> *"য়েংনা লৈবা পরে ওইনা থোক পরে তাবা মশক*
> *মাঙহন্দনা ঈরাংতুনা নশা কনলৌও। মথিক নেম্না*
> *মতাং তেনবা তোনবীননা মচননুগী খাইনুগী অনাবা*
> *লাইকোক্লখিবা উবোক লম্প্রা ঙকতাংবীবু মঙক*
> *কক্লগা চেং চাইদুনা উনাদা য়োম্লগা ব্রাগী উতোংদা*
> *ইপা ইপুগী অশাউ-মীংযেং কোক্লগা অকাই অতোই*
> *মেন্দুনা নচা নশু ফনবা নশা কনলো।"*

(মোইবাংখেম চন্দ্রসিং, ১৯৯৬:৫৪)

মথক্কী ব্রাফম অসিদগী খঙবা ঙম্লদি মপা-মপুগী অশাও-মীংয়েংনা য়েংলবদি অৱাবা নংঙি, মখোয়বু পেলহনগদবনি হায়বগী ব্রাফমদু শীবি। অপোকপবু য়াম্না কিনা লুনা নীংনবতনা অফবা ওই। অদু নত্তদনা মখোয়গী মফমদা মীনদ্রবদি খুদোংথীবা নংঙি হায়বগী খুদম 'চায়নবোল' লাইনিংতা পল্লম্না থেংনৈ। নোংয়াই চাখা মোইবেম্না অমসুং হৈবেম কাংবীশু অনীনা চায়নবদা হৈবেম কাংবীশুনা মপা লাই, মপু লাইবু পন্দুনা ওইদবা ব্রাফমলা ব্রাশক্লবগী মপা-মপু লাইনা শাউদুনা লাইওং খঙদনা নাহন্দুনা শিহনখিবগী মতাঙ 'চায়নবোল'না পল্লম্না থেংনৈ।

পন্দেম ইমা, মালেম লৈমগী মতম্নাক্তা পূজি নুংশাংনা, ব্রাও-পাদনা চাদা-নাউদা শন্দোক্লুনা নুংঙাই-য়াইবী মবাঙ কাম্লনা হিংজবা অমদি লৈজবা ঙম্লবগীদমক ইপালাই ইপুলাই, মপা-মপু অপোকপবু ঙঙাইফন্দনা ঈবাং-থৌনিদবা য়াদবা লাইখৌ অমনি হায়বসি লমদমসিদা শুঙনবা মতমদগী লৈরকই। হায়বিবা লাইখৌ অসিদা মাগী মাগী সলাইগী পোংলম অদু নত্তবা তোঙানবা পোংচঙ খরসু লৈরি মদুদি লৈশং ৩, ক্না মতোন থোকপা ৩, মনা ৩, লফোয় লফাঙ চঙ থোকপা ৩, লাকোয় অমদা লাকোয় অমদা কাগা মনাগা শুনা হাপ্লগা শেম্না ৩, হৈরুক ৩, খোইরু থাউমৈ ৩, খুদৈ ১, মসিনা ইপা-ইপু পোকপা ইপুথৌগী ফম্বালদা থানবনি। অপোকপদা কংলিবা পোংলম পূম্লমক ইমুং অদুগী মী নত্তনা অতৈ অতোপ্লদা শীজ-শীথকপনচিংবা তৌবা যাদে। হায়বিবা ব্রাফমসিমক ঙসি ফাওবা ঙাক্লুনা লাক্লি। ঙসাইগী চাবদা লেম্লকপা পোংলম-চৈবমশিং অদু ইমুংদা কোম তৌদুনা ফুমগনি। মসিদা খোইরু থাউমৈ অহম কংকনি। সনা কোনয়াই চনগনি। পোংলম শুনা লাঙদুনা লাই অমাংবগী শকতসু তমগনি।

অপোকপা খুকম্না মতমদা শাগৈ অদুগী শিবা অদু অসুক্কী মতীক মরু ওই। মরু ওই

হায়দুনসু পিবা অদুনা করিগুম্বা য়েক লৌরবা, তুমন লৌরবা, লাইফুং থুংবা মী ওইরবা, ঙাওরবা-কৈরবা অদু ওইরবদি লাইগী ঈরাৎ-থৌনি তৌবা য়াদে। মসুম্না তৌবা ওইরবদি শাগে অদুগী তীঙ্গং-কায়জংদবা অহল অমনা পিবা অদুগী মহুৎ শিন্দুনা লাইথৌ তৌগনি। মপা-মপু লাংপা, এক্সেন্তর বার্শিপ হায়বসিমক মৈতৈ নৎত্রগা মীতৈ কুক্রপকী য়াম্না লূবা ঈরাৎ-থৌনিশিংগী মনুংদা য়াম্না মরু ওইবা ঈরাৎ-থৌনি থৌবম অমনি। থৌরম অসি ঙসি ফাওবা এক্সেন্তর বার্শিপতা থাজবা মীপুম খুদিংমক্না পাঙথোক্লুবি।

# মণিপুরী লোলদা চঙলকপা ৱাহৈশিং থিবা

ডা. ঐচ. বিনোদকুমার শর্মা

শুসিগী মালেম অসিদা চাউরাক্লে লোল লীশিং তরুকী মথক্তা ভাঙনবি হায়না Linguist শিংনা মোত্ত পীবি। হায়রিবা লোলশিং অসি লোল অমনা লোল অমদগী মথং-মথং ৱাহৈ-ৱাতা নংত্রগা অর্থ পৃথোক-পৃশিন তৌদুনা মীওইবনা য়াম্না শুল্লিঙৈ মতমদগী মীওইবগী চঙদ্রবা য়াদ্রবা পোৎ-চৈ, চংনবী, চৌন-লোনচং, লাইনীং-লাইশোন, ফিজেৎ-চাকচা, যুম্লে-কৈরে, অচা-অথক, অদুগা অমুকসু অনৌবা যুগতা পুথোবকপা বিজ্ঞানগী পোৎলমশিং, অনা-লায়েং, ঊ-পাউ অসিনচিংবা ইঁবর্মশিংদা লেপ্লা নৈতনা লৌথোক-লৌশীন তৌদুনা লাক্লি। অসিগুম্বা অপূবা ৱাহৈশিং (borrowing) অসিগী মতাংদা A.S. Dil (Dil, 1972:81) গী মোত্ত অসুম্না ফোঙদোক্লি – "The attempted reproduction in one language of patterns previously found in another." হায়বদি অতোপ্পা লোল অমগী ৱাহৈ অমা অতোপ্পা লোল অমদা চপচানা মওং হোংদোকনা পুথোক্লবা/লীজিন্নরিবা অদুবু অপূবা ৱাহৈ (borrowing) কৌই। অপূবা ৱাহৈশিং অসিবু নৈনদুনা য়েংবা মতমদা মখাদা পীরিবা মখল অহুম অসিগী মনুংদগী অমদা হেক্তা ফংবা য়াই।




**(I) Loan-words: অপূবা ৱাহৈ :**

হায়বিবা মখল অসিদা মপান্দগী লাকপা ৱাহৈ অমগী খোল্লোক (ফোনেতিক্স) অমদি অর্থ (morphemic structure and meaning) দা কবিগুম্বা অমত্তা হোংদোকনা লীজিন্নৈ। কবি-কবিগুম্বা লৌশীন্নবা লোল অদুনা চপচাবা খোল্লোক ফংদবা তারবদি লোল মশা অদুদা য়াওবিবা খাইদগী নকুবা খোল্লোকী খোঞ্জেলনা মহুৎ লীজিন্নবা হোৎনৈ। খুদম ওইনা সংস্কৃতকী ৱাহৈ 'দান/dan/ charity or donation' হায়বা ৱাহৈ অসি মণিপুরীদসু করিমত্তা মওং হোংদোকনা লীজিন্নৈ অদুবু সংস্কৃতকী খোল্লোক্তা য়াওরিবা 'ন' অসিনা মণিপুরীদা য়াওরিবা 'ন' অসিদগী মতম শাংবা হেল্লি। অদুবু চাউরাক্লা য়েংবদা খোইদোক্লা মওং হোংদোকপা মান্দে। অতোপ্পা খুদম অমদা 'Vinod' হায়বা অসি মণিপুরীদা কৌনবা মতমদা 'Binod' হায়না

শীজিন্নৈ। মতাঙ অসিদদি /v/ অমদি /b/ খোঞ্জোক অনী য়াম্না খেন্নবে, হায়বদি /v/ খোঞ্জোক মণিপুরীদা য়াওদবা মরম্না /b/ না খোঞ্জোক মহুৎ শিনজিল্লি।

**(ii) Loan-blends or Hybrids:**

হায়রিবা Loan-words মখল অসিদা অতোপ্পা মপান্দগী লাকপা অপূবা ৱাহৈগী শরুক খরা নৎত্রগা ৱাহৈ অনী নৎত্রগা অনীদগী হেনবা ৱাহৈশিং শেম্বা মতমদা, লোল অদুদা লৈজরিবা ৱাহৈশিংনা মহুৎ শিল্লিনদুনা শেম্বা ৱাহৈ মখল অদুবু Loan-blends নৎত্রগা Hybrids Loan-words কৌই। খুদম ওইনা মখাগী অসুম্না ফংভি–

(a) Non-Native + Non-Native
(b) Non-Native + Native
(c) Native + Non-Native

খুদম

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| (a) Þ | Non-Native (Borrow) | + | Non-Native (Borrow) | = | Meaning |
| | Pan /pan/ 'pan' | + | Dukan /dukan/ 'shop' | = | 'pan shop' |
| (b) Þ | Non-native (Borrow) | + | Native (Manipuri) | | |
| | /wakiŋ/ 'walking' | + | /cɔtpa/ 'to go' | = | 'walking' |
| (c) Þ | Native (Manipuri) | + | Non-Native (Borrow) | = | Meaning |
| | /ima/ 'mother' | + | /market/ 'market' | | 'a market runned only by the woman folk' |

**(ii) Loan-shift : (Loan Translation) or Semantic Loans:**

মখল অসিগী Loan-words or Borrowing অসিদদি অতোপ্পা লোল অদুদগী ৱাহৈ নৎত্রগা খোঞ্জোক অদু লৌরোই অদুগী মহুৎতা ৱাহৈ অদুদা য়াওরিবা ৱাহৈগী অর্থ

ওইনা শীজিন্নৈ : খুদম

| | English | | Manipuri | | Meaning |
|---|---|---|---|---|---|
| i) | /sosaiti/ 'society' | Þ | /khunai/ 'society' | Þ | 'society' |
| ii) | /ikonomiks/ 'economics' | Þ | /sen-mit-lon/ 'economics' | Þ | 'economics' |

মথক্কী ৱাফম অসিদগী মখা তানা থিবকপা মতমদা অপূবা ৱাহৈশিংগী হৌবকফম (Etymology) অসুম্না নৈনদুনা য়েংবা য়াই। 'Etymology' হায়বদি কবি গুম্বা ৱাহৈ নৎত্রগা ৱাহৈশিংগী হৌবকফম থিদোক্কুনা নৈনবনি। ৱাফম অসিগী মতাঙদা অফাওবা Linguist David Crystal, 1987 গী মোত অসুম্না পীবি— "Etymology is defined as the study of the origin and history of the FORM and MEANING of words and changes in their meaning." মণিপুরীদা অসুম্না অর্থ পাবা য়াই— "Etymology না কবি গুম্বা ৱাহৈ অমগী হৌরিদগী অহৌবা-হৌবকফম নৈনবগা লোয়ননা ৱাহৈ অদুগী মওং (FORM) অমসুং ৱহন্থোক (অর্থ) (MEANING) দা পুবকপা অহোংবশিং অদু মমুৎ তানা নৈনৈ। কবি গুম্বা ৱাহৈ অমগী ইতিহাস (হৌবকফম) নৈনবকপা মতমদা ৱাহৈ অদুগী হৌরুবা মতমদা পোক্কখিবা, হৌখিবা তাঙ্কক কয়াদা মচেৎ কয় থোক্লা থায়দোক্কুনা নৈনদুনা য়েংবা য়াই। মসিগা লোয়ননা ৱাহৈ অদুগী Original (হৌবকফম) নৈনদুনা পুথোকই, অদুগা লোয়ননা ৱাহৈদা অমদি ৱাহৈগী অর্থদা অহোংবা কয় অদু ৱাহৈ অদুগী Etymology নৈনবগা মত্তং তাই।" হন্না ওইনা ETYMOLOGY হায়বা ৱাহৈ অসিমক নৈনদুনা য়েংবা মতমদা Linguistic History অমা উবা ফংই। হায়রিবা ৱাহৈ অসি Ancient Greek লোলদগী হৌদকপনি। ৱাহৈ অসি ETYMON+LOGIA হায়না তেংথানা তোঙানবা ৱাহৈ অনীনা পুল্লগা ওইবকখিবনি। Etymon গী অর্থনা 'the true sense of a word' অদুগা logia গী অর্থনা 'doctrine, study' হায়বনি। ৱাহৈ অনী অসিগী অর্থ অসুম্না পীবা য়াই— "ৱাহৈগী অশেংবা মচুম্বা মশক পুথোক্লবা নৈনবা" "The study of the true sense of words"

খুদম ওইনা

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| Old English | Þ | Middle English | Þ | Modern English |
| /modor/ | Þ | /moder/ | Þ | /mother/ |

মথক্কী খুদম অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মে মদুদি— ইংলিস লোলদা মফম-মতমগী মতুং ইন্না খোম্থোক (Pronunciation), ৱাহৈ (Vocabulary) অমদি ৱাহৈগী কাঙলোন (Grammar) দা অহোংবা কয়া লাকই— মসি Etymology না তাক্লি।

মণিপুরী লোলদা ফংলিবা Loan-words শিংগী Etymology গী মতুং ইন্না মখল

অনী থোক্রা ফংঙি। (1) Direct Borrowing and (2) Indirect Borrowing. *Direct Borrowing* গী মনুং চনবা ৱাহৈশিং অদু মখোয়গী হৌরকফম LOAN-WORDS ওইনা অতোপ্পা লোলশিংদগী হকথেঙননা লাকপশিং অদুনি অদুগা অমরোমদা Indirect Borrowing গী মনুং চনবা ৱাহৈশিং অদু মণিপুরী লোলদা নাকোয়নননা হায়বদি অতোপ্পা লোলদগী লাকপা ওইরবসু অতোপ্পা লোলগী থূংথাঙদা লাকপশিং অদুনি। থূদম ওইনা সংস্কৃত, হিন্দী, বেঙ্গলী অমসুং আসামীজ অদু ইংলিস লোলশিং direct borrowing নি অদুগা আরবিক, পার্সিয়ান, পাশতো, তর্কিস, পোর্তুগীজ, চাইনীজ, মলে, জাপানীজ অসিনচিংবা লোলশিংদগী লাকপা ৱাহৈশিংনা indirect borrowing নি।

**মণিপুরী লোলদা দাইরেক বোরোৱিংগী ওইনা লাকপা লোলশিংঃ**

**Indo-Iranian loans into Manipuri (Direct Borrowing)**

| | **Manipuri** | **Source** |
|---|---|---|
| 1. | asa | < a:ʃa: (Sanskrit) |
| | (hope) | (hope; trust; wish) |
| 2. | atma | < a:tma: (Sanskrit) |
| 3. | alu | < a:lu: (Hindi) |
| | (potato) | (potato) |
| 4. | cɔna | < cɔna: (Hindi) |
| | (chick-pea) | (chick-pea) |
| 5. | bamon | < ba:mɔn (Bengali) |
| | (a brahmin) | (a brahmin; a brahmin priest or cook; a dwarf) |
| 6. | banan | < ba:na:n (Bengali) |
| | (spelling) | (spelling; orthography) |
| 7. | cara | < ca:ra: (Bengali) |
| | (young plant) | (young plant, tree, fish; new-born) |
| 8. | khura | < khuɽa: (Bengali) |
| | (a younger brother of father; uncle) | (a younger brother of father; uncle) |
| 9. | laŋgol | < laŋgol (Bengali) |
| | (a plough) | (a plough) |

| | | |
|---|---|---|
| 10. | kobi<br>(cabbage) | < kɔbi: (Assamese)<br>(cabbage) |
| 11. | pukhri<br>(pond) | < pukhuri (Assamese)<br>(pond) |
| 12. | khurum<br>(wooden sandal) | < khorom (Assamese)<br>(wooden sandal) |

Indo-Iranian, Arabic, and Turkish Loans in Manipuri
(INDIRECT BORROWING)

মণিপুরী লোলদা ইন্দাইবেক্ত বোর্বোযিংগী ওইনা লাকপা লোলশিং হিন্দী নংত্রগা বেঙ্গলী লোলশিংগী পুংখাঙদা চঙলকই :

| | Manipuri | Indo-Iranian | Source |
|---|---|---|---|
| 13. | baki<br>credit balance | < bakhi: (Bengali)<br>credit balance:<br>left over; balance<br>outstanding | < ba:qi: (Arabic) |
| 14. | dɔli/<br>a deed | < dɔlil (Bengali)<br>a deed: a document<br>piece of evidence | < dɔli:l (Arabic) |
| 15. | hɔk<br>rightful claim<br>or title | < hɔk (Bengali)<br>title:rightful or just | < hɔqq (Arabic) |
| 16. | ɔŋgur<br>grape | <a:ŋgu:r (Bengali)<br>grape | < angu:r (Persian) |
| 17. | dɔrkar<br>(necessity, need,<br>requirement) | < dɔrka:r (Bengali)<br>(necessity, need;<br>requirement) | < dɔr ka:r (Persian) |
| 18. | begam<br>(a queen,<br>a Muslim lady) | < begam (Bengali)<br>(a queen,<br>a Muslim lady) | < begam (Turkish) |
| 19. | top<br>a cannon | < top (Bengali)<br>a cannon; a big gun | < top (Turkish) |

নাকল অমরোমদা European Loan-words শিংনা মণিপুরী লোলদা চঙলকপা অসিদি Direct Borrowing গী মওংদা ওইনা লাকই। অয়াম্বা European Loan-words শিংনা হায়বদি English নত্তনা অতোপ্পশিংনা মণিপুরীদা চঙলকপসি Indirect borrowing নি। মরু ওইনা Hindi অমদি Bengali লোলশিংগী খুৎথাঙদা ওইনা লাকই। নাকল অমরোমদা Tamil, Malay, Chinese, Japanese অসিসু Indirect borrowing গী খুৎথাঙদা চঙলকখি।

**সংস্কৃত লোলদগী লাকপা Loan-word শিং**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | অর্থ | 'meaning' | /arthɔ/ |
| ২। | আশা | 'hope' | /a:ʃa:/ |
| ৩। | আত্মা | 'soul' | /a:tma:/ |
| ৪। | বৈরী | 'enemy' | /bɔiri:/ |
| ৫। | বর | 'blessing', 'a groom' | /bɔr/ |
| ৬। | বিষয় | 'subject' | /viʂɔy/ |
| ৭। | দান | 'offering' | /dɔ:n/ |

rikso /'rickshaw ' (Manipuri) < /riksa/ (Bengali)
< riksa: (English) 'rickshaw' < jimrikisha (Japanese)
'rickshaw' ('where' jim-'man' riki-'power' sha-'vehicle')

হৌজিক-হৌজিক মণিপুরী লোলদা চঙলকপা Loan-words কী মশীং চাউবাক্না লীশীং মরিগী মথক্তা ফংগি। মখোয় অয়াম্বনা Indo-European family শিংদগীনি। ইন্দো-য়ুরোপিয়ান লেংগ্বেজ ফেমিলী অসিবু অমুকসু মখা তানা অমুকসু শকক অহুম থোক্লা খায়দোক্লনা নৈনবা য়াই– i) Indo-Aryan family, ii) Iranian family and iii) European family. অদুগা হায়রিবা ফেমিলী অসিগী মনুং চন্দবা অতোপ্পা লেংগ্বেজশিংদগীসু মশীং য়ামদবা চাংদা য়াহৈ খরসু ফংগি। মখোয়বু Rest of the family (খুদম ওইনা Tamil, Malay,

Chinese, Japanese নচিংবা) হায়নৈ। মণিপুরী লোলদা ফংলিবা Loan-words কী ক্লাসিফিকেসন অসুম্না উৎপা য়াই:




Indo-Aryan অমদি European family শিংগী Loan-word কী মশীং তঙ্খায় তঙ্খায় ফংঙি (Binodkumar Sharma 1988;204-241) হৌজিক ফাওবগী ওইনদি চপচাবা Loan-word কী মশীং অমদি মণিপুরী সাহিত্যদা শীজিন্নরিবা অমদি মণিপুরী লোলগী (মৈতৈলোল) মশাগী ওইজবা ৱাহৈ (Original Native words) খঙদোক্লি। অদুবু ৱাফম অসিমদি তশেং-তশেংলে মদুদি মণিপুরী লোলদা Modern Education System লাকপগা ইরোয়ননা Cultural contact কা ইরোয়ননা অমদি Science and Technolgy অমসুং অনা-লায়েংগী খ্রীবমশিংদা যুম্ফম ওইরগা হৌজিকসু লেপ্না লৈতনা অনৌ-অনৌবা ৱাহৈ কয়া চঙলকপা লেপত্রি। মসিদগী হেন্দোক্লুনা মণিপুরীশিংনা মপা-মপুশিংনা কৌনবগা Tibeto-Burman Language গী মিংগী (Proper Name) ফাওবা Indo-Aryan লোলশিংদগী অমদি ইংলিস লোলশিংদগী পুদুনা শীজিন্নবি। খুদম ৱরদং ওইনা পল্লবদা বুদ্ধি, ইন্দ্র, অজীৎ, জয়, ইবাকত, রীতা, ইন্দু, আশালাতা, বিনা, শান্তি, রাধা, কৃষ্ণ, উমা অসিনচিংবনি। অদুগা অমুক European family গী মিংশিং য়েংবা য়াই– খুদম ওইনা James, Romeo, Michael, Elizabeth, Victoria, Diana, Athena, Chelsea, Michel, Tom, John অসিনচিংবনি।

**অতোপ্পা লোলশিংদগী চঙলকপা ৱাহৈশিংনা পূরকপা অহোংবশিং ঃ**

অপুবা ৱাহৈ মণিপুরী লোলদা চঙলকপা মতমদা লোলদা অহোংবা কয়া পুরকই। মতম শাংনা তন্নকপা নংত্রগা শীজিন্নবকপা মতমদা খোম্বোক্তা (Phonology) দা অহোংবা পুবকই অমসুং ৱাহৈ ৱাতা (Phonemic and morphological structure) দা অনৌবা লোলগী শহম্মদগী অহোংবা পুরকই। খুদম ওইনা মণিপুরী লোল অসি অৱিবা মতমদা খোম্বোক Consonant ১৫ লৈরম্মী। মদুদি :- /p/, /t/, /k/,/ph/, /th/, /kh/, /c/, /m/, /n/, /ng/, /l/, /s/, /h/,/w/, /y/ নি। অদুবু অপুবা ৱাহৈশিং লাকপদগী Consonant ৯ মণিপুরী লোলদা চঙলকই। মদুদি : /b/, /d/, /g/, /j/, /r/, /bh/, /dh/, /gh/ অমসুং /jh/ নি।

অসুম্না বাজাব, ফজবা, জাতি, গর্ভ, সংঘ, ধুপ, ঝুলী, রং, ইবা, দান, বৃদ্ধি, খবরনচিংবা ৱাহৈশিং অসিদা খোম্বোক ৯ অসি অপুবা ৱাহৈ লাকপদগী মণিপুরীদা চঙলকখি। অদুগা অপুবা ৱাহৈশিংদা মশাগী লৈজবিবা অর্থ অদুগী মহুত্তা অতোপ্পা অনৌবা অর্থদা শিজিন্নবগী খুদমসু ফংই। খুদম ওইনাঃ 'পূজাবি'- মশাগী অর্থদনা পূজা তৌবা মীশক। অনৌবা অর্থদা শিজিন্নবনা চাক থোংবা। 'থানা'- মশাগী অর্থদনা পুলিস ষ্টেসন। অনৌবা অর্থদা শিজিন্নবনা পুলিস ওইবা মী।

মপানগী লোলশিংগী ৱাহৈশিং লাকপদগী অনৌবা ৱাহৈ শেমলকপা ময়াম অমসু লৈ। খুদম ওইনা : ভবম চংপা, গেট চফু, হৌজিক কাল, ইবম নালা, শন গাড়ী, হাফ থাবা, পুজা লম্পাক, ৱাকিং চংপা, টুইসন চংপা অসিনচিংবনি। মথক্কী ৱাহৈশিং অসিদা মপানদগী চংলকপা ৱাহৈগা মণিপুরী লোলগা শিন্দনা অনৌবা ৱাহৈ কয়া শেমবসু থেংনরি।

মালেমগী ওইনা চংনবী ওইনা অনৌ অনৌবা নৌশিন্দুনা অদুগা ইশাগী লৈজবা ৱাহৈ কয়া নৌহৌননা শিজিন্নদুনা মতম মতমগী বিজ্ঞানগী ৱাহৈ ৱাতা কয়া শেমদুনা লোল অসিবু মপুং ফানা শেমগৎতুনা চাউখৎলবা লোলশিংগা মান্ননা চংপা শুম্ননবা হোৎনবা তাবনি। ভুসিগী মালেমদা চাউখৎলবা লৈবাকশিংগী মমালোলশিংনা হিবম খুদিংমক্তা শিজিন্নরি। খুদম ওইনা জাপানিজ, চাইনিজ, ইংলিস, ফ্রেঞ্চ, জর্মন, রুসিয়াননচিংবা মমালোল লোইনমক শিজিন্নরি। মরম অসিনা ঐখোয়সু ইমালোলবু লাইবিক লাইশু, বিজ্ঞান, অনা লায়েংনচিংবা হিবম খুদিংমক্তা চাউখৎনবা হোৎনবা মথৌ তাই।

# মঙাশুবা নেসনেল গেমসতা মণিপুর

*শরৎচান্দ থিয়াম*

মণিপুরনা যুম্ন ওইদুনা ভারতকী হ্বাইদগী চাউরবা নেসনেল গেমস পাঙথোকখিরবসি ১৯৯৯ গী ফেব্রুৱারী ১৪ দগী ২৫ ফাওবনি। হ্বাইদগী চাউবা নেসনেল গেমস অমবু পীকত্রবা ষ্টেট মণিপুরনা পাঙথোকপা হায়বসি অরায়বদি নত্তে। অদুবু মসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা মণিপুরগী মীয়াম পুম্নমক লিংজেল চপ মান্নখি। অমত্তা ওইবগী রাখলদা মায়কৈ কয়াদগী অঙম-অঙম্না হোৎনদুনা গেমস অসি মায় পাক্লবা হোৎনখি। শান্ন-থোৎনববু য়োকখৎপা পামজবা মণিপুরগী মীয়াম্না হৌনকবা নাইদনা নেসনেল গেমসকীদমক চোংথোক্লবকখি। নেসনেল গেমস হায়বসিমক্তবু ভারতকীদি ওলিম্পিক গেমস অমগুম্বনি। অদুগা ওলিম্পিক গেমসকী রাখল্লোল অসিদি মণিপুরদা কুইরবা মতমদগী লৈবকপা মরমনা শিন লাংবদসু হেন্না থৃৎলোয়না থোকখি।

নেসনেল গেমস হায়বসি ইন্দিয়ান ওলিম্পিক এসোসিয়েসন্না ভারতকী মফম কয়াদা হোং-হোংদুনা পাঙথোকই। এসোসিয়েসন অসিনা গেমস অসি ১৯২৪ দগী ইহান হান্না পাঙথোকপা হৌখ্রে হায়না লৌরবসু কদায়রাইদা ইহান হান্না পাঙথোকখিরবনো হায়বসিদি পুথোকপা ঙম্ঙদ্রে। অদুবু মথং-মথং চৎথবকখি হায়বগী রেকোর্দ ফংলবা মতুংদা ১৯৭৯ দা হায়দ্রবাদতা ২৫ শুবা নেসনেল গেমস পাঙথোকখি হায়বসিদি যানবে। অদুবু এসোসিয়েসন্না অমুক হন্না নৌনা ১৯৮৫ দগী দিল্লীদা অহানবা নেসনেল গেমস পাঙথোকখি। মসিগী মতুং ইন্না ১৯৯৯ দা মণিপুরনা যুম্ন ওইদুনা মঙাশুবা নেসনেল গেমস পাঙথোক্লবা এসোসিয়েসন্না শিন্নবকখি। অনৌবদা মঙাশুবা হায়বগসু হান্নগী পরীংদা চৎথবকপা ওইরগদি ৩০ শুবা নেসনেল গেমস ওইগনি। অদুবু এসোসিয়েসন্না শিন্নবকখিবা মতুং ইন্না মণিপুরনা পাঙথোকখিরবসি মঙাশুবা নেসনেল গেমসনি।

এসোসিয়েসন্না অনৌবা ওইনা ১৯৮৫ দগী চৎথবকখিবা অহানবা নেসনেল গেমসতগী লেপ্না লৈতনা মণিপুরনা শরুক যাদুনা লাকখি। ১৯৮৫ দা দিল্লীদা পাঙথোকখিবা মতমদা মণিপুরনা গোল্ড ২, সিলবর ৫, ব্রোঞ্জ ৩ ফংদুনা ১৪ শুবা পোজিসন্দা লৈখি। ১৯৮৭ তা কেরলাদা পাঙথোকখিবা অনীশুবা গেমসতসু গোল্ড ৩, সিলবর ৩, ব্রোঞ্জ ৭ ফংদুনা ১৪ শুবা পোজিসন্দা লৈখি। ১৯৯৪ দা মহারাষ্ট্রদা পাঙথোকখিবা অহুমশুবা গেমসতদি গোল্ড ১৩, সিলবর ১১, ব্রোঞ্জ ১৮ ফংদুনা মাপনশুবা পোজিসন্দা হাইগৎলকখি। ১৯৯৭ তা কর্নাতকাদা পাঙথোকখিবা মরিশুবা গেমসতসু গোল্ড ১৫, সিলবর ১০, ব্রোঞ্জ ১৭ ফংদুনা মাপনশুবা পোজিসন্দা অমুক লেঙদনা লৈখি। অসুম্না মমাঙগী রেকোর্দশিং অসি য়েংলুরগা মণিপুরনা যুম্ন ওইদুনা পাঙথোকপদদি মণিপুরগী ফীভম কমদৌগদৌরি হায়না মতমদুদা য়াম্না

কয়া ভাঙনখি। অদুবু মণিপুরগী থৌনা ফরবা শান্নরোয়শিংনা অকনবা লান্না তৌনরকপদা মথং-মথং মায় পাক্লকুনা মণিপুরনা ওবরওল তিম চেম্পিয়ন ওইখি। ইন্দিয়ান ওলিম্পিক এসোসিয়েসনগী নিয়ম মতুং ইন্না ওবরওল তিম চেম্পিয়ন ওইবগী ট্রোফীসি পোইন্তু মশীংদা য়েংলগা পীনৈ। মরম অসিনা মণিপুরনা পূন্না পোইন্তু ৪৮৬ ফংদুনা ওবরওল তিম চেম্পিয়ন ওইদুনা রাজা ভলেন্দ্র সিংহ ট্রোফী ফংবা ঙমখি। কেরলানা পূন্না পোইন্তু ৪৮১ ফংদুনা অনীশুবা তাখি। মেদলদদি মণিপুরনা গোল্ড ৪৯, সিলবর ২৪, ব্রোঞ্জ ৩৯ ফংখি। অদুগা কেরলানা গোল্ড ৫২, সিলবর ৩৪, ব্রোঞ্জ ২২ ফংখি: মরিশুবা গেমস ফাওবদা মণিপুরনা মাপনশুবা পোজিসন্দা লৈবন্নগা মঙাশুবা গেমসতা মকোক ওইরকপগীদমক মণিপুরগী শান্নরোয়শিংবু শীংথানবা উৎপা ওইনা ওবরওল তিম চেম্পিয়ন ফংখিবা নুমিৎ ফেব্রুবারী ২৫ বু মণিপুর সবকাবনা শান্নরোয়শিংগী নুমিৎ হায়না লাউথোকখি। মশান্না কয়াবু মফম অমত্তদা শান্নফম ওইহল্লিবা এসিয়াগী মনুংদসু য়াম্না তাঙলবা মণিপুরগী খুমন লম্পাক স্পোর্তস কমপ্লেক্সনি। শান্নবোইশিংগীদমক শেমগৎখিবা কমপ্লেক্স অসিনা মণিপুরগী শান্নরোয়শিংদা থৌনা কয়া পীখি। নেসনেল গেমসকী অচৌবা ঈহৌ অমা লাকপা মতমদা মণিপুরনা চেম্পিয়ন ওইদবা য়াদে হায়দুনা হোৎনখিবা মণিপুরগী শান্নবোয় পূন্নমক মায় পাকখি। পৃথিবীগী মফম অতৈদা ফংন্নবা মণিপুরখক্তদা ফংবা শঙাইনা মাক্সোত ওইদুনা নিংথেম হায়না মমিং থোন্নগা ভারতকী শান্নরোয় পূন্নমকপু তবান্না ওকখি। হৌদোকপা নুমিৎ ফেব্রুবারীগী ১৪ দা খুমন লম্পাক মেন স্তেদিয়মদা পাওথোকখিবা তিম ৩০ না শরুক য়াখিবা গেমস অসিদা যুস্নু ওইরিবা মণিপুরনা খাইগী তুংদা ইন্তরনেসনেল হোকি প্লেয়ার ক্ষেত্রিময়ুম তিঙ্গোংলৈমা চনুনা মণিপুর ওলিম্পিক এসোসিয়েসনগী ফীবাল পায়দুনা মার্চ পাস্তু চৎখি। মণিপুরগী শক্লাইরবা ফ্লিন্তব ইন্দিয়া তাইতল ফংন্নবা নোংথোম্বম মাইপাক সিংহনা মৈবা চুখৎখি। মণিপুরগী অর্জুন এরার্দ ফংন্নবী নাওরেমাকপম কুঞ্জরাণী দেবীনা শান্নরোয়শিংবু বাশক লৌখি। মণিপুরগী মমিং লৈবরা অরিবা জগোয়-ঈশৈ কয়ানা হৌদোকপগী থৌরমদা উৎতুনা মীয়ামদা অঙকপা পোকহনখি। চাউন্নবা মেন স্তেদিয়ম অদু থাঙ-তাগী পৃং চোলোমগী কলাকারশিংনা পীক থনখি। কলা সংস্কৃতিদা ইনাক খুন্নবা মণিপুরবু গেমস হৌদোকপা নুমিৎতা ফজনা মশক তাকপা ঙমখি।

য়ান্না লেমজনীংঙাই ওইররা মঙাশুবা নেসনেল গেমসপু ভারতকী প্রসিদেন্তু ডা. কে আর নবায়াননা ফেব্রুবারী ১৪ দা হৌদোক্লবা মতুংদা মশান্না ২৭ তা শান্নরোয়শিংনা মেদলগীদমক লম্না তৌবা হৌনখি। মণিপুরগী কন্তিনজেন্ততা পূন্না মেম্বর ৬১৪ লৈদুনা খাইদগী মশীং য়াম্বা কাঙবু অমা ওইবগা লোয়নরা মশান্না কয়াদা মেদল মথং-মথং লৌবা হৌরকখি। অনৌবা গেমস রেকোর্দ কয়াসু থম্না ঙন্নকখি। মরাথোনদা ওকেন্দ্রোনা নেসনেল রেকোর্দ থুগাইখি। কি.মি. ১০ গী রাকিংদা বালা দেবীনা গেমস রেকোর্দ অমসু থমদুনা মণিপুরগী শান্নরোয়শিংগী তেপ ন্ত্রেম্না মগুণ উৎপা ঙমখি। বাম্বেশ্বরী দেবীনা সাইক্লিংগী মিটর ১০০০ গী টাইম ট্রায়েলদা গেমস রেকোর্দ অমসু থমদুনা মণিপুরগী সাইক্লিস্টশিংগী হৈশিংবদু উৎথোকখি। সুবাসচন্দ্রনা ট্রাইথলোন্দা নেসনেল রেকোর্দ অমসু থমদুনা অনৌবা মশান্না ওইনা চঙলকখিবা ট্রাইথলোন্দা মণিপুরীশিংগী মাংজিন থাবা মতৌদু খণ্ডহনবা ঙমখি। মশান্না ২৭ হায়রদি

একাতিক্স, আর্চরী, এথলেতিক্স, বেদমিন্তন, বাস্কেতবোল, বোক্সিং, কেনোয়িং এন্দ কয়াকিং, সাইক্লিং, ইকোস্ট্রিয়ান, ফেন্সিং, ফুতবোল, জিম্নাস্তিক্স, হেন্দবোল, হোকি, জুদো, কাবাদি, খোখো, রোয়িং, সেপাক তাক্রো, সুতিং, তেবল তেনিস, তাইকোন্দো, তেনিস, ত্রাইথলোন, ভোলিবোল, ৱেথলিফতিং অমসুং ৱ্রেসলিংদা মণিপুরগী শান্নরোয়শিংনা লম্বা তৌবা য়াওখি। অকনবা লম্বা তৌনরকপদা মণিপুরগী শান্নরোয়শিংনা তোঙান তোঙানবা শায়ফমদগী মেদল মথং মথং লৌরক্লুনা মণিপুরগী মেদল মশীং য়াম্না হেনগৎলকখি। মণিপুরনা একাতিক্সকী মনুংদা য়াওরিবা ঈরোইবদা সিলবর ১, আর্চরীদা সিলবর ২, ব্রোঞ্জ ২, এথলেতিক্সতা গোল্ড ৭, সিলবর ২, ব্রোঞ্জ ৪, বোক্সিংদা ব্রোঞ্জ ২, কেনোয়িং এন্দ কয়াকিংদা ব্রোঞ্জ ৯, সাইক্লিংদা গোল্ড ৭, সিলবর ৫, ব্রোঞ্জ ২, ইকোস্ট্রিয়ানদা সিলবর ১, ব্রোঞ্জ ১, ফেন্সিংদা গোল্ড ৪, সিলবর ২, ব্রোঞ্জ ৫, জিম্নাস্তিক্সতা গোল্ড ২, জুদোদা গোল্ড ৩, সিলবর ২, ব্রোঞ্জ ৩, তাইকোন্দোদা গোল্ড ১৩, সিলবর ২, ব্রোঞ্জ ৪, ত্রাইথলোন্দা গোল্ড ৩, সিলবর ২, ব্রোঞ্জ ১, ৱেথলিফতিংদা গোল্ড ৩, সিলবর ৩, ব্রোঞ্জ ১, ৱেসলিংদা গোল্ড ২, সিলবর ১, ব্রোঞ্জ ১, নুপীগী ফুতবোলদা গোল্ড ১, নুপীগী হেন্দবোলদা সিলবর ১, নুপীগী কাবাদ্দিদা ব্রোঞ্জ ১, সুতিংদা ব্রোঞ্জ ৩ অমসুং সেপাক তাক্রোদা গোল্ড ৪ ফংখি। অসুম্না মণিপুরনা মঙাশুবা নেসনেল গেমসতা গোল্ড ৪৯, সিলবর ২৪, ব্রোঞ্জ ৩৯ ফংদুনা পোইন্ত মশীং য়ামখৎহনবদা মতেঙ ওইবদগী য়াম্না চাউখোকচনীংঙাই ওইরবা রাজা ভলেন্দ্র সিংহ ত্রোফী অসি ফংবা ঙমখি। নুমিৎ খুদিংগী গেমসকি মরিক চুম্না পাউ কয়াসু সঙাই দাইবি কৌবা নিউজ লেটর অমা পব্লিসিটি সব কমিটিনা পুথোক্লুনা মীয়ামদা খঙহন্নখি।

মণিপুরনা য়ুম্না ওইদুনা মঙাশুবা নেসনেল গেমস ১৯৯৯ গী ফেব্রুৱারী ১৪ দগী ২৫ ফাওবা নুমিৎ ১২ নি চুপ্পা চৎথখিবা অসিদা মণিপুরনা মায় পাকপগা লোয়ননা নেসনেল গেমসকী ইতিহাসতা অহানবা চেম্পিয়ন ওইবগী রেকোর্দ অমা থম্বা ঙমখিবসি তুংগী মীরোলনা নীংশিংদুনা লৈহৌবগনি। লোয়ননা ফেব্রুৱারী ২৫ বু শান্নরোয়শিংগী নুমিৎ হায়দুনা সনাগী ময়েক্তা ইদুনা লৈহৌবগনি। মণিপুর সরকারর লৈবাক মীয়াম শান্নরোয়শিং পুম্না অমত্তা ওইনা হোৎনমিন্নখিবগী মহৈ ওইনা মণিপুরনা মঙাশুবা নেসনেল গেমসতা ওবরওল তিম চেম্পিয়ন ওইবা ঙমখিবনি হায়বসিসু মণিপুরগী ইতিহাসতা ময়েক শেংনা লৈহৌবগনি। তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ কয়ানা পুম্না নুংশি চান্নবা হিংমিন্নরিবা মণিপুর মীয়ামগী থম্মোয়দা লৈরিবা অপুনবনা পাক্কলনি হায়বদু গেমস অসিনা ৱারী ওইদুনা লৈহৌবগনি। লোয়ননা অমত্তা ওইনা পুম্না হোৎনরবদি ঙমদবা লৈতে হায়বসিসু মঙাশুবা নেসনেল গেমসনা তশেং তশেংনা উত্তুনা লৈরগনি। অসিগুম্বা কাউঙমলবোইদবা থৌদোক কয়াগী নুংশিরবা ৱারী পুম্নমক্কী ইতিনফম ওইববা মঙাশুবা নেসনেল গেমসনি। গেমস অসিগীদমক শেমগৎ শাগৎপা হেক হৌবদগী গেমস পাঙথোকপা লোয়বা ফাওবসিদা মণিপুরগী মীয়াম্না করম্না চঙশিন্নকখি হায়বগী ৱারী পুম্নমক খুমন লম্পাক মেন স্তেদিয়মগী ভি আই পি গেলেরী মখাদা লৈরিবা স্পোর্তস ম্যুজিয়মসু ময়েক শেংনা উত্তুনা লৈরি। স্পোর্তস ম্যুজিয়ম অসিনা মতম পুম্নমক্তা মঙাশুবা নেসনেল গেমসপু নীংশিংদুনতা লৈহন্নগনি।

# এবরেস্ত মতোন লোমখ্রবা সুরজ

***শরতচান্দ থিয়াম***

পুন্সিগী মীকুপ খুদিংমক শীংনদুনতা লাকখি। থেংনদুনতা লৈখি চোকথবা নাইদনা। অদুনসু ভুম্বনি। অদুনা মায় পাকখিবনি। অদুননি রাংথ্রবা এবরেস্ত চীংজাওনা সুরজগী মখুৎতা মায়থীবা ফংখ্রিবা। হৌজিক্তি মায়থীহৌরে এবরেস্ত। পুন্সিগী থেংখাঙ কয়াবক্তা হিংবগী চৈশাংনা কল্লকপদা দাগফম কয়া লৈরবা সুরজগী পুন্সিনা কৈদৌনুংদসু নীংহন্নখিদে। দাগফমশিংদুনসু পুক্নখিবনি মহাকপু মায় পাকপগী লম্বীদা।



এপ্রিল ১৯ নি ১৯৭১ গী। সুবজনা তাইবঙ মীকপ থোরকখিবসি শিলোংদা। অপোকপা নোংমাইথেম জামিনি লৈখিদ্রে ১৯৯৯ দা। অপোকপী খুমন লৈমস্ তাইবঙপান থাদোকখ্রে ১৯৮৪ দা। অঙাংসু সুবজগা মচম্বুপী সুনিতাগর্তন। অঙাং অনী যোকপা ওম্মবা হোৎনবদা ফিগী কাবনান ত্রৈই অপোকপা অপোকপী। অদুনা কোয়না চংসি মণিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দা। অদুমক্তা শিলোংদা মহৈ-মশিং তম্নকখি অঙাং ওইরিঙ্ঘ সুবজ। মতুংদা মণিপুর থোরক্লনা ক্লাস এইত ফাওবা ইম্ফালগী সেন্ত জোর্জদা মখা চংথখি। নাইন্দগী তুরেল ক্লাস ফাওবনা সি সি হায়র সেকেন্দরীদা। মতমসিদানি হৈস্নাম বালকৃষ্ণগা নোংমাইথেম সুবজগা পুন্দুনা সেমিনার দিবেত সিম্পোজিয়ম কুইজনাচিংবদা তকখৎলকখিবসি। মনা কয়াগী মথক্তা মিংচৎসু ফংখি মতমদুদা।

দি এম কলেজ ওব আর্তসতা গ্রেজুয়েত লোইরবা মতুংদা মণিপুর য়ুনিবর্সিতিগী মখাদা ইকনোমিক্সতা মাস্তর লোইশিনখি। মতমদু ১৯৯৪ নি। এম এ লোইরগা থবকসু ফংদবা হিংদবসু য়াদবা হিংনবসু হোৎনদবা য়াদবা শাংলবা পুন্সি খোঙচং অমথক ১৯৯৪ দগী ১৯৯৯ ফাওবা লৈখি। মবকসিদনি নিযু চেক্কোন্দা লৈবা সেব মেদিকোজদা ফমদুনা হীদাক-লাংথক য়োনবা য়াওখিবা। ফার্মাসী ফম্বা য়াওদুনা হিংনবা হোৎনবদা কবিসু খনখিদে। মসিনদুম পুন্সি হিমায় চুম্বদা অচৌবা মতেঙ ওইখি।

গ্রেজুয়েত লোইরবা মতুংদা পরীক্ষা অমা থাদুনা সি দি এস পাস তৌখিবদসু এক্তিব সার্বিস পান্নক্তবদগী তোকথোক্লনা মাস্তর ওইনা এম য়ুদা তমথখিবনি। শাগে-নাত্তে ইমুং-মনুংগী মীওই খরা কৈশামপাৎতা হান্না লৈবম্মী। অদুবু ১৯৭৪ দা কোনুং মনুংদা লম অমা

লৈরগা মথুরাখোয়রগা পূন্না ইযুং অমা ওইনা চপচানা খুম্থোয়রকখি। অশুংবা ওইরিঙৈদা শাম্ন-খোংনবা পামজরকই। ওজা নাইনা চংথরক্লবসু কুলগী কলেজগী লৈকায়গী স্পোর্তস মিত কয়াদদি শরুক য়ারকখি। যোগদসু য়াওরকখি। মাউন্তেনিয়ারিং হায়বসিদি মমিং তাকখক্তনি। য়াওরকপা নত্তে। নকশীল্লুবা নত্তে। গ্রেজুয়েতকী মতমদুদদি লৈকায়গী য়াউশঙ স্পোর্তসতসু মশাম্না কয়াদা শরুক য়াবদা নত্তনা মরাখোন লমজেলনচিংবদসু য়াওদুনা মশাগী মতীং কৃদোকখি। মচেং মচেং ময়ামসিনা মহাক্কী মায় পাকপগী পুন্সিদা অচৌবা কান্নবা অমা ওইখি। শীজিন্নবা হৈবনিনা শীজিন্নকম খঙনা মহাক্কী পুন্সি খোঙচংতা শীজিন্নখি। অপোকপী লৈখিদ্রবা মতুংদা নর্স ওইবী মন্দোমচা কুন্নবতীনসু য়েংশিনবিখি।

খবক অচৌবদগীনা মচা কাওবসিদা ইন্টরভিয়ু কনা য়াম্না য়াওখি অমবু ফংলবদি হায়দুনা। মায়খীবত্তনা মশরুক ওইখি। ১৯৯১ দা স্তাফ সেলেক্সন কমিশন্না এসিস্তেন্ত গ্রেদকী ওল ইন্দিয়া ওপন একজামিনেসন অমা পাঙথোকখিবদুদা শরুক য়ারকগী মহৈ ওইনা মায় পাকখি। ২০০২ দা মিনিস্ত্রি ওব হোম এফ্যার্সকী মখাদা সিক্কিমদা পোস্তিং পীখি ইমিগ্রেসন ওফিসকী। তৃমিন্না লৈখিদে। গেংতোক্তা লৈবা সোনাম গ্যাসতো মাউন্তেনিয়ারিং ইনস্তিত্যুতকী বেসিক মাউন্তেনিয়ারিং কোর্সতা য়াওশিনখি। ইনস্তিত্যুত অসি সেন্ত্রেল গবর্ণমেন্তকী মখাদা লৈবনিনা সেন্ত্রেল গবর্ণমেন্তকী এমপ্লোয়ী অমা ওইরিবা সুবজনা য়াওবা য়াখিবনি ইকোম কোমনা।

কা হেন্না খবায় য়াওশিনখিবনা পূম্নমকপু মহাক্না নমহংখি। ২০০২ গী কেন্ত ত্রেনী ফংদুনা কপসু লৌখি। পুন্সিদা খেংনদুনতা মায়োক্লন্দুনতা লাক্লবনিনা খেংননীংখি। মৈতৈ মচা অমা ওইবগী পোকপদগী য়াওরক্লবা মশিংখাদু কৃদোরকপদা সুরজগী লম্না লৈখিদে ইনস্তিত্যুত অসিদা। এদবান্স মাউন্তেনিয়ারিং কোর্সতসু এ প্লস ফংদুনা কেন্ত ত্রেনী ওইখি। ফিত লীশীং ২১ য়াংবা ভর্জিন পিক খাংপুপ খাংসে জয় তৌখি কোর্স অসিদা। কেন্ত ত্রেনী ফংত্রবশিংগী লিস্ত অমা থেংপদুদা বেসিক্তসু এদবান্সতসু সুবজগী মিংদি ময়েক শেংনা য়াওখি। নোক্লন্দুনা সুরজনা হায়খি– মৈতৈমচা অমগী মিং য়াওবদা য়াম্না নুংঙাইখি।

২০০৫ গী এদবান্স কোর্সতসু য়াও হায়রকপদগী মাউন্ত ফুলাং জয় তৌখি। ইনস্তিত্যুত অসিসু তৃমিন্না লৈখিদে। মিনিস্ত্রি ওব হোম এফ্যার্সতা মাউন্ত এবরেস্ত কানবগী অয়াবা পীবিনবা হায়জখি। য়ারকখি। অচঙবা শেলফম পূম্নমক মিনিস্ত্রি অসিনা পুথোক্কদবনি। কনা কনাবু মাউন্ত এবরেস্ত এক্সপিদিসন অসিদা য়াওহনগনি হায়বসিদা অখন্নবা সেলেক্সন অমা পাঙথোকপা তাখি। মদুগীদমক প্রি এবরেস্ত সেলেক্সন কেম্প অমা জুলাই ২০০৭ তা পাঙথোকখি। ভারত পুম্নমদগী খনগংলবা চাংকাম্নেয় ৪৫ না শরুক য়াখি। ফিত ২০,৫০০ য়াংবা ক্রম খাংসে কাহনখি। হেক্ক য়াবমখৈ খংথনবা হোংনরগা ৪৫ দগী ১৫ খক খনবা ঙাখি। মসিদসু ইনস্তিত্যুতকী ইন্সত্রক্তর ৮ গী রিজার্ব অমসু থমখি। অতৈ অতৈগীসু খাইদোকপ্রগা অনীখক্তা ঙায়হৌখি। অনীদুগী মনুংদা সুরজনা চন্দবা য়াবরা হায়বসিনি সুরজগী চেলেঞ্জ। স্পোর্তসতা করিদা মৈতৈ মচানা হেন্নগবু করিগী ঙমদনি হায়বসিদনি তকখংত্রিবা। অহানবগী ওইনা ৪৫ গী মনুংদগী ২০ খংতোকল্লে। ২০০৭ কী নবেম্বর দিসেম্বর লোয়নবা মতমনি। ঈংবনা খক-খক নীকপা খোঙ-খুং ফাওবা উন্না চাথোকপা তাঙ্গদুনি। এবরেস্তকা হাইরপ হবা-নুংশিং মান্নবা মাউন্ত

শংলাক্ত কাহনখি। মখোঙদনা মাইনস ১০ দিগ্রী মতোন্দনা মাইনস ৩০ দিগ্রী সেলসিয়স।

মায় পাকখি। ২০০৮ গী জানুৱারীদা চিঠি অমা থুংলখি ওফিসতা খল্লে হায়না। হৱাওখি মহাক। মতোন য়ৌবমক ঙমদ্রবসু কাবগী লিস্ততদি য়াওরেদনা খনখি। ২০০৮ গী ফেব্রুৱারী ১৩ দা লুহোংবগী মতমসু লেপশীল্লকখি য়ুমগী মীওইশিংনা। ফেব্রুৱারী থা অসিমক এবরেস্ত কানবগীদমক কন্দিসনিং কেম্পতা লৈগদবা মতমনি। লুহোংবগী অফবা মতম অতৈ অমা লৈত্রে হায়বদগী তঙাইফদনা ফেব্রুৱারী ১৩ দা মহাক লুহোংখি মোবাইল ফোন্দা মশক সুকউ উনদনা শকখঙনরগা চেনখিবী উকিল গীতারাণীগা। মহাক্কী মরূপ অমনা শক খঙনৌ হায়দুনা মোবাইল ফোন্দা ৱারী শানদুনা এস এম এস থানদুনা শকখঙনরগা চেল্লবা মতুংদা মতম খবা লৈরগা লুহোংখিবী গীতারাণীনা লুহোংলবা মতুংদা মঙোন্দা হায়খি— "এবরেস্ত কাবগী তাঙ্গা হায়বসিদি মী অমগী পুন্সিদা পাক পাক লাকপা নত্তে। হন্দক্কী থুদোংচাবা অসি নাত্তোকহনবিগনু। কাবিরুচো। মায় পাক্কনা মণিপুরগী মিংচৎ পুবগা হনবিবকউ।"

২০০৮ গী ফেব্রুৱারী ১৭ তা কেম্পতা জোইন তৌখি। অকনবা ট্রেনীংনি। হাত কল্লবগী খোঙ লিংনবগী। এবরেস্ত কাবগী লম্বী অনীনি। চাইনাবোমদগী অমা। নেপাল্লোমদগী অমা। চাইনারোমদগী কাননবা য়ানখি। অদুবু ২০০৮ গী বৈজিং ওলেম্পিক লৈবনিনা মতমদুদা চাইনারোমদগী কনামত্তনা কাবা য়াবোই হায়না থিংখি চাইনানা। ইনস্তিত্যুতনা তকশীনখি নেপাল্লোমদগী কাগে হায়না। যারকখিদে মথং চহীদা কারো হায়বকখি। দিল্লীদা অকনবা প্রেসব পীখি য়াননবা। কাগদবনা ১৫ স্তাফনা ৫ পুন্না ২০ নি। মসিগীদমক এজেন্সী অমসু নেকপা তাখি। হিমেন্স নেকখি লুপা ক্রোর অহুমদা য়ানদুনা। কল্লা তকশীনবদগী মিনিস্ত্রিনা য়ারকপদা শৃকথরম্বা মায়থোঙদু নোকফেৎ তৌখি সুরজ। চীংকাবোয় অমমমনা নেপাল সবকাবদা রোয়েলতি ফী ওইনা লুপা লাখ মরিগা অতৈ অতৈগা পুন্না লুপা লাখ ১২ দি পুথোক্লখি। সুরজখোয়গীদি মিনিস্ত্রিনা লোইনমক পুথোক্লবা মতুংদা ২০০৮ গী এপ্রিল ৫ দা কাথমন্দু থাদোকখি। এপ্রিল ১৫ দা বেজ কেম্প যৌখি। নুমিৎ ১০ নিবোম হৈনহনখি হৱা-নুংশিৎ। এপ্রিল ১১ দগী কাবা হৌরে। নুমিৎ অসি সুবজগীদি মপোক নুমিৎনি। অনৌবা আশাগা লোয়নবা খোঙচৎনি। মসিনা সুরজদা থাজবগী চাংসু হেনগৎহনখি।

মশীং খঙদনা এবরেস্ত কারবা সেরপাশিংনা চেকশীন্না শেন্নখিবা মীকুপশিংনি। নেপাল্লোমদগী কবদা হাইদগী কিনীংঙাই ওইরিবসি খুম্ব গ্লেসিয়াব লৈবসিনি। শিনীংঙাইনি। খজিস্তুং শোয়বদা মশক কাওবা উগদবা নংত্রে। বেজ কেম্প মরি থমদুনা অমুক কারবা অমুক কৃমথরকপা তৌদুনা হৈনহল্লে এবরেস্তকা। মেগী ১ দগী ১০ফাওবদি চাইনানা ওলেম্পিক্কী মৈরা পুখৎনবগীদমক অথীংবা থমখি। অদুবু মখোয় হনস্রবা মতুংদা মেগী ৯ দগী কাবা অমুক হৌখি। এবরেস্ত কাবগী মতম অসি কালেন্দ্রাসু লোইরকপা নোংজুথাসু চঙলক্লিঙৈ মে থা অসিনি। পৃথিবীগী বেদর পুন্নমক য়েংলবা মতুংদা ২০০৮ গী ওইনা বেদব বিন্দো অসি মেগী ২১ দগী ২৭ ফাওবা ওইখি। এক্সপিদিসন খুদিংমক্কী মমিং অমমম থোনবগুম সুরজখোয়গীদি সামা (সিক্কিম এমেচর মাউন্তেনিয়ারিং এসোসিয়েসন) গ্রুপ হায়রিবা কাঙবু অসিগী লিদর জি তি ভুতিয়ানা মেগী ২২ বু সমিত দে হায়না লেপ্লকখি।

বেদর বিন্দোগী সমিত দে অসিগীদমক মেগী ২০ দা ওক্সিজেন শীজিন্নবা হৌদুনা কেম্প ফ্রীদগী দেদ জোন চঙশিনখি। কেম্প ফোরদগী মে ২১ গী নুমিদাং পুং ৭.৩০ তাবা মতমদা এবরেস্ত চীংদোন লোন্নুনবা অমুক চঙশিনখি। অসুম্না ন্মাইদগী মায় পাকপা জয় তৌবগী নুমিৎ অদু মেগী ২২ গী অয়ূক পুং ৭.১০ দা ওইখি। মায় পাক্নবশিংনা মাগী মাগী থাজনবী কয়াদা খুকয়খি নুংঙাইবা ফোঙদোক্লখি। সুরজনা লৈখিন্নবা মহাক্কী অপোকপা অপোকপী অনীগী ফোতো পুথোক্লুনা কংখি। এবরেস্ত জয় তৌদুনা চীংদোন লোন্নবা মতমদুদা সুরজগী পুক্নীংদা ফাওখিবদু মহাক্না অসুম্না ফোঙদোক্লকখি— থাজকদে। চীংদোন য়ৌরে হায়বসি মঙগুম্মী। হকচাং অসিসু অসুক্কী মতীক ব্রায়। অদুবু পুন্নমক ওইদুনসু মণিপুর মচা অমনা এবরেস্ত কাবা গুম্মিকো হায়বসি খল্লুবদা য়াম্না চাউথোকচখি। মণিপুরদগী ঐগুম্না কয়াসু হোৎপু হোৎনববদি কাবা ঙমগনি হায়বসি খনখি। এবরেস্ত জয় তৌবশিংগী মিং পরেং ইবকপদা মণিপুরদগীসু য়াওরগনি খল্লুবদা য়াম্না নুংঙাইখি। পোক্লফম লমদমবু শক্তাকচবা ঙমজবসিদা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইখি।



এবরেস্ত চীংদোন্বা সুরজ

২০০৮ গী বেদর বিন্দোগী মতমসিদা পৃথিবীগী লৈবাক ৪০ দগী চীংকাবোয় ৩০০ জোম্না এবরেস্ত জয় তৌনবা লাক্লখি। খ্বাইগী মতোন্দা মাইনস ৪৫ দিগ্রীদগী মাইনস ৬০ দিগ্রী সেলসিয়স ফাওবগী অঙাং-অশাদুদা মায়োক্লগে লাকখিবা কয়াদু মারথীবা ফংদুনা কয়ামদি কুমথনখি। সুরজ মশামক নুমিৎ নীনিবোমদি স্নো ব্লাইন্দনেস ওইদুনা র্ফাবগুম্না অমত্তা উবা ফংবিদে। সুবজখোয়গী সাম্মা গ্রুপনা চীংকাবোয় ১৫ বনগৎখিবগী মনুংদা নুপা ৮ নুপী ২ পুম্না ১০ দগী হেন্না মতেন লোম্না ঙমখিদে। মসিগী মনুংদা অনৌবা বেকোর্দ মবিসু থম্না ঙমখি। অহানবদা আই পি এস অমা ওইনসু অহানবা, গুজরাত স্তেতকী ওইনসু অহানবা, আই পি এস ওফিসব অতুল করবাল, আই জি ; অনীশুবদা ভরতকী ওইনা খ্বাইদগী অহল ওইরবা চহী ৬০ শুরবা নিমা ব্রাংচুক ; অহুমশুবদা অরাং-নোংপোক্কী অহানবা নুপী ওইনা সিক্কিমদগী ফুল মায়া তমাং অমসুং য়াঙ্কি সেরপা; মরিশুবদা সিক্কিম য়াওদনা অরাং-নোংপোক

ভারতকী অহানবা ওইনা নোংমাইথেম সুরজ। সুরজগী পুন্সিদদি অচৌবা মতেঙ ওইখি ফার্মাসী কম্প্রিভেন্সা হীদাক-লাংথক্কী জান যোগ য়াওখিবগী অতৈ অতৈ চেন-চোংখিবগী ময়ামদুনা।

অমুক কাখৎ অমুক কুমথ তৌদুনা চাউরাক্লা নুমিৎ ৩৩ নিরোমগী খোঙচৎ অমগী মনুংদা ঙসিদি পৃথিবীগী খ্বাইদগী ৱাংবা মকম অমদা মণিপুরবু মশক তাক্লুরে সুবজনা। হোৎনবা কনবা নীংহম্নদবা থেংননীংবগী অপাম্বদুনা ৱাংঙ্রবা এবরেস্ত মায়থীহৌরে সুরজগী মথৃৎতা। অদুবু চাংয়েংনীংবা কয়াগী চাংয়েংফম ওইনদি এবরেস্ত চীংদোয়া লেপ্তুনা যুগ কয়া লৈখিগদৌরি। অমুকখক কাবা পেল্লক্রুদুনা মশীং য়াম্না কাবা তাম্নবগী রেকোর্দ অমসু এবরেস্তকী চীংমায়দা ইবা তাম্নরক্লি। মসিমদি থারবা উন্না কৃপশিনবা ঙম্লরোই। মায় পাক্লবা সুরজনা হায়খি – চীংকাবা হায়বসি অতৈগদি মাম্নদে। মসিদি শোয়খ্রে লানখ্রে হায়বকা য়াবজাৎ নত্তে। খজিত্তং শোয়বদা অদুম লোইরে। অদুবু মসি নত্তবদা ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সিদা থবক অমা তৌবদা য়াম্না চেকশীনবা ৱিজ পাবর কনবা থকশি-খাশি নাইবা তৌগে হায়বা থবক্তুদা মাম্নপুনা হোৎনবা পৃকচেল শেংবা হায়বসিমদি মায় পাক্লবগী অমস্তা ঙায়রবা লম্বীনি। হোৎনবদা ঙমদবা লৈতে হায়বসিসু পৃম্নমক্লা খঙনরবা ৱাফম্নি। তশেংবদি মসি জয় তৌবা হায়বদু নত্তে ঐখোয়না কদায়ফাওবা ঙম্বগে হায়বদু চাংয়েংবনি।

**মতেং লৌখিবা ঃ**

*সুরজ মশামক, মহাক্কী ইমুং মনুংগী মীওইশিং, মহাক্কী মকল মশাংশিংগা উনখিবা, পেপ্লকম পাউ চে।*

# মণিপুরী সাহিত্যদা ডিকন্সট্রক্সনগী চাংয়েং অমা

*ডা. এম. প্রিয়োবর্ত সিংহ*

হীরম খুদিংমক্তা চাংয়েংগী যুগনি। হায়নৈ অশুকপা ফংনা চাউখৎলবা যুগনি। অদুবু ঙসিগী সাহিত্যনদি হায়রি : যুগ অসিদা হিংলিবা মীওইবগী নুংগী ওইবা শক্তমদি অৱাবগী মশক্তি। নীংবা কায়বা, নাইতোম তাবা, হায়চংনবা অমদি থস্মোয়গা থোপকা শম্নদ্রবা ৱাখল অমদি নুংশাম্বরনা থল্লি। মসিদি বিজ্ঞান অমদি ধর্মনা উংলকপা শক্তম নত্তে। আর্টকী লমদা, সাহিত্যগী লমায়শিংদা তাবকপা মমিনি। য়াম্না থোঙজেল য়াঙনা চঙশিল্লক্লিবা থোঙচংনি। পৃথিবীগী মফম খুদিংদগী পুখোরক্লিবা সাহিত্যগী মচনশিংনা শেংনা উংলে: ঙসিগী মীওইবসি অশেংনা নীংবা কায়রে। কদায় ফাওবা শোকচিল্লবগে হায়বদুদি ৱাখলদা হান্না মম্মি তারকই। ৱাখলদসু শৈবেং লৈ। ৱাখলগী ইথোক্লিবা শৈরেংবু কল্পনা কৌবা য়াই (Poetic thought:imagination) । অসিগুম্বা কল্পনা অসি সাহিত্যদা ফোঙদোকপা হায়বসিমক্তবু লোলগী ঙমখৈ মনুংদা লৈবা তাবকই। সাহিত্যগী মেডিয়মদি লোলনি। মীওইবলক্তগী খরা হেন্না খঙবা ঙম্নবা কর্বাশিং অসিনা খরা হেন্না পুক্লীংদা ফাওগনবা, শোকনবা, ৱাগনবা, অদুগা অমুকসু আশা তৌগনবা, ৱাখল চাউথোকনবা মীওই ওইরি। মরম অসিমক্তনা মতমগী অনৌবা চৈথেং খুদিং মখোয়গী থস্মোয়দা হান্না য়ৈরকই। হীবম খুদিংমক্তা চয়েংনরকপা, ওন্ন-তৈনবকপা, তায়ওন্নবা অমদি মুক্তরকপগী লোইবা নাইদ্রবা অবস্থা অমদি সমস্যা কয়াগী মমি মখোয়গী পুক্লীংদা হান্না তাবকই। মরম অসিনা সাহিত্যদা সমাজগী শক্তম য়েংনৈ, ময়েক শেংনা উবা ফংই হায়নবী। অদু ওইরগদি সাহিত্যগী লোলনা সধারন লোলদগী খেন্নরিবসি খঙবা তারকই।

ঙসি ঙসিগী মীওইবগী ৱাখলগী থৌওং অসিমক্তি ঙকপগী লোইবা নাইদ্রবা ঈচেলনি। নুংগী অশেংবা শক্তম অমদি মনুং হঙ্গিনবা নাইতোম খোঙ্গোকশিংসি সাহিত্যদা চপ চানা উথোকপা হায়বসিমক অরায়বা নত্তে। পৃক্লিদি কাং-খোং চাইবা য়াই। ৱাখলদি মীকুপ খুদিংগী শম্নদবা য়াই: অদুবু সাহিত্যদি মওং মতৌ লৈতবা য়াদে (Life may be chaotic : art must be orderly) । মসিনা পরমপরা সাহিত্যগী মীৎয়েংনি। অদুবু ঙসিগী মীওইবগী পুক্লীংদা তাবিবা অকিবা, থক্কৎপা, য়ানিংদবা, শীঙনবা, নীংবা কায়বা অমদি আশাগী ইয়ান য়ানসিন্নববা পুক্লিগী শক্তমশিং অসিদি করম্না অকক্নবা নীয়ম অমগী মনুংদা য়েক্কনি? ঙসিগী সাহিত্যকারশিংনা ঙসিগী পুক্লিং মনুং হঙ্গিন্না য়েংবগী লোইবা নাইদে। মপাম্বোংগী শক্তম য়েংবগী যুগ অদু হৌন্ত্রবগুম মখোয়গী ৱাখলদা কাওরি। অইবশিংনা মশা মশাগী ৱাখলনুংদা চঙশিল্লগা অতোয়া পুক্লিবু এক্সপ্লোর তৌনবা হোৎনবকই। মীওইবগী সমাজগী, নীংবা কায়বা

অমদি অৱা নুংঙাইগী শক্তম পুন্না মমি তারবা মখোয়গী পৃক্ষীংদা সাহিত্যগী থৌদোক ৱাখোক কয়া লেপ্পুনা থিরকই। অদুনা অইবা খুদিংনা মনুংনা, মনুংনা, মনুংনতা য়েংঙু হায়বগী অপুনবা খোঙ্থোক অমা কন্না শাগৎলকই। Virgnina Woolf কী look within and life (মনুং হঙ্খিন্না হান্না য়েংঙু, পুন্দি উগনি) লোয়ননা Lawrence Durrel গী In a flash of mind's eye shows me a thousand dust tormented streets... (ৱাখলগী মীৎয়েংনা উৎলরী ঐঙোন্দা উফুলনা লৈতাহন্দনা ওৎলিবা লম্বী লীশিং লীশিং) নীংশিংবা য়াই।

অদু ওইরগদি অসিগুম্বা মীওইবগী নুংগী অশেংবা য়ুম্ফমদা সাগৎলকখিবা সাহিত্যগী মচলশিং(মরুওইনা শৈরেং, উপন্যাস, ড্রামা অমদি ৱারীমচা) অসি করম্না লৈনবা তাই। হান্না লৈরম্লিবা অমদি হান্নদগী চত্থরক্লিবা পরমপরাগী ওইবা সাহিত্য নৈনরোল অসিনা মতমগী সাহিত্য নৈনবগী মতিক চাববা এপরেটস ওইরিব্রা হায়বসি মতমগী ক্রিটিকশিংগী চিংনরবা ৱাহং ওইরকই। মদুগী পাউখুমদি তায়ওদ্রে। অনৌবা খুৎলায় কয়া শীজিন্নদুনা সাহিত্যগী পোখোকশিংসি নৈনগদবনি হায়বসি অনৌবা ক্রিটিক কয়াগী মত ওইরকই, লোয়ননা অনৌবা চাংয়েং কয়া থৌরকই। অদুনা থোবকই সমালোচনাগী ফরবা খুৎলায় অনী : ক্লিম ওক কোলসনেজ টেক্নীকী উপানাস নৈনবদা সাইকো এনালাইসিস, মতমগী শৈরেং নৈনবদা ডিকন্সট্রক্সন। অতৈ কয়াসু লৈরি। খুৎলায়শিং অসি অতৈ কয়া নৎত্রগা অমনা অমদা ওথোক্ত দুনা চাংয়েং তৌবসু অদুম্মক য়াই। মপৃং ওইনা পোষ্ট মোডর্ন শৈরেংশিংদি ডিকন্সট্রক তৌদুনা য়েংলগনা হেন্না মমুৎ তাগনি হায়বসি মতমগী সমালোচকশিংগী থাজবনি। অদুমকপু মসিমকসু চাংয়েংগী থাক্তা লৈবি। লৌনিংবা লৌনিংদবা য়ানিংবা য়ানিংদবা কয়া লৈবি। সাহিত্যদা ডিকন্সট্রকসন শীজিন্নবীবা পৃথিবীগী ফাওববা সমালোচকশিং : ডেরিডা, হার্টম্যান, বাব বাবা জোনসন, ডি মোন, ব্লুম, বিডেল, মিল্লর, ক্রীমপ, বোসলর অমদি বেল্লেসনচিংবগী ৱাখল্লোন্দা মান্নদব', খেন্নবা কয়া লৈবী। সমালোচনাগী, লোলগী ৱাহৈগী অর্মদি অর্থগী পান্দমদা থমনবিবা মখোয়গী পাদমশিং অদু খেন্নবি, ৱাহং হংনবি, কাবগুম্বর্দদি কন্না যেৎনবি। অদুমকপু পান্দমশিং অদু খেন্নবি, ৱাহং হংনবি, করিগুম্বর্দদি কন্না যেৎনান। অদুমকপু পান্দমশিং অসিদা মসিনা মরোয়রে হায়বা অমা চপ লেপ্পুনা থম্রোইদবনি হায়বসিদি পৃম্নমক্কী মীৎয়েংনি। শৈরেংগী অকক্নবা অরোইবা অর্থ নৎত্রগা ৱাহন্থোক শীবগী মহৎতা ওইথোকপা য়াবা, মরী লৈনবা অমদি নকুবা অর্থ কয়াগী পথোজ্জ, ঙমখে নাইহন্দবা য়াই হায়বসি দিকন্সট্রকসনিস্টশিংগী অচেৎপা ৱাখলনি। মতাং অমদা হার্টমোননা হায়খি-"We must see the work as irreducibly plural, as productively multiple." মখা তানা কেথবিন হইল্লরনসু কোক্কদোকই- "The irreducible plurality of a work of art is a plurality that leads inevitably to no discursive meaning, as no reductive meanings are privileged over any other." মকওইনা শৈরেংগী অরোইবা অর্থ অমখক লৈতে : অর্থ কয়া লৈ। সাহিত্যদা শীজিন্নবিবা লোলনা অর্থ কয়া অমুক্তদা শেমগৎ শাগৎপা গুম্মি। শৈবেংদু ইগ্রিঙৈ অমদি ইববা মতুংগী ৱাখলগী মুর্ত্তিশিংদু পুনশিনখিবনা শৈরেং হায়বসি হন্না হন্না থুগাইবা য়াই হন্না হন্না শেমগৎপা য়াই। অর্থ থুগাইবগী

খোঙচৎ নত্তে ; অনৌবা কয়া শাগৎনবা কুপ্না থিবগী খোঙচৎনি। হুইন্নরনা রাফমসি শেংনা ফোঙদোকই - "Excess of meaning rather than the truth is the goal... Literary language has an endless capacity for 'disfiguration and refiguration' and can therefore never be reduced or fixed to a definite meaning or meanings, unity, or truth."

ডিকন্সট্রক্সন, পৃথিবী সাহিত্য সমালোচনাগী খোঙচৎতা লাকখিবা অনৌবা চাংয়েংনি। ভারতকী মকম কয়াদসু চাংয়েং অসি চঙশিন্নবা হৌরে। অদুবু মণিপুরী সাহিত্যদদি মসি কয়া কয়া শীজিন্নরকপা থেংনদ্রি। মমিং পন্নবদি তারে। মক ওইনা ওজাশিংনা ছাত্র-ছাত্রিশিংদা (ক্লাসরুমদা)। অদুবু প্রাকটিসনরদি পাক হেক থোরকপা উদ্রি। লাইরিক মশক তাকপা নৈনবগী খোঙচৎ অমদি ময়েক শেংনা চম্বরকপা কুইরে। অদুবু পাউ-চে নৎত্রগা চেফোঙগী অকক্লবা লামায় খরদা শৈরেংগী লাইরিক অমা দিকন্সট্রক তৌবসু ওইথোক্তে। অদুবু সাহিত্যগী ওজাশিংনা ক্লাসরুমদা শৈরেং পাবদা, তাকপদা অমদি নৈনবদা ডিকন্সট্রক তৌবগী মওংদি অদুম্মক থেংনরবনি। মকওইনা সাহিত্যগী ওজাশিংনা সমালোচনা তাকপীবদা অকক্লবা শৈরেং অমা কবম্না নৈনগদগে তধিবদা হীবম অশোমদা খবমখৈদি চঙশিন্দবা য়াদবনি। লাইবক থীবদি মসি শিনফমসিদগী হেন্দোক্তবা মান্না লৈবা অসিনি। তশেংবমক্তি শৈবেং অমা মপান থোক্ল ডিকন্সট্রক তৌবা লুই। মবমদি শৈবেং অদু কবিগী রাখলদগী থাপ্না চৎখিবা য়াই। ডিকন্সত্রক তৌরীঙৈদি শৈরেং অদু ডিকন্সট্রকসনিস্ট অদুগী ওইত্রবনি।

মীৎয়েং অসোমদা হৌজিক্কী মণিপুরী শৈরেং মচা অমত্তং লৌখৎচদুনা দিকন্সট্রক তৌজরি। শবতচান্দ থিয়ামগী অফ্রিকা দা য়াওবা নঙোন্দা মিংথোনবা শৈরেং অসি নৈনবদা খুদোং চানবা অমুক হন্না ফোঙদোকচরি।

*নঙনা অসুম অসুম ফজরক্লি*
*নঙোন্দা পুংলুপ লুপাশিনগদবগী হোৎনরক্লি*
*মীওইবগী ভুক খুদিংমক লীৎশিল্লকলি*
*নঙনা হবাওবদুনা থোঙ লাওনা হাংলি*
*মীওইবগী খোঙপাকশিং মথং মথং লোনখৎনরক্লি*
*নঙগী লৈমায়দা তেংথা খোঙ্জেল তাবক্লি*
*নঙগী কীজোলদা মীহিং নাহিং তৈরক্লি*

(অফ্রিকা : লাঃ ৪১)

শুপ্ন তগী পবেং তবেৎতনি। কোমা চৈখৈ য়াওদে। বাইম লাইন ঙাক্তনি। লৈরিবা পবেংগী শাহৌ খোঙচৎ'ও ক ক খ খ ক ক ক নি । লৈশি লৈথোনগী নুংঙাইরবা শৈহেক : 'নঙনা অসুম অসুম ফজরক্লি'না হৌরগা 'তেংথা খোঙ্জেল': 'নঙগী ফিজোলদা মীহিং নাহিং তৈবক্লি' না লোইশিল্লী। মীওইবগী রস ফজবা, নুংশিবা, অশাউবা, অবাবা পুম্নমক পরেং খুদিংগী খেন্ন-খেন্ননা চঙশিল্লকই। শৈরেংগী মমিং নঙোন্দা হায়বসিনা তাংদাংবা কনাদনো লোৎশিল্লি। ডিকন্সট্রক্সনগী চাংয়েংদা মখল মথেল অর্থ ময়োল নাইনা পুথোকপা য়াবগী লম্বী ফজনা য়াংলি।

অরোইবা পরেং অনীদা য়াওরিবা 'নঙগী লৈমায়দা ' অমদি 'নঙগী ফীজোলদা' হায়বসিনা ইরমদম মণিপুরদা কৌদুনা ইবা শৈরেং (ইংরেজীগী Ode) ওইনা লৌবা য়াই। মণিপুর, নংত্রগা অকক্লবা ইম্ফাল সহর ওইনা লৌবগা শৈরেংসি পাবদা পরেংশিং অসিগী নুং-পাল অনীমক্তী শক্রোনশিংদু অপাম্বনা চোংথোরকই। অহানবা পরেং অসিমক্তনা পাক চাউনা শন্নোকপা য়াত্রেঃ নঙনা অসুম অসুম ফজরক্লি। ইম্ফাল সহর ফজরক্লবা নৌনা হাপচিন্নক্লিবা মচনশিং শীংথাবদা য়ারেংসি ফনা য়াম্না শাংমল্লগনি। 'ফজরক্লি' হায়বসিগা মথংগী 'নঙোন্দা পৃংলুপ লুপশিনগদবগী হোংনরক্লি' হায়বা পরেংশিগা মরম চানা চুংশিন্নহল্লি। ফজবা হায়বসিদা মীওইববু চিংশিনবা ঙম্বা শক্তিদু য়াওরি। ইম্ফাল সহর নত্তবা অতৈ খুঙং নংত্রগা টাউনশিংসি শেমগৎ শাগৎপগী থৌরাং লৈতবনা ইম্ফালদা হোজংতুনা লৈবগী অকনবা ঈহৌ অমা কোংদোকই। মসিমক্তনা সহর অসিদা কা হেন্না চিনশিন্নকপা, কুংশিন্নকপা,চনন্নরকপা 'মীওইবগী গুক খুদিংমক লীংশিন্নকলি' অমদি ' মীওইবগী খোঙপাকশিং মথং মথং লোনখৎনরক্লি' হায়বসিনা ফোঙদোক্লি। মতাং অসিদদি চিংনবকপা, খঙ্গানবকপা, মীপাইবা পোক্লকপগী শৈহেক্লী। অদুবু কবিনা অথিংবা নিয়ম লৈত্রবা সরকারগী দায়ত্ব য়াওদবগী মতৌবু 'নঙনা হরাওবদুনা থোঙ লাওনা হাংলি' হায়না ফোঙদোক্লি। অপাম্বনা হায়দে। মবমদি মসি শৈরেংনি, ঈশৈনি। মসিগী ফলদি 'নঙগী লৈমায়দা তেংথা খোঞ্জেল তাবক্লি/নঙগী ফীজোলদা ঈহিং নাহিং তৈবক্লি' মশানা তাবা অৱাবা পোলোইনি। ঙসি ঐখোয়গী সমাজদা নোংমতা কাংদনা থোক্লিবা হাংনঙনবা, মদুদগী থোরকপা লোইবা নাইদ্রবা তেংথাখোল শৈরেংসিদা খোম্মাং য়ৈরী। নাকোংদা 'তেংথা খোঞ্জেল' মীংমাঙদা 'ঈহিং নাহিং' থম্মোয়দনা য়ানিংদ্রবা,উনা উনা কনবা ঙমদ্রবা অবস্থা অসিগী নিন্দা, নীংদোম পোম্বা– পূম্নমক শৈরেংসিগী শাফুনি। মসি শৈরেংনি। অমরোমদনা ইতিহাসনি। কনাগুম্বনা ঈশৈ ওইনা লৌবসু য়াই; অতম্মা, নুংহিক্লবা নংত্রগা অকনবা শুরগী ঈশৈ। ঈশৈঃ কনাগুম্নী ফজববী চান্নববী অমবু শীংথাদুনা ইবা। মদোম তবক য়ুমদোমপোক অমদা লৈবীনি। হিংবগী লাম্ছেংদা ইজংকী য়াহং থাদোক্লে। লম্নী অদু ফংজবগী 'হরাওবদুনা থোঙ লাওনা হাংলি'। নঙনদি 'অসুম অসুম ফজরক্লি' । ফজবা অসিনা পূম্নমক নহাক তম্মা ফুজিন্নরক্লেঃ 'মীওইবগী গুক খুদিংমক', 'মীওইবগী খোঙপাকশিং মথং মথং লোনখৎনরক্লি', 'লীংশিন্নকলি'। অতৈ কবিগীসু নত্তে নহাকথক হাংন-শুনবনি 'তেংথা খোঞ্জেল' অমদি 'ঈহিং নাহিং' গীদমক্তনি। কান্নদবা নাপল অমদি মদুগী মহাম তাবদু ময়েক শেংনা ফোঙদোরক্লই। ফজবা অমদি ঈখেং তাবগী নুংগী মবীদু উৎলরি। ফজবনা 'অসুম অসুম হেক্লংলকপগী মফিক' তেংথা খোঞ্জেল' 'ঈহিং নাহিং'সু হেক্লংলক্লি তাকলি।

শৈরেং অসিগী মবিসুবা পরেং 'নঙনা হরাওরদুনা থোঙ লাওনা হাংলি' হায়বসিনা অতৈ অর্থ কয়াগীসু 'থোঙ লাওনা হাংলি'। 'নঙোন্দা' হায়বসিমক অমম্মা হেক্তা ওইবা য়াবি। John Keats, P.B. Shelley নংত্রগা Wordsworth কী Ode খুদিংমক অপাম্নবা অচৎ চত্ত জিবা পানবশিংদা কৌদুনা শৈথারম্বনি। শরতচান্দ থিয়ামগীদি 'নঙোন্দা' হায়বনি। অদুনা মণিপুরগী কন্টেম্নতদি ওইবা য়ারি করণসনবা, নংত্রগা অউনপোকচা , নংত্রগা থবক ফংদবগী সমস্যাদা, নংত্রগা বেক্কতা শৈশাদা নংত্রগা লেশাদা। নঙোন্দা হায়বসিগী

মহুৎ পল্লরিবশিং অসিগী মরক্তগী অমনা হেক্তা শিন্দোক্নুনা শৈরেংশিং পাবীমু। তোঙান তোঙানবা অর্থ কয়া চোংথোরকনি। হিংবগী লানফমদা পুম্নমক চেনশিন্নরক্লিবা থৌওংশিংগী শক্তম, অকায়বা অমদি অশোয়বা, মদুগী অরাবা ফল ময়েক শেংলক্নি।

শীজিন্নবিবা ৱাহৈগী ফজবসু নৈনফম থোকই। শৈরেং অসিদা মহৌশানা চৎমিন্নবা ৱাহৈশিং (Word Collocation) গী মশক নীংথিনা উবা ফংই। খুদম থরদি 'অসুম অসুম', 'পুংলুপ লুপশিনগদবগী', 'মথং মথং', 'তেংথা থোঞ্জেল', 'ঈহিং নাহিং' অসিনচিংবা। মসিদা পল্লিবা মতমসু– হৌশ্রবা, হৌজিক অমদি লাক্কদবা অহুম্মক শুপ্পী। মসিদনা মতম ফোঙদোক্লিবা ৱাহৈশিংগী খোঙচৎ (Word Colligation) কায়দনা ফজনা উৎলি। খুদমদি : 'ফজরক্লি', 'হোৎনরক্লি', 'শীংশিল্লকলি, 'তারক্লি', 'তৈরক্লি' অসিনচিংবা। পুম্নমক অসিনা শৈরেং অসি হঙ্গৎ হন্দা পাবা য়াহল্লি। পরেং খুদিং হোংদোক হোংজিন তৌরগা নৎত্রগা ৱাহৈ কয়া মকম ওন্থোক্নবগা অমুক য়েংবদা শৈরেংগী শক্তমদদি কায়বা য়াইঃ অথদি হেন্না হেন্না ময়েক শেংহল্লি। খুদম ওইনা অহৌবা পবেংগী অহৌবা ৱাহৈ থরগা অরোইবা পরেংগী অরোইবা ৱাহৈ থরগা পুনশিল্লগা শেম্বা পবেং অমা য়েংবা য়াই : 'নঙনা অসুম অসুম ইহিং নাহিং তৈরক্লি', অদুগা লেমহৌরিবা পবেং অনীসিগী ৱাহৈশিংনা 'নঙগী ফিজোল ফজরক্লি' অসিনি। শৈরেং অসি মথক মথা ওন্থোক্নুনা পাবদসু তোঙানবা ঈচেল অমা অদুম্মক লৈজে। ৱাহৈগী হঙ্গৎ হন্দাগী ঈচেল শীন্থুনা অহেনবা অতোপ্পা অর্থ কয়াগী 'থোঙ লাওনা হাংলি'।

চাংয়েং অমথক্তুং লৌথৎচবনি। মসিমক্তা শৈরেংসিগী মপুং ফারবা,অরোইবা ডিকন্সট্রক্সননি হায়বদি লানগনি। ডিকন্সট্রক্সনদা 'Ultimate meaning' হায়বসি লৈতে। অতোপ্পা ডিকন্সট্রক্সনিষ্ট অমনা অতোপ্পা হেন্না ৱাংবা থাক্তা হেন্না লুথনা নৈনবা য়ারি। ঐগীসিদি ইচম চম্না মণিপুরী সাহিত্যদা লৈরিবা পোথোকশিংসিদা ডিকন্সট্রক্সন পানশিন্দুনা নৈনবা য়াবা মচন যাম্না লৈবে হায়বসি কাঙজবগী পান্দম অদুথক্তনি।

# মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবত

*শরতচান্দ থিয়াম*

নীংখা তম্না পাল্লম্না মণিপুর বৃটিশনা মীনাই য়োম্ফুং চনশীনবিরবা মতমদনি ১৮৯৬ কী সেপ্টেম্বরগী ৩০ দা শিশুমখোং ওইনাম লৈকাইদা মীয়ামগী লুচিংবা হিজম ইরাবত পোকখিবা। লায়রবা ইমুংদা পোকখিবা ইরাবতনা য়াম্না নৌরিঙৈদা অপোকপা মপা ইবুংঙো হিজম ইবুংঙোহল লৈখিদবগী অৱাবা মায়োক্নখি। অপোকপী মমা ইবেম্মা থম্বালঙাংবী দেবীনা ময়ূম থাদোক্নুনা ইরাবতপু পুরগা মোইরাংখোম শৌগায়জম লৈকাইদা লৈবী ইরাবতকী মনে শৌগায়জম ওংবী ইবেতোনগী য়ূমদা চঙজফম লৌখি। অসি যৌনা রাবিঙৈ অসিদা অপোকপী মমা অমুক লৈখিদবগী চৈনা অমা ইরাবতকী নৌবিঙৈ পুন্সিদা হাপচীনখি।

য়াম্না য়ানা মহৈ-মশীং তম্বগী লমদা চঙশিন্নকখি। স্কুলদসু পবা ফাগনবা ছাত্র অমা ওইনা শিংথানবদা নত্তনা অতৈ হিবম খুদিংমক্তা মহাক্না লমজিংবা ওইবকখি। স্কুলদা তম্লিবা লাইরিকখক্তা নত্তনা অতোপ্পা লাইবিক কয়াসু পাবম্মী। ওর্গনাইজেসন লিঙখৎপগী কান্নবা কয়া শীশক শীকলিঙৈদগী খঙবা হৌখি। অঙাং মবক্তা বাল শঙ্ঘ; ছাত্র মবক্তা স্কাউট অমদি ছাত্র সম্মিলনী লিঙখৎখি। ওহ্মাশিংনা ছাত্রশিংদা কা হেন্না ফু-চৈবা মতীক-মপা চাদনা থবক শূহনবা কয়াগী মায়োক্তা চঙশিনবা হৌখি। জোনষ্টোন স্কুলদা তমলিঙৈদা নোংমা ওঝা অমনা ছাত্র অমবু কা হেন্না ফুবগী মথক্তা খোঙপাক্না কাউবগী মায়োক্তা ছাত্র ময়াম খোমদুনা ষ্ট্রাইক চঙশীনখি। মায় পাকপগা লোয়ননা, মসিনা মণিপুরগী ইতিহাসতা স্কুলগী ছাত্রশিংনা ষ্ট্রাইক চঙশীনবগী অহানবা খোঙজং ওইখি। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সেভেন ফাউবা তম্লগা শৌগায়জম সমরেন্দ্রগা লোয়ননা ধাকাদা মখা তমথনবগীদমক ১৯১৩ দা ময়ূম থাদোকখি। শেন-থুমগী ফিভম্না মরম ওইরক্নুনা চহী খরা মহৈ তম্লগা ১৯১৫ দা ত্রিপুরাদা মতম খরা লৈখি। মণিপুরদা অমুক থোক্লক্লগা রাংখৈ নীংথেম পৃথ্বি মপান্দা লৈবা মাইবম শমদেনগী য়ূমদা অমুক লৈখি।

শান্ন-খোৎনবদা য়াম্না পামজবা মীশক অমনি ইবাবত। ১৯২২ দা লিংখৎখিবা ইম্ফাল টাউন ক্লবকী ফাউণ্ডর মেম্বর অমা ওইবতা নত্তনা ক্লব অসিগী মখাদা হোকী, ফুটবোল, ক্রিকেটনচীংবা শান্নখি। শান্নবদসু শিংথানীংঙাই ওইবা শান্নরোয় অমা ওইখি। মসিদা নত্তনা মহাকনা টেন্নিস, বেডমিন্টন, মুক্না, শগোল কাঙজৈ, কাঙনচিংবা মশান্নশিংদসু শরূক য়াখি। কাঙ শান্নবদা ইরাবতকী চেকফৈ হায়রগা মমীং চৎখি। স্পোর্টস অমসুং কলচবেল বিভোলুসন পুরক্নবা কন্না হোৎনখি। মণিপুরদা জর্নেলিজমগী ইহৌ অমা শাগৎপা তঙাইফদ্রে হায়বদুসু মহাক্না উখি। ১৯২২ দা মশামক্না এডিটর ওইদুনা 'মৈতৈ চনু' কৌবা মেগাজিন অমা খুৎনা

ইদুনা ফোঙখি। চেকোঙ অসিদা শৈরেং, ৱারেং, পুন্সি ৱারীনচীংবা হাপ্পুনা খূৎনম কয়া মথং - মথং পুথোকখি। মীয়াম্না মাবু শকখঙবসু হৌরকখি। 'অনৌবা যুগ' কৌবা চয়োলগী চেফোঙ অমসু সাইক্লোস্টাইল তৌদুনা ১৯৪৭ তা পুথোকখি। চেফোঙ অসিদা মরু ওইনা কাঙলূপ মশেন নুংশিনবগী, জাৎ বিজাৎ খায়দবগী, থোং মান্নবা হিংমীন্নবগী ৱাবেং কয়া ফোঙখি।

নীলা ড্রামাগী লমদসু ইরাবতনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকখি। ১৯৩১ দা লিঙখৎখিবা মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়নগী কাউণ্ডব মেম্বর অমা ওইবতা নত্তনা য়ুনিয়ম অসিগী সিম্বোল 'লাঙ্গোল কারল' সু মহাক্না পুথোকখি। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহললনা ইবা 'নরসিংহ' কৌবা ড্রামাদা ইরাবতনা কুমুদকী শক্তম লৌখি। ড্রামা অসিদা য়াউরিবা-অৱাগী মখা পোন্দুনা লৈরবা মণিপুবর্গী প্রজাশিংনা ৱারিবা অসিবু কোকহন্নবা হোৎনবদা অৱাগা মায়োক্নরিবা নরসিংহদা থৌনা পীখিবা কুমুদকী শক্তম লৌদুনা ইরাবতনা লাউখি 'থাগৎলু মৈতৈগী থম্মোয়দা উতসাহগী মৈ অদু !' ড্রামা অসি শান্নরবা মতুঙদা মঙোন্দা অওনবা কয়া লাকপগুম তৌখি। কাছাড়দা ড্রামা অসি শান্নবা চৎপদা ড্রামা হৌরমদায়দা ইরাবত মাঙশ্রে থীনবদা, ডাইলোগ অসি গ্রাঙল-গ্রাঙলগা লৌবুক্কী লৌরিদা ফমদুনা লৈরম্না থেংনখি। সোরোকখায়বম ললিতনা ইবা 'অরেপ্পা মরূপ' কৌবা ড্রামাদসু চন্দ্রসিংহ কৌবা লায়ববা মীশক অমসু ইরাবতনা শাখি। ড্রামাগী শরূক অমদা য়াওবিবা চন্দ্রসিংহনা ঈশিংদা চোঙথবগী মতাং অদু বিহারসেল তৌবা ওইনা ইম্ফাল তৃবেলদা চোঙথবদু অউবশিংনা ইরাবত ঈশিংদা তাশ্রে হায়দুনা কপ্পা লাউনখি। ড্রামা অসি এম.ডি.য়ু. গী হোলদা উৎপদা লায়ববা চন্দ্রসিংহ শারিবা ইরাবতনা ষ্টেজ মথক্তা অঙাউবগুম লুপা চনী-লুপা চনী হায়না শোন্দুনা চৎপা উবদা থ্বাঙ্গীগী মমাঙদা ফমদুনা য়েংলিবা চূড়াচান্দ মহাবাজনা থাঙবা ঙমদদুনা মাগী কৈরুঙবদা লুপা চনীদু পীখো হায়খি হায়বগী ৱারী লৈরি।

মণিপুরগী সাহিত্যগী ফিভম য়েংলুরগা ইরাবত নীংঙমদবা পোকখি। বাংলা সাহিত্যনা উমশীন্দুনা লৈবিষ্টে মওর্মাসিদা নৌহৌনা মণিপুবী সাহিত্য য়াকায়হন্নবা মণিপুরী সাহিত্য সম্মেলনী কোন্না ১৯৩৫ দা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ হায়না মমিং ওনখিবা সংস্থান অসি শিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মহাক্না ইবা 'শৈদম শৈবেং' কৌবা লাইরিক অমবু ক্লাস ফাইভকী টেক্স বুক ওইনা মণিপুব ষ্টেট দববাবনা খনগৎখি। কোন্না ক্লাস সেভেনগী অমুক ওইহনখি। পনবা য়াবা মহাক্কী লাইরিকশিংদি- লোকমান্য তিলক, শৈদম শৈবেং, ইমাগী পূজা, কেপিটালিজম, কৃষ্ণকান্তগী উইল (অনুবাদ), জয়মতী (ড্রামা) অসিনচিংবনি। মন্দলেগী খোঙফম ইবগীদমক মহাকপু লমকোই ৱারী ইবা অমনি হায়নসু শকখঙনবি। লমকোই ৱাবী অসিমক্তদা মণিপুরীশিংগী হৈ শিংবসি চীংনুংসিদা কাংখ থাং ওইদুনা লৈবে হায়না নুংঙাইতবা ফোঙদোকখি। চিত্তাগোং উকবগা মণিপুরনা ওইরম্নবদি হায়দুনা মপুক্নিংদা কল্লকচবা অমসু ফোংদোকখি।

ইবাবতনা মণিপুরদা থোক্লিবা থৌদোক কম্মশিংদা মৈতৈলোলদা ঈশৈ শরুবা অকনবা খোঙজঙ অমসু চঙশীনখি। মশামক্না ঈশৈ কয়া শকখি। মতম্মু য়াম্না নীক্না অমসুং হায়নখিবা ৱা ঙাক্না চৎপদসু তমজনফম ওইখি। ১৯২২গী মতমদগী 'মৈতৈ চনূ' ফোঙলক্নুনা মীয়াম্না শখকঙনবা হৌরকপদনি চূড়াচান্দ মহারাজগী ময়াম্মুংতোন চন্দ্রহাসকী মচানূপী অহল

খোমদোনল্লাবু ইবাবত্তা থাজদুনা চাউনা লুহোঙখিবা। অদুবু মচাদি অমত্তা পোকখিদে। মমাক ঈবুংঙো মীংখোল ফংবগা লোয়ননা সদর পঞ্চায়েটকী মেম্বর হাপ্তুনা অঙম অর্থৌশিংগী মরক তীনখি। অদুবু মাগী শক্তিশিংদি লায়র অনং তোল্ল তারবশিংগীদমক শীজিন্নখি। লায়রবা ইমুংগী অঙাংশিংগী মকি মরোল লৈবীবা, লাইব্রিক লৈবা শুমদবা অঙাংশিংগী চে-কলম- পেন্সিল লৈবীবা থা-থাগী স্কুলগী ফী হুনবীবা কয়াসু তৌখি। মজাইবেম্মা অমা ওইবগী পোঙখোক-চাউখোকপগী মহত্তা মপুরোয়বগী অপান্বদা চঙশীন্দুনা তুঙঈনজখি খোমদোনল্লাসু। বৃটিশ সম্রাজ্যগী মখা পোন্দুনা লৈরিবা মণিপুরদগী বৃটিশশিংবু করম্না তাম্লোকখিগদগে হায়বগী রাখল অমা মাগী থম্মোয়দা চপ-য়ুংনা খনবা হৌরকখি। মহাক্তা পূকচেল খোয়জেল তীন্নবা মীওই কয়ানা পূনশীন্দুনা ১৯৩৪ দা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা লিঙখৎখিবা অসিগী অহানবা সভাপতি চূড়াচাঁন্দ মহারাজনা ওইরগা ইরাবতনা জেনেরেল সেক্রেটরী ওইখি। মতুংদা অওং-অনৈ মাংবা শেংবা কয়াগী মায়োক্তা মহাক চঙশীল্লকখি; অশিববু পোৎলোইহন্দবা, দেব কর্ম্মনচিংবা চখ্যহনদবা, চখ্যবা তারবসু ব্রহ্মসভাদা পৈশা পীদুনা শেংদোকহনবা কয়াগী চৎনবীশিং থুগায়বা হৌরকখি। ধর্ম্মগী নামদা প্রজাদগী লৌরম্বা পাচনাপেৎ , চন্দন শেনখাঈনচীংবা খাজনা কয়াসু ককথৎপা হৌরকখি। ১৯৩৪ দা ইম্ফালদা অমসুং ১৯৩৬ তা কাছাড়দা মহাসভাগী অহানবা অমসুং অনীশুবা মীফম ফমখি। মহাসভা অসিনা খা-নোংপোক এসিয়াদা চাইনা-চাইনা কৃন্দা লৈতাদুনা লৈল্লবা মৈতৈশিংবু খোমজীন্নবা হোৎনরম্মী। মহাসভাগী অহুমশুবা মীফমদি বর্মাগী মন্দলেদা ১৯৩৭ তা ফমখি। সভাপতি ওইখিবা চূড়াচাঁন্দ মহারাজদি থবক অচীনবা অমা লৈবদগী মীফম অদু য়াউখিদে। বর্মাদা লৈরিবা মৈতৈশিংনা মতম কুইনা মণিপুর থাদোকখিবদগী মণিপুববু কাউখিবগা চপ মান্নরম্বদু উবদা ইরাবতকী থম্মোয় শোকখি। মৈতৈ মশেন উনবফাওবদা অন্নালোলনা রাবী শান্নবদু উরগা হেন্না পেন্দবা পোকখি। মহাসভাগী তীল্লিবা অচৌবা মীফম অদুদা ইরাবতনা হায়খি -" জাতিগী লোল হায়র্বাসিনা জাতিবু ফাজীন্নবা অকনবা থৌরীনি অমসুং চাউখৎনবগী লুরবা থাক্লি। ঐখোয়গী জাতিগী লোল ঐখোয়না পোকপদগী ঈমাগী তম্পাক্তগী তমুক্লবা ইমা হায়বদগী হৌদুনা লোল্লক্লবা লোল অসিবু নীংথীনা কনবা ঙমদ্রবদি ঐখোয়গী জাতি অসি মাঙল্লগনি হায়বদা চীংনবা লৈরোই।" মশাগী জাতি অমসুং লোলবু নুংশিজখিবা অমসুং লোল অমগী শক্তিবু খঙখিবা ইবাবতনা ঙাঙলকপা রাহৈশিংদা বর্মাগী মৈতৈশিং লু-লুক্লখি।

মহাসভাদা অচৌবা অহোঙবা অমসুং অওনবা অমা লাকখিবসি ১৯৩৮ গী চীংঙাদা ফমখিবা মহাসভাগী মরিশুবা মীফমদগীনি। মীফম অসিদগী 'হিন্দু' অমসুং 'বী' হায়বা রাহৈ অনীসি লৌথোক্লগা 'নিখিল মণিপুর মহাসভা' হায়না নৌনা মমীং থোনবগা লোয়ননা ইরাবতবু সভাপতি খনখি। মসিদগী মহাসভা অসি রাজনীতি দল অমা ওইরক্লনা রাজনীতি, অর্থনীতি অমসুং সমাজিক্কী ওইবা রিজোলুসন কয়া লৌরগা থবক চঙশীনবা হৌরকখি। রাজনীতিগী দল অমা ওইখিবদগী মহাসভা অসিদা য়াওরিবা সরকারগী থবক তৌবা কর্মচারী অমত্তা মহাসভাগী মেম্বর ওইবা য়াররোই হায়না নোটিশ থোক্লকখি। মরমসিদগী কর্মচারী অয়াম্বা মহাসভাদগী তোক্লখি। অদুগা ইরাবতনা সদর পঞ্চায়েটকী মেম্বর ওইবদগী তোকখি। মাগী তলব অমসুং লৌচা

পুন্নমক্কী মথক্তা মহাক্কী নূপী মজাঙ্গবেম্মা খোমদোনন্নগী লৌচা-ফাউবা মহারাজদা কখোকখি।

ইরাবতনা মহাসভাগী মশা অমা ওইনা কৃষক সভা লিগুখত্তুনা মশামক লৌমীগী ফিজেৎ শেত্তুনা লৌমী মীচমগী চীনজাক চাদুনা তুমিং কাং মরক্তা পূক্তি লেনবা হৌরকখি। লৌমীশিংনা লৌদি উরগা চরাদি হেনবদু উরগা লৌমীগী আন্দোলন অমা শাগৎলকখি। লাঙ্গোল পায়বনা লৌপু ওইগদবনি হায়বগী খোল্লাউ লাউদুনা মণিপুরগী কচীন কোয়া শীনবা থুংনা শন্দোরকখি। খুঙ্গংগী প্রজাশিংনা অৱাবা পোৎলুম কয়াগী মথক্তা য়ায়রেক সম্রি, পিয়ন আমিনগী চাকথাক, পোখাং বেগার, দোলাইলেঙনচিংবা পোৎলুম কয়াসু পুরম্মী। পুন্নমক ইরাবতকী লমজীং মখাদা অকনবা আন্দোলন কয়া চঙশীনবদগী মথং মথং মুখৎখি। মহৈ মশীং হৈত্রবদি চাউখৎপা গুল্লোই হায়বসি ইরাবতনা মাঙজৌননা খঙবা মরম্না স্কুল কয়া লিগুখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মশামক মতম খরা ওঝা ওইদুনা ছাত্রশিংগসু লোয়নখি। লাইরিক তম্বা মাংই হায়বগী থাজনবীসু মুখৎখি। নূপীশিংবু লাইরিক তমহনগদবনি হায়বগী ঈহৌদা মথং মথং চঙশীল্লকপদগী নূপী কয়া লাইরিক তম্বা থোক্লরকখি। নূপা নূপী থোং মান্ননা চৎমীন্নরবতদা খুন্নাঈ অমা চাউখৎপা গুমগনি হায়বসি ইরাবতনা খঙখি। মণিপুরদা লৈরিবা ট্রাইবেল ঈচীন-ঈনাউশিংগসু চান্না চীন্ননা লৈমীন্নখি। কাঙলুপ মসেল তোংন তীন্নববদি চাউখৎ খোঙজেলদা থুজীনগনি হায়বসি খঙদুনা চীং অমসুং তমদ লৈবিবা ট্রাইবেল ঈচীল -ঈনাউশিংগী ওইবা সংস্থান কয়া শেম্বদা য়াওরম্মী। কবুই নাগা এসোসিয়েসন শেম্বদসু মহাক্না চৎন-পথাপ ইবদা য়াউখি। স্কুলদা মহৈ মশীং তম্বা চৎপদা পূক্লীং থৌগৎলম্মী। লীলা ড্রামা কয়া শায়দুনা অমগা অমগা নুংশিননবা কন্না হোৎনরম্মী। কবুই খরনা মহাকপু উবদা 'শামু' হায়নফাও কৌবা য়াওখি।

পোইনু মমৈ চনবদা গুায়রিঙৈ মণিপুরগী চানবা চেঙ মেরুক অমা ফাওবা লৈবা ফংনরক্লবা অৱাবা মতম অমা লার্কখি। মোনোপোলি কেপিটেলিষ্টশিংনা ফৌ মখৈ ৱানশীন্দুনা পৈরগা থমখিবা, চেঙ তকপা মীলদা ফৌ তক্লনা চেঙ মখৈ মপান্দা থাদোকখিবদগী ১৯৩৯ গী ডিসেম্বর ১২ দা নূপীগী খোনজেলনা মণিপুরগী অতিয়া পুম্বা পূম্লিন নিনখি - " চেঙ পীয়ু, মপান্দা চেঙ থাদোকপা য়ারোই!" নুমীৎ অদুগী টেলিগ্রাফ অফিস কম্পাউণ্ডদা মণিপুরী নূপীশিংদগী চেক্লরকপা ঈতনা পুমগাং গাংখি। থৌনা লৈবী মৈতৈ, কবুই, পাঙল অমসুং অতৈ অতৈ নূপী কয়ানি। হনবা লৈখিদে। নবদ্বীপতা লেঙখিবা চুরাচান্দ মহারাজদা পোলিটিকেল এজেন্টপু টেলিগ্রাম তৌহল্লগা মপান্দা চেঙ থাদোকপা থীংবগী অয়াবা লৌহনখি। চেঙ ফংদবদগী নূপীশিংনা হৌরকপা অচৌবা নূপী-লালগী মতমসিদা ইরাবততি কাছাড়দা মীটিং অমা য়াওবা চৎখিবদগী য়াউখিদে। অদুবু নূপী ময়াম্না মহাকপু আন্দোলন অসি লমজিংবীনবা টেলিগ্রাম তৌদুনা কৌথোকখি। খাইবম্নন্দ অর্মদি কৈথেল কয়া নূপী ময়াম্না থীংজীনবগা লোয়ননা ইরাবতকী লমজীং মখাদা খুবাই-বাংখৈ-নম্রোলনচীংবদা আন্দোলন লেপ্তুনা চঙশীনখি। সরকারগী মায়কৈদগী থারা ১৪৪ থমদুনা মী মঙা শুনা তীনবা য়াদবগী হুকুম মরক্তা ইরাবতপু ফানবা কোইশেন শেন্নখি। ইরাবতনা মী লীশিং লীশিং তীনবা অচৌ অচৌবা মীফমদা লাউড স্পিকর য়াউদনা মীয়াম তানবা ৱা গুাঙখি। মরিশুবা মীফম অমা য়াইস্কুল পুলিসলেগুদা মীওই লীশিং লীশিংনা তীনখিবদু ১৯৪০ গী জনুৱারী ৭ তনি। ইরাবতনা থৌনা ফনা লাউখি- " মীয়াম্না

টেলিগ্রাফ অফিশকী থৌদোক নীংশিংবীয়ু। ঐখোয়না চেঙ পীয়ু হায়রুবগী পাউখুম শজীননা পীবা, নোংমৈ গুন্দানা কুবা চেঙ খৃয়া অমা ফংনবা হায়জবদা ঈ খৃজোক অমগা শীন্নবা। ঈগী লমন ঈনা শিংদুনা চেঙ থাবা থীংগদবনি। ব্রাহ্মণশিং অমদি ইমা ইবেনশিংগী ঈনা মিল থীংবা তারবা, চাক্কীদমক মণিপুরগী নৃপীগী ঈ তারবদা নুপানা জেলগী ফক্লাং কিবদগী তুমিন্না লৈফম থোকপরা? ইমা ইবেন্দগী তান্নিবা ঈগী লমন শিংসি। নীংশিংবীয়ু রুসিয়াগুম্বা লৈবাক্তা থৌনা করবশিংনা মবৈবাক কনখিবা। ঐখোয় পৃম্নমক লিঙজেল মান্নবগী লঙলানা পুন্দুনা হৌরসি।" বাহৈশিং অসিনা মরাল ওইহন্নগা মার্চকী ২১, ১৯৪০ দা দরবারগী রাবেপ অমনা আই.পি. সি.গী থারা ১২৪ (এ) গী মখাদা ইরাবতপু চহী অহুম জেলদা থম্নগী রাই তাখি।

ইম্ফাল জেলদা লৈরিঙৈ, জেল মনুংদা ষ্টাফশিংনা বন্দিশিংবু কুবা চৈবদু উবদা ইরাবতকী থম্মোযনা খাংবা ঙমখিদে। বন্দিশিংবু থাউগী কোল্ শূমহনবা, পুখম তেংকোং য়াওদনা চাক পীজবা, ফি য়াওদনা উপাক মথক্তা হিপহনবনচীংবা মীওইবগী হৌনদবা লোনচৎ অসি হেংদোক্লবা ইবাবতনা ষ্ট্রাইক চঙশিনখি। ইরাবতনা চঙশিল্লিবা ষ্ট্রাইক অসি মায় পার্কখি, অদুবু সরকারনা মাবু ইম্ফাল জেলদা কুইনা থমনীংদবদগী সিলেৎ জেলদা থাখি। সিলেৎ জেল অদু ইবাবতকীদি বিপ্লবী ট্রেনিং সেন্টর অমা ওইনা থোক্লুরে। ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লুচিংবা কয়া জ্যোটিময় নন্দি, বিবেশ মিশ্র, অরুন চন্দা, রবি অদিত্যনচীংবা থেংনখি। জেল মনুংদা মাক্সিষ্ট লিটরেচর কয়াসু পাখি। মহাক্কী শৈরেং লাইবিক 'ইমাগী পৃজা' সু জেল মনুংদা ইখি।

১৯৪৩ দা মতম শুরদুনা সিলেৎ জেলদগী ইরাবতপু থাদোক্লুবসু পৃথিবীগী অনীশুবা লানজাউ মনুং ওইবনা অমসুং মণিপুর ষ্টেট দরবারগী হুকুম অমনা ইবাবতপু মণিপুরদা চঙহনখিদে। কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অচঙবা মেম্বর অমা ওইবগা লোয়ননা সুর্মা ভেল্লীদা নীংতম আন্দোলন শাগৎখি। মতমসিদা বিপ্লবী কবি হেমাঙ্গ বিশ্বাসকসু থেংনখি। ১৯৪৩ দা সি. পি. আই. গী কংগ্রেস সেসন্দা ওভজার্ভর অমা ওইনা মুম্বাইদা পি. সি. জোসিনা বার্তন তৌবকপদগী শরুক য়াখি। মীয়াম্না মাবু মথং মথং জননেতা হায়না মীঙ্গৌনবা হৌবর্কখি। মশানা ইবা ঈশৈ কয়া মশানা সুর পান্দুনা শক্লগা লৌমী মীয়ামগী ঈশৈ কয়া কাছাড়দা শন্দোকখি। বৃটিশকী মায়োক্তা অকনবা ঈশৈ কয়া হৌরকপদগী ইবাতপু ফানবা হোৎনবর্কখি। পাম্বৈ কয়া পুথোক্লুনা মীবোৎ শাদুনা নাম্নোকখি। অদুবু ১৯৪৪ গী অঙনবা মতমদা পুলিসনা ফাদুনা শিলচর জেলদা থা নীপান থমখি। জেলদগী থোক্লুবা মতুংদা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী আসাম প্রদেশিক কমীটি লিঙখৎপদা শরুক য়াখি। আসামদা ইন্দিয়ান পিপলস থিয়েটর এসোসিয়েসন লিঙখৎপদসু য়াওখি। কাছারদসু সতিন্দ্র মোহন দেবগা লম্বা পাদুনা ভোট লেপখি। অদুবু মহাক মায়থিখি। ১৯৪৬ তা ইবাবতপু মণিপুর মনুং চঙবা য়াদে হায়বগী হুকুম অদু লৌথোর্কখিবদগী মাগী মরূপ মপাং কয়াগা লোয়ননা মণিপুরদা লাক্লুনা রাজনীতিগী থবক কনখৎহনখি। চহী অদুমক্তদা লৌমী মীয়ামগী ওইবা মীফম অমা নম্বোলদা ফমখি। মদুদা কৃষি সম্মিলনীগী মহুত্তা মণিপুর কৃষক সভা হায়না মমীং ওন্দুনা ইরাবতপু সভাপতি খনখি। ১৯৪৭ কী আগষ্টকী নোংয়াইদা বৃটিশনা মণিপুরবু থাদোক্লুবা মতুংদা মণিপুরগী রাজনীতিদা চয়েৎনবা কয়া লাকখি। মণিপুর কনস্টিট্যুসন এক্ট ১৯৪৭ কী মখাদা ১৯৪৮ দা মণিপুর এসেম্বলী মীখল

তৌখি। মণিপুর কৃষক সভাগী কেণ্ডিডেট অমা ওইনা উংলৌ কেন্দ্রদা ইরাবত মীখলদা মায় পাকখি। প্রজা শান্তিনা লুচিংবা কোলিসন সরকার অমা শেমখি। মতমসিদা পূর্ব্বাঞ্চল প্রদেশ শেম্বগী ইরাং অমা কয়া লাকখি। প্রদেশ অসিগী মনুংদা মণিপুর, কাছাড়, ত্রিপুরা, অমদি লুসাই পহাড় য়াওগদবনি হায়বসিদা ইবাবততি য়াখিদে। পূর্ব্বাঞ্চল শেম্বগী মায়োক্তা ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বর ২১ দা এম. ডি. য়ু. হোলদা প্রজা সভা অমসুং কৃষক সভা অনীনা অচৌবা মীফম অমা কৌখি। মীফম অসিদা য়াউনবা লাকখিবা পুংদোণ্ডবমগী প্রজাশিংবু সরকাবগী পুলিস ফোর্স অমনা থীংখি। ইবাঙ অদু লাকশীন্নবা হোৎনবদা ব্রেঙ্ক ফায়ার তৌবদা ও.সি. নরানবাবু পান্দুনা শিখি। থৌদোকসিগী মতুংদগী ইরাবত য়াওনা মীওই কয়া ফাননবা হোৎনরকপদা ইরাবত অন্দরগ্রাওন্দ তাখি।

অন্দরগ্রাউণ্ড তাগুবা মতুংদা ইবাবত ভূমিগ্না লৈখিদে। মহাক্কী থবক হেন্না কনখৎলকখি। রেড গার্ড শেমগত্নুনা কৃষি বিপ্লবকী লম্বীদা খোঙ থাংজীল্লকখি। সরকারনা মাবু ফাবা নৎত্রগা পাউ পীবা ঙমবদা লুপা লীশিং তবা পীগনি হায়না লাওথোকখি। ইবাবতপু নুংশিবদগী মহাক্কা লোৎলিবা মফমশিংগী প্রজাশিংনা লুপা লীশিং তবাবু মীহৌরুদে। মহাক্কা লোক্নুনা লৈখিবা মফমসিগী মী ওইশিংনা লৈ হায়না কনামগুদা হায়দোক্নখিদে। চীংনুং মানুং মথং মথং লাম্বোক্নুনা ইবাবতনা বর্মা থৌনা চগুলীল্লবা মতুংগুদা মহাক্কী থবক লেম্না লৈতেনা চর্থখি। বর্মাগী মফম কয়াদা ললোন ইত্তিক তৌদুনা হিংনবা হোৎনবিবা মৈতৈ ললোনবা কয়া থেংনখি। বর্মাগী মোলোয় বাবোক্তা ললোনবা ময়ামবু মথং মথং খোমজীনদুনা নুমীদাং অমা অফংবা উশা বাশা খবা খনগংলগা থবা য়াঙতক তৌবা মফম অমদা লেপ্পগা ইবাবতনা বা ঙাঙখি - "ইবাবত হায়বদু ঐহাক্তি। ঙসি ইমা-ইবেন ইচে-ইনেম মফম মপাং অহল লমন কযানা তাগ্নবা লমদম অসিদা লাক্নুনা ললোন ইত্তিক তৌদুনা যাম্না য়ানা হিংনবা হোৎনবীরি। মসি ঐখোয়না ঐখোয়গী লাইবক্তা তাইনগদবা নত্তে। মসি ঐখোয়গী মপোক্কী ওইনা তন্নকপা অদুসু নত্তে। ঐখোয়বু বাহল্লিবা ঐখোয়না থেংনরিবা অরাবা পুন্নমক সবকাবনা থোকহনবনি। ঐখোয়না সবকারগী মথক্তা লাউবা তাবনি।" ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইনা লম্বীগী মচি মচিদা অসুন্না পন্দুনা মীটিং পাঙথোকপদা ইবাবতনা ঙাঙবা বা তাবগা মী পুন্নমক পুমশুম শুমহৎলবগুম ভুমিন লৈনখি। অসুম্না ইরাবতনা মথং মথং নীংথী তুরেল মবীনগী খুঙ্গং কয়াদা মীয়াম উনদুনা মীটিং পাঙথোকখি।

বর্মা মনুংদা ইবাবতনা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওব বর্মা, বর্মা কম্যুনিষ্ট পার্টি অমসুং পিপলস কমরেড পার্টি অহুমগী লীডিংবশিংগা উনখি। মতর্মাস, বিপ্লবকী ইবাঙ হৌরিবা পার্টি অহুমগী মীওইশিং অমনা অমবু উনবা মতমদা হাৎতোক্নবগী তাঙাদুনি। অদুবু পার্টি অহুমগী লুচিংবশিংনা ইরাবতপু মণিপুরগী লিডবনি হায়দুনা ইকায় খুম্নখি। ইবাবতনা কয়া হোৎনবদগী পার্টি অহুম পুনশীন্দুনা য়ুনাইটেড লিবরেসন গভর্নমেন্ট ওব বর্মা শেমদুনা অমগা অমগা মতেং পাংনবগী দলীল ইনখি। ফ্রন্ট অসিনা ইবাবত্তা অঙ্গো চীং অমসুং কবো ভেল্লীগী শরুক খরা পীখি। তাংবোদা হেড কার্টর ওইদুনা ইবাবতনা লৈঙাক শাসন তৌরবসু মতম পুন্নমক্তা মরমদম মণিপুরগী মায়কৈদা ওনশীন্দুনা "ইমা নঙবু কবম তৌরিগবা!" হায়না ইতং তংতনা শোনখি। অনৌবা মী অমা

হেক থুংলবদা "মণিপুর কমদৌহৌরি?" হায়না হেক্তা হংখি। "ঈমা নঙগী সেবা তৌবা ফংজদ্রেদকো!" হায়না মপূক্লীং নুংশিনা মপি ঈরা চেন্না শোনখিবসু কোজ্জায়নি। চীল্লবা থবক ময়াম অমসুং ব্রাখলগী মৈশারক্তা ইরাবতকী মশা অসুম অসুম শোনজিল্লকখি। অফংবা হীদাক লাঙথক কয়ানা লায়েংবদসু ঈফ-ফগৎলকপা উখিদে। মহাক্কীদমক সেবা তৌরিবা মীওইশিংদা তোইনা হায়খি- "ঐগী পুন্সিদি য়াম্না তেল্লি। ঐহাক কুইনা হিংলরোই হায়বসি ঐহাক খঙঈ। নখোয় পূন্নমক ঈমা লৈবাক্কীদমক সেবা তৌরকউকো। মদুনা ঐগী অপেনবা ওইরগে।" ফিভম অসুম শোকচীল্লকপদগী ফমুং অমদা হীপ্লদুনা মপি ওরো ওরো শীন্থরদুনা মরমদম মণিপুর কৌদুনা কপচখি। অনাবা ফমশেন্নরিবা য়েংকোকপম তৃনান (নাতেক), মোইরাংথেম অঙৌ, খুন্দ্রাকপম চায়নোই, ব্রাংখৈরাকপম মতুম, নীংথৌজম চাউবী, য়ুম্নাম তোম্বা, অথৌ, লীলা, লাকপা, মেরা, বিজয়নচীংবনা খূয়া লুখূমদা ফমদুনা লেপ্তুনা কারক্লিবা হুমাং অমসুং তত্তনা শীনথবক্লিবা পিরাঙবু তৈথোকচরম্মী। মমীৎ তরু-তরু পাঙলদুনা মহাক্না হায়খি- "ঐহাক য়ারবোই। ঐগী অরোইবা মতমদু লাক্লে। নখোয় ঈমা লৈবাক্কী সেবা তৌরকউকো। ঈমা মণিপুবগীদমক নখোয় মায়বোঙ য়ারকউকো।" অসি হায়রল্লগা ইরাবতগী খোনজেল তপথখ্রে। নুংশাম্বরসু লেপখ্রে। অসুম্না ১৯৫১ গী সেপ্টেম্বব ২৬ তা ইরাবত তাইবংপাল থাদোকখি। সেপ্টেম্বরদা লাকখিবা সেপ্টেম্বরদা চৎখিবা ইরাবতকী থৱায য়াওদ্রবা হকচাঙদু পূং ২৪ চুপ্না লৈ-শুনা লৈতেংদুনা থম্লগা, কৈরেল কৈজাউ শাদুনা পুরগা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী রেড গার্ডকী হৌনবী মতুঙ ঈন্না গার্ড ওব ওনর পীদুনা সেলুট গন কাপ্লগা মৈতৈগী হৌনবী মতুঙ ইন্না তাংবোদা পোৎলোইখি। নুংশিরবা মরমদম মণিপুরদা চঙজবা ফংখিদ্রবা ইরাবতকী হকচাং পোৎলোইবগী উৎ অদু বর্মাগী পার্টি অহুমগী লুচিংবশিংনা পুদুনা চৎখি। ইরাবত লৈখিদবদগী পাউ অসি কোলকাতাদা ফোঙবা বাংলাগী চেফোঙ স্বাধীনতাদা চাউনা ফোঙখি। বিপ্লবী কবি হেমাঙ্গ বিস্বাসনসু " সীমান্ত প্রহবী" কৌবা শৈবেং অমা ইদুনা অসুম্না ইরাবতপু শৈথাখি-

*ভারতকী নোংপোক ঙমখৈদা সম্প্রীনি নহাক*
*লংলবা ফজরবা মৈরা*
*নহাক্কী লাইবক্কী অঙৌবা ফজরবা চন্দন*
*কনানা মুখৎখরে?*
*অদুগা কল্লবা য়োংনা*
*ফারবা নহাক্কী চাওরবা মঙ্গলগী*
*চায়রুং অদুনা কনাবু অমুক শিংনরিবা?*

**মতেং লৌখিবা ঃ**

*আকাসবানী ইম্ফালনা 'হিজম ইবাবত' কৌবা শত্তম অমা দিলিপ ময়েংবম্না পুখোকখিবা অদুদগী, ব্রাখল চেফোঙদগী অমসুং কোংপালদা লৈবা মোইবাংথেম অঙৌগা হকথেংননা উনদুনা ৱারী শাহৌবদগী খঙজরকপশিং।*

# এসিয়ান গেমসতা দিংকু

*শরতচান্দ থিয়াম*

ওর্ফান হোমদগী রিং য়ৌরক্লুনা মরমদম মণিপুরবু মশক তাকখিবা ঙাঙোম দিংকুগী ৱারীদি কুইর-কুইরগা হেন্না ময়েক শেংলক্লি। অরঙবা থৱাম্মিচাক ওইখিবসু ১৩ শুবা এসিয়ান গেমসতনি। চহী মরি-মরি লৈরগা পাঙথোকপা এসিয়াগী খ্বাইদগী চাউবা এসিয়ান গেমসতা গোল্ড মেদল ফংবা হায়বসি অরায়বদি নত্তে। হেক্তমক ওইবসু য়াবা নত্তে। তোপ-তোপ্পা অমা য়াওবদুননি তোমথিন ওইনা চোংথোকখিবা দিংকুনা। থাইলেন্দগী বেঙ্কোক্তগী ঙাম্থোরকপা মঙালদুনা শন্দোকখিবনি এসিয়া শীনবা থুংনা। মসিদনি মণিপুরগী মীয়াম্না মণিপুরগী তাঙলবা মণি অমা ফংজরে হায়না হরাওখিবা। মণিদা মণি ওইখি দিংকু।



ইম্ফালদগী উখ্রুল চৎখিবা লম্বীদা লৈবা মফম অমনি সেক্তা। সেক্তাদনি দিংকুগী খোয়রী-নাউফম তাখিবা। মচীন-মনাও নিপাল য়োক্লবা হোৎনবদা অৱাবা কয়া মায়োক্লখি হায়বসি দিংকুনা মহাক্কী অপোকপা ইবোতোন অমসুং অপোকপী অঙোবীদগী খঙখি। ঙাঙোম শাগৈদা তাইবঙ মীকপ থোরকখিবা দিংকুগী মবুধৌ গৌরাঙ্গোদি জননেতা হিজম ইরাবতকা য়াম্না লুনা তিন্নখিবা মরূপ্পি। লৈকায়গী থবক-ইনখাঙদা অৱা-অনা তারবশিংদা চোংথোক্লুনা মতেঙ পাংখিবা ইরাবতকী থবক কয়াদা ইবোতোনসু য়াওখি। ইরাবতনা বর্মাগী তাংবোদা থূপখ্রবা মতুংদা গৌরাঙ্গোসু ময়ূমদা থূপখিবদগী ইবোতোন্না লৈকায়গী থবক-ইনখাঙ কয়াদা মায়পুনরকখিবগী ৱারী খরসু কাউনদ্রি সেক্তাদা। মচা নিপালগী অপোকপা ওইরিবা ইবোতোন নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা লৌবূক্তা লৌশূবা চৎপদা লাইবক থীবা থৌদোক অমদগী লৌবূক্তা শিখি। নিপালশুবা অঙাং ওইগদৌরিবা অদু গর্ভনুংদা নাউপুরিঙৈ ওইখিবনা হায়ফম খঙদনা ৱাখি অঙোবী। খূবাকমুক পাকপা ইথ্মোল মচেৎতু নত্তনা লৌ মচেৎ অমফাওবা মখোয়গীনি হায়বদা করিমত্তা লৈজদ্রবী অঙোবীগী গর্ভনুংদা নাউপুরিবা অঙাংদু নুপী ওইনা পোকখি মহাক্কী নিপালশুবা মচা ওইনা।

অঙাং নিপাল য়োক্লবা হোৎনবদা শীং চনবা চৎপা, লৌ লিংবা, খাওবা, য়ৈবা, ফূদিৎ খপ্পনচিংবা কয়া তৌদুনা ওম্থোক্না ৱানা লেল্লকখি অঙোবী। চানীং-থক্লীংবনা ঙাওরবা মচাশিংগী

মফমদা চেঙহীবু শঙ্গোমনি হায়জিন্দুনা খরা পীথক, চাকখূমগী মৈ হৌগৎলগা চাক লোইদৌরে ঙহাক্তং তূন্নুরো চাক লোইরগা হৌদোরক্কে খরা হায়জিন তৌদুনা থাবূম কয়া লেল্লকখি। চেঙ খোংনীংঙাই লৈতদুনা চফূদা ঈশিং পীক থন্না হাপচিল্লগা ব্রোঙ ব্রোঙ শৌহন্দুনা চাক থোংবা মালহনখিবা কয়ামরুম্না পুন্সিগী শরুক কয়াদি হৌহনখি। চীংদা কাদুনা শীং চলহনবা চেক শাফমদা চেক হোলহনবা কয়াসু মায়োক্নরকখি অঙাং ইওই ওইনা দিংকু মচীন-মনাও। ১৯৭৯ গী জানুৱারী ১ দা পোকখিবা দিংকুনা চহী মরি-মঙাদা ঙায়রিঙৈদা অৱাবা পোৎলূম্না নম্থরক্লবসু খাঙখি অঙাং ইওই ওইনা শীংনবা অমগা লোয়ননা। শীংনবসি মথৌমক্লি খল্লকখি দিংকু।

মচীন-মনাও পূল্লপ শিমিন্নরকপা তারে হায়দুনা অচৌবা মীনম্বা অমগা লোয়ননা দ্যুলালেন্দা লৈবা মণিপুর মহিলা কল্যান সমিতিনা চলাইরিবা চিলদ্রেন হোমদা মমা-মপা অনীমক শিম্রে হায়জিন্দুনা দিংকু অমসুং ময়াম্বা শান্তিবু থমখি। মতমদু দিংকুনা চহী নিপালমুক শুরকপা ১৯৮৭ গী ফেব্রুৱারী ৩ দনি। অপোকপী মমাবু নীংশিংলকপা মরূপ-মপাঙশিংগা চেন-চোংদুনা শান্ননীংলকপদুবুদি কনানা থিংবা ঙম্লুগনি ? অদুনা হোমদগী লোন্না কয়ারক চেল্লকখি ময়ূমদা। মসিদনি দিংকুগী ময়াম্বা অহল চাউথোইনা চৈশাঙ অমা পাযদুনা কোয়তান তান্নখিবা ফূখিবা চৈখিবা। মনাওনা চৎখ্রবা মতুংদা মতোমতা কপখি– "ইয়াম্বগী দিংকু। নহাকপু নুংশিদদুনা ফূবা নত্তে। নহাকপু লৈহন্নীংদদুনা তানবা নত্তে। ঐখোয় ইচীন-ইনাও পূম্নমক চরা হেন্দুনা শিমিন্নবা তারে হায়বগীদমক্লি। নহাক্লা ঐবু ৱারৌগনু। নখোয়না অচৌবা মশক নাইবা মী অমা ওইরক্লবগীদমক্তনি।" অদুবু চাউথোইদি মনাও দিংকুগী লেমহৌরিবা পুন্সিবু উবা ফংদনা তাইবঙপাল থাদোকখি ইমুংগী অৱাবা কোক্লবা চীংদা হোরায় খায়বা চৎপদা কাঙনা চীক্তুনা মেলেরিয়া নারকপদগী ১৯৯২ দা।

অঙৌবীনা খোইথোই হায়বদগী হেঞ্জদবা দিংকুগী চিলদ্রেন হোমগী পুন্সিদু নীংশিংলুদ্রে। কাউথোকপা তন্নক্লে মচাবু মী অমা ওইননবা। করিবুদি ওইহনবা ঙম্লুগনি কোনশিন্দুনা থম্লুরগা? অমরোমদা হোমগী পুন্সিগা চাশিন-চূশিন্নরক্লে দিংকু। হোমদা হান্না লৈরম্বা অমদি কোন্না লাকপা পূম্নমক ইমুং অমত্তগী মচীন-মনাওগুমখ্রে। থেঙলক্লবা মতমদা খনবা হৌরক্লে ইশাগী পুন্সিদি ইশানা শেমজগদবনি হায়বা ৱাখল দিংকুগী পীক্লবা কোক অদুদা। হোমগী পুন্সিদা মশানা চাক থোংজবা, কোল-লীক ফেঙজবা, ফি-রোল শূজবা মরোমদোম হিংবা ঙম্নবগী পারা অমদি য়াম্না নৌরিঙৈদগী ফাবা হৌরক্লে দিংকু। হোমদা লৈরিবা সেনিয়রশিংদুনা চোং-ফনবা থিন্ন-কাওনবা কয়াবু উক্লরগা য়াওনীংখি। মতোমতা হোৎনজখি। শান্নববু লাইনীং ওইরকখি।

দি এম কলেজ গেৎতা লৈবা খুম্ফোকহানবী স্কুলদা ক্লাস থ্রী ফোর ফাইবনচিংবা তল্লিঙৈ মতমদা থা খূদিংগী খোয়াথোংদা লৈবা পোলেম নন্দকিশ্বরনা মাগী থাগী পেন্সন হেক ফংবগা হোমদা লৈরিবা অঙাংশিংদা লুপা অনী অনী য়েনবা লাকখি। দিংকুসু লুপা অনী ফংবদা হরাওখি। থা হেক ফারকপদা ইথৌ কৈদৌঙৈ লাক্কনি হায়না ঙাইনখিবা ঙাক্তনি। চহী খরগী তুংদদি নন্দকিশ্বর লাকখিদ্রে তাইবঙপাল থাদোকখ্রবনা। অঙাংশিংনা নুংশিনা শোন্নখি মতমদুদা লুপা অনী য়েনবা ইথৌ লাকখিদ্রে হায়দুনা। হোমগী অঙাং খরা খুমন লম্পাক্তা লৈবা স্পোর্তস অথোরিতি ওব ইন্দিয়াগী স্পেসিয়েল এরিয়া গেমস সেন্তরদা নুংতিগী ট্রেনীং চৎপদুদা ইন্নরকখি

দিংকু। দিংকুনা হেন্না নকশীন্নদা মতুং ইল্লকপসি জুদো তম্বা লাকখিবা দেবেন মোইরাংথেমগী মতুংদনি। হোল মনুং চঙদুনা রিং মনাক য়ৌশিল্লুবা রোপতা পায়রগা নোমদুনা শান্নবা থিন্নরিবা ময়ামদু য়েংলগা মমীৎ কৃপ্তুনা য়েংবা হায়বসি দিংকুগী নোংমগী মথৌ ওইরকখি। দিংকুগী মতৌদু চেকশীন্না য়েংখিবসি সাইগী বোক্সিং কোচ লৈশাংথেম ইবোমচানি। ইবোমচানা দেবেনদা য়াম্না কৃপ্না দিংকুগী ৱারী-ৱাখোঙ পূন্নমক লৌরবা মতুংদা মখূৎ পায়দুনা চিংশিনবিখি। তম্বিবা হৌখি। লৈখোম্ন। পেৎলিঙৈদা শেম্মীংবা মওংদা শেম্বগুম অঙাং ওইরিবা দিংকুবু ওইহন্নীংবা মওংদু তাননবা শেম্বা হৌখি কোচ ইবোমচানা।

সাইদা পুশিল্লবদি অমুক্কা হেন্না শেম্মীংবা মওংদা শেম্বা য়ারগনি হায়বগী ৱাখল্দা দিংকুবু সাইদা পুশিন্নবা হোৎনখি ইবোমচানা। ১৯৯০ গী দিসেম্বর ১৬ তগী ১৯৯১ গী জানুৱারী ৬ ফাওবা সাইনা শীন্দুনা অফবা অঙাং খরা খন্নবগীদমক এসেসমেন্ত কেম্প অমা পাঙথোকখি। মদুদা দিংকু য়েংনবা অমত্তা য়াওদনা খনখি লোয়ননা ১৯৯১ গী ফেব্রুৱারী ১২ দা সাইদা জোইন তৌহনখি। চাংয়েংবগী মতমসু য়ৌরকখি। সাইদা চঙবা চহীসিমক্তদা মণিপুরগী মহুৎ শিন্দুনা হরিয়ানাগী অম্বালাদা পাঙথোকখিবা ৭ শুবা সব-জুনিয়র নেশ্নেল চেম্পিয়ন্শিপতা শরুক য়াবদা গোল্ড মেদল ফংখি। সাইদা লৈনা লৈনা লিলাশিং খোংনাংখোঙদা লৈবা ভানুমতী ইংলিস স্কুলদা লাইরিক মখা তমখি। ১৯৯৬ তা গোৱাদা পাঙথোকখিবা জুনিয়র নেশ্নেল বোক্সিং চেম্পিয়ন্শিপতা গোল্ড মেদল ফংবদগী সার্বিসেস অমসুং ইন্দিয়ান নেভিনা দিংকুবু মুন্নখি। ১৯৯৬ তা ইন্দিয়ান নেভিনা ঙমদুনা মখোয়গী বোক্সর ওইহনখি। থা থাগী ফংলকপা তোলোপনা ইমুংগী লৈত-লায়রদা মতেঙ ওইননবসু থারকখি দিংকুনা।

থাইলেন্দগী কোনুং বেঙ্কোক্তা ১৩ শুবা এসিয়ান গেমস পাঙথোকলগনি হায়না য়াম্না লাঙবা মতমনি ১৯৯৮ অসি। দিসেম্বরগী ৬ তগী ২০ ফাওবা মতম লেপখ্রবনি। ভারতকী ওইনা বোক্সর মরিখক শরুক য়ানবা সেলেক্সন কমিতিনা রিকমেন্দ তৌখি। মসিদা দিংকুগী মমিংদি য়াওরকখিদে। মসিগী মরমদি দিংকুগী পার্ফোমেন্স অসি ইন্তরনেশ্নেলগী ওইনা য়েংবদা ৱাৎলক্লে হায়দুনা লৌথোকপনি হায়রকখি। দিংকু চাউনা নীংবা কায়খি। অহীং কয়া কপখি। মঙলান অমা থুগাইবিরবগা চপ মান্নখি। অদুবু ইন্দিয়ান এমেচর বোক্সিং ফেদরেসনগী প্রসিদেন্ত একে মত্তুনা দিংকু য়াওহন্দ্রবদি ইন্দিয়াগী বোক্সিং তিম থাবা য়ারোই হায়না মৃকখি। ইন্দিয়ান নেভি অমসুং ইন্দিয়ান ওলিম্পিক এসোসিয়েসন্নসু দিংকুবু য়াওহন্নবা কন্না তকশীল্লকপদগী মমৈথংদা দিংকুগী মমিং য়াওহনখি ইন্দিয়াগী বোক্সিং তিমদা।

অহানবা ওইনা দিংকুনা থিন্নখি প্রিলিমিনরী বাউত্তা চিনাগী হং তাও বৈগা। নুমিৎতু ১৯৯৮ গী দিসেম্বর ৯ নি। মীনা চীক্ল-চায়না ঙমদ্রবা মুৱাম্ভোং থানিগী রিংদগী তাখিবা খোঞ্জেলসু হৌরবা খূবাক মখোলখক্তনি। দিংকুনা হং তাওবু পোইন্ত ১২-৬ তা মায়থীবা পীখি। ক্বার্তর ফাইনেল চঙলবা দিংকুগী আশাদি গোল্ড মেদলখক্তনি। মহাকপু লৌথোক্লবা হোৎনখিবশিংদুগী মফমদা গোল্ড মেদল অমা খূদোল তৌরমগে হায়বসি মহাক্কী লাইনীংনি। ক্বার্তর ফাইনেলদা কম্বোদিয়াগী বেরিক স্বেগা খেংনখি। অরোইবা রাউন্দ লোইগদবা সেকেন্দ ৩০ ৱাৎলিঙৈদা স্বেবু থিনগাইদুনা জ্ঞান মাঙহনখি। য়াম্না লাকচনা

পোইন্ত ১৯-২ দা ঙমদুনা সেমি-ফাইনেল চঙখি দিংকু। খ্বাইদগী লুবা তানফম অমসু ওইখি সেমি ফাইনেলদি। থেংনগদৌরিবা বোক্সরনা ৱার্ল্ড নম্বর থ্রী ওইৱতা নত্তনা যুম্নু ওঁইরিবা থাইলেন্দগী বোক্সর সোন্তায়ো ৱোংপ্রেতকনি। সেমি ফাইনেলগীদমক শেম-শাখিবা নুমিৎতুনা দিসেম্বরগী ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎনি। থাইগী ভাবোক্লা ৱোংপ্রেতকীদমক খূবাক খূদনা কনাগীদি খূগনি?

দিংকুগী পুন্সিদা শীংনবগী নুমিৎ কয়া লৈখ্রে। খ্বাইদগী চাউবা শীংনবগী নুমিৎ অমসু ওইখি সেমি-ফাইনেলদু। মুৱাম্থোং থানিগী রিংদা ৱোংপ্রেতকীদমক খূবাক খূবিনবা লৈরিবা মীয়ামদুগী মরক্তা দিংকুগীদমক কনা লৈরি হায়বসিমদি খঙনীংবা তাবনি দিংকুনা। অদুনা কোয়না য়েংলকখি। কনা উদ্রবসু নমদুনা খূহনগে হায়বগী ৱাখল্দা থেংনখি ৱোংপ্রেতকা। অহানবা অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা রাউন্দদদি দিংকুনা ঙল্লপ চৎখি। মদুমক্লা লাউশিল্লকখি থাইগী ভাবোকশিংনা তরঙ চৎননবা দিংকুবু। মরিশুবা রাউন্দদদি ৱোংপ্রেতনা অমুক লাকশীল্লকখি। হেলহনবা য়াদে হায়বগী অচেৎপা ফিরেপকা লোয়ননা অরোইবা অমসুং মঙাশুবা রাউন্দদদি মখোয় অনীমক হেনজিন্নখিদে। রাউন্দ মঙা লোইরবা মতুংদা যৌরাংনা ঙাইনখি রিফরীনা মায় পাকপা বোক্সর অদুগী মখূৎ থাংগৎলকপা। পূম্নমক্লা থাজবা থম্লখি ৱোংপ্রেততা। অদুবু রিফরীনা দিংকুগী খূৎ অদু ৱাংনা থাংগৎলকখি। পোইন্ত ১৮-১৪ দা দিংকুনা মায়থীবা পীরে হায়না লাউথোরকপদা য়াম্লবা থাইগী ভাবোকশিংনা রিংদা হূপচীল্লকখি। সেক্যুরিতিগী কাঙবুনা ঈরাং অদু লাকশীন্নবা হোৎনখি। কোরিয়াগী রিফরী অমদি অতৈ ওফিসিয়েলশিংদু সেক্যুরিতিগী কাঙবুনা নাক-য়েৎ চপ্তুনা পুথোকখি। দিংকু অমসুং কোচনা সেক্যুরিতিগা লোয়ননা থোরকপদসু অকনবা খোল্লাউ কয়াগা লোয়ননা অহাঙবা বিয়ার কেন্নচিংবগী মিশাইলশিংনা থোমজিল্লকখি। ভারতকী করম্বা মফমদগী লাক্লগা থাই বোক্সর অমবু থিন্দৎলম্নিবনো হায়বসিদা অঙকপা অমগা লোয়ননা হংনখি। করিদি খুম্মুনি ভারতকী অৱাং নোংপোক্তা লৈবা মণিপুরদগী লাকপা বোক্সর অমননি হায়বা নত্তনা।

কেজি ৫৪ গী বেন্তাম ৱেথ কাঙলূপ্তা মশুং মমান্নবশিংবু মথং-মথং থিনগাইরল্লগা ফাইনেল চংলক্লবা দিংকুগীদমক হরাও-নুংঙাইবা ফোঙদোক্লরকপগী পাউনা এসিয়া মহাদেশ পূম্বা নিল্লবা মতমনি। ফাইনেলনি। অরোইবা চাংয়েংগী পূংফমনি। মায় পাক্লগনা গোল্ড। মায়থীরগনা সিলবর। কনাসু পাম্নদে মায়থীবা অমগী খূদোলপোৎ ওইরিবা সিলবর। অদুনা গোল্ডগী মঙ মঙলিবা দিংকুনা চেকশীন্না শেন্নখি মঙোল্দগী নাম্থোকখিদনবা মমল য়াম্লবা এসিয়ান গেমসকী গোল্ড মেদল। নুমিৎ অদু শগোলশেলনি দিসেম্বরগী ১৭, ১৯৯৮। ফাইনেল নুমিৎ ওইরুবদুনা পূম্নাঙ লাঙখি মণিপুর। ফাইনেল বাউত অদু য়েংনীংবনা ঙাওরবা মণিপুরগী মীয়াম্না মফম মফম শেমদুনা পূল্লপ পূল্লপ তাশীন্দুনা লৈনখি। সরকারগী কর্মচারীশিংনা ফিফ পে কমিসন পীগদবনি হায়বগী অকনবা স্ত্রাইক্লা মরম ওইদুনা মৈ ফংহন্দবদগী পূম্মম মল্লবদা করম্না থোরক্কনি তি ভিদা ফাইনেল বাউতকী লাইব তেলিকাস্ত। অদুবু জেনেরেতরনচিংবা ৱায়নখি। দিংকুগী পোক্লফম সেক্তাদদি সোসিয়েল স্পোর্তিং ক্লবনা শীন্দুনা মফম তরেৎতা জেনেরেতর থৌরাঙ তৌরগা সেক্তাগী মীয়াম্বু তি ভিদা হকথেঙননা উহল্লবা হোৎনখি।

কাউণ্ডল্লরোইদবা ফাইনেলগী নুমিৎ অমনি দিসেম্বরগী ১৭। উজবেকিস্তানগী তাইমুর তুলিয়াকোনা অকিবা অমত্তা য়াওদনা দিংকুবু থিন্দৎলগা গোল্ড মেদল লৌগদোইনি হায়না মুবাঙ্গোং থানিগী রিংদা থোরকখিবদুবু কনানা অকিবা পোক্লোইদৌরিবনো? দিংকুনা মহাকপু করম্না থেংনগদৌরিবনো হায়বসিসু করিগী খল্লোইদৌরিবনো? মসিদনি খ্বাইদগী নুংঙাইবা ফাইনেল বাউত অমা ওইখ্রিবসি।

তাইমুর অচম্বা বোক্সর অমদি নত্তে। বার্ল্ড নম্বর ফাইবনি। অহানবা রাউন্দ হেক হৌবগা তাইমুরনা থিনবা হৌরকখি। হৈ-শিংনা শৎ-শৎ লৈথোক্লুনা পালহনখিদে দিংকুনা। তাঞ্জা য়েংলগা দিংকুনা জব জব নোৎশীনবদা তাইমুরগী মমায়দা বাক বাক থাখি। মিনিত অনী অনীনা শাবা রাউন্দ মঙাখক্কী মনুংদা অহানবা অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা রাউন্দ অদুদি দিংকুগী স্ত্রেথ পঞ্চ লেফ রাইত অমদি ফেন এতেক তৌশিন্দুনা তাইমুরবু থিনগাইখি। মরিশুবা রাউন্দ হৌরকপদা দিংকুগী ফজরবা ফুত রাককা লোয়ননা তাইমুরগী মমায়দা জবক জবক থিনজিন্দুনা জ্ঞান মাঙহনখি মমীৎ তন্দন পাইহনখি। অরোইবা অমসুং মঙাশুবা রাউন্দদা থৌনা ফনা চোংথোরকপগী মহুৎতা মখুৎ য়েৎ শোক্লে হায়দুনা রিতয়ার তৌখি তাইমুর। রাউন্দ মঙা শুনা শান্নবা ঙমদ্রবা তাইমুরবু মায়থীবা পীরগা দিংকুনা গোল্ড মেদল লৌখিবা নুমিৎ অসিমদি ভারতকী বোক্সিংগী ইতিহাসতা ময়েক শেংনা লৈহৌরগনি। ভারতকী বোক্সর অমত্তনা এসিয়ান গেমসতা গোল্ড মেদল লৌবা ঙমদনা মেদলগী ঈকং থোক্লুনা লাক্লিবসি চহী ১৬ শুরবনি। চহী ১৬ কী মতুংদা দিংকুনা ভারতকীদমক গোল্ড মেদল অমা লৌদুনা মেদলগী ঈকং থোক্লম্বদু কোকহনখিবগীদমক ভারত পূম্বনা দিংকুগী মিং শক্ল-শোন্নখি। দিংকুগী মমাঙদা গোল্ড মেদল লৌখিবা পদম বহাদুর, হৱাসিংহ অমসুং কোর সিংহগী ৱারীনা ভারতকী বোক্সিংগী ৱারী ওইরম্বনি। ১৯৮২ গী নিয়ু দিল্লী গেমসতা কোর সিংহনা গোল্ড মেদল লৌখ্রবা মতুংদা বোক্সিংদা গোল্ড অমত্তা লৌবা ঙমদনা লাকখিবদু দিংকুনা গোল্ড হেক লৌবা ঙমখিবদা ভাবতকী প্রধান মন্ত্রী অতল বিহারী বাজপায় অমদি অতৈ মন্ত্রী কয়ানা থাগৎপা ফোঙদোক্লখি। মণিপূরগী চীফ মিনিস্তর ৱাহেংবম নিপামচা অমসুং মহাক্কী কাউন্সিল ওব মিনিস্তরসনা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎনখি। মণিপুর সরকারগী অচৌবা খুদোল অমা ওইনা চীংমৈরোং খোংনাং কারক্তগী লাইরিকয়েংবম লৈকায় থোং ফাওবগী লম্বী অসি ১৯৯৯ গী জানুৱারী ২৩ দা Memo No. 2/42/98-MAHUD হায়বা নোটিফিকেসন অমা থোক্লুনা দিংকু রোদ হায়না মমিং থোনখি।

চহী ১৬ বোক্সিংগী মেদল ঈকং থোক্লম্বদু কোকহনখিবদা মণিপুরগী য়ুমথোঙ খুদিং হরাওবা ফোঙদোক্লখি। লম্বী-সোরোক লৈরক খুল্লক দিংকুগী দিংকু ঙাক্তো ঙায়খি। গোল্ড মেদল পুদুনা মরমদম মণিপুরদা হল্লকপদা মণিপুর সরকার, সাই, চিলড্রেন হোম, মণিপুর এমেচর বোক্সিং এসোসিয়েসন, স্কুল কলেজ, লনাই সংস্থানশিং, মীচম প্রজা পূম্নমক্লা মহাকপু ওকপগী থৌরম পাঙথোকপদা মথৌ চিল্লবা নুমিৎ শীংবূমনা পীক থনখি। নুংঙাইবগী পিনা অৱাবগী পিবু মহুৎ শিল্লগা মহাক্লা হায়খি—"হৌখিবা পূম্নমক কাউথোক্লসি। মদুবু অমুক নীংশিংদুনা ঐখোয়বু অমুক ৱাহল্লগুমসি। হৌখ্রবদি হৌখ্রে। হৌজিক তুংদা লাক্কদবা অদুগীদমক খল্লসি।" দিংকুবু মমা-মপা শক্লা শেন্নবিদুনা শেম্বীরকখিবা কোচ ইবোমচানা হায়খি— "ঐগীদি নুংঙাইজবগী

ঙমখৈ লৈত্রে। ঐগী মঙ মঙফাওনরে। ১৯৮৬ তা ঐবু ভরতকী তিমদা য়াওদুনা জাকারতা চৎকদবদা, চৎলমদাই ঙহাক্তংদুদা ইমিং ককথৎপিদুনা চৎহনখিদবদুদা ঐহাক য়াম্না কপখি। নুমিৎতুদা ঐগী বোক্সিংগী পুন্সি মমশীনখ্রবগা চপ মান্নখি। অদুবু ছাত্র অমত্তংদি পুখোক্তুনা ইন্তরনেস্নেলগী থাক্তা গোল্ড মেদল লৌহনবা ঙম্নবদি হায়দুনা পুন্সি লাইনীং ওইদুনা লাকখি। ঙসিদি দিংকুনা ঐহাক্কী নীংজবদু থুংহনবিরে।"

মরমদম মণিপুরবু মশক তাক্কুরবা দিংকুগীদমক মায়কৈ কয়াদগী পুক্রীং থৌগৎপিরকপা অদু লোইবা খল্বা নাইখিদে। মণিপুরগী শান্নবগী ইতিহাসতা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা অচৌবা থৌদোক অমা ওইখি। ইম্ফাল এয়রপোর্ততগী কৈশাম্পাৎ য়ৌরক্নবা হোৎনবদা পূং কয়ামরুম চঙখি মহাকপু ওক্কদবগী ঙাইরিবা মীয়াম্না ওমশীনখিবদা। কাউঙম্নরোইদবা ৱারী অমা ওইখি। ভারত সরকারনা অর্জ্জুন এৱার্দ পীদুনা ইকায়খুম্নবা উৎখি। পূম্নমকসিগী মরুমদা মীনম্বা ঙাঙদুনা হিংনা হিংনা শিগ্রে হায়জিন্নরগা মচাবু হিংহন্নবা হোৎনখিবী, অব্রা-মৈশা লাংলবী অঙৌবীনা হায়খি– "ইচা থোইথোইদি ঐগী গর্ভদগী তাজম্রবসু, মাদি মণিপুর ইমাগী মচানি। মীয়ামগীনি ময়াম্না যোকপিবনি। ময়াম্না মাবু মচা শক্না শেম্নীবনি। ঐনা পোকচরবসু ইচাবু ময়ামদা কৎথোকচবা ঙমজবসি ঐগী লাইবক ফবনি। ঐনা মীনম্বা ঙাঙখিবা, লান্না হায়খিবা কয়াদুনা, লৈবাক্না ঐবু ৱারৌবিরম্বসু য়াই। ঐবু ময়াম্না ঙাকপিগনি। ঐগীদি ইচা নিপাল য়োকপা ঙম্নবা হোৎনবদা থেংনখিবা অব্রাবদুদা পাপ পূণ্য করিনো খঙজখিদবনি।"

**মতেং লৌখিবা ঃ**

*দিংকু মশামক, দিংকুগী ইমুং মনুং, মহাক্কী লৈকায়গী মীওইশিং, কোচ ইবোমচা, সাপম সুরচন্দ্র অমদি দিংকুগী পুন্সিগা মরী লৈনখিবা মফমশিংগী মরুওইবা মীওইশিংগা উনখিবা ; পোক্রফম পাউ চে, থাগী চেফোঙ সনখোঙ অমসুং নোর্থ ইষ্ট সন*

# ৱারীনহৌরবা বাবুসিং ওয়না

*শরতচান্দ থিয়াম*

মণিপুরগী ইতিহাসতা অনৌবা ৱারী অমা হাপচীল্লক্কনি হায়বসি কনানসু থাজনখিদে। ঙসিদি কাউঙমদ্রবা ৱারী ওইনা ৱারীনহৌরে বাবুসিং ওয়না। প্রমাণ-পান্থে ওইনা শীজিন্নরক্লে। কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা থবক অমা সুকশোয় শোয়দনা তৌথোরক্কনি হায়বগী থাজবা ৱাংনা লৈরগা সুক্তৌ তৌথোরক্তবদা শীজিন্নরক্লে বাবুসিং ওয়না। অদুনা হায়নরক্লে *বাবুসিং ওয়না তাদুনা তোক্কনিকো। বাবুসিং ওয়না তানিকো।*



ৱারীনহৌরবা ৱারী অসিগী চপচাবা হৌরকফমদি সাপম বাবু সিংহগী হৈথোই-শিংথোইরবা বোক্সিংগী ওয়থংবা খুৎ অদুদগীনি। ওয়থংবা খুৎ অসিমক লৈরমদ্রবদি ৱারী অসিমকসু লৈবমদবা য়াই। মণিপুরগী ইতিহাসতা অনৌবা ৱারী অমা ওইনা হাপচীল্লক্লমদবসু য়াই। অদুবু ঙসিদি ৱারী অসিনা অনৌবা লামায় অমা হাংদোক্লে। মণিপুরগী বোক্সিংগী ইতিহাসতসু চেনা অমা হাংদোকহল্লে।

সাপম বাবু সিংহ ১৯২৫ গী দিসেম্বর ১ দা কৈশামথোং অহৈবম লৈরক্তা পোকখি। সাপম দামুদর সিংহ অমসুং সাপম ওংবী কৈন্যা দেবী অনীগী মচানুপা অতোনবা ওইনা ফংজখিবা বাবু সিংহ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মশা-মউ ফৈ। মরেপ তানখৎলকপা মতমদা উরকখিবা ৱাং-চাউবা ফীবম অদুনা অমুক্কা হেন্না ঙক্লখি। ময়ামগসু মান্নদে। ইচম চমজবা লৌথূপ-লৌকোয় লৈজদবা মতৌদুনা অমুক্কা হেন্না নুংশিবা পোকহল্লি মীয়াম্মা। অদুনা মহাক্কীদি মরূপনি অঙাংসু অহলসু নুপীসু। ইচম চমজবা মতৌদুদা নোংমা লৈকায়গী অহল অমনা বাবুগী মচীনবান কায়বদু উবদুদা ফাগি তৌদুনা হায়খি– "বাবু, নঙগী চীনবান কায়বদু ফহনগে হায়রবদি হৈনীং মপূম অমা ফজনা চাশীল্লগা য়ূমথক্তা কাখৎলগা নুংশিৎ মায়রমদা ওনশীল্লগা লেপ্লু। অদু ওইরবদি খূদক্তা ফখিগনি।" অহল অদুনা হায়রিবদু ফাগিনি লক্লরিবনি হায়বসি খঙদদুনা য়ূম অমগী মথক্তা কাখৎতুনা লৈখি হৈনীং মপূম অমা ফজনা চাশীল্লগা। ফবদি লায়রদুনা হেন্নদুম কায়বদুদা

ময়াম্না লক্লবিখি ফাগি তৌরিবনি হায়বগা অমত্তা খঙদ্রবরা হায়না। য়ুমদা লৈকাইদা নুংশিনা কৌনবা মিংনি বাবু। অপোকপা অপোকপী অনীনা বাবু হায়বদগী হেঞ্জদে। অদুবু মুলদা ক্লবতা কৌনবদি কমলাকান্তা হায়বা মীং অসিনি। কমলাকান্তা হায়বা মীং অসিমক কুঠিগী মীংনি। কুঠিগী মীং অসিমক মহাক্কী সার্টিফিকেত্তা থবক ইনখাং চঙবদা শিজিন্নখি। পুম্নমক ওইদুনসু মীয়ামগী ওইরবা বাবুসিং হায়বসিমদি মীয়ামগী চিনবান্দা তোঙদুনা লৈখি।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মনুংদা মখোয়গী ইমুংগী মীওইশিং ইম্ফালগী নোংচুপলোমদা লাঞ্জেন্নখি। বাবুদি থাংমৈবন্দদা ওংবী মচে অমগীদা লাঞ্জেনখি। থাংমৈবন্দদা লাঞ্জেনবদগীনি শগোলশেম ইন্দ্রমনিগা থেংনখিবা। ইন্দ্রমণিগী মভুং ইন্দুনা মশা-মঙউ ফননবা হকচাং শাজেল কয়া তৌবা চাবা থক্কশদা য়াম্না চেকশীনবা মহে-মশিং তম্না তম্না য়োং থাংগৎপা বোক্সিং থিন্নবা বোদী বিল্ডিং শান্নবা কয়াদসু য়াওবা হৌরকখি। বোক্সিংগী ওইনা মহাক্লা শগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা লৈবা মাইস্নাম অচৌদগী তম্না হৌখি। বাবুগী ওয়থংবা খুং অসিমদি অতৈগা সুকমান মান্নদবদুদা মহাক্কী ওজা অচৌনা য়াম্না চেকশীন্না য়েংখি। মরম অসিমক্লা য়াম্না তোয়না অচৌনা হায়খি— "বাবুসিং নঙগী ওয়নাসিদি।"

য়াম্না ঙল্লিঁঙৈ মতমদগী ওলিম্পিক্কী ব্রাখল্লোন লৈরবা মণিপুরদা মণিপুর ওলিম্পিক গেমস পাঙথোক্লমবগী নুংশিরবা ব্রারী কয়ামরুম লৈরি। বাবুসিংসু মণিপুর ওলিম্পিক গেমসতা শরুক য়াদুনা মনা ফংখিবগী ব্রারী কনানসু কাউনদ্রি। ১৯৪৭ কী দিসেম্বর ২৫ দগী ২৭ ফাওবা ইম্ফালদা পাঙথোকখিবা মণিপুর ওলিম্পিক গেমসতা বাবুসিংনা শিন্দম শিনশঙ ক্লবকী মহুং শিন্দুনা মাইল ১০ গী লমজেলদা সেকেণ্ড পোজিসন তাখি। হায়রিবা গেমস অসিদা মহাক্লা বোক্সিংগী দেমোন্সত্রেসন উৎপগীদমক মণিপুব ওলিম্পিক এসোসিয়েসন্না অখন্ননা ইকায় খুম্নবসু উৎখি।

অসুম্না মণিপুরগী মফম কয়াদা বোক্সিং থিন্নবা মথং-মথং চৎতুনা মহাক্কী ওয়নাগী হৈ-শিংবসি উৎপদা নত্তনা বোক্সিংসু তম্বীখি। মসিদগীদি ব্রারী ওইনা মফম অয়াম্বদা লীনরকখি বাবুসিংগী ওয়নাগী মরমদা। মণিপুর ব্রাংমা লান্দুনা আসাম ফাওবা য়ৌদুনা বোক্সিং থিন্নবা চৎখি। আসাম ফাওবগী মনুংসিদা চেম্পিয়ন ওইদুনা বাবুসিংবু খঙদবা মীগী মশীং ব্রাৎলকখি। বোক্সিংদা য়ঙ য়ঙ লাউনা ফাওগৎলকপা মতমদুদা অব্রাথবী অচৌবা অমমমদি ইরায় লায়না চাথোকপা ঙম্মী। মতমসিদা নোংমা খাইদেম প্রমোদিনী অমসুং বাবুসিংগা লোয়ননা ময়াম নিংথৌজম বিনয়খোয়দা চঙলুবদা বাবুসিংনা ঈশিং খৌরাংলকপদগী ঈশিং খরা থক্কে হায়রুবদা বিনয়গী মচনুপী মোমোন্না অচৌবা তেকচাও অমদা ঈশিং পীক থন্না হাপ্পুনা চাইশেন অমগা লোয়ননা পুথোরকখি। মদু উবদা ময়াম ঙক্লখি। অদুবু বাবুসিংনা চাইশেন অদু লৌরগা খূদক্তা ঈশিং চাইশেন পীক পীক থনবা অনী থকখি।

বোক্সিংগী লমদা হৈথোই-শিংথোইবা বোক্সর খরা লৈরে হায়বগী চাউথোকচবগা লোয়ননা ১৯৫৩ গী জুলাই ১৪, লৈবাকপোকপা নুমিত্তা বোক্সিং থিন্নবগী থৌরম অমা মণিপুর মেন বিল্ডিং ইনস্তিত্যুতনা মপান কাঙজৈবুংদা শীনখি। মণিপুর মপান্দগী মমিং লৈরবা বোক্সর খরা কৌথোক্লুনা মণিপুরগী মমিং লৈরবা বোক্সর খরগা থিন্নহল্লগা ফন্দ দ্রাইব তৌনবগী অখন্নবা

থৌরমনি পাঙথোক্কদৌরিবা অদুসু। তিকেৎ ময়াম অমা য়োন্দুনা মপান কাঙজেবুংগী অকোয়বদা জীজ্ঘ খাজীন্দুনা ময়ায়দা রিং অমা শারগা থিন্নহনগদৌরিবনি হায়বসিদা মণিপুরগী মীয়াম্না থৌরাংনা গুইনখিবদি বাবুসিংগী ওয়নাদুনি। অখন্নবা থৌরম অসিবু মথন্নায় হাপ্নবা অমদি বেঙ্গলদগী অফাওবা বোক্সর অহুম মণিপুরদা কৌথোক্কুনা মণিপুরগী ইতিহাসতা অসিগুম্বা বোক্সিংগী থৌরম অমা ইহান হানবা ওইহনখিবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবদি শগোলশেম ইন্দ্রমণি, লাইশ্রম মনাওবী, সলাম গম্ভীর, সলাম তোম্বীনচিংবনি।


MANIPUR OLYMPIC GAMES.
1947
IMPHAL.
Certificate of Athletic Honour.
This is to certify that Kamal Kanta Singh represented [illegible] club that won the Honour of Championship / Runnership or Position of [illegible] in Boxing in the Manipur Olympic Sports Meet, held at Imphal from December 25th to December 27th, 1947.
President MANIPUR OLYMPIC GAMES 1947 IMPHAL.
Hon'y. Secretary MANIPUR OLYMPIC ASSOCIATION IMPHAL.


MANIPUR OLYMPIC GAMES.
1947
IMPHAL.
Certificate of Athletic Honour.
This is to certify that Kamalakanta Singh represented Sindabam Sa[illegible] club that won the Honour of Championship / Runnership or Position of 2nd in 10 Miles Race in the Manipur Olympic Sports Meet, held at Imphal from December 25th to December 27th, 1947
President MANIPUR OLYMPIC GAMES 1947 IMPHAL.
Hon'y. Secretary MANIPUR OLYMPIC ASSOCIATION IMPHAL.

বোক্সিং থিন্নগদবা নুমিৎতুগী মাঙওইননা মণিপুরগী মফম কয়াদা পল্লিসিতি কোয়না চৎলুবনা মপান কাঙজেবুংদু মীনা চীক্ক-চায়না ওমখিদে। ঋাংনা পানখৎতুনা থল্লিবা মাইক্কী হৌরবা খোঞ্জেলনা ইম্ফাল মনুংদদি য়াম্না ময়েক শেংখি। মায়কৈ কয়াদগী থোমজিল্লকপা মীয়াম্না কা হেন্না য়ামশিল্লকপদগী মপাল কাংজেবুংগী অকোয়বদা খারিবা জিজ্ঘ ফক্কাইদুনা চংনরকপসু কোঙ্গাই অমা য়াওখি। লাকখিবা পুন্নমক বাবুসিংগী বোক্সিং থিন্নবদু য়েংনবখক্তনি। ইম্ফালগী খা-ঋাং নোংপোক নোংচুপকী লম্বীশিং হিয়াংথাং বর খুরুম্বা লাকপদু মঙাইখি। নুমিৎতুসু লৈবাকপোকপা ওইবদুদা বাবুসিংগী ময়াম্বা তোম্বীনদি অঋাং মায়কৈ চৎপসি মঙ্গল ওইগন্দে হায়দুনা থিন্নবা য়াওদনবা হায়খি। থিন্নগদবা নুমিৎতুগী অয়ুক্কুদসু মতমদুগী মমিং লৈরবা মণিপুরগী বোক্সর নোংমাইথেম কুঞ্জরাজ লাক্কুনা য়াইফ-মঙ্গল পীরবদা বাবুসিংনা হায়খি— "ঙসিদি হেক লোইদ্রিবফাওবা ঐগী হৈজবী খঙজবী পুন্নমক পুথোক্কুনা থিন্নগে খল্লি।"

নুমিদাংদা তৌবদুদা লম্বী শোরোক্কী মীনিল অদুসু অঙকপনি। নিংথিনা লৈতেংদুনা শেন্নবা মৈঙালদুদা কনাগীসু মীৎফম হোংবা ওম্নখিদে। রিংদা বাবুসিং থোরকপদা তিল্লিবা ভাবোকশিংনা খূবাক খূদুনা হরাওনা ওকপগী খোঞ্জেলদুনা ইম্ফাল শহর নীক্কবগুম তৌখি। বাবুসিংগী লম্বানি হায়দুনা বেঙ্গলদগী লাকখিবা অশোক গঙ্গুলিসু রিংদা থোরকপদা অঙকপা অমা ওইনা য়েংনখি।

বাবুসিংদগী গঙ্গুলিনা খজিক হেল্লি ব্রাংবা। কেপ্তেন হার্নেতনা রিফরী ওইবা বাউত অদু হেক হৌবগা গঙ্গুলিনা বাবুসিংদা বক বক থিনজিনবা হৌরকখি। ভাবোকশিং তৃমিন্না ফমদুনা লৈবা ওন্নরক্রদুনা ফৃক ফৃক হৌগৎনরক্লুনা লাউশিন্নরকখি। বাবুসিংনা মশাগী মতীং ফৃদোকপা ইঙম ঙমদনা লৈখি। মতমসিদা য়ামখ্রবা ভাবোকশিংগী মরক্তগী থৌনা হাপ্তুনা লাউরকখি— "বাবুসিং কিগনু। করিমত্তা কিগনু। নহাক্কী ওয়নাদু পুথোরকউ। নহাক্কী ওয়নাদুনা গঙ্গুলিবু থিন্দৎলু।" বাবুসিংদা লাউখিবদা নত্তনা ভাবোক মশেলসু থাজবা অমগা লোয়ননা হায়নখি— "বাবুসিংগী ওয়না লৈরি। বাবুসিংগী ওয়না লৈরি। মাগী ওয়নাসিনা থোক লাউনা থিল্লকপদা গঙ্গুলিদি লোংদা তাপ্লগদবনি। বাবুসিংগী ওয়নানা থিল্লকপদু য়েংঙুদা। হেরা, বাবুসিংগী ওয়নাদা গঙ্গুলি করিসু তৌবা ঙম্লোইদা। বাবুসিংগী ওয়না লৈরিদা।"

বাবুসিংগী ওয়নানা থিল্লকখিগনি হায়বগী আশাদা মশীং য়াল্লবা ভাবোকশিংনা ঙাইদুনা লৈনখি। অরোইবা অমসুং অহুমশুবা রাউন্দদা মীয়াম্না ঙাইনখিবা বাবুসিংগী ওয়নানি। অদুবু অরোইবা রাউন্দ অদুদা বাবুসিংগী ওয়না অদু অমুক্তফাওবা থিল্লমদনা গঙ্গুলিগী মখুৎতা তুখি। খৃদক্তা স্ত্রেতচরদা হাপ্তুনা মপান কাঙজৈবৃংগী অব্রাংদা লৈরম্বা দিস্ত্রিক্ত হোস্পিতালদা পুখি। য়েংখিবা ভাবোক পৃম্নমক নীংবা কায়নখি। বাবুসিং তুরে হায়দুনা ব্রা ব্রা লাউনখি। হৌরবা মাইক্তুদা বাবুসিং তুরে হায়না লাউরকপদুদা য়ূমদা লৈহৌবী মশা ব্রাই শংদ্রবী মতৈমা ইবেতোন ব্রাম্ভগে তৌরকপদগী ময়াম চঙদুনা লাক্লখি লোয়ননা নুমিদাংদা অঙাংসু উনখি। বেঙ্গলদগী লাকপা বোক্সরশিংদুনা থমায়খিবদগী বাবুসিং মায়থীখিবনি হায়নসু ব্রা ব্রা লাউনরকখি। ওয়না লৈরি ওয়না লৈরি হায়রগা করিমত্তা ঙম্লমদনা তুখিবা বাবুসিংনা হায়খি— "ওজা গুরু নাইনা নীতি-নিয়ম অমগী মখাদা ফজনা ত্রেন তৌরবা অমগা ঐখোয় স্বায়গী পঙশান শান্নবা অসিগা করম্না লম্বা পাবা ঙমগনি? ঐখোয়দি পামজবগী শান্নবনি। ঐখোয়গীদি অফবা কোচ লৈতে। রিং লৈতে। গ্লোব, হেদ গিয়ারনচিংবা অমত্তা নীংথিনা লৈতে। কনাগুম্বনা ঐখোয়গী থিন্নবা অসি মীতোপশিংনা যদু মন্ত্রনচিংবা তৌবা থমাইবনচিংবা তৌরমগদবা মাল্লি হায়। মদুদি অরানবা ব্রানি। ঐখোয়না ত্রেনীং ব্রাৎপদগী মায়থীবনি।"

নুমিৎতুদা বাবুসিং অহানবা বাউত্তা মায়থীবা নংগ্রবসু বোক্সর অনী লৈরি হায়দুনা ঙাইনখি। অনীশুবা বাউত্তা কৈশাম্পাৎ থোকচোম লৈকায়দগী থোকচোম নবকুমার থোরকখি। বেঙ্গলদগী লাকপা অজিৎ বেনরজীগা থেংননবা। অহানবা রাউন্দদা নবকুমারসু তুখি। অহুমশুবা অমসুং অরোইবা বাউতকীদমক খনগৎতুনা থল্লবা বোক্সরদি খাগেমপল্লিদগী য়ূম্নাম তোম্বীনি। অদুবু মতম চানা তোম্বী য়ৌরক্তবদগী কনা থোকহনসিগে খন্নরিঙেদা নোংমৈবৃং চকপ্রম লৈরক্তগী নোংমাইথেম কুঞ্জরাজ লাকখিবদু শগোলশেম ইন্দ্রমণিনা উহৌবদগী অহুমশুবা বাউত অসিদা থোক্তবা য়াদে হায়খি কুঞ্জরাজদা। কুঞ্জরাজ ইঙক ঙকখি। অদুবু মৈতৈ মচাগী লিংজেল অমদি ফৃদোক্লম্নগে খন্দুনা য়াখি। অরোইবা বাউত্তা কুঞ্জরাজগা জম্বু হায়নসু কৌননবা মহম্মদ প্রভাকরগা থিন্নখি। অহানবা রাউন্দদদি হাইরপ মান্নখি। অনীশুবা রাউন্দদা মহম্মদনা লাকশীল্লকপদগী ফমদুনা লৈবা ঙম্লক্রদুনা সলাম তোম্বীনা রিংগী অকোয়বদা কোয়চেন চেন্দুনা কুঞ্জরাজদা লাউশিনখি— "থিনজিল্লু। থিনজিল্লুনে। থিল্লোমি। থিনজিল্লোমি।"

থিন্নবগী শক্তি ইরৈ লৈরক্লদুনা কুঞ্জরাজনা অরোইবা উপায় ওইনা মহম্মদতা সং লাউনা চোংশিল্লগা মৈতৈগী ওয়গী নিঙ্গোংনা মহম্মদপু লংথখি। অদুবু বোক্সিংগী নিয়মগী ৱাংমদা তৌখিবনা রিফরিনা কুঞ্জরাজদা ফাওল পিবদগী কুঞ্জরাজনা ওমললোই খণ্ডলদুনা মশানা মখুৎ থাংগত্নুনা সরেন্দর তৌখি। অসুম্না কুঞ্জরাজনা মায়থিবা হায়বদু ওইখি। অদুগা মহম্মদনা মায় পাকলে হায়না হরাওখি। অদুবু য়ামখ্রবা ভাবকশিংনা খুবাক খুবগা লোয়ননা পেল্লদুনা লাউশিল্লকখি- "অদুনি। তৌগদবনি। নুপা হায়বদুদি অদুনি। লৌজখিসনু। মখোয়না ওম্না শকচখিসনু। ঐখোয়দি পেল্লে।"

নুমিৎ অদুগী বাউত অহুম্মক্তা মায়থীবা নংত্রবসু বাবুসিং ওয়না লৈরি হায়বা কাউওল্লরোইদবা ৱারী অসিমদি ১৯৫৩ দগী হৌনা হৌজিক ফাওবদা চীঙ্খাঙ য়ৈদুনা লৈহৌরি। প্রমাণ-পাহে ওইনা মণিপুরগী মীয়াম্না শীজিন্নহৌরি। বাবুসিং ওয়না লৈরি হায়বা ৱাহে অসিমক খুদোল তৌবিরম্নবা সাপম বাবু সিংহনা বোক্সিংবু পামজবশিংদদি তাকপী-তম্বিরম্মী। থৌনা হাপ্পিরম্মী। মণিপুরদগী বোক্সর মশীং য়াম্না থোরক্লবগী মগু মগুজরম্মী। পুলিস সার্বিসতা চগুদুনা মণিপুরগী মফম কয়াদা পোস্তিং তাদুনা লৈরম্নবা বাবুসিং সব-ইন্সপেক্তর ওব পুলিস অমা ওইনা থবক্তগী পোৎথাখি।

য়ূম্বান পুন্সিদা খোঙদাদুনা ইবেচাউবীগা য়ূম্বানমিন্নরবা মতুংদা মচানুপা অনী অমসুং মচানুপী অনীগী অপোকপা ওইখিবা বাবু সিংহ ১৯৯৯ গী সেপ্তেম্বর ১০, ইরাই নুমিৎতা তাইবঙপান থাদোকখি। বাবু সিংহনা তাইবঙপান অসিদগী লাপ্না চৎত্রবসু ৱারীনহৌরবা বাবুসিং ওয়না হায়বসিমদি কাউবা ঙমদনা চীঙ্খাঙ য়ৈনা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা শমথদুনা লৈহৌরগনি।

**মতেং লৌখিবা ঃ**

*বাবুসিংহ (কমলাকান্তা) মশামক, মহাক্কী ইমুং মনুং, খোকচোম নবকুমার, নোংমাইথেম কুঞ্জরাজ, মিষ্টর মাইশাক অমদি বোক্সিং থিন্নখিবা মতমদা য়েংহৌবা মীওই খরগা উনখিবা, পোক্লমম পাউ চে অমসুং থাগী চেক্লোং সনখোঙ*

# মণিপুরবু শক্তাকখিবা মিস্তর মাইপাক

*শরতচান্দ থিয়াম*

নোংথোম্বম মাইপাক হায়রগদি থোইনা খঙনদে। মিস্তর মাইপাক হায়রগদি খঙদবা লৈতে।



মশা-মউ ফবা চুং-থীরাল চাবা শাবান মূর্তিদুনা ওইহনখিবনি মাইপাকপু মিস্তর ইন্দিয়া। মিস্তর ইন্দিয়া মিংথোল হেক ফংখিবদগীদি মণিপুরগী অশেংবা মপারী হায়দুনা য়ুমথোঙ য়েনা খঙনখি।

নোংথোম্বম কোমোল সিংহ অমসুং নোংথোম্বম ওংবী তম্পাকলৈ দেবী অনীগী মপারী ওইনা ফংজখিবা মাইপাক ১৯৩৫ গী মার্চ ১ দা উরিপোক সিনাম লৈকায়দা তাইবঙ খোঙদারকখি। মচীন-মনাও তরুক্কী মনুংদা অনীশুবা ওইরিবা মাইপাক্কী নৌরিবা পুন্সিদুনা পামজরকখিবদি শান্ন-খোৎনবনি। মশাগী চহী ১২ রোম শুরকপদা মখোয়গী ইমুং অসি নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকায়দা হোংলকখি। মতম অসি বৃতিশনা মণিপুরবু লোয় চন্দুনা লৈরিঙৈ মনুং ওইবা মরম্না মখোয়না হোংলক্লিবা লাইশ্রম লৈকায়গী অকোয়বদা বৃতিশকী সিফায় মরাঙ কায়না লৈরম্মী। মাইপাক্না লৈরিবা ইমুংমক্তদা বৃতিশকী লেফতেনেন্ত কর্ণেল অমা লৈরম্মী। নুমিৎ খূদিংগী অয়ূক্কী নুমিদাংগী লেফতেনেন্ত কর্ণেল অদুনা মতোমতা ব্রেথ ত্রেনীং তৌদুনা মশা ফননবা শান্নবদু মাইপাক্না উখি। মদু উবদা মহাক শান্ননীংবনা গুাওখি।

বৃতিশকী সিফায় পূম্নমক ১৯৪৭ তা মণিপুর থাদোক্তুনা চৎখ্রবা মতুংদা মাইপাক্না চোংথোরকখি শান্নরগে হায়বগী চপ য়ুংবা ব্রাখলগা লোয়ননা। বৃতিশকী লেফতেনেন্ত কর্ণেল অদুনা শান্নখিবগী মওং-মতৌ অদু অমমতা ওইনা নীংশিংলগা মতোমতা শান্নবা হৌরম্মী। অদুবু শান্নবদা চঙবা পোৎলমশিংদুদি নীংথিনা লৈতবনিনা কদায়দগী ফংগদগে খনবদা অব্রাবা অমা ওইখি। চীংমৈরোংদা লৈবা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা শীজিন্নখিবা গাড়ীগী অতেক-অকায় পার্ত ময়াম হুন্দোকফম অমদা মখোঙনা চৎতুনা পার্ত মচা মচা ময়াম মখূৎনা ফক্লগা ময়ূমদা পুরক্লবা মতমদা অব্রাবা খরদি কোকচখি। পার্ত মচা মচা ময়ামদু পুরকপদদা নুমিৎ মঙানিরোম চঙখি। য়ুমগী হেক মমাঙদা লৈরিবা পুত্রীদুগী মপান্দা পার্ত ময়ামদু মথং-মথং শেমগৎলগা মতোমতা ব্রেথ ত্রেনীং চৎথবা হৌখি। তেক্সেসন ওফিসতা থবক মচা অমখক তৌরিবা অপোকপগী থাগী তোলোপ অদুনা মচাশিংগী নীংবা থুংহনবদি ঙমখিদে। মরম অসিমক্না মশা-মউ ফনবনি হায়দুনা লম্ফেলদা চৎতুনা পেরূক হেক্লগা চাবসু হৌখি।

অঙাং ওইরিঙৈদেদি মাইপাক মশা ইপা পায়। মরেপনা ঙম্মী। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওনা

লোইখিবগা লোয়ননা মণিপুরদা তম্মীরবা কোনেরা লাইচংনা মীওই কয়াগী পুন্সিবুসু শিখম্ম হনখিবা মতম্মদুদা মখল কয়াগী লায়নাসু শন্দোরকখি। মতমসিদা মাইপাকসু ফুগ্রি য়াম্না থুংখি। মদুমক্লা মহাকপু কনামত্তনা তিন্নবিখিদে। মহাকপু উবদা পুম্নমক্লা লাপথোক্লবতা হোৎনখি।



মাইপাক্লা উৎখিবা রাথা পোজ

শান্ননীংবগী ময়াইদুনা লমজীং ওইরগা শিজগুরুময়ূম সুনিলচন্দ্র শর্ম্মনা লুচিংদুনা নাওরেমথোং শামুশঙদা ১৯৫০ দা হৌদোকখিবা কাংচুপ রোদ ফিজিকেল ক্লবতা য়াওননবা লাকখি। মাইপাকী ফুগ্রি ইথুং থুংবা ফীবমদু উবদা ক্লবকী মেম্বর খরনা য়াওহন্নীংখিদে। মদুমক্লা মহাক নীংবা কায়না হল্লকখি। অদুবু শীংনবা অমগা লোয়ননা মতোমতা অয়ূক্কী নুমিদাংগী ব্রেথ ট্রেনীং কয়া ময়ূমদা

চংথখি। বৃত্তিশ সিফায় অদুনা তৌখিবশিংদু মথং-মথং নীংশিংলগা অমুক হোংনরকখি। মতমদুদা মহাক্না হকচাং ফনবনি হায়দুনা পেরূক হঙ্গাম য়েন্দেম তিংথৌ খিতকুমার কোবীনচিংবা চাখি। ইকুই কুইদনা মহাক্কী হকচাংদা থুংলম্বা ফুগ্রি পূম্নমক ফখিবগা লোয়ননা মশা অদু তীক তীক লাউদুনা য়েংবদা নুংঙাইবা অমা ওইরক্লম্মী।

অহোংবা ফীবম অসিগা লোয়ননা ১৯৫২ গী মার্চ ৪ দা কাংচুপ রোদ ফিজিকেল ক্লবতা অমুক লাকখি। ময়াম্না মহাকপু তরাম-তরাম ওকখি মতমদুদদি। ১৯৫৩ দা শগোলশেম ইন্দ্রমণিনা লুচিংদুনা রূপমহলদা মণিপুর ৱেথলিফতিং অমসুং বেস্ত ফিজিক্কী কম্পিতিসন অমা শীনখি। ক্লবকী মহুৎ শিন্দুনা মাইপাক্লা শরুক য়াবদা ৱেথলিফতিংদা ফার্স্ত অমসুং বেস্ত ফিজিক্তনা থার্দ তাখি। কম্পিতিসন অমদা শরুক য়াবদগী মনা ফংলকপা অসিমক্লা মাইপাক্কী পুন্সিদা অচৌবা ঈনোৎ অমা হাপ্লকখি। ১৯৫৪ দা য়ুথ কংগ্রেসনা নেস্নেল হীরোজ হায়না মিংথোনবা অচৌবা কম্পিতিসন অমা মপান কাঙজেবৃংদা শীনখি। মতমসিদদি মাইপাক্লা সগোলবন্দ তেরাদা লৈবা খ্বাই এথলেতিক য়ুনিয়নগী শান্নরোয় অমা ওইনা শরুক য়াখি। হায়রিবা কম্পিতিসন অসিদি চহী খায়দোক্তে। অরূম্বগী কাঙলূপ তোঙান্না থমদে। পূল্লপ থেংনহনবা অচৌবা কম্পিতিসন অমনি। মসিদা মাইপাক্লা ৱেথলিফতিংদা, সোত পুত্তা, দিস্কস থ্রোদা অমসুং হেমর থ্রোদা লোইনমক্কী মকোক ওইখি। লোইনমক্তা ফার্স্ত তাবা ওম্বা শান্নরোয়নি হায়দুনা মাইপাকপু বেস্ত ইন্দিবিজুয়েল এথলেতকী অখন্নবা মনা অমা পীখি।

শান্নরোয় অমা ওইনা লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লক্লবসু মহৈ তম্ববুদি নাথৈদুনা থমখিদে। ইয়োর হায়স্কুল হায়না খঙনরম্বা অদুবু কোন্নদি তোম্বীসনা হায়স্কুল হায়না কৌখিবা স্কুলসিমক্তদা মহৈ তম্বা লাকখি মখোঙনা নুংতিগী। স্কুল স্কুলদগী অফবা শান্নরোয় থিবা লাকপা অমখক ১৯৫৭ তা থেংনখি। মতমদুগী এদুকেসন দিপার্টমেন্তকী ইন্সপেক্তর ওব স্কুলস থাংজম মোধুনা তোম্বীসনা হায়স্কুলদা করম করম্বা অফবা শান্নরোয় লৈবগে হায়না থিরকপদা স্কুলদুগী হেদ মাস্তর সৌগাইজম গৌরহরিনা মাইপাক অমসুং কেরানী কৌবা ছাত্র অমবু মশক তাকখি খ্বাইদগী ফবা শান্নরোয়নি হায়না। স্কুল স্কুলদগী খনগৎলক্লবা শান্নরোয়শিংগী অচৌবা ইন্তর হায়স্কুল মিত অমা ১৯৫৭ কী দিসেম্বর থাদা এদুকেসন দিপার্টমেন্তনা শীন্দুনা মপান কাঙজৈবৃংদা পাঙথোকখি। মাইপাক্লা মিত অসিদা সোত পুত, হেমর থ্রো অমসুং দিস্কস থ্রোদা ফার্স্ত তাখি।

১৯৫৮-৫৯ দা নিউ দিল্লীদা পাঙথোকখিবা স্কুলস গেমস ফেদরেসন ওব ইন্দিয়ানা শিনবা মরিশুবা নেসনেল চেম্পিয়নসিপতা মণিপুরসু শরুক য়াখি। হৌরকপদা মণিপুরগী শান্নরোয়শিং মায়থীবতনা মশরুক ওইখি। অদুবু মাইপাক্কী মফমদদি আশা থম্লখি। সোত পুতকী চাংদম্লবা হৌরকপা মতমদুমক্তদনি মণিপুর তিমবু পুদুনা চৎলিবা ইন্সপেক্তর ওব স্কুলস থাংজম মোধুগী মফমদা মাইপাক্লা মখোঙ-মখূৎ শৎ তিংথোক্লগা 'ওজা, মায় পাকচগে বর পীনবিয়ু' হায়না লম্পাক অদুদা খুরুম্লকপদা ময়াম পূম্নমক ইঙক ঙক্লা য়েংনখিবা। মদুদা মোধুনা নুংশিহৈবা মীৎয়েংগা লোয়ননা মাইপাক্কী মকোক্তা নাম্ববিদুনা 'মায় পাকচরো' হায়না বর পীখি। মদুগী মতুংদা সোত পুত্তা অকনবা লম্বা তৌনরকপদা মাইপাক্লা ইহেন হেন্দুনা ফার্স্ত তাখি। হেমর থ্রোদসু মহাক্লা ফার্স্ত তাখি। নিমাই কৌবা শান্নরোয় অমনসু পোল ভোল্টতা ফার্স্ত তাদুনা মণিপুর

তিম্না ওবরওল থার্দ পোজিসন ফংলগা হল্লকখি। ১৯৫৯ দা মণিপুর মেন বিলদিং ইন্সতিত্যুতনা মপান কাণ্ডজেবুংদা শিনবা ৱেথলিফতিং, সোট পুত, দিস্কস থ্রো অমসুং হেমর থ্রো কম্পিতিসনদা ফার্ষ্ট তাখি । লোয়ননা ইন্সতিত্যুত অসিনা শিনবা মিস্তর মণিপুর কন্তেস্ততসু মাইপাক্লা লেমজনিঙাই ওইরবা মিস্তর মণিপুরগী টাইটল ফংখি। মতমসিদা শান্নবদা কা হেন্না থৱায় য়াওখিবনা মেত্রিক্তি পাস তৌবা ঙমদনা লৈখি অদুবু ১৯৭২ দা পাস তৌখি। মহাক ১৯৬১ দা লাইশ্রম নিঙোল মেমচৌবী দেবীগা লুহোংদুনা য়ুম্বান পুন্সিদা খোঙদাখি।

মাইপাক ১৯৬২ দগী মণিপুর পুলিসতা কন্সতেবল অমা ওইনা থবক চংখি। মহাক্না ট্রাফিক পোইন্ত কয়াদসু সাইন তৌবগী থবক তৌরম্মী। মতম শাংনা কন্সতেবল ওইদুনা থবক তৌরবসু শান্নবদগীদি লাপথোকখিদে। ১৯৬৯ গী জুন ১৭ তগী জুলাই ৩ ফাওবা মণিপুর সরকারগী এদুকেসন দিপার্টমেন্টনা শিন্দুনা দি.এম. কোলেজ কেম্পসতা লৈবা য়ুথ হোষ্টেলদা পাঙথোকখিবা রেসলিংগী কোচিং কেম্প অমা পাঙথোকখিবা অদুদা মণিপুর পুলিসকী মহুৎ শিন্দুনা মাইপাকসু য়াওখি। চিফ কোচ অমা ওইনা কেম্প অসিগীদমক লাকখিবসি হরিয়ানাদগী থন্দিরামনি। থন্দিরামদি নেসনেল চেম্পীয়ন অমা ওইবদা নত্তনা মনঙ্গল লৈবাক তাদ্রিবা মমিংদং পনবদা কিনরিবা রেসলর অমনি। মহাক মশামক মণিপুরদা লাক্নুনা অফবা রেসলর পুথোক্লবা হোংনবদুদা রেসলিং মশান্নসিদা থৱায় য়াওবশিং হৈহৌনবা কোচিং কেম্পতা য়াওখি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা য়াম্না থৱায় য়াওনা মশান্নসিগী মরমদা খঙহৌনবা হোংনখিবসি মাইপাকনি। থন্দিরামনা কোচিং পাঙথোক্লিঙৈ মনুংদা অশিন অরাং তৌরিবশিংদা য়াম্না তোইনা মহাক্কী লম্বা অমতং পিয়ু মণিপুরগী অকনবা অমতং পিয়ু হায়খি। মণিপুর অসি অকনবা অমত্তা লৈত্রবরা হায়নফাও হংখি। কনামত্তা চোংথোরক্তবদুদা মাইপাক মশামক্তা অমুক্তং থেংনজগে হায়খি। অদুবু কনামত্তনা অয়াবা পীখিদে থন্দিরামবু কনানা থেংনবা ঙমগদোইনো হায়দুনা। মমৈথংদদি থন্দিরামনা য়াম্না কন্না তকশিল্লকপা অদুদা কোচিং কেম্পগী লোয়শিনবা নুমিৎ জুলাইগী ৩ দা মাইপাক্তা অয়াবা পীখি থন্দিরামগা থেংননবা। থেংনরমদাইদা থন্দিরামনা মহাক্কী লম্বাবু মিনিট অমগী মনুংদা নমগনি হায়না লাউথোকখি। করম থোকলগদগে খন্নখি দি. এম. কোলেজগী চাউরবা হোল অদুদা তিল্লিবা ময়াম অদুনা। হেক হৌবগা মিনিট অমা ফাদ্রিঙৈদা মাইপাক্লা থন্দিরামবু নমদুনা থমখি। মাইপাক্লা মায় পাকপা অদুদগী চাউথ্রবা হোল অদু পুমনিল নিলখি। ফি লংখৎপা লেপখৎতুনা লাউবা হুইশল খোংবা খুবাক খুবা অঙকপা অমা ওইখি থন্দিরামবু মাইথিবা পীবদুদা। পম্বুবা তৌদনা থন্দিরাম মাঙখি লাংলিঙৈ তাঞ্জাদুদা। থন্দিরাম মাঙখ্রে হায়দুনা কোইথি থিনখি। রেসলিংগী কোচিং কেম্পতা য়াম্না মায় পাক্লা শরুক য়াখিবা অদুদা এদুকেসন দিপার্টমেন্টনা মঙোন্দা পুলিস কন্সতেবল ওইবদগী তোক্লনবা হায়খি। মাইপাক্লা মদুদা য়াদুনা এদুকেসন দিপার্টমেন্টতা দেমোন্সত্রেতর ইন দেসি কাসরৎ (দি. দি. কে.) ওইনা ১৯৬৯ দা থবক চঙখি। দি.দি.কে গী মরু ওইবা থবক্তি স্কুল স্কুলদা চৎলগা ড্রিল তম্বীবনি।

১৯৭০ গী সেপ্তেম্বর থাদা দিব্রুগরদা ওল আসাম বোদি বিল্ডিং এন্দ ৱেথলিফতিং ফেদরেসন্না শিন্দুনা পাঙথোকখিবা এনুয়েল মিট অমদা মাইপাক্লা শরুক য়াখি। মাইপাক্লা

ৱেথলিফতিং কম্পিতিসনদা শরুক য়াবদা কার্ষ্ট তাখি। লোয়ননা আসামগ্রী হায়না মীংখোনবা ফেদরেসন অসিনা শিনবা কন্তেষ্টতসু শরুক য়াখি। লেমজনিঙাই ওইরবা আসামগ্রী টাইতল ফংদুনা মণিপুরদা হল্লকখি মাইপাক।

· মাইপাক্কী পুন্সিদা অচৌবা শীংনবা নুমিৎ অমা ওইখিবদি ১৯৭০ গী দিসেম্বর ১৮ নি। নুমিৎসিদা ইন্দিয়ান বোদী বিল্ডিং ফেদরেসন্না শীন্দুনা কোলকাতাদা মিস্তর ইন্দিয়া কনতেস্ত পাঙথোকখি। ভারতকী ওইনা বোদী বিল্ডর ১২২ না শরুক য়াবদা খনগদৌরিবদি অমখক্তনি। মিস্তর ইন্দিয়া তাইতলগীদমক বোদী বিল্ডর ১২২ না লম্বা তৌনরকপদা নোংখোম্বম মাইপাক্লা মায় পাকখি। মিস্তর ইন্দিয়া তাইতল লৌখি। পাউ অসিনা মণিপুরগী কাচিন-কোয়া শীন-থুংখি। মণিপুরগী মীয়ামগী মায়খোঙদা নুংঙাইবগী মমি অহনখি। মিস্তর ইন্দিয়ানা অরোইবা হায়বদু নত্তবনিনা মিস্তর য়ুনিবর্সকী মঙ অমমুক মঙলকখি। মসিগীদমক ভারতকী মহৎ শিন্দুনা মিস্তর য়ুনিবর্স কনতেস্ততা য়াওরুনবগীদমক ত্রাইয়েল সেলেক্সন অমদা মাইপাক শরুক য়াবা তাখি। ত্রাইয়েল সেলেক্সন অসি ১৯৭১ গী সেপ্তেম্বর থাদা পাঙথোক্লনবা মতম লেপলকখি। হোৎনবা য়াবগী মতম ফজনা ফংবা মরমনা অকনবা ট্রেনিং অমা নিংথিনা চৎথরবদি মায় পাক্কনি হায়বসি মাইপাক্লা চেৎনা থাজবা মরমনা উখ্রুলদা থা ৮ লোম লৈখি। মতমসিদা উখ্রুলদগী মমিং লৈরবা শান্নরোয় রোমিও, সেঙ্গাম, য়াংখাহাওনচিংবাময়াম্না মাইপাকপু তরাম্না ওকপগা লোয়ননা অঙম্বা মতেঙ পাংখি। উখ্রুলগী খুল্লাকপনা মাগী খুনগী য়ুমথোঙ খৃদিংদা মাইপাক্কীদমক মতেঙ পাংননবা লাউথোকখিবদগী উখ্রুলগী মীয়াম্না অঙম অঙম্বা মতেঙ পাংনখি।

১৯৭১ গী সেপ্তেম্বর ৫ দা ৱেষ্ট বেঙ্গলগী দাৰ্জিলিংদা পাঙথোকখি ত্রাইয়েল সেলেক্সন। য়াম্না ইচং থৌনা নুপা থোক্লা মাইপাক্লা শরুক য়াখি। মদুমক্লা মায় পাকপা ঙমখি। ভারতকী মহৎ শিন্ননবা খনখি। অদুবু অচৌবা পোৎলুম অমদি চৎপদা চঙগদবা খরচ অদুদি পুথোকপা তাখি মাইপাক্লা। পোৎলুম অসিমক্তি থাখি মণিপুরগী মীয়াম্না লনাই সংস্থান কয়ানা অঙম-অঙম্বা মতেঙ পীদুনা। মাইপাক নোকচখি। মরমদম্বু মালেমদা শক্তাকচবা ফংলগনি খনবদা নুংঙাইজখি।

মিস্তর য়ুনিবর্স কনতেস্ত পাঙথোকখিবদু ১৯৭১ গী সেপ্তেম্বর ২৫ দনি। মফম্না ফ্রান্সকী কোনুং পেরিস। পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদগী লাকপা বোদী বিল্ডর ১০০ হেনবদুনা খনখিবদু শৃপ্নগী মিস্তর য়ুনিবর্স তাইতল অদুখক্তনি। মদুদা মাইপাকসু অমনি। অদুবু পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদগী লাকপা মশা-মউ ফরবা ৱাং-চাউরবা শাবান মূর্ত্তি ফজবশিংদুগী মরক্তা মাইপাক্কী চন্নফম লৈগদ্রা হায়বগী ৱাহং অমদি লৈখিদবা নত্তে। পূম্নমক ওইদুনসু থেংনবা তাবনি হায়বসিমদি কাউবা লৈখিদে মাইপাক্লা। মথং-মথং খৎতোকশ্লগা অরোইবা রাউন্দগীদমক শাফবা ১০ খক লৈহৌখি। শাফবা ১০ গী মনুংদা চনগনি হায়বগী থাজবা অদুমদি মাইপাক্কী ৱাখল্দগী খরা লাপ্না লৈখি। অদুবু শাফবা ১০ গী মমিং লাউথোরকপদা মাইপাক্কী মমিং য়াওরকখি। মহাক পূমঙক ঙকখি। থাজখিদে। থাজদবা অদুনা অচৌবা আশা অমগা লোয়ননা অরোইবা রাউন্দগীদমক শেম শাখি। অরোইবা রাউন্দগী ফ্রী পোজিংদা মহাক্লা কৃষ্ণ পোজ, রাধা পোজ, নাগা পোজ, শম হাংপগী পোজ, তেন কাপ্পগী পোজ, শা ফাবগী পোজ, খম্বা পোজ অমসুং

যীশু খৃষ্ট পোজ উৎখি। মাইপাক্কী অসিগুম্বা হৌনৌ নৌবা পোজ ময়াম অসিনা জজ পুম্নমক্কী মফমদা অঙকপা অমা ওইহনখি। কনতেস্ত অসিদা থব্বায় তানা য়েংলিবা ভাবোকশিংনা খূরকপা খূবাক মখোলনা পূমনিল নিনখি।

পূমলোই লোইরবা মতুংদা মাইপাক্কা নিপালশুবা পোজিসন তারে হায়না লাউথোরকখি। অদুবু মাইপাক্কা অখন্নবা ওইনা ইন্দিয়ান স্তাইল মিথোলোজিকেল বেস্ত পোজেসকী মনা পীরে হায়না লাউথোরকপদা খূরকখিবা খূবাক মখোলদুমক্কা মাইপাক্কী থম্মোয়দা অপেনবা অমদি পোকখি। মিস্তর য়ুনিবর্সকী লেমজনীংঙাই ওইরবা তাইতলদি গ্রেত বৃতেনগী অলবর্ত বেক্কলনা ফংখি। কনতেস্ত অসিবু শীল্লিবা কাঙবুনা অখন্নবা রিসেপসনগী থৌরম অমা শীনখি। মদুদা শাফবশিংনা মাগী মাগী মরোলদা ব্রা ঙাওনবা হায়খি। তিল্লিবা ময়ামগী মমাঙদা মাইপাক্কা মণিপুরীদা হায়খি— "ঐহাক পীকস্ত্রবা মণিপুরদা পোকপনি। মণিপুরদগী লাক্কুনা অসিগুম্বা চাউথ্রবা কনতেস্ত অমদা পোজিসন অমা ফংবসি য়াম্না নুংঙাই।" মণিপুর হায়না পল্লকপদুদা ভারতকী করম্বা মফমদনো হায়না হংনরকখি। পৃথিবীগী অচৌবা মেপ অমা পুথোরক্কুনা কোইথি থিনখি য়েংনখি কদায়রাইদা লৈবগে হায়না। অচৌবা মেপ অদু য়েংলবা মতুংদা থেংনবদগী হেন্না ময়েক শেংনা উননবা ভারতকী মেপ অমমুক পুথোরকখি। অৱাং নোংপোক ভারত্তা বর্মাগা য়ুমলোন্নরিবা মণিপুরগী চপ চাবা মফম অদুমক ময়েক শেংনা উৎখি তিল্লিবা মীয়ামদুগী মমাঙদা । অসুম্না শান্নখোৎনবনসু মণিপুরবু মালেমদা শক্তাকপা ঙম্মী হায়বদু ইহান হানবা ওইনা মাইপাক্কা শক্তাকখি মণিপুরবু মালেমদা। থৌরম অদুদা য়াওরম্বা অহল ওইরবা ফ্রেঞ্চ মচা অমনা মণিপুরগী মমিং পল্লকপদা লেপখৎলক্কুনা মহাকসু ব্রা খরা ঙাঙজগে হায়রকপদা ময়াম্না য়াই হায়বদগী মহাক্কা হায়খি— "ঐহাক পৃথিবীগী অনীশুবা লাঙ্গাওগী মতমদা ইম্ফালদা সিফায় অমা ওইনা লৈখি। পীকস্ত্রবা চীংলৈবাক অদুদগী লাক্কুনা চাউথ্রবা পৃথিবীগী ওইবা কনতেস্ত অমদা শরুক য়াবদা নত্তনা পোজিসন অমা ফংলকপসি ঐহাক অপেনবা পোকই। হৌথ্রবা মতম্বু নীংশিংবগা লোয়ননা মণিপুরবুসু মীৎতা উরকই।"

মণিপুরগী মিংচৎ কয়া থনম্লবা মতুংদা মাইপাক্কা মণিপুরদা থোরকপা মতমদা মণিপুরগী মীয়াম্না মহাকপু হরাও-তয়াম্না ওক্লখি। ঙমখৈ লৈতনা থাগৎনখি। কে তি ফিল্মসনা 'মাইপাকঃ সন ওব মণিপুর' কৌবা দোকুমেন্তরী ফিল্ম অমসু য়াম্না মায় পাক্কা পুথোকখি। মুম্বাইনচিংবা মফম কয়াদা চৎতুনা ত্রাফিক্কী সাইন তৌবগী ত্রেনিং ফংলুরবা মতুংদা ইম্ফালগী ত্রাফিক পোইন্ত কয়াদা সাইন তৌদুনা চহী কয়া লৈরকখিবা অমদি এদুকেসন দিপার্টমেন্টতা দি.দি. কে. নচিংবা ওইরম্বা মাইপাক্কা মিস্তর য়ুনিবর্স কন্তেস্ততা য়াওদুনা মণিপুরবু অহানবা ওইনা মালেমদা শক্তাকখিবগী ফোং ফোং শাবা ৱারীদুনা হঙ্গৎনা য়েংনরকখি মাইপাক্কী মমাঙগী পুন্সি তাক্ককশিংদু। মহাক্কা ত্রাফিক পোইন্তশিংদা সাইন তৌদুনা লৈবদু উবদা মতম অদুগী মীওই কয়ানা নুংঙাইতবা পোক্লখি। অদুবু মালেমদা মণিপুরবু শক্তাকলুরবা মতুংদা নোংমা মণিপুর লেজিসলেটিব এসেমব্লিগী স্পিকর ডা. এল. চন্দ্রমনিনা কৌদুনা উন্নরবা মতুংদা চন্দ্রমনিনা সরকারগী মরি লৈনবশিংগা তানরগা মাইপাকপু মণিপুর পুলিসতা সব-ইন্সপেক্তর ওব পুলিস ওইনা থবক হাপখি। অপেনবা অমগা লোয়ননা য়াম্না ইচং থৌনা থবক অসিদা মায়পুনরম্লবসু চহী খরগী

তুংদা ওফিসকী থবক ইনখাঙদা পেন্দবা খরা লৈবদগী পুলিসকী থবক থাদোকখি। অদুবু হিংনবগীদমক লমফেলদা লৌ উদুনা লৈখি। ১৯৭৭ কী মতমদা নোংমা লম্ফেলদা ব্রাতর সপ্লাই স্কিম অমা শঙ্গাবা লাকখিবা চিফ মিনিষ্টর য়ংমাসো সাইজানা লৌবুক্তা লৈখোম লৈনাং মরক্তা লৌ শুরিবা মাইপাকপু উবদগী মশা মউ ফবা নিপা অসি কনানো অমুক্তা কৌরকউ হায়বদা লৈখোম ইতে তৈরবা মাইপাক্লা ইকায়বদগী চৎখিদে। ওফিসতা অমুক্তা লাকউ হায়রম্বদগী নোংঙানবদা চৎলুবদা মাইপাকনি খঙবদগী খুদক্তা এদুকেসন দিপার্টমেন্টতা ফিজিকেল এদুকেসন টিচর অমা ওইনা ওর্দর থোক্লবা খঙহনবদগী মাইপাক থবক চঙখি। মসিগী মতুং ইকুই কুইদনা এদুকেসন দিপার্টমেন্টতগী য়ুথ এফিয়ার্স এন্দ স্পোর্টস খায়দোকপ্রবা মতুংদা য়ুথ এফিয়ার্স এন্দ স্পোর্টস দিপার্টমেন্টতা বোদি বিল্ডিংগী কোচ অমা ওইনা প্রমোসন ফংখি। হৌজিক্তি থবক্তগী পোখারে। অদুবু লেমহৌরিবা মহাক্কী পুন্সিনা মণিপুরদগী অফবা শান্নরোয় পুথোক্লবা হোৎনবদা শান্নরোয় ময়াম অমা তাকপী তম্বীরি। চোকথবা নাইদনা থুংলি মফম খুদিং। অফবা শান্নরোয় পুথোক্তুনা মণিপুরবু মালেমদা শকতাকহনবদুনা ওইরি মহাক্কী মঙলান।

**মতেং লৌখিবা ঃ**

*মাইপাক মশামক অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুং অমদি মাইপাক্কী মরূপ মপাং খরগা উনখিবা*

# মালেমগী থিয়েতরদা রতন থিয়াম

*তায়েঙ্গম বিজয়কুমার*

*ঙাওদনা ঙাওবা মীওইশিং,*
*তাদনা তাবা মীওইশিং,*

মশক, মগুণ অমদি অর্থ কয়ামরুম পীবা ঙম্বা মতম পূম্নমক্তা চঙ চঙ লাউদুনতা লৈরিবা মথূম-মরাঙ হৌহনগনবা ঈশৈ 'তূমিন্না লৈবগী খোঞ্জেল' (সাইমন অমসুং গার্ফঙ্কেল লিরিক) অসিদা উপায় লৈজদ্রবা মীওইশিংগী অৱা-অনাগী অশেংবা মমি অদু তাবগুম তৌরি। লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীওইশিংনা সমাজ ফগৎহন্নবা ৱা ঙাঙজরবসু খঙবা ৱাৎপা মীওইশিংনদি ভাব তাবিদে। ওইজ-ওইথক থিবা মীওইশিংনদি তায় অদুবু থওইনা লৌশীনবিদে। মফম খূদিংমক্তা চরাঙনবা, তঙ তাদবনা পীক থনখ্রে।

মসি ভাবনা হেক্তা শাজিনবা সম অমগী ৱারী নত্তে। মসিদি হৌজিক হৌজিক্কী মণিপুর হান্ননা স্বর্গ ওইরম্বদগী মীহাৎপূং ওল্লবা লম অসিগী ৱারীনি। নোংমৈ ময়াম কাপ্পরে; বোম ময়াম পোকখায়বে; মী ময়াম অমা শিরে; ৱাকৎ মীফম কয়া ফম্লরে; প্রোসেসন চৎনরে; স্ত্রাইক কয়া অমা তৌরে; ব্লোকেদনচিংবা ময়াম অমা তৌরে অদুবু পুন্সি খোঙচৎতি লেপত্রি।

সোসিয়েল ওর্গনাইজেসন্না শৌগ্রি য়ুংবগুম অরানবা চুমথোক্লবা চোংথোক্লরক্লে। মীয়ামগী লুচিংবশিংনা লাউ-খোংলি অফবা অৱাংবা থাক্কী থবক তৌগনি ৱাশকই অদুগা নমহৎপিরবা প্রজাশিংগী কান্ননবদি করিসু তৌরক্তে। তেংথাখোলনা পূমনিল নিনখ্রে নাকোং পঙবমখৈ অদুবু তাবীগদবা শক্তি লৈবা মপী-মপাশিংনদি মনাদা ফাওবা হাপ্লিদে। ফম চাওখৎনবা অমসুং মশাগী লন-থুম পৈশিনবনা লাইনীং ওইরিবা মখোয়দি মশীং য়ামথ্রবা প্রজাগী অৱা-অনাশিংগীদমক্তা মীকুপ অমা ফাওবা কাইথোকপা শংদে। মীচম প্রজাদি অৱাবা কোক্ত্রি।

মণিপুরগী মীপূম খূদিংমক্লা লাঙল্লিবা লাউরিবা অদুগা ওইরক্লিবা তঙদু-লৈতাদবা ময়াম অসিনা ভারতপূম্বদা মখোয়গী অৱাবদো খঙহনবা ঙমদে। লৈতাদবা, কাং-খোং চাইবা, মফম-মরাঙ খঙদবা ফীবম অসি চীংলোন য়াপন লান্না লাম্লোক্তুনা উহনবা ঙমদে। প্রজা ময়াম্না কয়ারক হৌদুনা লৈবাক পূম্বগী পুক্লীং চিংশিন্নবা হোংনবদা অৱাবা কয়ারক খেংনথ্রবসু অরেম্বদা তাদুনা তোক্লি। তাবিবগী মহুৎতা অমব্লোমদা, লাউখিবা খোংখিবা ময়াম, ৱাকৎখিবা ময়াম, তমথীবা মওং-মতৌ, থুগাই-য়াইখায়খিবা মশাগী অমাঙ-অতা থোকখিবা ময়াম অদুনা মখোয়দা ওনশিন্দুনা ভাব তাদবা লম্বেল অমদা চিংশিনবিররে।

মণিপুরগী প্রজাশিং চাওখৎপগী লম্বেলদা য়াম্না শাথিনা শোংথদুনা লৈহৌরি। মায়কৈ

অমরোমদনা, মখোয়না মাঙলোমদা চংখৎপগী মহুৎতা মনীংলোমদা ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদা চৎলি । করিগুম্বা মখোয়না মতাঙ চানা লম্বেল মায়োন চুমথোকহৌদ্রবা, মখোয় পূম্বা নুংগী যুগকী মীওইশিংনা শুরুংদা লৈবা মওংদুদা শোয়দনা হঞ্জিল্লকনি। মতাঙ অসিদা অচুম্বা খোঙথাং অমা লৌবা হায়বসি মণিপুরগী প্রজাশিংগী শোয়ফদ্রবা থৌদাংনি। মণিপুরগী মপান্দা লৈবা মীওইশিংনা মণিপুরগীদমক করিসু থৌশাবিরোই।

পীক্লবসু পীক্লা করিগুম্বা খরা মণিপুরগী প্রজাশিংনা মপানগী পুক্লীং চিংশিনবা ঙমজরিবসি মশীং য়ামজদবা অইবা খরগী কলমদগী থোরকপা খৃৎই খরদগীনি।

রতন থিয়ামনা ঙসিগী মণিপুরবু মহাক্কী শৈরেং লৈহাও কংগ্রবা লমদম অমগী ব্বারীদা অসুম্না ইরি— *"হয়েং বন্দনী, হংচিংনা মওং অমা তৌদৌরি লৈপাকসে/মাইবীনা লাইফাও ফাওরম্মী।/...ধর্ম শন্দোকপা, মী ময়াম কৈথেল পোংলক্তা চৎলি/করি ধর্মনা খরা হোঙলিবা, করি লৈসিগে খঙদে/তাইবঙ মীগী থরায় কৌবনিনা হিংনীংই। অদুনরা খঙদে—/থগেবা খৃদিংগী কানক্রক মনম নমই।"* রতন থিয়ামনা মহাক্কী অহিংসাগী পাম্বৈশিং শীজিন্নদুনা অমদি শান্তিগী পাউজেল পুরগা চৎতুনা মণিপুরগী প্রজাশিংগী অশেংবা মশক পৃথিবী পূম্বগী ভাবোক্তা ময়েক শেংনা ফোঙদোক্তুনা মায় পাক্লা উৎপা ঙম্লে। মহাক্কী অনৌবা লীলা অমমমনা মহাক্কী শান্তিবু পামজবা, ঙাওজবগী মখোলবু হৌবা সুম-সুম হেনগৎহল্লক্লি; ময়েক শেংবা অসুম-অসুম হেনগৎলক্লি।

মরমদম্না মৈ চাকপগুম চাক্লবা মতম অসিদা মহাক্লা মহাক্কী সমাজদা অরান-অহুই তৌরিবা ময়াম অসিবু তৃমিন্না য়েংদুনা লৈথোকপা ঙমদে। মহাক্লা তৌবা থবক খৃদিংমক্তা মহাক্কী মীওইববু নুংশিবগী কল্লবা ব্বাখল্লোন অদুগী মমি ময়েক শেংনা তাই।

মহাক্লা লীলা খৃদিংমক 'লোজিক' অমদি 'রিজন' দা যুম্ফম ওইগদবনি হায়না চেৎনা থাজে। মদুনা সমাজ অমগী মশক উৎপা ঙমগদবনি অমসুং মদুনা সমাজ অদুদা লাক্লিবা অহোংবশিংবু নৈনদুনা মোত পীবসু ঙমগদবনি। অমরোমদা হায়রগা লীলাশিং অদুনা সমাজ অদুগী অরান-অহুই ময়াম অদুবু খৃৎ থিন্দুনা তাকপা ঙমগদবনি; অদুগা মীওইবগী কোক্তা ব্বাহং কয়া হংহন্দুনা চুমথোক্কদবনি। মহাক্লা মতম পূম্বদা মহাক্কী থম্মোয়দা Martin Luther Jr. না হায়রম্বা *"The ultimate tragedy is not the oppression and cruelty by the bad people but the silence over that by the good people"* অসিবু চেৎনা থম্মী। মহাক্কী লীলাশিং, মহাক্লা ইথোরকপা খৃৎইশিং অমদি তৌথোরকপা মওং-মতৌশিং পূম্নমক মীওৎ-মীনৈ, নমথবিবা, তুহৎপিবগী মায়োক্তা ঙাক্তনি অমসুং অতোপ্পদা থৌজাল হৈবা উৎনবসু তাক্লি।

মরক-মরক্তা হায় মদুদি অকনবা ক্রিয়েতিবকী ওইবা থবকশিংদগী মশানা মশাবু মশক খঙজনবা কন্না হোৎনৈ হায়না। সমাজগী ইহুল খঙবা ঙমদ্রবা, ফাওবা ঙমদ্রবা অদুগা ভাবোকশিংদুবু নুং ফাওনা পেলহনবা ঙমদ্রগদি মগুণ চেন্দ্রবা কলা অমা ওইগনি। মীওই অমমমনা উবা মশক, নম্বা মনম অমসুং তাবা মখোল অমগা অমগা খেন্নৈ। খেন্নবগী মতুং ইন্না মাগী মাগী হৈনবী মওংদা ফীবমদুগা চাননা রিএক্ত তৌরকই। খরা চাউনা য়েংলবদা মীওইবগী

চৎনা-লোনচৎ, মওং-মতৌ অমদি ৱাখল্লোনদি মাগী হৌরকফমদুগী অকোয়বগী ফীবমদুনা শেম্বনি। মীয়াম অমম্মী থবক-থৌরমশিং সমাজ অদুগী চৎনা-পথাপ অমদি ৱাখল্লোন্দা ৱাতেম্মী।

মণিপুরী জগোয়বু খণ্ডদবা, উদবা অমদি তাদবা মফমশিংদা মশক খণ্ডহন্নবা, মমিং চৎহন্নবা অমদি শন্দোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা অদুগুম্বা শক্লায়রবা জগোয়গী ওজা থিয়াম তরুনকুমারগী মচানুপা ওইরুবনা রতন থিয়াম পিক্লীঙৈদা মমা মপাগী মতুং ইন্দুনা য়ুম হোং হোংদুনা চৎখি। মহাক্কী মমাসু মমিং লৈরবী মণিপুরী জগোয় শাবীনি।

চহী ওন্না পার্ফোর্মিং আর্তস অমদি কলচরগী মচাকশিংগা লোয়নবা ফংজদুনা মহাও তংবা ফংখ্রে হায়দুনা লাইবক ফৈ হায়জরবসু মহাক্কী লাইরিক-লাইশুগী মতাঙদদি অচৌবা অকায়বা অমা লাকখি। মহাক্কী মমা-মপানা লেপ্তুনা কোয়চৎ চৎপনা মহাক্কী স্কুল তোয়না হোংবা তাখি। চহী অমদা অনীরক ফাওবা হোংখি। মহাক্লা চাউখৎলক্লবা কান্দদি মখোয়গী ইম্ফালদা লৈবা য়ুমদা হন্দুনা লেঙদনা লৈরুবা য়াননবা মমা-মপাদা হায়জখি। ইম্ফালদা মহাক্লা পীক্লিঙৈদগী পামজরকপা লাই য়েকপা আর্তকী স্কুল অমদা তমখি। মণিপুরগী মপান্দা চৎতুনা লাই য়েকপগী বিদ্যা মখা তানা তমথবা পামখি। অদুবু মাগী মমা-মপানা পুবা ঙম্লোইদবা পৈশাগী ভার অদুগী খল্লগা মখা তমথখিদ্রে। য়াম্না তোক্লীংদা, ৱাখল নুংঙাইতনা লাই য়েকপগী বিদ্যা থাদোকখি।

মহাক ইবা অমসুং পাবসু য়াম্না পামজবা মীওই অমনি। মহাক্লা ক্রিয়েতিব রাইতিংবু মহাক্কী শেন্দান লম্বী ওইহন্নীংখি। মহাক্কী পুন্সিগী ফিদমদি 'মশা মশানা পামজবা হীরম অমদা হেক্তা কন্না হোৎনদুনা হিংননবা উপায় ওইহনবা' হায়বসিনি। মহাক্লা নোবেল অমসুং অতেনবা ফিক্সন কয়া অমসু ইখি অমসুং ফোঙখি। মহাক্লা শৈরেংসু ইখি। মহাক্কী লাইরিকশিংনা অপাবা কয়াগী পুক্লীং হূবসু ঙমখি অদুবু পৈশাদি ইতান তানবা ঙমখিদে। মহাক্লা মহাক্কী লাইরিকশিংদগী হিংনবগী চরা তানগনি হায়দুনা লৈরগদি মহাক চরা হেনবা তাখি। অনৌবা শিনফম অমদা খোঙদারগে হায়না লেপখি। নোংমা মঙোন্দা মণিপুর সরকারগী এদুকেসন দিপার্টমেন্টনা বুক গ্রান্ত ওইনা পীবা শেল্ডুং অদু পুরগা মহাক দিল্লীগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। মফম অদুদা মহাক নেস্নেল স্কুল ওব দ্রামা (হান্না নেস্নেল স্কুল ওব দ্রামা এন্দ থিয়েতর ইনস্তিত্যুত হায়রম্বা) দা মিং চনবা ফংখি। মদুনা মহাক্কী পুন্সিবু মায়োন অমদা পুখি।

নেস্নেল স্কুল ওব দ্রামা, নিয়ু দিল্লীদগী ত্রেনীং লোইরবা মতুংদা মহাক্লা ইম্ফালদা ইং ১৯৭৬ তা কোরস রিপর্তরী থিয়েতর লিংখৎখি। মহাক্লা তৌরুরিবা থবক অদু করম্না মপুং ফাহনগনি হায়বগী মতাঙদা মহাক্কী মপা ইবুংঙোগী থৌজাল অমদি মমূৎ তারবা পাউতাকশিং ফংখিবনা মহাক করিসু নাচুংবিখিদে। মহাক্লা থবক জাৎ জাৎ তৌদুনা শেল তাল্লগা মহাক্কী থিয়েতর হিংহন্নবা হোৎনখি।

কোরস রিপর্তরী থিয়েতরগী ৱারীদি 'ফিজেৎ-ফিগায় শেৎলম্বদগী মপু ওইরকপনি' হায়বা য়াই। কম্পেনী অসিনা মরোমদোম লেপ্পা ঙমলিবসি মেম্বর পুম্বগী হূমাং মমলতননি। মহাক্লা থিয়েতরগী শক্লায়রবা মীশক অমা ওইরকপা ঙমলিবসি মহাক্কী পূকচেল শেংবা অমদি কৎথোকচবগী মহৈননি। মীয়াম্না শকখঙনরবা মায় পাক্কপা দিরেক্তর নৎত্রগা এক্তর অমা ওইগে হায়রগদি লেপ্পা লৈতনা কন্না হোৎনবা তাই। অফবা দিরেক্তর অমা ওইবা তারগদি

ভাবোকশিংগা অফবা মরী অমা শাগৎ ডবা য়াদে। দিরেক্তর অমা ওইনা রতন থিয়াম্না অশোয়বা অমত্তা য়াওহন্দনবা কন্না হোৎনৈ। মহাক অমসুং মহাক্কী কাগুবুনা লীলা অমবু হৌবদগীনা লোইবফাওবদা অকৃপ্পা মচেৎ অমত্তং ফাওবা শোয়হন্দনবা হোৎনৈ। মখোয় পুন্না লীলাদু পুরা মপূং ফাদ্রিঙেদা কৈদৌনুংদসু পোৎথারোই। মখোয়না মখোয়গী অপাম্বা মপূং ফারবা লীলা অদু হেক ওইদ্রিবমখৈদি হন্জিন-হন্জিন হোৎনদুনা ফগৎহন্নবা হোৎনবা তোক্তে। মখোয়গী হনবা নাইদনা হোৎনজবদুনা লীলা উৎলমদাই অমদি উৎলবা মতুংদা থোরকপা চরাংনবা, থক্কৎপা, পাখৎপা ময়াম অমবু লাকশীনবা ওস্মী। দিরেক্তর ময়াম অমনা মাগী মাগী লীলা উৎলমদাইদা কোয়চেন চেন্দুনা কদায়দা শোয়খিগদগে পাখৎচদুনা লাননংবী খূৎতাক তৌবদুগদি মান্নদে রতন থিয়াম। মাদি য়াম্না ঈংনা-চীক্লা, তগুদু-লৈতানা, মোং হাদবা মওংদা শান্তি লৈনা মাগী লীলাশিং উৎলমদাইদা ফমদুনা লৈ।

রতননা মহাক্কী ফজরবা পাম্বৈশিং শীজিন্নদুনা লীলাগী ফম্বাকপু মাগী লীলাশিং য়েক্লবা কেনভাস অমা ওইনা শীজিন্নরি। মহাক্কী খূৎয়েক, খূৎপুথোক লাইয়েকপা অমমমগী খ্বাইদগী ফজবা লাই ওইনা লীলাশিংগী সিন খূদিংমক্তা ময়েক লানা উবা ফংগনি। চঙ-চঙ লাউনা য়েকপা খূৎযেক নুং যৌনা উবা খূৎযেক অমগা লোযননা উবা ফংগনি। মহাক স্তেজগী মফম শীজিন্নবা হৈবগীদমক্তা মমিং চৎলি। মহাক্লা মহাক্কী লীলাশিংদা স্তেজদা হেক ফংবা মফম জাগা খূদিংমক মপূং ফানা ইঞ্চি অমা ফাওবা মাঙহন্দনা শীজিন্নৈ। হকচাংগী ইঙ্গিৎ, লেঙবা-ওৎপা, নুংদগী থোবকপা কল্লবা ব্রাখল্লোনশিং, মথৌ শঙলবা মখোলশিং, চানবা ফিজেৎশিং, ঈং-তপ্পা তাল অমসুং ইথিল পীনীংঙাই ওইবা মৈগী মঙালনা মতীক চানা ভাবোক্তা পাউজেলশিংবু যৌহল্লি। মীওই অমনা হেক্তা মহাক্কী লীলাশিং অসি দাইলোগকী ব্রাহৈগী অর্থ অমত্তা খঙদ্রবসু ভাব তাবা লাযনা ঙমগনি। ভাবোকশিংবু ইরাই লাইনা কপহনবা ঙম্বা ব্রাবী অমদা হেক্তা য়ুমফম ওইবগা মীওইবগী পুক্লিংগী অশোনবগী খুদোং চাবা লৌদুনা শাগৎপা অনেম্বা থাক্কী লীলা অমা শাগৎপদি যাম্না লাই। অদুবু বতনদি অদুক হন্থবা থবক্তি কৈদৌনুংদসু লৈরোই। মহাক্তি নাৎ অমদি চৎনবীনা মীওই কাঙলূপ অমগী মশক তাকই অমসুং কাঙলূপ অদুবু পুনশি-দুনা নুংশি-চান্ননা লৈহল্লি হাযনা চেৎনা থাজবা মীওই অমনি। মহাক্লা মওং-মরীল চুম্বা নাৎকা লোয়নরকপা কল্লবা কেবেক্তরশিং খনগৎলগা মহাক্লা পান্নিবশিংদুবু উৎপা ঙম্নবা অদুগা ভাবোকশিংগী পুক্লীংদা মমি তাহন্নবা হোৎনৈ।

মহাক্লা মহাক্কী মীৎ-নাকোংশিংনা অকোয়বদা থোক্লিবা পূম্নমক্কী নুং য়ৌনা চণ্ডদুনা খঙবা ঙম্নবগীদমক থম্মী। মীওই অমনা মনীং-মখা তম্না শকপা ঙাঙবা লাপ্তুক য়েংববু যাম্না নুংঙাইনা লৌজে। করিগুম্বা থৌদোক অমগী, ফীবম অমগী নৎত্রগা মওং-মতৌ অমগী মতাঙদা মীয়ামদগী থোবকপা রিএক্সননচিংবশিং অসি থিয়েতব দিরেক্তর অমা ওইনদি মাগীদমক্তা য়াম্না মরু ওই।

নোংমা অযুক অমা দিল্লীদা লৈবা তুরিস্তশিংগী য়াম্না পাম্নবা মফম অমা ওইরিবা ফজনা শেন্নবা লৈকোলশিংনা কোইশিনবা মোংফম অমদা মহাক চৎলুই। মহাক্লা পাক শন্না শন্দোক্লুনা লৈবিবা লৈকোন্দুদা চঙবা মতমদদি মী পঙয়াম য়াম্না লৈরমদে। মহাক্লা ফান অমদা ফন্নগা তুরিস্তশিংনা পূন্না পূন্না লাকপদু য়েংদুনা লৈরম্মী। গেৎ লানশীল্লকপদগীদি মখোয় ময়াম

পঙচংতা চংনখি, কোয়না লৈকোল অদুগী অকোয়বদা শীনবা থুংনা। পঙলাপ লাগুনা শিঙ্গারে পাম্বী অমা মহাক্না ফস্লিবদুদগী খরা চংলগা হৌই, মশীং লাকঙমদ্রবা মনম নুংশিরবা লৈমন চল্লবা নুমিদাংদা কেল্লম্বা লৈরাং ময়াম অমনা অকোয়বদা তাদুনা লৈ। জাপানীজ মানবা নুপী অমনা লৈশিংদু উরে। মহাক্না তপ্না পাম্বী অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা লৈ অমা খূনগৎলি। হে-শিংলবা মখুত্তুনা লৈ অদুবু তনৌ-তনৌনা পায়রগা মমীৎ উইশিন্দুনা মনম নল্লগা উংদুনা লৈ। তপ্না লৈথোরক্লগা মশাদু হাইফেং লেঙলকই ধ্যান তৌরুবদগী হৌগৎলকপগুম্না। মহাক্কী মায়থোংদদি নুংঙাইবগী মমি তাই। ঙহাক লৈরগা মহাক থুনা তপ্লি তপ্লি থাংবা খোঙথাঙদা পাইবগুম চংখ্রে।

ঙহাক লৈরগা অতোপ্পা য়ুরোপিয়ান নুপী অমনসু লৈশিংদুনা লৈবাক্তা চাইদুনা তারগা লৈবদু উরম্মী। মহাক্না থুনা চেনশীন্দুনা লৈ অমা খূল্লগা মনম নম্মী। খঙহৌদনা খংলাউ লাউরকখি, য়াম্না থুনা করি করিনো ঙাঙলদুনা মখূৎ-মশা তিংথোক্তুনা উচেক মসা খপ্লগুম খপুনা মরূপ-মপাঙ ময়াম অমা কৌশিনখ্রে। ইকুই কুইদনা মহাক্কী মরূপ-মপাঙ ময়াম অমনা মায়কৈ পূম্বদগী হূপচিল্লকখ্রে। অদুদগীদি উ পাম্বী অদুগী অকোয়বদু মীগী মী ঙাক্তা ঙায়খ্রে, মনম নুংশিরবা শিঙ্গারে অমমম পায়নরদুনা করি করিনো ময়াম অমা পঙাঙদা ঙাঙনরদুনা। নুং য়ৌশিন্না উবা ঙম্বা, রতন থিয়ামগুম্বা মীওই নৎত্রগদি নোংপোকলোমদগী লাকপা মীওই অমগা নোংচুপলোমদগী লাকপা অমগা অনীগী মরক্তা মখোয়না তোয়না উদবা ফজবা লৈ অমা উবদা ফাওরকপা ৱাখল্লোন অমদি তৌথোরকপা মওং-মতৌ অনীগী মরক্তা খেন্নবা পুথোকপা ঙল্লোই। মহাক্কী মীওইবগী মওং-মতৌদা নুং য়ৌশিন্না উবা ঙম্বগী গুণ অসিননি মহাক্না মহাক্কী লীলাশিংদা কেরেক্তরশিংবু মওং তানা মপূং ফানা পুথোকপা ঙম্লিবসি।

মহাক্না মহাক্কী ৱাখল্লোনশিং হৌখ্রবা থৌদোকশিংদগী অয়াম্বা লৌই। হৌখ্রবদগী তমজনীংঙাই য়াম্না লৈ। মীওইবগী ইতিহাস অসিদি ঙ্গানগী লনগৈ পূৰ্কেনি। মহাক্না হৌখ্রবা যুগশিংগী মচাক মথুমশিংসি মহুৎ শিনবা য়াররোইদবা লৌশিংগী লাইরিকশিংনি হায়না লৌই। হৌজিক্কী মতমগী মীওইশিংনা মীরাইবীরবা ইপা-ইপুগী নাৎ অমদি চংনবীদা মমল য়াম্লবা মচাক কয়ামরুম লোৎতুনা য়াওরি হায়নসু ফোঙদোক্লি।

য়াম্না তোয়না ময়াম্না মঙোন্দা হংঙি করিগীদমক্তা 'বিগ নেম্‌স' হায়বদি মরু ওইনা অফাও-অফাওবা এক্তর অমদি ম্যুজিসিয়ানশিংগা থবক তৌমিন্নদ্রিবা করিগীনো হায়না। মহাক্না ৱাহং অদুবু ৱাহং অমনা অসুম্না পাউখুম পী 'অদুম্না পুথোকপদুদা রতন থিয়ামগী কন্ট্রিব্যুসন করিনো?' মহাক্না শন্দোক্না হায় মদুদি মমিং চৎল-চৎলবা এক্তর কয়া ম্যুজিসিয়ান কয়া অমা মাগা লোয়ননা থবক তৌমিন্ননীংদুনা লৈ। মখোয়গীদি মাগী মাগী মওং মতৌ, পাম্বে, স্টাইল অমসুং তেক্লিক লৈজে । শম্না হায়রবদা অফাওবা এক্তরশিংনা মাগী মাগী অপাম্বা মওংদা এক্ত তৌরকনি। অফাওবা ম্যুজিক দিরেক্তরশিংসু মাগী মাগী অনীংবা মওংদা সুর পাল্লকনি। রতন্না মাগী ওইবা পোৎ হাপ্পদা ৱানা থোক্কনি। অদুগা মানা নীংজবা পামজবা মওং অদুগা পুথোরক্লিবদুগা ফজনা খেন্নরক্কনি হায়বা ফাওই। মহাক্কী লীলাগী কাঙবু অসিগীসু মমিং অমা থমজবা ঙমখ্রে। মহাক্না মহাক্কী লীলাশিংবু মায় পাক্না পুথোক্লবগীদমক্তা 'বিগ নেম্‌স' দরকার ওইদে।

চহী খরা অসিদা রতন্না পৃথিবীগী 'থিয়েতরগী মুবমেন্ত' দা মহাক্কী ফজরবা মান্তরশিংদু কয়া খূদম ওইনা 'চক্রবিহ্', 'উত্তর প্রিয়াদর্শী' অমসুং 'ব্লাইন্দ এজ' অসিনচিংবা খূদোল তমদুনা মুবমেন্ত অসিবু অমুক্কা হেন্না ইনাক খুনহনখ্রে। মহাক্কী লীলা অয়াম্বনা ফুঙ্গা ৱারীশিং, মহাকাব্যশিং নৎত্রগা অফাও-অফাওবা গুরুশিংনা ইবা পোৎশিংদগী লৌথোকপনি। তৌইগুম্বসুং 'মণিপুর ত্রিলোজী' গী লীলা অহুম্মক্তি মহাক মশামক্না পুথোকপনি। মচাক খূদিংমক ৱারীদগী হৌরগা ময়েক ফাওবা মাগী ঙাক্তনি। লীলা অহুম্মক্তা লাই-তীনগী ৱারীগা হৌজিক্কী মতমগী থোক্লিবা থৌদোকশিংগা মরী লৈনহল্লি। মসিনা মণিপুরদা অরিবা মতমদগী লৈরক্লবা মৈতৈ জাতিগী অরি-অরিবা ৱারীশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা জগৎ-সংসার অসিবু শেম্লকপদগী হৌরগা অনৌবা মতমগী মীওইবা ওইরকপা ফাওবগী মতাঙদা পাক-শন্না কোনশিন্দুনা তাক্কক মরিথোক্লা খায়দোক্তুনা নৈনরি। তাক্ককশিং অদুদি - জগৎ সংসার অসি ওইরকপা, অহিংবা জীব শেম্লকপা, মীওইবনা চাওখৎলকপা অমসুং অনৌবা য়ুগকী মতম লাকপা অসিনি।

মহাক্না য়াম্না চেকশীন্না খনগৎলবা ফজরবা অরিবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং মনীং-মখা তম্না শীজিন্নদুনা মহাক্কী দাইলোগ খূদিংমক শেম-শাই। মহাক্কী লীলা অহুম্মক্তা য়াওরিবা দাইলোগ খূদিংমক অতৈ করিসু নত্তে ফজরবা শৈরেং অমদি শৈরেংগী অৱাংবা থাক্কী লোন্দা-পুদা ঙাক্তনি। ইচম চম্না 'মণিপুর ত্রিলোজী' অসিদা মহাক্না অরিবা মতমগী মণিপুরগী লোন্দা-পুদাবু ফজনা শিজিন্নৈ। মসি মহাক্কী তোপ তোপ্পা মগুণ অমনি।

লীলা অহুম

১। ৱাহৌদোক

২। হে নুংশিবী পৃথিবী

৩। চীংলোন মাপন তম্পাক অমা

অসিনা হান্ননা মহাক্কী স্তাইলগী ফজরবা লীলাশিংনি হায়নরিবা ময়াম অদুগী মথক্তা অনৌবা মাইলস্তোন অমগসু হাপচিনখ্রে।

মহাক্না মীওইবা মশেলগী মরক্তা শোক্লরিবা লান অমসুং য়েংথীনরিবশিংবু লোইশিনবা পামজদুনা কন্ননবা হোৎনজবা খূদিংমক মহাক্কী লীলা অমদি ইথোরকপা খুৎইশিংদা ময়েক লানা উবা ফংঙি। শান্তিগী খুৎলায় পায়রদুনা মহাক্না 'লান'গী মথক্তা 'খণ্ডবিদ্রবা লানওং' অমনা লান্দারি। লান তৌনদ্রবদি পৃথিবীসি লৈবদা হেন্না নুংঙাইবা মফম অমা ওইরমগদবনি।

মালেমগী থিয়েতর ঈহৌদা রতন থিয়ামগী কৎথোকপা হোৎনবা কনবা মহাক্কী তোপ তোপ্পা খূদোল পুম্নমক পৃথিবীগী মীয়াম্না খঙঙি। মহাকপু ইকায়খুম্নবা উৎতুনা নেস্নেল অমসুং ইন্তরনেস্নেলগী ওইবা মনা কয়াসু পীখ্রে। মহাক্না য়ৌরুদবা পৃথিবীগী মফম ইরৈ লৈশিল্লক্রে। থিয়েতরনা মালেম অসিবু জয় তৌরক্লিবা রতন থিয়ামনি। পৃথিবীগী থিয়েতরদা রতনগী মমিং য়াওদবদা মপূং ফাদবা অমা হায়বদু ওইরবনি। মহাক্কী থিয়েতরগী চঙ-চঙ লাক্লিবা খোঙচৎ অসিনা মণিপুরবু মালেমদা ময়েক শেংনা শক্তাক্লি।



## সাথৌলুপ পব্লিকেসন্সনা ফোঙখ্রবশিং

১। সুনামী
*শরতচান্দ থিয়াম*

২। ঈ অমসুং পি (দ গ্রেট জুনা অপনাইটিংগী শৈরেং)
*এদিটর ঃ শরতচান্দ থিয়াম*

৩। মণিপুরগী নিংথৌকোন অমসুং চৎন-লোনচৎ (অনীশুবা খুৎনম)
*বীমাবতী থিয়াম ওংবী*

৪। **Kamala Das:**
**A study of sensuality and spirituality**
*L. Basanta Singh*

৫। মণিপুর অমসুং অতৈ রাজ্যশিং খরা
*এদিটর ঃ শরতচান্দ থিয়াম*

---

Rs. 100/-